


# পুকচেল

(মণিপুরী উপন্যাস)


অইবা : ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ

লৈফম : শিংজমৈ চীংঙা মখোঙ চোংথাম লৈকায়,
ইম্ফাল মণিপুর, টেলিফোন : ২৪৪৪৬১১

ফোংজবী : ময়াংলম্বম ওংবী রাজকুমারি থোইবীস্না দেবী

অহানবা ফোংবা : ২৩/৭/২০০৫ ইং, ইঙেনগী ১৭ নি পানবা থাংজ নুমিৎ।

কোপি মশীং : ১১০০ (লিশীং অমা চাম্মা)

মখুম য়েকপা : আর কে থম্বালস্না সিংহ

মমল : লুপা ৮০/-

লাইরিক ফংফম : অইবগী য়ুম, সঙ্গম বুক স্টোর, শিন্দম বুক স্টোর,
শিংজমৈ অমসুং রাজেস বুক স্টোর, গভনর্স মনীং।

প্রুপ রিডর : অইবা

---

নম্ফম : লময়ানবা প্রিন্টর্স কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।।

# "কৎথোকচবা"

ঐবু য়াম্না পীক্রিংঙেদা ইপা শরুা নাওকোনবীরকখিবা লৈখিদ্রবা ঐগী মাম্মা বৈষ্ণব **খুমুকচম পুনোসিংহ,** অমদি হন্দক্তা জুনগী তাং ১৪ দা লৈখিদ্রবী ঐবু পোকপী বৈষ্ণবী **ময়াংলম্বম ওংবী কৈন্যাজাওবী দেবী** অনীগী চরন্দা ঐনা ইজবা মঙাশুবা লাইরিক **'পুকচেল'** হায়না মিংথোনজরিবা উপন্যাষকী লাইরিক মচাসি কৎথোকচরি। লাইওইখ্রবা মাম্মা অমদি লাইওইখ্রবী ইমা অনীগী থবায়না মীরমলেন্দা তাইবংগী থৌদাং পাঙথোকচরিবা মচা অমদি মমাক্কী লাইরিক মচাসিবু লৎনবা লৈতনা লৌশিনবীগনি হায়না খঙজরি।

# “ঐগী মোৎ”

মীওই-কাঙলুপশিংগী অপূনবা শক্তম্বু ঐখোয়না সমাজ হায়না খঙনৈ। অফবা মীওইশিংনা অফবা সমাজ শেম্মি। অফবা মী হায়বসি লমচৎ-ব্যবহার ফজবা, মপুকচেল শেংবা, মথৌ মশক খঙবা, মীনুংশিগী পুকচেল চেনবা, অচুম্বা চৎপা, মশাগী ওইজবা বাখন থাদোক্তুনা মীওইবা কাঙলুপকী অমদি মীগীদমক খনবা ঙম্বা অদুনি। ইবেমপীশকসি অফবা মী অমা হায়বদু নত্তবরনে? মহাক মীনি। মঙোন্দা অবাৎপা-অশোনবা খরা লৈরম্বদি য়াই, অদুবু ময়াংলম্বম কান্দেশনা ইবেমপীশকপু মপুকচেল শেংবী অফবা মী অমা ওইহন্নীংঙি; ওইহন্নীংলিবসি ওইননবা শেমগৎলি, অফবা মীওইশিংগী অফবা সমাজ অমবু পামজরুবনা, মহাক্কী অনৌবা খুদোল ‘পুকচেল’ কৌবা উপন্যাসতা। মহাক্কী খুৎইনা তাক্লি, মহাক ফিদম্বু পামজবা, লুনা খনজবা মীশক্লি। মহাক্কী অপাম্বসি ময়েক শেংনা ফোঙদোকপা ঙম্নবা সাবিত্রীবুসু পুশিল্লকই ইবেমপীশক্কী মপুকচেলগী খেন্নবা মশক্তা, ইবেমপীশকপু হেন্না মশক থোক্লবা হোৎনবগা লোয়ননা। মখা তাবদি ‘পুকচেল’বু মুন্না মপুং ফানা পারগা ইবেমপীশক্কী পুকচেল অমদি অইবগী অপাম্বদু খঙবা ঙমগনি।

‘পুকচেল’ কান্দেশকী অহানবা খুৎথা নত্তে। মমাঙগী পোখোক খরগী মতেংনা মহাক্না অপাবশিংগা শকখঙনখ্রে। মহাক্না সমাজসিগী অমদি পুন্সিগী বারী খরা ঐখোয়দা লীরি। মহাক বারী লীবদা হৈ-শিংঙি। তৌবতবু ওইথোকপা য়াবা-য়াদবা হায়বদুগী মতাংদা খরদি খঙ্গহন্নীংঙি। লাইরিকসিগী মতাং খরদা খরগা হেন্না কুপথনা সাইকোলোজিকেল ট্রিটমেন্ট তৌহন্নীংবা ঐঙোন্দা ফাওই।

কান্দেশ বারী ইবা মীশক অমা ওইরে। লম অসিদা মায় পাকপগা লোয়ননা চঙশিন্দুনা মণিপুরী সাহিত্যদা মহাক্কী খুদোল কয়া পুথোরকপা অমসুং মদুবু অপাবশিংনা তরাম্না ওকপা ওইসনু।

আইঃ এসঃ কাঙ্জম
প্রোফেসর অমসুং
হেদ, হিন্দী বিভাগ

মণিপুর য়ুনিভর্সিতি, কাঞ্চিপুর
১৯-০৭-২০০৫

## "অইবগী বারোল"

'পুকচেল' ঐগী মঙাশুবা লাইরিক্নি। উপন্যাস ওইনদি অনীশুবনি। ঐগী পুন্সিদা পান্দম অমখক পামজখি। মদুদি অফবা মমা অমগী লমচৎনি। ঐনা থাজজে, অফবা মমাশিংতনা অফবা মচা পোক্লগা মালেমদা শান্তি পুরক্কদবনি হায়বা বাফমসি। পুক্নিংদা অচেৎপা বাখল অমা থমজরগা মশুগ ময়ামদু শুনা চেনবী নুপীগী চরিত্র অমখক শাগৎচরগা য়েংজবনি। অদুগুম্বী নুপী অদুনা মহাক্লা লৈশারিঙৈ মতমদগী হৌরগা য়ুম অমগী মৌ ওইদুনা মমা অমা ওইরকপা ফাওবদা থেংনরিবা অৱাবা কয়াদু মহাক্লা করম্না খাংখিবা হায়বদু ঐগী কল্পনাগী নুপী অসিদা উৎপা ঙম্নবা হোৎনজবনি।

ঐনা য়েকচরিবা বারেংসিগী অচুম-চুমদ, য়ানীংবা অমদি য়ানীংদবা হায়বদুমদি অপাবশিংনা লেপ্পীগদবা ওই। ঐগীদি পুকচেল ফজবী নুপী অমগী মশুগ খরখক থাজবতনি। সহিত্যগী মশুগবু পাংদবা ঐগুম্বা অমনা লেপ্পদি ইতিক-ইপা চাজদে খঙে। পাবীগদৌবিবা সহিত্যগী মহাও লৌবা হৈবীববা, অখঙ-অহে খ্বাই-খিবিক্লা মমুৎ-তানা নৈনবীবগা লেপ্পীগদবা ওইব্রা খঙে।

থোঙ-থাকপদা মমিং লৈববা পুজারিনা থোঙবা উৎসবকী চাক-য়েঙ্খাংবুদি পুন্নমক্লা লাংতক্লনা অমদি খৌবাংনা চাগদবগী শেম-শাদুনা ঙাইনবা হায়বসে মশানা অদুম তাজরবা বাফম্নি খঙে। অদুবু চাক্তি থোঙজনীংবা, পুজারিগী থাক্তি কয়া য়ৌজদবা মীদুসু নুংতিগী বার্তোন অমা লাক্লগা তোয়না পুজারি ওইবদি অদুম পাম্লমগদ্রা হায়না খঙে।

সহিত্যগী লমদসু পুজাবিগী থাক্তি কয়া য়ৌজদবা অদুগা সহিত্যগী পুজাবিদি ওইজনীংবা মীশকশু অদুম ময়াওরিবনি। অদুগুম্বা মীশকশিংদুগী মনুংদা ঐ ইশামকসু অমা ওইরমগদ্রা খঙবনি। থোঙবা কয়া হৈজদ্রসু থোঙদি থোঙজিল্লুরবা কৌবনিনা চাম্নবা মরুপ-মপাংশিংদা হায়জ-নোঙ্ঙবগা ঐনা

লাংজবা মথেল-লুক্কোয়দু চাবীনীংদ্রবসু খরা চাবীয়ু, হাউত্রবসু হাউনবা মরমদু হরাও-হরাও তাকপিরম্মু হায়জবা নত্তনা ঐগীদি করি হায়না পাউদমজগদবনো খণ্ডজদে।

লাইরিক অসিগী মরমদা ৱারোল খরদং ফোংদোকপীনবা হায়জরুব্দা মশাগী অচিনবা কয়াবু কাইথোকপীরগা হরাও-হরাও য়াবীরকখিবা ওজা ইবুংঙো প্রোফেসার আইঃ এসঃ কাঙ্জম, হেদ ওফ দিপার্টমেন্ট, হিন্দি বিভাগ, মণিপুর য়ুনিভর্সিতিবু হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎপা ফোংদোকচরি।

অরোইবদা ঐগী পুস্তিদা লমন তোনশিল্লগদবা মীশক খরদি লময়ানম্বা প্রিন্টর্স কোনুং লম্পাক, ইম্ফালগী মেনেজর ইনাও ইবুংঙো শ্রী তাওরেম মঙ্গী সিংহ, লাইরিক অসিবু কম্পুটরনা নম্বগী থৌদাং লৌবীখিবা ইনাও ইবুংঙো শ্রী নোংমাইথেম ওজিৎকুমার সিংহনি। মখোয়গী মতেং য়াওদনা ঐ ইতোমতনা অসিগুম্বা লাইরিক অমা নমলগা পুথোকপা হায়বসি ওইথোক্ররোইদবা ৱাফমনি। ৱাফম অমনা হন্দক্কী লাইরিক অসিবু প্রুভ তৌবদা মতেং চাওনা পাংবীখিবা শ্রী বীরেন হৈথম্বা, ইনাও অসিগী লমনসু তোনশিঙ্গরবনী। হরাও-হরাও লাইরিক অসিগী মখুম য়েকপীনবা হায়জরুব্দা য়াবীরকখিবা ঐগী ইশেন ইবুংঙো শ্রী আরঃ কেঃ থম্বালসন্না সিংহবুসু হাইনীংঙাই লৈতনা থাগৎফম থোকই খঞ্জে। অশোয়-অঙাম য়াওখিবা পুন্নমক অপাবশিংনা ৱারৌবীদনবা অরোইবদা অমুক্কা হন্না নোল্লুকচরি।

অদোমগী

ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ

# "পুকচেল"

ইমা লৈবাক মণিপুরসিদা চাউখৎলকপগী মৈতুং ইন্না ময়ায় ওইরপ চাউবা অনা লায়েংশঙ অনীখক লমদমসিগী রাজধনি ইম্ফাল সহরদা লৈরে। অমনা লমফেল পাত্তা লৈরিবা "**রিজনেল ইনষ্টিট্যুট ওফ মেদিকেল সাইনসেস**" অশম্বীদা '**রিমস**' অদুগা অতোপ্পা অমনা পোরোমপাত্তা লৈরিবা "**জবাহারলাল নেহরু হোসপিটাল**" অশম্বীদা '**জে. এন. হোসপিটাল**' অনীসিনি। ঙসি-ঙসিমক্তি লন্নাই ওইনা লিংখৎলকপা হোসপিটালশিং, ক্লিনিকশিং মশীং য়াম্না লৈরে অমসুং নোংম-নোংমগী হেনগৎলকপসু লেপত্রি। মখোয়শিংসিনা অনাবা য়েংবদা চাউনা শেন্দাল লম্বীগী ইন্দষ্ট্রি অমগুম্না চলাইবনিনা লৈজদবা, লায়রবা প্রজাশিংগীদমক্তি রিমস অমসুং **জে. এন. হোসপিটাল** অনীসিনা মশীং য়াম্লবা অনাবশিংগী লায়েংফম ওইরি। ঙসি ঐখোয়না মীওইবগী হকচাংগী মরুওইবা কয়াৎশিং, — মিৎ, চাকখাও, হার্ট, কিদনিনচিংবা শিনবগী ৱারী তারে। হকচাং অনী পুন্না শমজিন্নরগা পোক্লকপা অঙাং অনী খাইদোক্লবগী ৱারীসু তাখ্রে। খোঙ-খুৎ এক্সিদেন্টনচিংবদা ককখিবা হান্নগুম্না শেম-শাদুনা শীজিন্নবা য়াহনবা; মায়দা অমদি হকচাংগী য়েংবা নুংঙাইতবা মফমদা শোকখিবা, মৈনা চাকখিবগী দাগনচিংবা প্লাস্টিক সর্জরি তৌদুনা শেন্নগা হান্নগুম্না ফজহল্লে।

ফরবসু ফৎত্রবসু ইরমদমসিদা ঐখোয়গীসু পৈশা য়াম্না চংবা খুজু-খুৎলাই হেন্না ফবা ফংহনবমক ঙমদ্রগসু লমদমসিদা পোকপা, লমদমসিদা চাউবা ইরমদম মচাশিংনা ডাক্তর তমদুনা মখোয়না খঙলকপা, হৈরকপা লৌশিং, জ্ঞানশিং শীজিন্নদুনা লমদমসিগী লায়রবা প্রজাশিংগী পৈশা য়াম্না চংহন্দনা অনা-লায়েংবগী থবক তৌজবা ঙম্লে। ঐখোয় লমদমসিদা পুন্না খুন্দামিন্নরিবা চীংমী-তম্মী অনীমক্কী জাতি খুদিংমক্না খেন্নবা অমত্তা থমদনা থম্মোইশেংনা হোৎনমিন্নদুনা হোসপিটাল অনীসিবু অমুক্কা হেন্না ফগৎহনবা তঙাই ফদে। ঐখোয় মশেল তাথোক-তাশিন তৌনদুনা অরৈ-লৈত মতেং পাংনদুনা, লায়েংলিবা ডাক্তর অমদি অনাবা অনীগী মরক্তা লৈনরিবা মরীদসু হেন্না নুংশিনবা, ঐখোয় অমত্তনি হায়বগী ৱাখল পুরকপা

ঙম্লবদি অমুক্কা হেন্না ফগনি। ডাক্তরশিং অমদি নর্সশিংনা অহীং তুমদনা হোৎনদুনা লুরবা পুন্সি মাংবা য়াবা এক্সিদেন্ট, মৈহৌ-লাংপোক্তা শোক্লকপা অনাবা কয়াগী পুন্সি কনবীরিবনি। করিগুম্বা কান্দা মীওইবা হায়বসিদি শোয়বা হৌনবনিনা ডাক্তরশিংগী মরক্তসু অশোয়বা য়াওখিদুনা হিংবা য়াবা অনাবসু শিবা য়াওদবা নত্তে। মসি পূন্নমকসি চেকশিন্না থৱায় য়াওনা হোৎনবদা শোয়খিবা ওইরবদি মুন্না খন্থনরগা ৱারৌনবা তৌনদনা অমনা অমবু ঙাক্লদুনা ভাব-তানা য়াশিন্নবা চংই।

অসুম্না অনাবশিংগীদি লৈনীংদ্রবসু মতম খরগীদি তঙাই ফদনা চাউরবা য়ুম ওইরিবা ডাক্তরখানা অদুগা ডাক্তর অমদি নর্স, টেক্নিসিয়ান কয়াগীনা চাক্তাফম ওইরিবা হোসপিটালসিদা ফমুং কয়ানা অনাবশিংবু খুৎলাম তোয়না কৌবগুম তৌরি। নুংতি-নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক-নুংথিল, নুমিদাং খায়দনা অমগী মথংদা অমা; অমা চৎখি অমা লাকই তৌরিবা রিমস হোসপিটালসিবু উরুরগা পুক্নিংদা নুংশিবা পোকই। কনা অমনা অনাবা ফরগা নোক্না-নোক্না লৈহৌরিবা কাংবুদা নুংশিনা বীদাই পীরম্লগা চৎখি। কনা অমগীনা নুংশুক-নুংজাননা অশিবা, হকচাং ওইনা কুদা হাপ্লগা কপ্পা-কপ্পা ময়ুম লমদম পাংখ্রি। মসিনি হোসপিটালসিদা নুংতিগী থোক্লিবা থৌদোকশিংগী ৱারী।

**নম্বোলদগী** ইনাক খুনবা থিকাদার ৱাইখোম স্নাথোইগী নুপী কোম্বীরৈ কিদনিদা নুং লৈবগী অনাবা য়েংবগী রিমসকী সর্জরি ৱার্দতা মিং চন্দুনা লৈরকপা নুমিৎ ১৫ নি শুরে। কোম্বীরৈগী ওপরেসন লোইখিবা ঙসি মঙানি শুরে। মচানুপী শাবীত্রি মমাগী সেবা তৌদুনা চাক-ঈশিং থোঙ-থাকপগী থবক মানা তৌরি। শাবীত্রি ঙাংবা-শকপা য়াম্না ফৈ, মী কয়া কিদে। নুপীমচা অমা ওইবগী ইকায়থীবী ওইনা চীংলেম্না লৈবা হৈনদবগুম তৌই। খঙহৌদনা নোক্লকপদা মখোল য়াম্না হৌই। মীনা করি খল্লমগনি হায়বা থোইনা খন্থবা ঙমজদবগুম তৌই। মশানা ইথক-ইৱাং খরা পাম্না হৌরকপনা ক্লাস টেন তম্লিঙৈদা ইৱাংগী লাংদা থুরুরে। মাগা ক্লাস মান্নরকপা স্কুল অমত্তদা তম্মিন্নবা নম্বোল তুরেল খোঙবান্দগী - রাজেন কৌবা অমদা চেন্দুনা নুমিৎ নীনি লোত্তুনা লৈরুরে। মপা স্নাথোইনা উকিল অমগা তান্নদুনা চহী শুদবগী খুদোং চাবা লৌরগা খাইদোক্লখি। ইজৎ দাবীদা রাজেনগী ইমুংদগী পৈশা খরা ফংনবা হোৎনরুবদগী লৈকায়না শাবীত্রিগী মপা স্নাথোই পৈশাদা চোপ্পা মীনি ঙাংনবা তাখি। হৌজিক্তি ৱাফমদু কাউনবগুম তৌখ্রে।

রাজেন্দ্রসু শাবীত্রিবু মপাগী মতৌদুদগী অপাম্বা পোকখিদ্রে। মসিগী মতুংদা হৌজিক্তি শাবীত্রি বী. এ. লোইদুনা য়ুম অমুক পানবগী তাঞ্জা ঙাইরিবনি। নম্বোলদদি মীনা মাবু মশক মুন্না খঙলবনিনা কয়া পান্নদবগুমসু তৌরে। মশক ফজরবসু মপা স্নাথোইগী অমদি মখোয়গী ইমুংগী ময়ামদগী খরা তোঙানবা চৎনবী অমা লৈবগুম তৌবসিনা লৈকায়গী মীনা কযা তিন্ননীংদবগুম তৌই। ইমুংনদি নুপা তান-চাবা অমত্তং ফংলবদি হেক্তা লুহোংবীরগে, চহীসু য়ান্নক্লে খন্দুনা অউনপোৎ ময়াম অমা লাংবা লোইরবনি। শাবীত্রি মশানসু তঞ্জাদু য়েংদুনা লৈরকপনি।

মমাগী ওপবেসন লোইখিদুনা অনাবা নোংম-নোংমগী ফরক্লবনিনা য়ুমদা হনবগী মতম ঙাইরক্লবনি।

শোমদা থৌবাল হাওখাদগী ইবেমপীশক মমা থাবা গোল্ডব্রেদরদা নুং লৈবগী পুখৎলক্কুনা নম্বোলগী শাবীত্রিগী মমা কোম্বীরৈগী ফমুং পবেংদা ফমুং অনীখক্লা খল্লগা লৈ। নোংম-নীনি লৈমিন্নরবনিনা লৈশাবী অনীদু শক খঙনরে। পুন্না হৌনরগা মমাশিংগী হিদাক লৈবা, দুকান চৎপা, ঈশিং শোকপা, চাক-থোঙবনচিংবা তৌমিন্নৈ। লৈকায়গী, খুঙ্গংগী, মচিন-মনাও, ইমুং-মনুংগী ৱাবীনচিংবসু অদুম শানৈ। চহীসু লোনগা ওইনা তৌই। ইবেমপীশক্তি বী. এ. লোইরগা অন্দরগ্রেজুএটকী ওজা লৌনবগী অইবা চাংয়েংগী পরিক্ষাসু য়াওখ্রবনি।

মখোয় অনী ঙসিসু মখোয়-মখোয়গী চাক থোঙনবা স্টোপ্পচিংবা পুথোরক্কুনা ময়াম চাক থোঙনরিবা জগাদুদা লাকই। মখোয় অনী মৈ হৌগৎনবা থৌরাং তৌরি। ইবেমপীশক্কী স্টোপতি দোশিগীনি, থোইনা বেরা তৌদে। শাবীত্রিগী স্টোপ্তু ঙসিদি পিনসু তেকথোকখ্রে। ফু - ফা, ফু - ফা অমুক থাগৎলি য়াদে, অমুক থাগৎলি মুৎলি তৌদুনা লৈরে।

শোমদা নুপামচা মঙলেমজাও মপা নাবগী মাসু মপাগী সেবা তৌদুনা নুপাগী সর্জরি ৱার্দতা লৈবনি। মাসু মপা-মচাগী চানবা চাক-ঈশিং থোঙ-থাকপগী থবক মানা তৌরি। মাগীদি স্টোপ্তু পিন্না নীংথিনা থিন্দুনা মৈদু ফজনা চাক্কুনা চেং শুখ্রে।

শাবীত্রি মৈদু ফু-ফা, ফু-ফা তৌবদুদা পিনগা তেকখিবগা চাক্তু থোঙবা য়াদ্রে। মাদি হান্নসু খরগা কেনা হৌরকপনা চাক কয়া থোঙলক্তবা জাৎনি।

মঙলেমজাও লৈশাবী অমনা রাজরিবদু উবদা নুংঙাইতবদি ফাওরগা হংবদি ইকাইদুনা হংলমদে।

শাবীত্রি হান্নদগী মী কিগন্দবা ওইনা তৌবদুদা মঙলেমজাওদা ওনশিল্লগা

— "তামো! স্টোপসি অমুক্তা শেম্বীয়ুবা?" মঙলেমজাওনা

— "অশেংবকাদি নত্তেকো?"

— হোসপিটালদবু কদাইদগী অমাং-অশেংনোদা তামো!"

— "চন্দোল ফজনা থিনবগা য়াওবদুদা!"

ইবেমপীশক্কী মমায়দা চন্দোল থিনবদো মঙলেমজাওনা উখ্রমাল্লে। ইবেমপীশক মাবুনি হায়বা খঙবগুম তৌই। লৈশাবী ওইবনিনা পাখঙ অমগী রাঙাংদু ভাব খরহেক তাবগুমসু তৌই।

মঙলেমজাও মাগী স্টোপকী পিন্দু লৌরুরগা নীংথিনা পিন্দু থিন্দুনা শেম্বদুদা থাও ফুল্লম্বদু হোরবনিনা স্টোপ্তু মৈ নীংথিনা চাক্লে। নুংশিৎ খরা হানবীরগা

— "য়ারনি য়েংবীরো!"

লৈশাবী অনীদুগী মশক্লগা ইফ-হেক ফজবদুদা মঙলেমজাওদু করিগুম্বা খরা খঙনীংবা পোক্লুরমাল্লে,

— "শোম্বু করি লৈকায়দগী ওইবীরবনো?"

— " ঐবুরা তামো? নম্বোলদগীনি।"

— "ও! শোমগী ইমান্নবীগীদি?"

ইবেমপীশক ঙসাই মঙলেমজাওনা "চন্দোল ফজনা থিনবগা য়াওবদুদা" হায়খিবা রাহেদুনা মাগী থম্মোইদা করিগুম্বা খরদি কাইহৌরকপগুম তৌখ্রবনি। নোকমি-নোকমিদি তৌরগা ঙাইহাক খুমদনা লৈথোক্লে। মদুনসু মঙলেমজাওগী মফমদা হেন্না খঙনীংবা পোকহনবগুমসু তৌরুরমাল্লে।

— "অরেম্বগী হংজরুবা হায়বদুনি।" শাবীত্রিনা

— "হিংচাবী! কোক খুম্বা য়াদ্রা?" হায়রকপদুদা

— "ঐদি থৌবাল হাওখাদগীনি!" হায়রকই। শাবীত্রিনা

— "তামোদি?"

— "ঐদি খোঙহামপাৎতগীনি।"

— "অদুদি খাগা ঝাংগা তারেনে!" হায়রগা শাবীত্রি হৌনা নোকই। মঙলেমজাওনা খল্লি — "মসি খরদি খেঙনা উইদা, করিসু লৈতবসিদা কয়াদা হৌনা নোক্লিবা!"

মঙলেমজাও শোমদা স্টোপ শেম্লুবগী মখুৎতু ঈশিং থাদুনা হামলিঙৈদা মাগী চফুদো শৌদুনা পাথরে। ইবেমপীশক তাঞ্জা খঙনা চংশিন্দুনা মঙলেমজাওগী চফুদো স্টোপ্তগী মখাদা থাংথে। স্টোপকী মৈদু খরা লৈথরগা পীকহল্লি। চফু মহীদু চাং য়েংলগা খরা চিথোক্লগা নীংথিনা নীকশিল্লগা য়াইবীরে। ইবেমপীশক্লা তৌরিবদু মঙলেমজাওসু চেকশিন্না য়েংই। শাবীত্রিনা

— "তামো! ঙসিদি তামোনা স্টোপ শেম্বীবগী য়েঙ্খাং লান্নশিকো! "মঙলেমজাওদু য়াই-য়াই হায়বদগী মখা অমুক তাখিদ্রে।

শাবীত্রি মখা তানা,

— "তামোসি ঐ হান্না উখিবগুম তৌরেবো!"

— "ঐবো?" মবুক্তা খল্লি, মসি মখা য়ান্না তারক্কদৌরিসে পবারবু য়ান্না লৈবগুম তৌইদা!

— "তামো সিনেমাকা য়াওবীব্রা?"

— "কদাইদৈনোদা?"

— "শুমাং লিলাদি?"

— "য়াওদেদা!"

— "ঐনা উখিবদুবু, টি ভিদরা, কদাইদনো, ঐ অশেংবগী তামোবু শোয়দনা উখ্রে।"

— "ঐদি শান্নবা য়াওবনি, ৱেস্ট বেঙ্গলগী কোলকটাদা লৈবা 'মোহন বগান' হায়বা ক্লবতুদা ফুটবোল শান্নবা য়াওই।"

— "চুম্মে, চুম্মে। ঐনা হায়বদুনি, ঐ শোয়দনা তামোবু উথ্রে হায়জবদু, ফুটবোল শান্নবদা উখিবনি। অদু তামোগী মিংবু করি কৌবগে?"

— "মিং খণ্ডদ্রসু য়াবদুবু, নোংম-নীনিখক উনবসিদা!"

— "তামোসি মপোৎ য়াম্না লিক্লমগদবা মল্লিবো? চুম্না খঙনীংদুনা তৌবনে?"

— "ঐগী মিংদি অনী শুই,— য়ুমগী মিংনা মঙলেমজাও অদুগা শান্নবগী মীনা খঙনবনা কেনেদি।"

— "চুম্মে, ঐনা তাখিবদো কেনেদি হায়বা ওইরমাল্লে তামো!

— "অ.... তামোবু কৈয়ুম্নো?"

— "ইচনগীসি য়াম্না কন্না হেক্তা তকখৎলকইকো! ঐদি খুমগদববু ইকাইজরে। খুরাইজমনে!"

— "অদু ইচনগীদি?"

— "ঐগীদি ঋাইখোমনি।"

— "অদু, হংনরবনিনা লোইনবা হংনরসি, ইমান্নবীগীদি?"

ইবেমপীশক্তু হন্দকমুকসু মাগীদি হায়দোকপা ঙমজরোই, ইকাইজৈ হায়দুনা লৈরে।

— "করিগীনো ইচন্না মীনা থৌনা অসুক য়াম্না ফনরগা য়ুম্নাক, লৈকায় হংবদা য়াম্না পাম্মুবগুম তৌরিবসিবো? হায়দোক্কনু হায়বা কনাগুম্বগী য়াথংকা লৈখ্রবজাৎলা?"

শাবীত্রি হন্দকমুকসু য়াম্না হৌনা নোক্লগা —"কোক খুম্মো, হিংচাবী।" হায়রগা ইবেমপীশক্কী মনঙন্দা পোপ লাওনা থাই। ইবেমপীশক ইতপ-তপ্না,

—"ঐখোয়গীদি চাক চারিঙৈদা পল্লবদি কনাগুম্বদি চাক-চাবা তৌক্লে হায়নরিবনি। থিয়ামনি।"

—"এ! অদুবু কৈদৌএগে! থিয়ামদি হৌজিক্কানদি মমিং য়াম্না চৎপা য়ুম্নাক্কি। 'বতন থিয়াম', 'শরটচান্দ থিয়াম', থিয়াম মক্তনি ফাওরিবশিংসে। অদু লৈকায়, লৈফম য়ুম্নাক্তি খঙলগা মরুওইবা মিংদি খঙদ্রিকো!"

—"ঐখোয়দি মিং তাকপা ফাওবদি লিকচরোইদা! শাবীত্রি কৌই।" শাবীত্রিদু মিং হায়বগীসু মনোকই।

ইবেমপীশক হন্দকমুকসু মাগীদি পাক্লা তাক্লে।

— "ইচন্দি খরা ইকাই থীবীগুম তৌইদা!"

— "শাবীত্রি! নং খরা হায়বীখ্রো?"

— "ইবেম্মা! নমিং তাকপবু পাম্মুব্রা" হায়রকপগা মপা চানা চফু পাথবা উরুরে।

— "হে! ইবেমপীশক! নংগী চফু পাথরে।"

মণ্ডলেমজাও —"খণ্ডঙে, খণ্ডঙে, 'ইবেমপীশক' হায়বা নৎত্রো? ইবেমপীশক হায়বা মিংসি য়াম্না ফজবা মৈতে নুপীগী অশেংবা মিংনি।" পাখণ্ড লৈশাবী অহুমদো অহানবা শক খণ্ডনবগী নুংঙাইবনা মথুম-মরাং হৌবগুম তৌরে। ব্বারী খরা শানবা হৌরবনিনা ইবেমপীশক ইকায়বা খরা ফবগুম তৌরমাল্লে, ব্বা ঙাংবা হৌরক্লে।

— "তামো! করিগুম্বা অমত্তা হংজগে? তামোবু কনা ঙমদবগী লাকপীবনো?"

— "ঐবুরো? ঐখোয় বাবাগী অপোম্বা য়েংবা লাকপনি। ডাক্তরনা হয়েং থাং থাগনি হায়রি।"

ব্বারী ঙাইহাক শানরম্বদগী মখোয়-মখোয়না থোঙলিবা চাক্কুদা মায় অমুক ওনশিন্নখ্রে। থোঙবা লোইরবা চাক্কু মাগী মাগী বেট তানা অমুক পুদুনা চৎনখ্রে।

মণ্ডলেমজাওগী মপাবুং তোমালগী অপোম্বা থোইনা লুবদি নত্তে। অদুবু নুমিৎ খরনিদি হোসপিটালদা লৈতবা য়ারোইদৌরি।

শাবীত্রিগী মমা কোম্বীরৈগীদি য়ুমদা হনবগী মতম পীরকপা ঙাইদুনা লৈরবনি। মখোয়দি ইনাকসু খুনবনিনা শেন-থুমগী অব্বাবা অমত্তা উদে।

ইবেমপীশক্কীদি মমাগী ওপরেসন তৌননবা ডাক্তরনা নুমিত্তি লেপ্লবনি। মবুং ধীরেন মপান্দা সিফাই খন্দুনা চেন্নাইদা লৈবনি। মমা নাবগী পৈশা থারক্কনি

হায়রগা মবুংনদি লুপা লিশিং তরা থাগ্রে হায়রগা শোমদা মচন নুপীনা ফংদদুনা ঙাইরিবনি।

নুমিদাংগী চাক তোক্লগা ইবেমপীশক্না শাবীত্রিগা পি সি ওদা ইবেমপীশক্কী মবুং ধীরেন্দা পৈশাগী মরোলদু ট্রঙ্ককোল তৌরগা অমুক্তা হংসি হায়দুনা মখোয় অনী লাকমিন্নে। মতমদু মণ্ডলেমজাও টেলিফোন বুটতা চংদুনা টেলিফোন তৌদুনা লৈরম্মী। মাদি মাগী মোহন বগানগী শান্নগদবা নেসনেল লিক রাউন্দগী প্লে খরা মথং হাপ্তাদগী লৈরে, মদু নংনবা লাক্তবা য়াদে হায়রকপদা মাসু শোয়দনা লাক্লবা হোৎনগে হায়বদু শাবীত্রিগা ইবেমপীশক্কসু মপান্দগী ৱারীদু খরা হৌনা শানবদুদা তায়। মণ্ডলেমজাও টেলিফোন তৌবা লোইদুনা পৈশা পীরম্নগা বুটতগী থোরক্নে। ঙসাই চাক থোঙফমদা থেংনখিবা লৈশাবী অনীদু উবদুদা মায়থোংশিংদু মোমোন-মোমোন নোক্লগা কৌনৈ। শাবীত্রিনা

— "তামো! টেলিফোন তৌবীরম্মীরো?"

— "হোয়, নখোয়সু টেলিফোন তৌদোইরা?"

— "ইবেমপীশকখোয়গী দাদাদা টেলিফোন তৌরুসি হায়দুনা লাকপনি।"

ইবেমপীশক টেলিফোন বুট মনুংদা চংদুনা টেলিফোন নম্বর মথং-মথং নম্মী। লাইন ফংদুনা মবুংগা ৱারী শাবা হৌরে।

মণ্ডলেমজাও ঙাইহাক লেপ্তুনা মখোয় অনীবু মপান্দা ঙাইদুনা ৱারী শানরিবদু তায়।

"হল্লো! হল্লো, দাদা! ঐনে, ইবেমপীশক্নে। দাদা! নংনা থাগ্রে হায়বা পৈশাদু হৌজিক ফাওবা ফংদ্রি। ইমাগী ওপরেসনদি তাং তরামাথোইদা লেপ্লে। হিদাক-লাংথক লৈনবা লুপা লিশিং অনী থৌরাং তৌ হায়রি। ঈ পীনবা মীশু ঐখোয় ইচে বালাদা খরা থীরকউ হায়খিবনি, মাসু লাক্তে। ডাক্তরদসু থৱায়-য়াওনা তৌবীনবা পৈশা খরা ওপরেসন তৌগদবা নোংমা ৱাৎলিঙৈদা থিন্নে হায়। ঐদি খুত্তা লুপা চামঙাদগী হেন্না লৈত্রে। পৈশা পুফমসু খঙদে। দাদা! নং য়ারবদি অমুক্তং থোক্লকপা য়াব্রা য়েংবীয়ু! থন্নগে?"

ইবেমপীশক বা ঙাংনা-ঙাংনা মপি তারকপদু তৈথোকই।

মণ্ডলেমজাও ইবেমপীশক্কী মতৌদু উরুবদা নুংঙাইতবা পোক্রম্মী। মাদি

মাগী টেলিফোন তৌবা লোইরগা চৎখিবা য়ারবনি। অদুবু লৈশাবী ঙাক্তা মতম ফত্তবসিদা খঙনরুরবা কৌবনিনা ঙাইহাক ঙাইরগা থিনজিনবীরমসিরা খন্দুনা লৈবনি।

মখোয় অনীসু মঙলেমজাওনা মখোয়বু ঙাইবদুদা থোইনা নুংঙাইবা পোকচৈ। ইবেমপীশক্কী ৱারী শাবা লোইরগা শাবীত্রিসু ময়ুমদা টেলিফোন লৈ, গাড়ী লৈ হায়বদু মঙলেমজাওদা খঙহন্নীংবদগী মরম ইরৈ লৈতনা মপাদা টেলিফোন তৌই। হংচিৎ নুংথিলদা পুং অহুমগী অদুৱাইদা মখোয়গী টাটা শুমোদু খবা থাবীবকউ হায়খিবা মঙলেমজাওনা তাহৌই। টেলিফোন তৌবা লোইদুনা মখোয় অনী পৈশা পীগে তৌই। মঙলেমজাওনা ঐ পীরগে হায়দুনা মানা ওইনা পীরে। মঙলেমজাও ইবেমপীশক্তা ৱাদি হংনীংলগা হংবদি ঙমদ্রে। মা খুদক্তা ইবেমপীশক্কী ইমুংগী ৱারী চাউরাকপা অমদি খঙবগুম তৌরে। মাগী থম্মোইদা ঙসাই ইবেমপীশক্না থম্মোই শোক্না মবুংদা হায়খিবদু তাহৌবদুনা মাবু হেন্না লাংতক্নহন্লে। য়ারবদি মা ইবেমপীশক্কীদমক্তা থম্মোই শেংনা মতেং পাংনীংলে। ৱাখল খন্না-খন্না হংবা ঙমদনা নুপীমচা অনীদুবু মখোয়গী লৈফম তান্না থিনজিনবীরন্নগা মঙলেমজাও মাগী বাবাগী মনাক্তা চংখ্রে। মানা খল্লি, "ঐ হয়েং অয়ুক মখোয় অনী চাক থোঙবগী থোক্রুকপদা শোয়দনা হংলগে।"

অশোমদা লৈশাবী অনীদুসু মঙলেমজাওগা থেংনরুবগী অনৌবা ৱাখল অমমমগা লোইননা হোসপিটালসিদা পুন্সিগী তোপ-তোপ্পা মহাও অমমম ফংজদুনা থেংজিল্লক্রবা মতমদুদা মমা-মমাগী মনাক্তা চংলগা তুম্নখ্রে।

নোং অমুক ঙাল্লে। শোমদা ঙসিদি মঙলেমজাওগী মপাবুং তোমালগী অপোম্বা থাং থাগদৌরি। পাউদি নুপীমচা অনীদুসু হান্না খঙলবনি। মঙলেমজাও মপাবুংগী ওপরেসন তৌগদবা লৈবনা মপাবুংদি চাক চাররোই, মাদি ঙসিদি হোটেলদা চারগে খল্লি। ওপরেসন থিয়েটর মমাংদা শাবীত্রিগা ইবেমপীশক্না হৌনদুনা লাকই। মঙলেমজাওদা মখোয়গী পাবুংগী ওপরেসনগী মরমদা হংনীংবা মাল্লি। মঙলেমজাওসু ওপরেসন থিয়েটর মমাংদা লেপ্তুনা লৈরম্মী। অনাবদি হান্না ওপরেসন থিয়েটরদা পুশিল্লম্লে। শাবীত্রিনা

— "তামো! তামোখোয়গী পাবুংবু ওপরেসন থিয়েটরদা পুশিনগ্রব্রা?"

— "হোয়, পুশিনখ্রে।"

— "তামো! অদু চাক্তি ঐখোয়গী থোঙবদা হাপ্লগে?"

— "য়ানিদা, হাপ্লুগনু! ঐদি হোটেলদা ওইনা চারগে।"

— "য়াদে কৈশু, হাপ্লদৌনিকো"! হায়রল্লগা মখোয় অনী নোক-নোক্তুনা হন্নখ্রে। নুংতিগী তৌবগুম স্টোপ, কোল-লিক-পুখোক্তুনা, ঈশিং শোক্লুদুনা চাক থোঙবা হৌখ্রে। মঙলেমজাওগী চাক হাপকে হায়বদুদা খরা হাউনবা ঙা কা য়াল্লা থাক্তুনা থোঙলি।

ইবেমপীশক্লা

— "শাবীত্রি নংগী য়েঙ্খাং থোংলবনিনা ঐগীদি ইরোনবা অমগা কাংহৌ অমগা তৌরগে?"

ৱারী শানা-শানা থোঙবা চাক্তু লোইশিল্লক্লে। পুং তরামাথোইগী অদুৱাইদা লৈশাবী অনীদু হৌনদুনা ওপরেসন থিয়েটর তানা লাকই।

মঙলেমজাওগী পাবুংগী ওপরেসন তৌবা লোইদুনা মাগী সর্জরি ৱার্দতা লৈবা ফমুং তানা ট্রোলিদা অনাবদু ইল্লগা পুখ্রে। নুপীমচা অনীদুসু সর্জরি ৱার্দতা মঙলেমজাওগী পাবুংগী লৈফম থিরকই। কোন্নথংদা কা অমদা নর্স অনীনা শেন্নদুনা ড্রিপ কাপ্লিবা অদোমদা চংলক্তুনা মঙলেমজাওগা উনরে। শাবীত্রিনা

— "তামো! চাক্তু সিদা ওইনা পুরক্লগে? শারিঙৈদা চাথোকপীহৌবনা ফরনি।"

— "নখোয় অনীনা পঙৱাদা ৱাবীরে, ঐদি হাপ্লুরনু হায়রগা!"

শাবীত্রি, — "ঙসি নোংমা চাক-চারা অমখক হাপ্লবু ৱাবা কৌগদ্রনে?"

ৱাহৈদু হায়রল্লগা মখোয় অনী চাক লৌবা চৎখ্রে।

অনাবদুদি থোইনা লুবা নত্তবনিনা ৱারী শানবা, ৱা ঙাংনবা অদুম য়াই। নুপীমচা অনীদুগা মচাগা ৱারী শানখিবদু তাহৌবদুদা মঙলেমজাওগী বাবা তোমালনা হায়রকই,

—"হৌজিক লাক্লস্বা নুপীমচা অনীদুবু করি লমদগী, কনাগী মচানো? নংগা হান্না খঙনব্রা?"

মণ্ডলেমজাও, — "মখোয় সিদা লায়েংবা লাকপা মমা মমা নাবগী সেবাগী য়াওরকপা ওইরমাগ্নে বাবা! অমনা নম্বোলদগীনি হায়, অদুগা অমনা থৌবালদগীনি হায়। ঐগী চাকশু মখোয় অনীনা হাপ্পীরে, সিদা থিল্লকে হায়রম্বনি।"

— "মশকপু অনীমক ফজেনে! নংগী চাক হাপ্পীরিবা! মরম মোকইদা!"

ঙাইহাক লৈরগা নুপীমচা অনীদু টিফিন কেরিয়ার অমা পুরগা লাকই। মণ্ডলেমজাওগী মনাক্তা টিফিন কেরিয়ারদু থল্লগা

শাবীত্রিনা, — "তামো! হাউবা-হাউতবা নোক্লবীনুকো! থমজরম্মগে?"

অসি হায়রম্লগা প্রপ-প্রপ মমা মমাগী মনাক্তা চৎখ্রে। মমা মমাগী মনাক্তা চংলগা মাগী-মাগী চাক শেমদুনা চামিন্নখ্রে। চাবা থকপা লোইরগা কোল-লিক অমুক পুথোক্কুনা ফেংলুরে। ঙাইহাক ফক অমা তিংথোক্কুনা থারগা ফক্তুদা ফম্লগা ৱারী শারিঙৈদা উইনীংলক্কুনা মখোয় অনীমক ঙাইহাক তুমথোকখ্রে। তুম্লুবা হৌগৎলকপদা শাবীত্রিগী মমাগী হিদাক ৱাৎলমদুনা ফার্মাসিদা হিদাক লৈবা অমুক থোক্লকই। হিদাক লৈবা চৎপদা দুকান্দগী থুম-থাউ, আলু খরসু লৈরক্লে। মখোয় অনীগী মবুক্তা মণ্ডলেমজাও খণ্ডনরুবগী হায়ফম-তৌফম খণ্ডজদনা নুংঙাইবা অমসু পোক্লবগুম তৌরক্লি। চাক থোঙবসু থৱায় খুৎয়াও অমা তৌখরে। নুমিৎ অমুক তাশিল্লক্কুনা স্টোপ, কোল-লিক পুথোরক্কুনা চাক থোঙনবা অমুক শেম-শারে।

মণ্ডলেমজাওদু মখোয়গী বাবাদু চাক খরা পীজবা য়াৱা য়েংগে হায়দুনা চাক থোঙবগী থৌরাং তৌরগা থোক্লকই। মফমদুদা হান্ননা লৈশাবী অনীদু লৈরমদুনা অমুক থেংনররে।

শাবীত্রি —"তামো! তামোগী চাক্তু ঐখোয়গী থোঙবদা হাপচরগে, তামোনা কৈদৌবগী চাক থোঙদৌরিনো? নুপীনা থোঙবনা হাউবসু খরদি হেনগনিদা!"

মণ্ডলেমজাওসু মখোয় অনীগী ব্যবহারদুদা হোয় হায়বা নত্তনা উপাই করিদি লৈরি। অদুবু মণ্ডলেমজাওগী পুক্নিংদা ইবেমপীশক্তা হংনীংবা ৱাহং অমদি অসুম থম্মোইদা ঙংদুনা লৈবগুম তৌরি। মা ইবেমপীশক্না টেলিফোন তৌরিঙৈদা শীঙ্খিবা ইবেমপীশক্কী মিৎলুগী পিরাংদু ইবেমপীশক উবগা হেক্তা নীংশিংলকই। ইবেমপীশক্কী মনাক-নক্না চংশিল্লগা মচিন কাংথোরক্লে।

"ইবেমপীশক! নং লান্না খনগনু! ঐ নংনা ঙরাং টেলিফোন্দা নখোয়গী দাদাদা হায়খিবা ৱারোলশিংদো খরা তাহৌই। নখোয়গী ইমাগী ওপরেসন তৌগনি হায়বদুবু পৈশা কয়াম ৱাৎকদবনো?"

ইবেমপীশক ইকাইরপ তৌনা — "ৱাৎলোইদা তামো! ঐখোয় ইচে বালানা পুরক্কনিয়ে!"

— "নখোয় ইচে বালানা করমকান্দা লাক্কোইবা?"

— "হয়েং অয়ুক লাক্কনি হায়রম্মী।"

— "অদু, নখোয় ইচেনা পুরক্রুবদি কমদৌবা?"

— "পুরক্রগদি দাদাগী পৈশা লাকপা ঙাইবা তাবনি।"

— "ওপরেসনবু হংচিৎ তৌগদবনি হায়বদাইনে?"

— "হোয় তামো!"

— "অদু নং ঐবু লান্না লৌগনু! ঐগী পৈশা খরা য়ুমদা লৈহৌই। ঐ হয়েং অয়ুক ঙন্না পৈশাদু লৌরুরগা নংঙোন্দা শিন্নগে। য়ারগদি নখোয় ইমাগী ওপরেসনসে তৌহৌশি! নখোয় দাদাগী পৈশা থাখি হায়বদো ফংলবা কান্দা হেক হঙ্জিল্লক্কো!"

শাবীত্রি মণ্ডলেমজাওনা ইবেমপীশক্তা য়ান্না পুকচেল চাউনা লুপা লিশিং তরা লৌরুরগা পীগে হায়বদু তাবদা মমায় ঙাংশিল্লকপগুম তৌরকই। মানা খল্লি, "করিনো তামো মণ্ডলেমজাওসিবু ইবেমপীশকপু তশেংনা পান্নবজাৎলা? করিগুম্বা মানা পৈশাদু লৌরুদুনা ইবেমপীশক্তা পীখ্রবদি মখোয় অনীগী নকশিন্নবগী লম্বী অমদি শোয়দনা শেমখ্রগনি হায়বা ৱাখলদা ঙাইহাক উংবগুম তৌরুই। মণ্ডলেমজাওনা মখা অমুক তারকই "ঐ ৱারী অমখক লিগে — ঐখোয় ইমাদো য়ান্না কন্না নাবা মতাং অমা য়াওখি। মতমদু ঐখোয় য়ান্না নংলিঙেনি। ডাক্তরনা ওপরেসন তৌশি হায়বা নুমিত্তা পৈশা লৈতদুনা তৌবা ঙমখিদবদগী ডাক্তরনা থৌওই-ৱাওইনা তৌবীখিদবদুনা মমৈদা অনাবা অসুম-অসুম হেঞ্জিল্লকখি। ওপরেসন তৌবগী কান্নবা লৈররোই হায়রবা মতমদা পৈশা খরা পুবা ফংখি। অসুন্না কোন্নথংদা ওপরেসন তৌদনা ঐগী ইমাদো লৈখিদবনি। য়ান্না নীংঙমহৌদে। নং ঐনা হায়রিবসিদা মুন্না থাজৌ। পৈশানা মী লৈবা ফংদবনি। ঐ ঙসি ঐগী নুংশিবী ইমাদো পৈশানা লৈবা ফংগদ্রা? অদুগা অনাবদি ঙল্লিঙেদা

লায়েংহৌবনা খ্বাইদগী ফৈ হায়নরিবনি। ঐখোয় অমনা অমবু মতেং পাংনদনা কন্নানা মীওইবগী মতেং পাংলগনি?"

শাবীত্রিনা খল্লি, —"ইস! করি করম থোক্লগবা? মখোয় অনীগী মরীসি করম্না অমুক্তং থুগায়সিগে!"

ইবেমপীশক তুমিন্না বা ঙাংদনা হোয়সু হায়দে, মাইসু হায়দে লৈখ্রে। অদুবু মণ্ডলেমজাওনা মমিৎতা মপি ইরা চেন্না তমখিবা ৱারীদু মা মুন্নদি তাখি। ৱারী শানা-শানা থোঙলিবা চাক্তু লোইদুনা থিরগা চৌবী খরসু ইবেমপীশক্না মণ্ডলেমজাওগী বাবাগী থোংবীরে। চাক থোঙবা লোইরগা মখোয় অহুম মণ্ডলেমজাওগী বাবাগী বেট তানা চাক-য়েঙ্খাং পুদুনা লাকমিন্নরে। তোমালনা চানবা চৌবীদি ইবেমপীশক্না থোঙবনি। অদুবু থৌনা লৈবা শাবীত্রিনা খরা হেনবনা — "পাবুং! চৌবী থোংবনি খরা চাবা য়াব্রা য়েংশি" হায়ররে। তোমালদু লৈশাবী অনীদুনা হরাউ-হরাউ তৌবদুদা চামচতু পায়রগা চৌবী থোংবদু অমুক অনীরক কোৎলগা চায়। য়াম্না হাউবদুদা ফনা য়াম্না চারে। অহলদু পীজবা লোইদুনা কোল-লিক লোইশিল্লগা শাবীত্রিনা

— "পাবুং চাবা য়ারবদি হয়েং অয়ুকসু থোঙলগা থিঙ্গরক্কে?"

— "ইচাশিংনা পঙবাদা ৱাবীরে।"

— "করিগী ৱারুনি হায়গে পাবুং! নোংম-নীনি লৈমিন্নবদা অঙম-অঙম্বা মতেং খরা পাংনববু।" অসি হায়রম্লগা মখোয় অনী কোল-লিক পুরগা ফেংনবা অমুক চৎখ্রে।

তোমালগী পুক্লিংদা নুপীমচা অনীদুবু মচানা খোয়দাবা অমদি য়াওরবজাৎলা, মশক্তি অনীমক ইফ-হেক ফজে, অমত্তং ইমৌ ওইরবদি, অমা হেক্তা য়ারেদা খল্লি। মানা য়াম্না হাউনা চাখিবা চৌবীদু কন্নানা থোঙবনো হায়বদি খল্লুদে। নাবা ফরগা মচানুপাদা হায়নরগা অনীদুগী মরক্তা অমা হেক্তা পুরক্লো হায়গে, মসি মাগী আশানি। মাগী অনাবদুসু ৱাখল নুংঙাইবদুনসু ওইবা তাই, চীকপা-নাবা খরদি ফবগুম তৌরে।

মণ্ডলেমজাওসু অশোমদা নুপীমচা অনীনা মখোয়গী বাবাগী চাক-ঈশিং থোঙবীদুনা, পীজ-পীথক নীংথিনা তৌবীবদুদা মাসু নুপীমচা অনীদুগী মমাশিং ফিমেন ৱার্ডতা উনবা লাকই।

— "ইমা নচা লাকচরিয়ে" হায়না মাগী মশক তাকচৈ।

শাবীত্রিগী মমা কোম্বীরেনা

—"ইবুংঙো। ইবুংঙোখোয়গী বাবাবু খরা কল্লব্রা?"

— "কল্লে, ইমা! শাবীত্রিগা ইবেমপীশক্না চাক-য়েঙ্খ্লাং হাউনা থোঙদুনা পীজবদুদা ঐখোয় বাবাদি চাকপু য়াম্না চারে। অনাবকা অমত্তা নীংশিংখিদ্রে। খঙদে, ইচল অনীগী লমন য়াম্না তোনশিল্লে।"

— "অদু ইবুংঙো! নোংমা ফাদোক ঐখোয়গী নম্বোলগী য়ুমদসু কোয়রকউ! ঐখোয়গী নখোয় পাবুংগসু শক খঙনরো! চাক চারা অমত্তসু চামিন্নসি!"

"হোয়! ইমা মতাং-চাবদা নোংমা শোয়দনা লাকচগে?" মথং-মথং নম্বোলগী লৈকায়, খোঙহামপাৎকী লৈকায় অমগা অমগা তারুদুনা খঙনরে।

মঙলেমজাও ইবেমপীশক্কী মমাগী মনাক্তা চংদুনা মান্নবা ৱারী কয়া অমসু শানরুরে। থেংজিল্লক্লবদুদা নুমিদাংগী রুটিন চেক-অপনচিংবা লাকপদুদা মঙলেমজাও অমুক চৎলগে হায়রম্লগা মাগী বাবাগী মনাক্তা হনখ্রে।

ঙাইহাক লৈরগদি অনাবশিং অয়াম্বা তুম্নবা হৌখ্রে। সেবারি লাক্রিবশিংসু মাগী-মাগী তুমফম শেম্বা লোইদুনা ঙম্নমক তুম্নখ্রে। লৈশাবী অনীদুসু গুড-নাইট হায়নরগা মমা-মমাগী মনাক্তো তুম্বা চংখ্রে। তুম্বদি চংখ্রে হায়ব্বু তুম্বা য়াদনা ফমুংদা হোসপিটালগী মরুপ মঙলেমজাওগী অমদি মাগী বাবা তোমালগী ৱাঙাংশিংদু নীংশিংলুরগা ৱাখল নুংঙাইনা খন্দুনা তুম্বা থেম্লি। লাংলম্বা নিল্লম্বা ময়ামদু তপ্না-তপ্না মখোল তাখিদ্রে। নর্স খরনা অহীং য়ায়রেক্তুনা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলিবদু নত্তনা অতৈদি লোইনা পোৎথাখ্রে। অদুবু মীয়ামদুগী মরক্তা ওপরেসন তৌরম্বগী অনাবা ফাথনবা থাখিবা হিদাক্কী ময়াইদু হম্থখ্রগা অনাবা অমুক ফাওরক্লুনা কনাগুম্বী অমদি কন্না নাহেরি, চৈনাখোল খাঙলি। মাগী সেবাগী শেম্নরিবা মীদুগা নর্সতুগনা চৈনাখোলদু খাংবা ঙম্নবা হিদাক অমা কাপ্নবা হোৎনরি। হিদাক কাপ্লবা তুংদা হিদাক্তুগী ময়াইনা অনাবদুবুসু ঙাইহাক্তংগী ওইনা অহীং লাইরেম্বীনা শুম্বীখ্রে।

# "অনীশুবা"

হোসিপিটালগী শাইজিন-শায়াদা য়াইরেক্লেম্বা য়ুমগী উচেক মচা শেল্লাংশিংনা নোংপোক থংবা অতিয়াদা নুমিৎকী মশেক-মঙাল হাইফেৎ লাকপা উরকপদা চ্রিক-চরাক-চ্রিক-চরাক খোঙবা হৌরক্লে। মচিন-ময়া শেংদোকপা অমদি মমায়-মমিৎ তাথোকপা লোইরগা ইবেমপীশক ধুপ অমা থাদোকই। মমান্নবী শাবীত্রিসু হৌগৎলক্তুনা মথৌ লোইশিল্লি। ইবেমপীশক স্টোপ্তু থাগত্তুনা চা-খরা লোল্লগা ফ্লাস্কতা হৈজিল্লি। মমান্নবী শাবীত্রিগা হৌনরগা ফ্লাস্কতু পুরগা মঙলেমজাওগী বাবাগী বেট তান্না লাকই।

মঙলেমজাওসু মচিন-ময়া শেংবা লোইরগা মাগী বাবাদা য়ুমদা অমুক্তং চৎলুরগা থুনা হল্লক্কে, য়ুমদা চত্তবা য়াদবা থবক অমা লৈরে হায়না মফি হোংদোকপা লোইরকপগা ইবেমপীশক্কা শাবীত্রিগা য়ৌরকপগা মপা চানরুরে। ইবেমপীশক্কা চাদু গিলাসতা হৈবা হৌরকপদা মঙলেমজাওনা হায়রকই— "নখোয় অনীগী লমন-শিংবা ঙমদদুনা হয়েং ঐ ব্বাবা তারেদো!"

ইবেমপীশক্কা চাদু হৈরগা তোমালদা — "পাবুং চা থকশি" হায়না পী। "ও! ইচাশিংনা চা পুরক্লিবা, কদায়নো ইপা পেন্না থক্কে! ইচাশিংনা অহাউবা ঙাক্তা থোঙদুনা পীজবদগী ইপাগী হকচাংসু হৌজিক্তি য়াম্না ফরে। হয়েং-হংচিত্তি চৎপা য়ারগনি। হয়েং আ-তুং ফাওবা কাউনবা য়াদেকো? নখোয়সু কোয়রকউ! ইচা নুপাসু নখোয়রোমদা চৎনবা হায়গে!" মঙলেমজাওনা

— "বাবা! ব্বা য়াম্না ঙাংবীগনু!"

— "হৈ! ঐনা ইচাশিংদা ব্বা খরা হায়বসিবু নংঙোন্দা করি কায়রবগে?" নংনা চৎকদবা থবক্তো অদুম চৎলো, ঐ ইচাশিংগা ব্বারী নুংঙাইনা শাহৌগে!"

— "অদুদি নখোয় অনী ঙাইহাক লৈহৌখো, ঐ চৎলুখিগে"!

— "য়ারে, তামো! চৎপীরুরো!"

তোমাল, — "ইবেম্মা অনী, য়েংউ! ঐগী ইচানুপাসে ৱাজরবনি, মা মতোমতা পোকপনি। মমাসু ঙস্তনা লৈখিদ্রেদো, মানা ফুটবোল শান্নরিবনি হায়দুনা কোলকটাদা লৈথোকখ্রে। পৈশাদি থারকই হায়ববু পৈশানা মী থিবা ফংদেনে ইচাশা! ইচাশিংনা চাক্কা থোঙদুনা থিল্লকপসি ইপাদি নুংঙাইবনা তৌফম খঙদ্রবনি। নুপীনা থোঙবা চাক চারক্কবা ইপাদি কুইমন্দুনা চাক্কী য়েঙ্খাংগী অশেংবা মহাও খঙদ্রবনিনে। ঙরাংদং নখোয় অনীনা থৱায়-য়াওনা থোঙবীদুনা পীজবদু চাবদা কয়াদি হাউই। অদু, ঐগী ইচাসিবু মবুক-মপাউ কমদৌগে? য়াম্না ফত্তবা, হৌন খঙদবা জাৎলা? নুপী অমত্তা থিশি হায়বদা মনাদা নীংথিনা তাদেনে! নুপীনা থিবা লাক্কুগদি মাগী নুপীসি থিবা খরা ৱাগদৌরি। ইচা অনীনা মাগী ইমৌ নখোয়গুম্না মরম-মোকপা, মশকসু ফজবা, মাগা দ্রো-দ্রো ৱারী-ৱাতায় শানবা য়াবা অমত্তংদি হোসপিটালদা লৈরিঙৈসিদা খরা থিবীরোনে?"

নুপীমচা অনীদো মরু লুকথরগা ইকাইবা খাঙই। তোমাল মখা তানা

— "ইপাদি লৈফমগী ৱাদি ইয়া হেক য়ায়। নাম্বোলদসু মরুপ অমা লৈ, থৌবালদসু ইতাও অমা লৈবনি মমিংদু কেশো কৌই।"

মাগী ৱাদুদা নুপীমচ: অনীদু ৱারী শানীংলবসু ৱা ঙাংবা ঙমজদ্রে।

শাবীত্রিনা হায়রকই —"পাবুং ঙরাংগুম্না চৌবী থোঙজরক্কে? অদু, পাবুং ঐখোয় অনী চাক-ঈশিং থোঙনবা তৌজরুখিগে?"

অসি হায়রম্নগা অমুক চৎখ্রে।

চাক-ঈশিং থোঙবদা থৱায় য়াওজরিবী অমুক্কা থাগৎলুবদগী হেন্না পূক্লিং লুপচখ্রবী শাবীত্রি অমদি ইবেমপীশক ঈরু-মাইথজবা লোইদুনা চাক থোঙনবা শেম-শাখ্রে।

অশোমদা মঙলেমজাও ময়ুম য়ৌরগা মাগা লুনা তিম্নবা লৈকায়গী মরুপ বীমোলদা হয়েং ইবেমপীশক্কী মমা থাবাগী ওপরেসন তৌবগী ঈ পীনবা ঙাংনদুনা মখোয় অনীগী ঈ টেস্ট তৌবদা ইবেমপীশক্কী মমা থাবাগী ঈগা চানরগদি ঈদু মখোয় অনীগী মনুংদগী চাম্নবা অমদগী লৌরগা পীরসি হায়নদুনা লৈরি। বীমোলনসু করি মরমগী ইবেমপীশক্কীদমক্তা থৱায় অদুক য়াওরিবনো হায়বগী মরমদা য়াম্না কুপ্না মঙলেমজাওদা তকখৎলকই। মঙলেমজাও হায়দবা য়াদবদগী






ইবেমপীশক্কী, ৱারী মতেক অমা য়াদা মমাগীদমক নুংশা থিজবদো মরিক চুম্না লিরকই। বীমোলনা শাবীত্রিগা ইবেমপীশক্কা কনানা মশক ফজবা হেল্লি, করম্বনা ৱাখি লৈবগে হায়বনচিংবা অমুক্কা কুপথনা হংলি। মঙলেমজাওসু ইং-তপ্পা তুং-কোইগদবদি ইবেমপীশক্কি, মঙোন্দা হেক থেংনরকপদগী ইহা-হাদবা, জ্ঞান লৈনা, তপ্পা ইংনা তৌথোরকপা খুদিংমক্তা অশাউবা উত্তনা হাথু-হাথু তৌদবা, ৱাশু য়াম্না ঙাংদবা, নোকলকপদা নুংশিবা গুন অমা চেনবগুম তৌই হায়না তম্মী। বীমোলনা অদুদি মরুপ নং শাবীত্রিনা অমুক শাউজনিকো! নংদি ডাউদি য়াইকো! বাবাগী অনাবা য়েংবা চৎপ্রা হায়ববু নুংশিবা ফংনবা লম্বী ওইরম্লবা হায়না ফাগি তৌরগা নোকমিন্নে।

মঙলেমজাওনা — "অদু ভায়! মখোয়গী মমাংদদি হয়েং অসিগুম্বগী ৱা অমত্তা ঙাংবীরক্কনু ইকাইজৈ" হায়না মকুপ্তা পাউমেল্লি। বীমোলগা ৱারী-ৱাতাই ঙাইহাক শানরবা তুংদা হয়েং অয়ুক পুং নিপাল নংনবা লাক্লগে হায়রগা বীমোল লৈহৌরে।

মঙলেমজাও ইবেমপীশক্তা পীনবা লুপা লিশিং তরা পুরগা লম্বীদা ইবেমপীশক্কী ৱাখলদা মোন্দা খরা নুংঙাইনা লাকপনা হোসপিটাল অমুক য়ৌরক্লে। লৈশাবী অনীদু চাক থোঙবা লোইদুনা মঙলেমজাও হল্লকপা ঙাইরগা মপাবুংগী মনাক্তা ৱারী শাদুনা অমুক লৈরম্লে। মঙলেমজাও য়ৌরকপগা চাক চানবা তৌরসি হায়দুনা মঙলেমজাওগী চাক্কু ইবেমপীশক্না শেম্লে। অহন্দুবুসু নীংথিনা শেমদুনা পীজরে।

অহন্দুনা হায়রকই, —"ইচা অনীনা হোৎনবীরিবা ময়ামসে নংনা ৱা খঙদ্রবদি ঐদি হায়বীরিসিনি।"

— "ঐখোয় বাবাসিদি পংঙাংদা ঙাংই!"

— "ঐনা ৱা য়াম্না ঙাংবা নত্তেনে। নংনা ৱা খঙমন্দবদুদা ৱা খঙনবা হায়বগী ৱানি। নং ইচা অনীসিগীদমক করিগুম্বা খরা তৌফম থোক্তরা?"

লৈশাবী অনীদু অহন্দুগী ৱাঙাংদুদা মচিন খুম্লগা নোকই। মমিৎশিংদু অমগা অমগা ওনশিন্নদুনা অমুকসু য়েংনৈ।

মবুক-মবুক্তা অহন্দুগী ৱাহৈশিংদুগী অর্থদুনা তত্তনা নুংশি কাইহৌবগুমসু তৌরুরি। হেন্না ইনোৎ পীরুরি। মপা-মচাবু চাক পীজবা লোইরগা চাবগী কোল-লিক পুদুনা ফেংনবা অমুক থোরক্লে। কোল ফেংবা লোইরগা অমুক থিনবীরুরগা মখোয় অনীসু পুন্না অমুক হল্লক্লগা মমাশিংগী মনাক্তা পুন্না চাক চামিন্নরে।

অসুন্না চাবা-থকপা মখোয়না তৌগদবা থবক-ইনখাং লোইরবা তুংদা শাবীত্রি মমাগী মনাক্তা চংলগা মমাগী ফমুংদা পোৎথারম্বদগী তুমথোকখ্রে।

ইবেমপীশক্কী মচে বালাদি অয়ুক্তা লাকপনি। বালা মনাও ইবেমপীশক্কা মমাগী ওপরেসনগী চংগদবা পৈশাগী মতাংদা ৱারী শানদুনা লৈরম্মী। বালানা মীঙোন্দগী লুপা লিশিং অনীখক পুরকই তম্মী। মবুং ধীরেন্না থাখি হায়বা লুপা লিশিং তরাদুসু ফংদ্রি, লুপা লিশিং মরিগুম্বা লৈত্রগদি ওপরেসন তৌবা য়াগদবা মান্দে হায়না খন্নদুনা লৈরম্মী।

মঙলেমজাও লাকপা উবদা ইবেমপীশক ফম্লম্বদগী ফুক হৌগৎলগা

— "তামো! করি তৌশিগে?

— "ইবেমপীশক অমুক্তা থোক্লক্কেরা?"

ইবেমপীশক মঙলেমজাওগী মতুং ইন্দুনা থোকখি। মমাগা মচেগা য়েংদুনা লৈহৌই। মমাদি মঙলেমজাওবু ঙরাং মনাক্তা লাক্নুনা ৱারী শানবদগী হান্না মশক খংনখ্রবনি। মচানা চাক-ঈশিং থোঙবীদুনা মপা অনাবগী মতেং খরা-খরা শাবীত্রিগা মখোয় অনিনা পাংবীরি হায়বসু খঙই। মঙলেমজাও ইবেমপীশক্তা লুপা ১০০ চৎপী লিশিং তরাগী বন্দল অমা ফুরিৎখাউদগী লৌথোক্লগা পী।

—"শে! ঙরাং ঐনা হায়বা পৈশাদুনি"!

— "তামো! ইচে বালানা লুপা লিশিং অনী অমগা পুরক্লে, লুপা লিশিং মরিখক্তং লৌজগে?"

— "পৈশাদু নং অ'মুম থমজিল্লু! চৎফম য়াম্না লাকনি, হোরেন কোম্নদ্রগা অমুক থিবা ফংলোই।"

— "তামো! নচম্না করিনা লম্মন শিংগনি?"

"অদুগুম্বা ৱাদু তাবদা ঐদি ৱায়, মদু নুপীশিংনা য়াম্না তোয়না হায়নৈ, নুপাগী ৱা ওইনা ঙাংনশি! ঈ পীনবা মীগীসু থোইনা ৱারম্রনু! ঐনা ঐগী মরুপ লূনা তিন্নবা বীমোল নত্রগা ঐ, অনীগী মরক্তগী চান্নবা অমদগী টেস্ট তৌরগা ঈ পীনবা থৌরাং তৌদুনা লৈরে। বীমোল ঐগা লূনা তিন্নবা মরুপনি, মা হয়েং অয়ুক মফমসিদা নংনবা লাক্কনি। অদু, ঐ চৎলগে? নখোয় ইমাগা নখোয় ইচেগা তান্নরগা ফন্নবা খন্নহৌরো!"

ইবেমপীশক্কী ৱাখলদা মঙলেমজাওনা করিসু থোক্লদ্রবা মাগী মফমদা অসুক য়াম্বা শেনফম অমা ময়ুমদা চৎলগা লৌরুদুনা মমাগী ওপরেসন য়ৈথোকপা য়ারোই, ঈ পীনবা মীসু মানা লোইনা শীন্দুনা লৈরে হায়রিবদু, মমঙদা ঈশ্বর অমা লাক্লগা মতেং পাংলবগুম্না থোকখ্রে। মাগী মবুক্তা মঙলেমজাওগী লম্মনসি করিনা শিংগনি খল্লুরগা ৱাজে। মানা মঙলেমজাওগী মফমদা থমজবা থাজবগী চাং খংৱাং ৱাংখৎলকপগুমসু তৌরি। অদুগা অমরোমদনা নৌনা হোসপিটালসিদা লাকপদগী খঙনবা মাগা মরুপ শান্নরবা শাবীত্রিনা মঙলেমজাওবু পামজবগুম তৌবশিনা ইবেমপীশক্কী থম্মোইদা হেন্না পাখৎচবগুমসু তৌরি। নুপীমচা অনীসিনা মঙলেমজাওগী মরমদদি অমনা অমগী মফমদা তোঙান-তোঙান থম্মোইদা লৈনবা ৱাফমসিংদু হৌদোক্লবা ঙম্নদ্রি। অদুবু মখোয় অনীগী থম্মোইদা ফাওনরিবা ৱাফমশিংসিদি মথি ফোংনীংলকপা, হায়দোক্লীংবা মতাংসু য়াওরকপগুম তৌরে। মখোয় অনীনা পুন্না-পুন্না মঙলেমজাওগী বাবাগী চাক থোংলগা থিনবীরম্বা চান-থক্লবা শেম-শারগা পীজরম্বা, নুপীমচা ওইবগী কোল-লিক ফেংবীদুনা সেবা খরা তৌবদুদি ঙসিগী মণিপুরী সমাজদা নুপীমচাশিংনা তৌনবা থবক ঙাক্তনি। অদুবু মঙলেমজওগী বাবা তোমালগী ফাগী ওইনা হায়খিবা — "ঐগী ইমৌদি নম্বোলদগী ওইরবসু থৌবালদগী ওইরবসু ইয়া হেক য়ায়" ৱাহৈদুনা নুপীমচা অনীসিগী থম্মোইবু লম্মুক্লহল্লি।

ইবেমপীশক মমাগা মচেগা ৱারী শানরিবদুগী মনাক্তা চংশিল্লগা হায়রকই,

— 'ইমা! তামো মঙলেমজাও সিদা লাক্লম্বদো, খোঙহামপাক্তগীনি হায়। ঐনা নহান ঐখোয় দাদাদা টেলিফোন তৌরিঙেদা ঐখোয়গী পৈশা লৈতবগী দাদাগী থাখিবা পৈশা ফংদবগী ফোন্দা ৱারী শানবগী মরমদা মানা তাপ্রমাম্লে। মানা ঐখোয়গী অৱাবদু উবদা নুংঙাইতদুনা ময়ুমদগী লুপা লিশিং তরা লৌরুরগা ঐঙোন্দা পীরম্মী। ঐনা লুপা লিশিং মরিখক্তং পীবীয়ু হায়ববু পৈশাগী দরকার

হেন্না লাক্লগা অমুক পুবা ফংলোই, য়াম্না ব্বানগনি, ঐখোয়গী দাদাগী পৈশা লাক্লগা কোন্না পীবা য়াগনি হায়রম্মী। অদুগা ঈ পীননবসু মানা শীনবীরে ব্বারুরনু হায়রম্মী।"

মচে বালানা মনাওগী ব্বাহৈশিংদু তারুরগা নোক্লগা হায়রকই

— "হৈমা! অদুক ফবা নীপাদুবু নুপী থিরবজাৎলা মুম্না হংঙুকো!"

—'ইচেসিমা! অসিবু ব্বানেনা ঙাংলিসিবু"!

হায়সু হায়বনি, ইবেমপীশক মঙলেমজাওগী বাবানা ঙরাং হায়খিবা "মচানুপাগী নুপী অমত্তা থীবীরকউ, নখোয় অনীগুম্না মশক ফজবা, দ্রো-দ্রো লাওনা ঙাংনবা য়াবা, ঐগী ইচাসিদি মানদি নুপী থিররোই, নুপীনা থিরক্তুবদি।" ইবেমপীশক্কী মবুক্তা খল্লকই, মদুদি মঙলেমজাও নুপী থিদ্রিবা পাখঙনি হায়না মমাদা হায়রসিরা। মচেদা ওইনা

—"ইচে ব্বা অমা হায়বীগেনে"! হায়রগা লোম্না "ঐনা হায়বা তামো মঙলেমজাওদো পাখঙনি।"

মচেনা—"হোয়দা, হোয়দা, তাঞ্জা হায়বসিদি পাক্লা হেক লাক্দবা নত্তে।"

অসুম্না ব্বারী ঙাইহাক শানরম্বদগী মচে বালাদা ওপরেসন তৌগদবা ডাক্তরগী য়ুমদা পৈশা থিনবগী ব্বাফমদো খরা চৎলুনবা মতম ঙল্লিঙৈদা হায়দুনা পৈশাদু শিন্নরে। মচে বালানা ডাক্তরগী য়ুমদা পৈশা অমদি অচা-অথক থিনবা চৎখ্রে। মতম থেংজিল্লকপদুদা, ইবেমপীশক চাক-ঈশিং থোঙনবা শাবীত্রি থিরকপদা শাবীত্রিদি নুমিদাংগী চাক থোঙবা লোইদুনা টিফিন কেরিয়ারদা মঙলেমজাওগী বাবাগী চাননবা চাক শেম্বা লোইরম্লে। ইবেমপীশক মবুক্তা শাবীত্রিনা মতোমতা তৌরমলিবদু উবদা ব্বাখল খরা নুংঙাইতবগুম তৌই। মাসু কোল-লিক স্টৌপ্পচিংবা পুথোক্তুনা মতোমতা চাক্তু থোঙনবা হোৎনরি। শাবীত্রিনা হায়রকই

—'ইবেমপীশক! ঐ তামো মঙলেমজাওখোয়গী বাবাগী চাক থিল্লুখিগে?" ব্বাহৈদু হায়রম্লগা মতোমতা টিফিন কেরিয়ার পুরগা মঙলেমজাওগী বাবাগী মনাক্তা চৎখ্রে।

মীওইবা কৌবনিনা হোংলক্লিবা মওং-মতৌ অমনা অমসু লোইনমক খঙনৈ। ইবেমপীশক মমাংদা শাবীত্রিগা মাগা পুম্না-পুম্না হৌনদুনা চাক থোঙমিন্নরগা

মণ্ডলেমজাওগী বাবাগী অমদি মণ্ডলেমজাওগী চানবা থিনবা চৎখিন্নবনি। অদুবু মানা ঙসি নংহৌরোইদবগুম ঙন্তনা ইবেমপীশক তাক্রমদনা মতোমতা চাক থোঙবা লোইদুনা মণ্ডলেমজাওগী বাবাগী চানবা থিনবা চৎখিবসিনা ইবেমপীশকপু তোঙান তানবা শীনবগুম উহল্লে।

ইবেমপীশক্কী ৱাখলদা "ও! শাবীত্রিসি পুকচেল খরা হোংবগুম তৌরেনা। তামো মণ্ডলেমজাওনা ঐখোয়গী ইমাগী ওপরেসন তৌনবা মতেং খরা পাংবসিদা মানা নুংঙাইত্রবরা?"

শাবীত্রিসু ইনখৎলকপা অপাম-নুংশিগী ৱাখলদা ঙাওজরকইবা মতমগী লৈশাবীনি। করিগী মাগী থম্মোইদসু থম্মোইগী লৈরাং মফম মতম চানা শাৎকায়নীংলোইদগে? থম্মোই থোঙ্গাল লাওনা হাংদোক্কুনা মনাক্তা পাইরবা খ্বাংজেংবা খোইমু অমত্তং খল্লগা থম্মোইগী পাউদি তমজনীংলিবনি। মণ্ডলেমজাওগী তৌথোরকপা থবক, ঙাংথোরকপা ৱাঙাংনা, অদুগী মথক্তা অপোকপা মপাগী অচম্বা খোনফমদা মমৌ অমা থুনা থিনীংলকপগী হৈ-শিংবা ৱাঙাংশিং অদুনা শাবীত্রিগী থম্মোইবুসু হেন্না মথুম-মরাং হৌহনবীরে।

শোমদা শাবীত্রিনা খুদোংচাবা হেন্না লৌনীংলুবদগী মণ্ডলেমজাওগী বাবাগী চাক্তু মতোমতা খরা ঙন্না থোঙবা লোইরগা থিল্লুবা মতমদা মণ্ডলেমজাওগী বাবানা

— "ইবেম্মা! চাক পুরক্লব্রা?"

— "পুরক্লে পাবুং"

— "খরদি ঙল্লিব্রা?"

— "ঙন্তানা থোঙজরবনি পাবুং! পাবুংগী হকচাং খরা ফরকপদুদা খরা ঙন্না চাবীহৌবনা ফগদ্রা খঞ্জদুনা হোৎনজবনি।"

— "অদু ইবেম্মগী মরুপ অমদুদি?"

— "মাদি মফম খণ্ডপোৎ নত্তেদা পাবুং! মতোমতা কৈথেল চৎখিব্রা কৈনো লৈহৌদে।" হায়জিল্লুরে।

— "ও! মাবু মশক্তি ফন্না ইংনা তপ্না উবদাইনে? মাবু ময়ুমদা হনখ্রব্রা?

মাগী মমা নৎত্রনে হয়েং ওপরেসন তৌগনি হায়বদুবো?"

অহন্দুগী ব্বাঙাংদুদা শাবীত্রি পুক্লিংদা ব্বারৌবগুম, ঙরাংদি ফাগী তৌদুনা "নম্বোলদগী ওইরবসু, থৌবালদগী ওইরবসু অমা হেক্তা য়ায়" হায়গ্রগা ঙসিনা ইবেমপীশক্কী ব্বাতমক হংলকপদুদা মা শাওনীংবা পোক্লকপগুম তৌরে।

মসিরা মীওইবগী লীচৎ? হেন্না পাম্লুবসু মগুণ য়াওদে, হন্থরকই। মানা ইবেমপীশক য়াওদনা মতোমতা ইকাই-ইকি খঙদনা মঙলেমজাওবু মাগীতা ওইনীংবগী পুকচেল অমনা মাং থারুবনা অহন্দুগী ব্বাহৈদা মাবু নীংহন্নবা পোকহল্লে। অহন্দুনা চাক্তু কোন্না চারগে থম্বীরম্মো, হায়বদুদা টিফিন কেরিয়ারদু থনল্লগা মমাগী মনাক্তা পুক্লিং নুঙাইতনা হল্লক্লে। মানা খল্লুবনা অহন্দুগা ব্বারী শানদুনা চাক পীজবদা মাবু থাগৎলকপদু পামজরম্বনি। অদুবু ওন্ন-তৈনবা ওইনা থোকখ্রে।

ইবেমপীশক মতোমতা চাক্তু থোঙনবা কন্না হোৎনরি। শাবীত্রিদি মানা খরা লাল্লুরবনীনা ইবেমপীশক্কী মনাক্তা চংবসু হঙ্গোইবগুম তৌরে। মঙলেমজাও অমুক ইবেমপীশক্কী চাক থোঙফমদুদা লাকই। ইবেমপীশক্না ফম্নম্বা মোরা মচাদু মঙলেমজাওদা পীরগা ফমহল্লি। নহানমখৈদি অসুন্না নুপী অমগী মনাক্তা ফমদুনা ব্বারী অমুক্তা শারক্লিবা মঙলেমজাও ঙসিদি কয়াদা থুনা হৈনরক্লিবা! নুংশিবা লৈবা মফমদা পুন্নমক মমায় ওনশিল্লকপা, হৈনরমদবা কয়া হৈনরক্তুনা নুংতিগী তোয়না মশক উনীংলকপা, লৈজবা পুম্বা মাগীনিবু হায়রবদি লোইনা পীনীংলকপা, থম্মোই ফাওবা পীনীংলকপা হৌনশা ওইরমাল্লে। নুংশিববু ওজা নাইনা কনানা তন্নবগে? পুন্নমক তম্লুদনা হৈরকপা ঙাক্তনি। মঙলেমজাওসু তম্লুদনা নুংশিবা খর-খরদি হৈবগুম তৌরক্লে। ইবেমপীশক্কী মনাক্তা চংশিল্লগা মোরাদা ফমদুনা চাক থোঙলিবদু য়েংলগা ব্বারী শান্নরিঙৈদা মীনা উরমগনি হায়বা খঙলক্তে।

ইবেমপীশক্না হায়রকই, —"তামো! তামোখোয়গী পাবুংগী চাক্তি শাবীত্রিনা থিল্লুরমাল্লে।"

— "হা! অশুক ঙন্না, মাদি করিগী?" অদু নংগীদি করি য়েঙ্খ্রাংনো? মনমদি নুংশিকো!"

— "ঐসু তামোগীদি অদুম হাপচবনি, লোইরগা থিঙ্গরক্তে?"

— "অদু, হোসপিটালগী পুন্সিসিসু নুংশিকো ! নখোয় ঐখোয় অসুম হায়না মফমসিদা থেংনদুনা নোংমা নীনি অমগী মতেং অমনা পাংবা, অমগী অৱাৎপা অমনা য়েংশিনবা সংসারসি হোসপিটাল অমদা ঐখোয় লোইনমক লৈমিন্নরি হায়রবদি খরদুম পুকচেল শেংনা অমগা-অমগা তেংবাংনবা হেল্লমগদ্রা খল্লি। হোসপিটালদা লাক্করিবা মীশিংসি অৱা-অনা তারবা কাংবুনা য়াম্বনিনা অয়াম্বনা পুকচেল তিংই, ফজে, মচিন থীনদে,—চুমদ্রনে ?"

— "চুম্মী, তামো ! ঐসু খল্লম্লিবনি, তামোনা ঐখোয়গী মতেং পাংবীদ্রগদি ইমাগী হয়েংগী ওপরেসনসি তৌবা ঙম্লরোইদবনি। তামো ! ঐ তামোগী মতেং কাউজরোই !"

— "ঐগী মতেংগী ৱা নত্তেদা ! নংনা ভাব অমদা পুরমাল্লে, নংগী চাক থোঙফমসিবু নংনা হয়েং নখোয়গী ইমাগী অনাবা ফৱগা নখোয়গী লৈকায় খুঙ্গংদুদা হনখ্রগা নোংমতংসু নীংশিংলক্রোইদ্রা ? নংগা শাবীত্রিগনা নুংতিগী চাক থোংবীদুনা ঐ অমদি বাবাগী মতেং পাংবীখিবা ময়ামসিবু অমুক হল্লকখিগদ্রা ? মতমগী অয়াংবা ঈচেলনা লোইনমক পুদুনা চৎখিগনি। নীংশিং মমিদুনা নখোয় ঐখোয়গী থম্মোইদা নংসু-ঐসু মরক-মরক্তা মান্ননা উরুবা থৌদোক অমদা তামখ্রবা ৱারী ওইনা লোইনা নীংশিংলকখিগনি। মতমদুদা নংদি নুংশিরবী ইমা, ইবুং, লৈকায়গী ইমান্নবী, নুংশিরবা য়ুম, ইংখোল, পুখ্রি, হৈকোল, লৈকোল, নুংতিগী মখোঙদা ৱাই তৈরগা ধুপ-থাওমৈ কত্তুনা খুরুমজরম্বা বৃন্দা দেবী, ইমুংগী লুনা তৌজবা লাই পুন্নমক থাদোক্লমদুনা পিরাং পিরোইনদুনা চৎখিগনি নুংশি মাগী মকাদা। পুন্সিগী ওইনা থেংনবা পুন্সি খোঙলোই অমগা নুংশিনা য়ুম্বানবগী পুন্সিদা লৈখিদুনা ঐখোয়বুদি শোয়দনা কাউখিগনি। পুন্নমকসি খল্লুরগা ঐদি পুক্লিংশে য়াম্না নুংশিরকইবো !"

— "তামো ! সাহিত্যকার মানশিল্লক্লেবো ! ঐদি য়ুম পাল্লরোইয়ে ! তামোনা খল্লিবদুগা ওন্নদৌ মাল্লি !"

— "এ ! অদুক নশক-নতৌ ফজবী নংনা য়ুম পান্দনা লৈরগদি নংবু পামজবা থৌবালগী তাতোম্বদু নুংতিগী নখোয়গী থোঙ্গাল মপা য়ৌরম্লগা নং উদনা কপ্লগা অমুক হনখিরোইদ্রা ?"

— "কদাইদগী তাতোম্বগী ৱারীনো, তৌরিসিবো ?"

— "ম্বাবু হায়বগী ম্বানীদা! নংবু তাতোম্বা লৈজদ্রনে?" খোইরুম মোমোন নোক্লগা

— "কদাইদগী তাতোম্বনোদা?"

— "আয়! অশেংবগী লৈত্রবনে? নখোয় ইচে বালাদা হংহৌরসিরা?"

— "ইচে বালাসু হায়নরগা হোংখিবনি, নুপাকা খঙনবা হৈবজাৎ নত্তেদা।"

— "অদু, নংসু হোসপিটালদগী হনখিবদা তা তোম্বা অমা নংবু হায়বা লাক্লবদি কমদৌবা?"

— "করম্বা করি লৈকায়গী তাতোম্বনো?"

— "অমা হেক্তা ওইবা য়ায়নে।"

— "মাইগৈসু খঙদবা, তাতোম্বা অমদা হেক্তা য়ারবদি ঐগীসু থম্মোই অমদি ইচাউ-চাউনা পাঞ্জরি। লমনশিংদবা য়াদবা, লমন তোনশিনবীবা হৈবা পাখঙ অমা ইনাক্তা ইচাউ-চাউনা লৈরিসিদি? তস! অসি হায়রদি ফররিনি!"

— "হায়রিসিবু অসিম্বাইদদি মী অতৈদি লৈবা উদেনা?"

— "মী অতৈ লৈবা উদ্রগদি কনা মানবগে?"

— "অদুদি, তা তোম্বসি ঐ তারমাম্লেনেকো হা.....?"

শাবীত্রি লাপ্পা লোন্না মঙলেমজাওগা ইবেমপীশক্কা নোক-নোক্লুনা নুংঙাইনা শানরিবা ম্বারীদু মাসু য়াম্না লাংতক্লনা য়েংলি। মানা খল্লি — "ঐনা চাক ঙম্না ইতোমতা থোঙলুবসিদি লাম্লিদনা। মখোয় অনীনা ঙংনরিবসি ওঘ্লোক্লা তানীংখ্রেদা!"

ইবেমপীশক্কা মঙলেমজাওগদি মাবু উরমদে, ম্বারীদুদা মুনখিবনা ওইরমাম্লে। মখোয় অনী হেন্না-হেন্না নকশিন্নখ্রে হায়বগী চিংনবা ম্বাখল অমা শাবীত্রিগী মপুক্লিংদা তত্তনা খল্লকই। মদুগী মথক্তা মঙলেমজাওনা ময়ুমদগী লুপা লিশিং তরা লৌরুদুনা ইবেমপীশক মমাগী হয়েং ওপরেসন্দা চংগদবা পৈশাসু পুথোক্লুনা পীখ্রে।

ইবেমপীশক্কা ঐঙোন্দগী করিদা হেন্দুনা তামো মঙলেমজাওনা অসুক-থুনা মঙোন্দা নকশিনখ্রিবনো? করন্না ইবেমপীশক্কীদমক অদুক য়াম্বা শেনফম

অমাময়ুমদগী লৌরুদুনা পীখ্রবা। ঝাখলসিদা শাবীত্রি উংদুনা লৈখ্রে। মঙলেমজাওগী বাবানসু "ইবেম্মা অমদুদি ময়ুমদা চৎখ্রব্রা? মাবু মশক্তি ফনা ঈংনা উবদাইনে"? ঝাহৈশিংদুনা মাবু অমুক্কা খোয়রাং-খোয়শাওনহল্লে। মাগী ঝাখলদা ইবেমপীশক্কা মপা-মচা অনীমকপু শুমখ্রবোই খল্লুরি।

মীগী মিৎয়েং-নায়েং তৌথোবকপা খুদিংমক মশক্তনসু য়াদে, মীবু নুংশিহনবা ঙস্বা, থোৎনা-মেংনা, লিরি-খোইরিনা ঙাংথোরকপা ঝাঙাং, য়েংলকপা মিৎয়েংনা অতোপ্পা মীগী থম্মোই পেলহনবা ঙস্বা গুণ হায়বসিসু নুপীমচাশিংগী চেনগদবা মগুণশিংগী মনুংদা শুনা য়াওগদবা ওইরমাল্লে। মসি মমা-মপা, শাগৈ-নাতৈ, লম লৈকায়দুগী মখাসু যান্না পোল্লি। খঙদে, ইবেমপীশক মমা-মপা পু-পাং শুদ্রবসু মঙলেমজাওগা মখোযগী বাবাগা অনীগী ঝাখলদদি ইবেমপীশকপু শাবীত্রিদগী খরা হেন্না পামজবগী মমি অমদি তাবগুম তৌরে।

অমরোমদা শাবীত্রি মপা-মমা, মবুং লোইনা শুনা লৈবা, নুংঙাই-য়াইফবা, ইনাকখুনবা ইমুংগী মচানি। অদু ওইরগসু মাদি হান্না অমুক চেল্লুরবনিনা মখোয়গী লৈকায় খুঙ্গংদা মাবু মীনা হত্থবা মীৎয়েংনা য়েংই হায়বসি মসানা খঙজবগুম তৌই। অদুনা হন্দক্কী খুদোংচাবসিমদি মানা নাহ্নোকহন্নীংদ্রে। শাবীত্রিগী ঝাখলদা মঙলেমজাওবু মাগী ওইরগে হায়বসিমদি মঙলেমজাওনা ইবেমপীশক্কী মনাক্তা ফমলগা নোক্তুনা মখোয় অনী নুংঙাইনা ঝারী শান্নরীবদু উরুবদুদগী অমুক্কা হেন্না নুঙ-পাল ওন্না শাওনীঙবা পোক্লুরে।

নুমিদাংগী চাক থোঙবা লোইদুনা ইবেমপীশক মঙলেমজাওগী বাবাগী বেট তন্না চাক-য়েঙ্খাং টিফিন কেরিয়ারদা পুরগা মতোমতা চংলকই।

য়ৌরকপগা — "পাবুং হকচাং খরা নুঙাইবীরব্রা" হংই।

— "নুঙাইরে, ইচা লাক্লব্রা?, ইপা ঙসাইদগী ইচা লাক্তে হায়দুনা ইচাগী শক য়েংনীংদুনা ইচাগী চাক থিল্লকপা মাইগৈ য়েংদুনা লৈরল্লিবনি। চাকপুদি ইবেম্মা অমদুনসু থিল্লক্তুনা লৈরবনি। অদুবু ইপা চাদ্রি"।

— "পাবুং! চাক শেমজরক্লগে?"

অসি হায়রগা ইবেমপীশক টিফিন কেরিয়ারদগী চাক-য়েঙ্খাং মথং-মথং পুখম তেংকোত্তা হাপ্পগা তোমালগী ফমুংদা থাঙ্গৎলকই।

তোমাল, — "ইবেম্মখোয়গী ইমাগী ওপরেসন তৌগনি হায়বদুবু করি-করি অৱাৎ-অপা লৈরি? নবুং অঙাওবদুসু মতেং খরা পাংহল্লু"!

— "পাবুং! তামোনা অয়াম্বা হোৎনবীরিবনি।"

— "এ! মাবু থৱায় য়াওনা হোৎনব্রনে?"

— "পাবুং! অৱাৎ অপা, পৈশা ফাওবা তামোনা পুথোকপীরিবনি।"

— "পুথোকসনু, মাদি পৈশা য়াম্না লৈবনি, মখোয়গী ফুটবোল শান্নবদু পৈশাদি ফংই, ইবেম্মা! অদুবুনে, মৌ অমত্তং থিরসি হায়বদা মনাদা হাপ্তবসিনা ইপাদি তৌফম খঙদ্রবনি। মফমসিদদি ইচাশিংগা থেংনদুনা লাইবক ফবদগী ঙসি নীনি-হুমনিসি চাবা-থকপা, থোঙ-থাকপগী অৱাবা লৈতেদো। হয়েং য়ুমহেক য়ৌবদগীদি ইপানা থোঙলগা চারুগদৌরিবনি। ইচাগুম্না ঈং-তপ্পী নুপীমচা অমত্তং ইমৌ ওইবা ফংজরবদি ইপাগী পুক্লিংসে খরা পোৎথাগদবনি। ইপানা হায়বসিদা নং ইপাবু ৱারৌগনুকো ইপানা কন্নাদবু হায়রুনি। ইচানা নুংত্তিগী তৌবীরিবা কয়াসিদা পেন্দুনা ইপাগী পুক্লিংগী ৱাদু ইচাদা হায়বনি। নং ইপাবু হঙ্গোইনা খনগনুকো ইবেম্মা! ইপাদি ডাক্তরনসু হংচিৎ চৎপা য়াররনি হায়রে, ইচাশিংগা উনররোই খনবদা পুক্লিংশে তশেংনা ৱায়। অদু, হয়েং ইচাশিংনা শংবা কান্দা নোংম ফাদোক কোয়বা লাকউকো! ইপাগীদা হাউবা-হাউতবা চাক চারা অমত্তংদি চামিন্নশি!"

ইবেমপীশক — "পাবুং চাক খরা হাপচরকখিগে?"

— "হোয়, চামচ অমখক্তং য়ামদনা, ইচাগী য়েঙ্গ্বাংশি ঙানম-থুম্নম্না হাউইনে! ইচাসিদি নুংঙাইয়ু! মরম-মোকপা, অহল-লম্মন সেবা তৌবদি লেম্না খক মাংদে হায়নবনি। ইচানা লৈরুবা ইমুংদো হয়েং শোয়দনা নুংঙাইগনি, ইচাদি লক্ষ্মীগী গুণ চেল্লি।"

— "অদু পাবুং! কোল-লিক অমুক্তা লোইশিল্লুখিগে?" ৱাহৈদু হায়রম্লগা চাবগী কোল-লিক খরদু পুরগা অমুক ফেংনবা থোকখ্রে।

শাবীত্রি চংশিল্লকপদি ঙমদনা ইবেমপীশক্না তৌরিবশিংদো লাপ্না য়েংলম্লগা য়াম্না চক্না অমুক হনখিদুনা মমাগী মনাক য়ৌখ্রে।

মঙলেমজাও অমুক য়ৌরক্লে।

—"বাবা চাক চাবীরব্রা?"

— "চারে। আ! ইবেম্মা থৌবালদগীদো, মানা সেবা ফজনা তৌদুনা পীজরম্লে। তপ্না-ঈংনা, রাসিগুন্না চংখোল্লিবা, নুপীমচাদো য়ুম পানগনি, শোয়বা হৌনদে। থকশি-খাশি, থৌগল্লোন-ব্যবহার শুনা খঙই, লাইরজরবসু লেম্না মাংলোই। চাক-য়েঙ্খাং থোঙবসু মরোল চুম্মী। নংনা মাগী মতেং পৈশা-নুংশা খরা পাংলবসু ইপা শাওদে। মাবু ইমৌ ওইবদদি ইপা য়েৎলোইকো!"

মঙলেমজাও মপাগী ৱাদু তাবদা নুংদা নোকচৈ। নহানমখৈদি ইকাইদুনা খরা খুম্লম্বদু মপাগী ৱাহৈদুদা ঙসিদি মা-করিমত্তা খুমখিদ্রে। মপা-মচা মত অমত্তা ওইরম্বদুদা ওইরমাল্লে।

শাবীত্রি ঙসিদি ইবেমপীশক ঙাইরমদনা মমা-মচা চাক চামিন্নরগা কোল-লিক ফেংবা পুন্নমক লোইশিল্লম্লে। ইবেমপীশক ফমুংদা তুম্লিবা মমাদু হয়েংদি ওপরেসন তৌগদবনিনা চাক্তি পীজবা য়াদে হায়বদুদা গ্লুকোজ খরা শেম্লগা পীথকই। মাসু মতোমতা ঙাইবদুদা চানীংদ্রে হায়দুনা চাদনা তোক্লে। শাবীত্রিনা মাবু ঙাইরমদনা চাক চারম্বা, মঙোন্দা কৌবা-ঙাংবা অমত্তা তৌরক্তবদুদা মথৱায় খরদি নুংঙাইতে। খঙদে, মখোয় অনীনা মঙলেমজাওবু মুন্নবগুম তৌবসিদা মাগী-মাগী ৱাখলদা তোঙান তান্নবগী পুকচেল অমমম পোক্লবগুমসু তৌরে। অমনা অমদা নংগী ওইজরো হায়বসু ঙমজদবা ৱাখল অমা ফাওরক্লিবসিনা চপ মান্ননা থাক ৱাংখৎনরক্লবদি কমদৌগনি? মখোয় অনীগী মনুংদা অমত্তংগা মঙলেমজাওগা থেংনবা ওইরম্লবদি অসুক য়াম্নসু নকশিন্নরম্লোই। মখোয় অনী পুল্লুবদুনা কা হেন্না থুনা নকশিন্নরুবগী মরম্নি। অদুগী মথক্তা মঙলেমজাওগী বাবাদু অতৈ মীগী মপাগুম্না তুমিন্না ৱা ঙাংদবা অহল অমা ওইরমদবদুনসু নুপীমচা অনীসিগী মবুক্তা ইথক-ইপোমগী ইরাং পীরুবদুনসু অনীদুগী ৱাখলদা কাইহৌবগুম থোক্লুবনি। হৌজিক্তি মাগী-মাগী খন্নরকপনা পুক্লিংদা তোঙান তানীংবগী ৱাখল অমুক শাগৎলক্লিবনি। তুমগনি চংখ্রবা ইবেমপীশক উইবা য়াদনা ৱাখলদা মকোক ঙাওরকই। শাবীত্রিসু ঙসিদি মথৱায় নুংঙাইতবনা তুম্বা য়াদ্রে। মঙলেমজাওনা ইবেমপীশক্কী মনাক্তা মোরাদা ফম্লগা নোক্লা-নোক্লা শান্নখিবা ৱারীদুবু করি ৱারী ওইরমগদগে মীৎমাঙদা হঞ্জিন-হঞ্জিন উরকই। ঐ নংবু তশেংনা নুংশি ককা

হায়নখ্রবজাৎলা? মাদি হয়েং চৎলগদবনি। মখোয় অনীদি নোংমা-নীনি পুন্না লৈমিন্নহৌগদৌরি। মদুনা মখোয় অনীদা হেন্না ফবা মরী অমা শোয়দনা ওইখ্রগদরা? তামো মঙলেমজাওসি ঐগী থম্মোইনা খ্বাইদগী পামজবা মীশক্নি, নংগী ওইনা খল্লুরন্ মদুনা ঐখোয় অনীগী তুংদা মরী ফরক্লোই হায়হৌরসিবা অমুক খল্লকই। মদু হায়রুরগা মানা তামো মঙলেমজাওদা তল্লুরো, মদুনা হেন্না ফত্তবা ওইখিগদ্রা? ঋাখল জাৎ-জাৎ খন্দুনা তুম্বা শুকযা য়াদ্রে। ঙাইহাক্তং তুম্বা য়ানবা ঋাখলদু অতোপ্পা অমদা খল্লগা অমুক য়েংই। অদুবু হেম্না-হেন্না মঙলেমজাওগা ইবেমপীশক্না নোক-নোক্তুনা শনখিবা ঋারীশিংদু করি ওইরমগদগে হায়বা মতাংদুদা হেক্তা হঞ্জিল্লকই। অসুন্না অহীংনা য়ৌনা থেংলক্লবা ফাওবা খল্লম্লগা শাবীত্রি তপ্পা-তপ্পা তুমথখ্রে।

# "অহুমশুবা"

অবাপ্পা সনা কোনুংগী কাংসি খোঞ্জেলদু নোংঙাল্লমদাইগী অয়িংবা নুংশিৎনা হুমদুনা পুরকপনা কনাগুম্বগী নাকোংদা তাক্লবদা নুংশিবা ফাওরি। মদুগা ইরোইননা মসজিটতগী অল্লাহ লাউবগী খোঞ্জেলসু অমুক তাবকই। মদু তারগা মুসলিম অনাবা নুপা অমদি বরেন্দাদা থোক্লগা নমাজ তৌবি। মরক-মরক্তা হিন্দুগী লাইশঙগী মঙ্গলার্টি হৌবগী কাং-কাং হাযবা শরিক্কী, কাংশিগী খোঞ্জেলসু তারুরি। অসুন্না মপুগী শিষ্থা কায়দনা নোং অমুক ঙান্দুনা উচেক-ৱাযা লোইনা খোংনরক্লে। মীগী মীনিল, লাংবগী মখোলসু তারক্লে।

ঙসিদি ইবেমপীশক্কী মমা থাবাগী ওপরেসন তৌগদবা নুমিৎনি। মঙলেমজাও ঙস্তানা লাক্তুনা ইবেমপীশক্কা উন্নরে।

— "ইবেমপীশক! ডাক্তরগী পৈশা, চান-থক্লবা খরা থিনবগী ৱাফমদুবু কমদৌখ্রে!"

— "তমো! ইচে বালানা ঙরাং নুমিদাংৱাইদা ডাক্তরগী য়ুমদা চত্তুনা থিল্লুরে।"

— "ও! ফরে, ফরে।"

অয়ুক্কী পুং নিপাল তারক্লে। মঙলেমজাওগী মরুপ বীমোলসু যৌরক্লে। ঈ টেস্ট তৌফমদা চংদুনা য়েংবদা বীমোলগী ঈদি ইবেমপীশক্কী মমা থাবাগী ঈ গ্রূপকা পুল্লমদ্রে। মঙলেমজাওগী ঈগা চানরম্লে। খঙদে, মঙলেমজাওনা নীংলুবা তৌরম্বা খুদিংমক্তা ইবেমপীশক্কীনি হায়রবদি হেক্তা কান্নবা অমা লৈবগুম তৌরি। মঙলেমজাওদগী ওইনা ঈ লৌবা হৌরে। বীমোলসু অমা-অমা চেন-খোত্তুনা হিদাক লৈবা চৎপা, ডাক্তরশিংনা মনুংদগী পীরকপা পাউ ঙাইদুনা লৈ। ইবেমপীশক্কী মচে বালাগী নুপা বীরেনসু লাক্তুনা ঙসিদি মতেং পাংবা য়াওররে। বীরেন মাগী নুপীনা ঙাংবদগী ইকায়রমাক্লে, হান্না ঈ পীবা ঙল্লোই হায়রম্বদো

করিসু থোক্লদবা মঙলেমজাওনা ঈ পীখিবদো উরুবদা মাসু ঈ বাৎলবদি পীগে হায়রক্লে। তুম্বা ফবা মীসু ওইসনু লৈমীন্নবা মী লোইনমক হৌগৎনগ্রবদি মাসু তুম্বা হৌগৎলকপা মশানা তাবনি। বীরেন তুম্লুবদগী মিকপ থোরকপগুম তৌরে।

ইবেমপীশক্কী মমা থাবাগী ওপরেসন হৌখ্রে। পুং অমা চংনা তৌবা ওপরেসন্দু মায় পাক্লা লোইশিল্লে। মঙলেমজাও ওপরেসন থিয়েটরগী থোং মনাক্তা লেপ্তুনা লৈ।

নর্স অমা থোরক্লগা ওপরেসন্দা লৌথোক্লকপা গোল্ডব্রেদর অমদি নুংশিংদু পেলা অমদা হাপ্লগা পুথোরকই। মঙলেমজাও পেলাদু নর্সকী খুত্তগী লৌরগা পুরক্কুনা ইবেমপীশক্তা য়েংহল্লি। মচে বালাসু চংলক্কুনা য়েংই। অদুগী তুংদা নর্স তুদা অমুক পীখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা ডাক্তর অমা থোরক্লগা পেসেন্টকী ইমুংগী মী য়াওব্রা হংই। মঙলেমজাও

—"য়াওজরি, করি তাকপীগদবা?"

— "চানবা চিক্কন ফ্রাই খরা লৈবীরকউ, ময়াম ওপরেসন মায় পাকপগী ঙাইহাক ফমসি হায়রি" হায়ররে।

মঙলেমজাও মাগী মরুপ বীমোলদা ফুরিৎখাউদগী লুপা চনী লৌথোক্লগা পী।

— "ভায়! চিক্কন ফ্রাই লুপা চনীদংগী লৈবীরকউ!"

মিনিট খরগী তুংদা অনাবদু ত্রোলিদা ইম্থোরক্লে। বীমোলনা চিক্কন ফ্রাই লৈবা চৎখ্রে। ময়াম চংদুনা অনাবগী বেট তানা ইন্দুনা নর্সনা ড্রিপ কাপ্লিবদু শেন্নরগা লাকই। মঙলেমজাও করিমত্তা কোইদনা মমাগুম্না থাবাবু ত্রোলিদগী ফমুংদা থাংথবদো মখোয় খরসু য়াওশিল্লক্কুনা তপ্না ফমুং য়ৌরে। মঙলেমজাওনা তৌরিবা খুদিংমক্কু উবদা ইবেমপীশক্কী মবুক্তা অপেনবা পোকচৈ। মচে বালাসু মঙলেমজাওবু মাগী নক্লবা মীশক অমগুম খল্লকই। ওপরেসন তৌবা লোইদুনা অনাবা বেটতা থিনবা য়াওরল্লগা মঙলেমজাওগী মমান্নবা বীমোল অমুক চৎলগে হায়রল্লগা য়ুমদা হনখ্রে। বালাগী নুপা বীরেনসু থবক অতৈ লৈত্রবনিনা চৎলগে হায়দুনা মাসু চৎখ্রে।

শোমদনা শাবীত্রিদো মাদি ঙসিদি শোয়দনা চৎলগদবনি, খরা ফজথোক্কে খন্দুনা চাক-ঈশিং মানা লোইনা হাপ্তুনা থোঙলে। মঙলেমজাওগী বাবাগী চাকশু মানা শেন্নগা পুদুনা পীজরুরে। —"পাবুং ঐখোয়দি ডাক্তরনা ঙসি চৎপা য়াবনি হায়রে, হোরেন নুংথিলদা পুং অহুমদা গাড়ী থারকউ হায়না য়ুমদা টেলিফোন তৌখ্রে, পাবুংখোয়, তামোখোয় অমুক কায়নবা তারেদো! অদু পাবুং! ঐদি হয়েং নোংমা পাবুংখোয়দা শোয়দনা কোয়বা লাক্তোইনি?"

— "লাকউ লাকউ! ইচাশিদি, ইপাগা চাক-চরা-অমত্তংসু চামিন্নসিকো! ইচাশিংগী লম্মন য়াম্না তোনশিল্লবনি। ইপাবুসু ডাক্তরনা হয়েং চৎপা য়াররনি হাযরবনি, চৎলো-চৎলো নথৌ তৌজরুরো!"

— "পাবুংসু ঐখোয়গী নম্বোলদা নোংমতংদি লাক্তুনা ঐখোয়গী পাবুংগা শক খঙনবা ওইনা চাক-চরা অমত্তং চাররদি নুংঙাইগদবা?"

— "ইচাশিদি মদুগী মতমসু লাক্কনি।"

চাক-ঈশিং চাবা লোইদুনা ময়াম পুন্নমক ঙাইহাক-ঙাইহাক পোৎথানরে।

নুংথিলগী পুং অহুম তারক্তুনা শাবীত্রিখোয়গী মবুং কুমারনা মখোয়গী টাটা শুমো পুরগা মমাগা মচলগা লৌবা লাক্লে। মতম খরা লৈমিন্নরিঙৈদা অমনা অমবু মতেং পাংনদুনা নুংশিনা লোইনখিবা কয়াদু নীংশিংনরগা, ইবেমপীশক শাবীত্রিগা নুংশিনা কোন্নে, মমিত্তা মপি ইরা চেন্নে।

— "মরক-মরক্তা উনশিকো!"

— "নংসু চৎথোরকউকো!" হায়নদুনা এদ্রেশনচিংবা নীংথিনা লৌনরে।

ওপরেসন তৌরুবগী জ্ঞান তারকপদা ঙাইরিবা ইবেমপীশক্কী মমা থাবাদা

— "ইমা! ঐখোয় অমুক চৎলুখিগে? ইমাসু নাবা থুনা ফবীরগা য়ুমদা হনবীরো!"

শাবীত্রিগী মমা কোম্বীরৈসু ইবেমপীশক্কী মমাগী মনাক্তা চংলক্তুনা

— "ইচে! থুনা ফরগা য়ুমদা অমুক হনবীয়ুকো! ননাও য়ুমদা হঞ্জরগে!" মঙলেমজাও পোৎ-চৈ হোন্দোকপা য়াওই। গাড়ী থৌরমদাইদা শাবীত্রিনা

মণ্ডলেমজাওবু য়েংলগা পিরাং তৈথোকপদু উবদা মণ্ডলেমজাওসু নুংঙাইতবদি ফাওই। শাবীত্রিগী মবুং কুমার নৌনা হোসপিটালদা উনবদা ঙাইরিবা মণ্ডলেমজাওদা, — "মরুপ লৈবীহৌখো! কোন্না অমুক উন্নশি" হায়রন্নগা মাগী গাড়ী স্টার্ট তৌখ্রে। শাবীত্রি মখুৎ হাই-হাইদুনা অসুম-অসুম হোসপিটালদগী লাপথোকখ্রে।

শাবীত্রিগী মমানা লৈরম্বা বেটতুদা মোইরাংদগী নুপী অমমুক লাক্তুনা লৈবা হৌরে। হোসপিটালগী ফমুং অমত্তা অহাংবা য়াওদে। হোসপিটালদা লৈরবদি অনাবগী অনাবা ঙাক্তনি। স্কুলদা লৈরগনা ছাত্র-ছাত্রি, ওজাশিং, জেলদা চংলুরগা বন্দিশিং, পাত্তা চৎলুরগনা ঙামীশিং, মসি চুমদুনা লৈরগদবা ঝাফন্নি।

ওপরেসন তৌবগী কোয়চেন-চেন্দুনা হোৎনরিঙৈদা ঙসাই অয়ুক্কী চাক-ঈশিং মথোং-মরম খঙনা চাখিদ্রে। নুমিদাংগী চাক্তি খরা হাউনা থোঙলগা চাশি, মখোয়সু হয়েংদি চৎলগদবনি হায়দুনা মণ্ডলেমজাও ঙা কিলোগ্রাম অনী লুম্বা অমা লৈরগা শেমহল্লগা পুরক্তুনা ইবেমপীশক্তা পীররে। ইবেমপীশক্কী মচে বালানে, ইবেমপীশক্নে, মণ্ডলেমজাও মখোয় অহুম চংদুনা ঙাদু থোঙবা চনগদবা প্রেশর কুক্কর খরা চাউবদুদা থাউ ঙৌদুনা থোঙলে। চাকশু অনীরক লোংদুনা খরা য়াম্না থোঙলে। থোঙবা লোইরগা মপাবুংবুসু চাক-য়েঙ্খাং থাংলক্তুনা ইবেমপীশক্না চাক-শেম্নগা নীংথিনা শেবা তৌদুনা পীজরে। মণ্ডলেমজাওবু পোকপা তোমান্না

— "ইচানা থোঙবা চাক-চাবা ঙসিগীসিনা লোইরেদো। ইপাদি মিত্তা পিবু তারকই" হায়রগা অহন্দু মপি তৈথোকই। "ইপাদি হয়েংদগীদি জেলগুম্না য়ুমদা ইতোমতা ইচিক-চিক্না দগুি ফংলবা মীগুম লেল্লুবা তারি, খল্লুবদা নুংঙাইতে।"

— "পাবুং! হায়হৈদবা বাবু, .......!"

— "ঙম্লোই, মীনা তাবা ঙম্বা বা নত্তে, পাপ্পা ওইরবা মপা অমগী অবাবা খঙবা মচা হায়বদু ঐগী ইচানুপা অসিনা ওইদ্রবনিনা।"

অহলদুগী থম্মোই শোঙ্বা বাহৈশিংদু তারুবদা ইবেমপীশক্কী নুপী ওইবীগী থম্মোইদুসু অসুম আ.... য়ৌনা পেৎথরুরমাল্লে। ইবেমপীশক অতৈ বাখল লোইনমক পুমকাও কাওবগুম তৌরুদুনা মচিন কাংথোরকই

— "পাবুং নচা পাবুংখোয়দা তোয়না লাক্লগা পাবুংগী সেবা তৌজরগে?"

— "হা! অদুক লাপ্পা থৌবালদগীবো?"

— "ইবেম্মা! তোয়না লাক্কদৌ শরুক পুল্লপ ওইনা লাক্লো! ইপা-ইচা, ঐখোয় অহুম য়ুমদুদা পুন্না লৈরগা ইচানা ইপাগী সেবা তৌবীরবদি ইপা শিরবসু পেল্লনি!"

— "অদু, পাবুংনা নচাবু অদুক নুংশিবীরদবু .....! নচাগী পূক্লিংদসু লেপচরে" হায়দোক্লুরে।

— "বস! অদুনিদনা ইচাশিদি, ইপানা হায়বা ঙমদদুনা লৈবগী ৱানি, ইপা শোয়দনা মৌ হায়বা লাক্লদৌনি!" ৱাহৈশিংদু হায়দোক্লুরবা তুংদা ইবেমপীশক ইকাইরক্লমাল্লে য়াম্না থুনা "পাবুং চৎচরগে?" হায়রম্লগা থোকখ্রে। তোমালনা

—'ঙাইখোনে, ইবেম্মা! ইমাবু করিসু থোইদোকপা অশোয়-অঙাম য়াওদবা নৎত্রো? "য়াওদে, পাবুং!"

ইবেমপীশক, অহন্দুনা মাবু মচা-মমৌগুম লুনা তৌজবদুদা মাসু পুক্লিং ওল্লুরমাল্লে। মীওইবগী ফজবা পুকচেলদা কনানবু খাঙবা ঙমগদগে? ফজবা পুকচেলদি গঙ্গাগী লুরবা হিমালয়দগী চেম্থবা হৌরকপদা ঙাইরিবা ইচেলগুম্বনি। লৈতেম মান্নবা তুরেলগী ইচেলদা থুংলদ্রিঙৈ, চীংদগী ঈশিং-চাইবী ওইনা শিবা মহাদেবগী জতাদগী হৈথরকপদা ঙাইরিবা শেংলবা ঈশিংগুম্বনি। মসিগী ঈশিংশিবু মীওইবগী থম্মোইদা হাপচিল্লগা মতম কুইনা লেংহন্দনা থম্বা ঙম্লবদি করম্না অমোৎপা চংদুনা নৈহনবা ঙমগদগে? ইবেমপীশক্কী থম্মোই ঙসি গঙ্গাগী ঈহৌরকফমগী ঈচেলগুম্না শেংনা উরি। মতম কুইনা শেংনা লৈবা ওইসনু! হিমালয়গী চীংথক্তা মখল-মখাগী শিদ-হিদাকুম্লবা পাম্বী কয়া হৌরি হায়। অদুগুম্বা মগুল লৈরবা হিদাক পাম্বীশিংদুবু নোংনা চামথোক্লগা ঈশিংগা তোৎন-তিন্নরগা গঙ্গাগী ঈচেল ওইরকপনি। শিদ-হিদাক্কী মহী য়াওরবা ঈচেলদুগী ঈশিংনা ঐখোয়না যাত্রিক ওইনা তির্থ চৎপদা হরিদ্বার তানা চৎলগা গঙ্গাগী লুরবা ঈশিংবু শোক্লগা পাত্রদা হাপ্লগা য়ুমদা পুনরকই। ঈশিংনা চহী কয়া পুমদনা মাগী হান্নগী মগুণ অদুম হোংদনা লৈ। মদু হিমালয়দা হৌরিবা শিদ-হিদাক পাম্বীশিংদুগী মগুন্নি হায়বসি ঐখোয়না খঙবা চংই। অদুঙৈ শ্রীপ্রভু রামচন্দ্রগী মনাও ইবুংঙো লক্ষমন্না

লঙ্কাগী রাবনগী মচা ইন্দ্রজিৎকী মহু কল্লবা তেন্না পান্দুনা লৈমায়দা ৱাম্বুদুনা তুখ্রবদা হিমালয় চীংদা শিদ-হিদাক হৌরিবদু হেক্লুনবা থাখিবা মতমদা রামভক্তা হনুমান্না হিদাক পাম্বীগী মশক খঙদ্রবদা চীংদু পুল্লপ ফুক্লগা মফমদু তান্না পুরকখিবগী ৱারীদুনা শাক্সিনি।

ইবেমপীশক মমা নাবগী লায়েংবা লাক্লগা করম্না নুংশিবগী ইপাক অমদা চংলুরিবা? মহাক্কী ৱাখল, পুক্লিং অনীমক লোইনা মঙলেমজাও অমদি মপা তোমাল অনীগী মফমদা পীথোকখিবগা চপ মান্নগুম তৌরে। অহন্দুনা মরোল অমা মাদি হয়েং চৎলগদবনিনা ইবেমপীশক্কী ৱাখল-পূক্লীং খঙনীংবনা হেঞ্জিল্লক্লুনা ৱাহং কয়া তত্তনা থৌদুনা হংবীরুই। ইবেমপীশকসু লৌথুপ লৌকোই লৈজদবনা পাবুংগী নীংবা থুংনবা "নচা পূক্লিংদা লেপচরে" হায়দোক্লম্লে। কয়াদা ফজনা নুপীদা নুপী মান্না অকিবা অমত্তা য়াওদনা ফোংদোরক্লিবা! মসিবু মঙলেমজাওনা মমাগী মতেং পাংদুনা লুপা লিশিং তরা পুথোক্তুনা মখুত্তা শীন্নবগীরা? পুকচেল ফজবগীরা? নৎত্রগা কয়াম চাউবা ৱাখল ওইবদগীনো? ওইনীংবা অমা ওইজরসনু! অদুবু ভাবোক ওইনা য়েংবদদি ইবেমপীশক্কী তৌথোরকপা খুদিংমক্তা মচু তাবগুম, কল্লক-মীহৌবা মান্দবা, মীওইবা মশেল নুংশিনবগী শেংলবা মমি অমদি তাবগুন্না উরি। মানা চিংনবা লৈতনা ফোংদোক্লম্বা ৱাফম অদুনা অহন্দুবু পুক্লিংদা শান্তি অমা পীরল্লমাক্লে ঙসিদি অহন্দো য়াম্না নুংঙাইনা নাখোক্তুনা তুমখ্রে।

মচানুপা মঙলেমজাও ইবেমপীশক্কী মমাগী লৈফমদা ফমদুনা ইবেমপীশক, মচে বালা পুন্না নোক-নোক্তুনা চাক চামিন্নরি।

মচে বালানা — "করি হায়না কৌগদবনো চহীশু হংনদে, অদু হয়েং নোং-ফাদোক থৌবালদসু কোইথোকপীরকউ! ঐখোয়সু চাক-চরা অমদি হাউবা-হাউতবা পীজনীংখ্রেদা!"

"মতম লাকখিনি ইচে! ঐ কোলকটাদগী হল্লকপগা হেক্তা লাকচরগে। খঙদে, অসুম হায়না য়াম্না নুংশিননা শকখঙ-মায়খঙনদুনা লৈমিন্নরম্লগা কায়নগদৌবসি ওম্বোক্লা নুংঙাইতে।"

চাব-থকপা লোইরবনিনা মাসু চৎলগে হায়রম্লগা মপাগী মনাক্তা হল্লক্লে। মতমদু মপাদি য়াম্না নুংঙাইনা নাখোক্তুনা তুম্লগা লৈরম্মী। মঙলেমজাওনা খল্লি, — "ঐদি বাবাগা হয়েংদি য়ুমদা চৎলগনি। শাবীত্রিসু মমা নাবা ফদুনা ময়ুমদা হনখ্রে। ইবেমপীশক্তি মতোমতা তরক-তরক লৈহৌবা তারেদো! ঐনা নুংতিগী

লাক্তুনা মাগা ব্রাবী-ব্রাতায তৌরববসু থংননা লৈমিন্নরিবা অতোপ্পশিংনা করি খনগনি? অদুগী মথক্তা ঐদি কোলকটাদা অমুক চৎপা তারি। ঐখোয়গী বাবাগী ব্রাখলদদি ইবেমপীশকশি বাবানা পামজবী থোক্লুরমাপ্লে। করিসু থোইনা য়ানীংদবা তৌররোই নীংই। অদু, ঐবু হোসপিটালসি থাদোক্তুনা চৎখ্রবদি সংসারসিগী নুংঙাইরবা, খোইথুন্নরবা, তুংদা অমুক উগে ফংলরোইদবা মীওইবা মশেলগী মরক্তা তাংনা উবা ফংবা নুংশিবা দৃশ্য অমদি তপ্না-তপ্না মতমগী ঈচেলদা তাউদুনা নোংম-নোংমগী লাপথোকখিবা তারিবা! কয়াদা পুক্নিংশে নুংঙোলহল্লিবা! পুক্নিংদা ফাওবিবা হোসপিটালগী মহাওসিবু ঐনা করম্না ঐগী হৈশিংবা ব্রাখল-লৌশিং লোইনা পুথোক্তুনা পাত্র অমদা ফাজিল্লগা মখুম-চেৎনা খুল্লগা হয়েং অমুক উনীংলকপা মতমদা মখুমদু অমুক হাংদোক্তুনা যেংবা য়াগদগে? কদোমদগীনো অশুক নুংঙাইবা পুন্সিগী তাঙ্কক অমদা মমাংদা অমুক্তা থেংনরক্লিবা মওংদা ঐগী তুমদুনা লৈজবা নুংশিগী ব্রাখল অমবু মিকপ থোক্লবা ইবেমপীশক্লা হোসপিটালসিদা হৌদোকপীবিবা। ঐদি কনাগুম্বী নুপীমচা অমগী মফমদা নুংশিগী মিৎয়েং থমদুনা থম্মোইদা মাবু পুশিন্দুনা জগোই শাহনবা, কেনা-মৌনা, ফজবা ফিজোল শেৎহন্দুনা ব্রাখলগী লাইনীং ওইখিবা য়াওবক্তি। অদুবু ... অহীংসিদি শোয়দনা লোইখ্রগনিদো! ইবেমপীশক্তুবু নুংঙাইনা তুমখুল তাল্লিগদ্রা? মাদি ঐনা ব্রাবিবা অসিগুম, ঐখোয অনী-হয়েংদগী লাপথোক্লরগনি হায়বগী ব্রাখলসিবু মঙোন্দসু ফাওরম্লোইদ্রা?"

ইবেমপীশক্কী মশক, মানা তৌথোরকপা ব্রাঙাং, ফিজেৎ, বাবাগী সেবা, ঐগী ব্রাখলনা ঐগী থম্মোইগী লৈজবা শক্তি-পাঙ্গল পুন্নমক মাগী মফমদা লোইনা কখোক্লগে খল্লক্লিবা, পুন্নমক মাগীনিবু হায়রবদি পীনীংলক্লিবা, মাগী মচে, মমা লোইনমক ঐগী নক্লবা মরী-মতাগুম খল্লুরিবসিনা করিগীনো? মানা হায়খিবদো— "লমন তোনশিনবা হৈবা মীশক অমা ইনাক্তা ইচাউ-চাউনা লেপ্তুনা লৈরবনিনা, লমন শিংদবা য়াদবা পাখণ্ড অমা লৈরে। তস! সি হায়রদি ফররিনি"। মদুবু মাগী শাজিন্নবা ঙাইহাক্কী ওইবা তাৎকী ব্রাঙাংলা? মাগী লৈকায়দুদা তশেংনা মাগা খণ্ডনজবা চান্নজবা অমা লৈরম্লোইদ্রা? ঐদি হান্নসু অসুন্না নুংশিনবা অমুক্তসু হৈরুবা নত্তে; মানা ঙসি-ঙরাংসিদা তম্বীবনি। অদুবু মাগা লুনা-চান্না তিন্নবা খণ্ডনবা মীশক অমা লৈবম্লবদি শোয়দনা মমাগী ওপরেসন মতমদা উরম্বা য়াই। ঐগী মিত্তা মচে বালাগী নুপা নত্তনা কনাগুম্বা পাখণ্ড অমত্তা লাকপা উখিদে। মানা

হায়খিবা — "ইচে বালাসু কোয়নবা হৈবজাৎ নত্তে, হায়নরগা লুহোংখিবনি"। অচুম্বা ওইরমসনু!

তুমগে খল্লগা তুম্বা য়াদনা অমরোমদা অমুক ওল্লি অমরোমদা অমুক ওল্লি, তৌদুনা লৈরম্বদগী মা হন্দকমুক্তি তুমখ্রমাল্লে, লেংবা, য়াওনবা উখিদ্রে।

শোমদনা ইবেমপীশক মাবু মিতাজবী, পামজবা পাখণ্ড কয়ানা হায়গে খনবা, ফোংদোক্কে খনবা, ৱাহৈশিং মাগী নাকোংদা হায়রকখিবা কয়া লৈখ্রগসু, পুন্নমক্তু মতম কুইনদগী অমুক্তং শেৎকে, শিগে নীংজরকপা ফি অমা নত্রগা সনাগী লিক্লাং অমা খণ্ডহৌদনা ফংজবদা মদুগী অপাম্বদুনা হান্নগী কুইনা শেৎলক্লবা মল্লবা ফিজোল অমদি অমনবা মচু থোক্তুবা লিকলাংগুম ঙন্নমক কাউথোকপা হৌরক্লে। মঙলেমজাওগী ফজবা পুকচেল, মাগীদমক অমদি তোল্ল-তারবা কনাগীদমক কৎথোক্লীংবগী ৱাখলদুনা মাগী মমিত্তা মঙলেমজাওগী শক্তমদুনা মমঙদা ফাওবা মাগী মনাক্তা শঙদুনা মতেং পাংগদবগী ঙাইদুনা — "ইবেমপীশক নংগী করি ৱাৎলি" হংবগুম তৌররে। মাদি হয়েংদি মাগী মরৈকায়, খুঙ্গংদুদা হনখ্রগনি। হনখ্রগদি করম্না নুংতিগী মাগী মনাক্তা লাক্তুনা মতেং পাংবীরোলাউ উনদুনা অৱা-নুংঙাই ৱারী শাশিলাউ হায়রুগনি? ঙাইহাক উইবগুম তৌরুবদগী মিকপ খংথোক-থোক্লকপদগী তুম্বা য়াদ্রে। মাসু মঙলেমজাওগী ৱাখলদা মিৎলুদগী পিরাং ফাওবা শিঙ্খজবা ঙন্নক্লে।

হোসপিটালগী পুল্সিদা তোঙান-তোঙানবা মফম কয়াদগী লাক্লরিবা অনাবা; অনাবগী সেবারিশিং; কনা অমনা চৈনাখোল খাংবগী কপ্পী, কনা অমনা শ্বর ফুল্লি, কনাগীনা লোক শিথ শিথ খুবগী মখোল, কনাগীনা নাহেখোল পুন্নমক তোঙান-তোঙানবা লায়নাগী চৈনাখোল খাংলিবনি। পুন্নমক্তুগী মরক্তা অনৌবা নুংশিগী মরী অমনা মীগা-মীগগী মরক্তা হোসপিটালদুবু থাদোক্লম্লগা নুংঙাইরবা য়ুমদা হল্লগনি খল্লুবদা কায়নবগী মিকুপ্তু পাম্মুজদুনা নুংদা অৱাবগী পোৎলুম ওইররি। অঙকপনি হে! জগৎ সংসার! নুংশিবা লৈবা মফমদা শা-কৈ, নোংশা, শামুগন্দা অরেম্বনি। নোংমৈ, থাং-তা কির-কিরবা পোৎশক কয়া লোইনমক ময়াই চল্লি। অদুননি, সতি শাবীত্রিনা মাগী নুংশিরবা মপুরোইবগী অশিবা হকচাংদগী থৱায় লৌবা লাকপা যমগী দূট কয়াবু মায়থিবা পীদুনা মমৈদা যম মশামক লাক্লবা ফাওবদা মাগী মফমদগী ইকায়বা নংখিবা!

হোসপিটালগী মীকপ-মীরাউখোল, নহেখোল মরক্তুদা নুংশিবা অমা মফম খঙদনা মাংখিবগুম, মফমদুবু থাদোক্তুনা চৎলমদাইদা পাম্মুরক্লিবা!

অহীংগী পুংজানা বারো য়েখ্রে। নাহেরম্বা কয়াসু নিদ্রা লাইরেম্বী লাক্তুনা মথং-মথং শুম্বীখ্রমাল্লে। অথাপ্পদগী থেংলবা অহীংগী মতমসিদা লাই-হরাউবগী কবুই-নাগা জগোই শাবগী ধুলোক মখোল অমা খোং-খোংতৎ, খোংতৎ-খোংতৎ হায়না নুংশিরবা কবুই ঈশৈগা লোইননা তারি। নুংশিৎনা মাইকৈ অদোমদা হুল্লকপগীরা, মাইক্কী মমায় ওনশিল্লকপগীরা মরক-মরক্তা অমুকসু হৌনা তাই, অমুকসু হেক্তমক নেমথখি। অদুবু তারিবা অরাপ্পগী পুংলোন অমদি জগোইগী খোঙ্থাংদুনা ইবেমপীশক্কী ৱাখলগী লম্বীবু পুরা থিংবদি ঙমখিদে। অহীং অসিবু লোইশ্ত্রগনি খল্লুবদা নুংশিবা অমা কায়নবা তাবনা লোইহন্নীংদ্রি। পাম্মুই, লোইহন্নীংদে হায়দুনা কৈদৌরুনি। মতম্না কনাবুসু মিকুপ অমত্তং ঙাইবীয়ু য়াদে। চৎহন্নীংদবা মতম্নসু হেল্লি খরা থুনা জর জর চৎখিবা। নোংঙানবদা ঙাইরিব্রা খনবনি, অয়ুক্কী পুং নিপাল হেক্তা তারকখি।

মঙলেমজাও ফি-রোল থুপ্পা-খোৎপা লোইশিন্দুনা মাগী বেদ্দিংদা লোইনা হাপ্পগা মরী ফাজিন্দুনা পুনশিনবা লোইরে। শুৎ-কেশতু শো লোনশিল্লি। পোৎ-চৈ য়োম্বা লোইরগা ইবেমপীশক্কী মনাক্তা লাকই। ইবেমপীশক্তি চা লোল্লগা মঙলেমজাওগী বাবাগী মনাক্তা চৎখিরল্লে। মঙলেমজাও ইবেমপীশক্কী মমা থাবাদা, — 'ইমা! নাবা থুনা ফৰীরো! নচা নুংতিগী লাকপা য়াবনি অদুবু কোলকটাদা শান্নবা লৈবনা হংচিৎ চৎপা তারি। খঙদে, য়ুমদসু বাবাশি মথন্তা লৈহৌবা তারি।

মীরোল লৈতবনিনা ঐখোয়দি য়াম্না ৱায়দা ইমা! অদু, হয়েং কোলকটাদগী থোরক্লগা ইমাখোয়রোমদা নচা নোংমা লাকচগে! মদুদা উনবা তারে"।

মতমদু বালাদি বাথ-রুম চংখি। মাসু ময়ুমদা হন্নবা থৌরাং লোইদুনা লৈরবনি।

থাবানা, — "ইবুংঙো! মঙ্গল ওইয়ুকো! ইচানা তৌরুবা থবক খুদিংমক্তা মায় পাকউ! ইচাগী লমন য়াম্না তোল্লি। নংগী মরুপ অমা লাংফৈদা সিফাই খন্দুনা লৈখি। মা থোরকপগা ইবুংঙোগী পৈশাদো নচনগা লাক্লগা শোয়দনা শিংহন্নগে? ৱারৌগনুকো ইবুংঙো!"

মানা লৈবা ফিমেল ৱার্ডতগী মেল ৱার্ডতা ফ্লাক্সতা চা পুদুনা লাকই। ইবেমপীশক্না য়ৌরকপা মতমদা মণ্ডলেমজাওদি মফমদুদা লৈরমদ্রে। মখোয়গী বাবা উনদুনা চা হৈদুনা পীথক্লগা ৱারী ঙাইহাক শানরম্মী। মণ্ডলেমজাওগী বাবানা

— "ইবেম্মা! নং পুন্সিয়ুকো! অহল-লমনগী সেবা মতোল-লোম্না তৌবা ওইয়ু। ইপা কাউদে, পুন্সিসিদা ইচাবু কাউররোই, নংগী নশক-নতৌ, নংগী সেবা, হন্দক ইপানা অপোম্বা অমনা হোসপিটাল য়ৌরকপসিদি ইচাগা উননবা ঈশ্বরনা শীনবগুম থোক্লবনি। নহান অমুক্কী মপোক্কী ৱাংহৌবা লন্দোল-থুমদোল কোকথোক্লবা উনরম্বা ওইরম্বসু কনানা খঙবা!

—"পাবুং য়ুমদদি কনানা চাক ঈশিং হোৎনবীদোইনো? তামোসু কোলকটাদা শান্নবা চৎলগনি হায়বগুম তায়।"

"অদুনিনে, ইবেম্মা! ইপানা খল্লিবশে! অদু নোংমা ইপা নখোয়গী অদোমদা লাক্কে, ইমাগা উন্নরগে, নংগী লৈফম লৈকায়দো খরা ময়েক শেংনা ইরগা ইপাদা পীরম্মু!"

ইবেমপীশক চে অমদা মাগী লৈকায়গী এদ্রেশ ফজনা ইরে। অতোপ্পা চে অমদা মণ্ডলেমজাওখোয়গী এদ্রেশ অমুক ইরগা লৈরিঙেদা মণ্ডলেমজাও লাক্লে।

— "তামো! ঐদি চা শোমদা পুরক্লগা লৈরে, ঐ চা হৈজরক্কে"!

— "ও! ঐদি অশোমদা ইমাদা চৎলগে তাক্লম্বনি। অদু কায়নবা তারেনেকো!"

ইবেমপীশক মপি তারকই। নুপীগী থম্মোইনীনা থুনা পেৎথরুরমাল্লে। ইল্লিবা ফিদুনা মপিদু তৈথোকই। তোমাল ইবেমপীশক্কী মতৌ উরগা পুক্লিং হেন্না নুংশিরকই।

— "ইচা সিদি করিসু খল্লুনুদা! সংসারসে অসি ঙাক্তনি। পুন্নমকশে নুংশিনরগা, থম্মোই শেংনরগা লোইরে!" মণ্ডলেমজাও,

— "অদো, ঐনা হয়েং কোলকটাদগী নংগী করিনো অমত্তংদি লৈরক্কে, অপাম্বা পোৎ অমত্তংদি তপ্পুদনা?" তোমাল,

— "তপ্পু-তপ্পু! ইচাসিদি!" ইবেমপীশক ৱা ঙাংদে।

— "হায়রো! তোয়না উনবসু ফংলরোই, ঐ নংগী করিনো অমদি ঘড়ীরা, শ্বাল্লা, সলবার কমিজ অমদি হায়রোমি?"

তাঞ্জদুদা ওটোরিক্সো ড্রাইভর অমসু লাক্কুনা — "শোম্বু হৌজিক চৎপীগদবা লৈরবদি পোৎশি ঐ পুথোকচরগে?"

—"হোয়-হোয়, য়ারে, হোন্দোকপীরো!"

ইবেমপীশক হঞ্জিল-হঞ্জিল হংবদুদা "তামোনা লৈবীরকপা অমা হেক্তা য়ারেদা!" হায়রকই।

তোমাল থংননা লৈমিন্নরম্বা ময়ামদুদা চৎলুখিগে হায়রন্নগা মপা-মচা বেটতু থাদোক্রন্নগা থোবক্লে। ওটোরিক্সোদুদা পোত্তু লোইনা হাপ্লে। কোনথংদা মপা-মচাসু কাখৎখ্রে।

ইবেমপীশক মখুৎ হাইদুনা পিরাং ইহৌরকপদু ফাজিল্লগা মফমদুদা লেপ্লগা য়েংদুনা লৈহৌই। তপ্না-তপ্না মমাগী মনাক্তা অমুক হল্লক্লে।

শোমদা ইবেমপীশক হঞ্জিল্লকপগা মচে বালাসু চৎনবা শেম-শাবা লোইরমদুনা অমুক থিন্দোক্লুরে। মচে চৎখ্রবা তুংদা মমাগী মনাক্তা অমুক হল্লক্লে। মমাগী মনাক য়ৌবগা মবুক্লিং নুংশিরুরমাল্লে, শুৎ-শুৎ কপ্পী। মমানা

— "ইচাসিদি ঐখোয়সু নোংম-নীনি লৈরগা ডাক্তবদা চৎনবা হায়নরো! ইমাসু খরদি কপ্লে, য়ুমদুসু ইহাং-হাংহৌরিদো!"

ইবেমপীশক য়াম্না হৈনীংদনা চাক থোঙবা অমুক থোকখ্রে। মৈ থাগৎতুনা ঈশিং শারবা কান্দা মাদি কাউদুনা মঙলেমজাওগী চাক শরুকশু য়াওনা চেং শুরুরে। চফু শৌরবা কান্দা "হায়মা! ঐদি-তামোগী চাক হাপ্পুরবোইরে! ফরে, মা লাক্তুবসু হাপ্পুরবনিনা কমদৌনি" খল্লি।

শোমদা মঙলেমজাও মপা-মচা খোঙহামপাত্তা থুংবগা য়ুম্লোন্নবা শাগৈগী ময়াম্বগী মচানুপী ইবেথোইদা ওসিদি চাক খরা থোঙবীয়ু হায়রন্নগা মাগী ফ্লাইট টিকেট কনফার্ম তৌবা ইন্দিয়ান ইয়ারলাইনস ওফিসতা মাগী গাড়ী মচাদু য়াংনা থৌরগা অমুক হায়গৎলকই। মাগী পুক্লিংদা ইয়ার ওফিসকী থবক লোইরগা করিনো অমা কাউরম্বগুম হোসপিটালগী মায়গৈদা গাড়ীদু থৌরগা অসুম লাকই।

গাড়ী খাল্লগা চাক থোঙফম তানা চংলকই। মতমদু ইবেমপীশক য়াম্না শুকথনা ইহৈ-হৈনীংদনা চাক থোঙবা লোইদুনা মমাগী মনাক্তা চৎনবা তৌরম্মী। মঙলেমজাও খঙহৌদনা চংলকপদুদা ইবেমপীশক্তু ৱাখল খংনৌ নৌথোরকপগুম তৌরকই। মঙলেমজাও, —"ঐ ঙসাই নংনা কপহৌবদুদা নুংঙাইতদুনা অমুক লাক্লিবনি। বাবাগী মমাংদা হংবা ঙমদবনি, নংগী করি পোৎনো ঐবু লৈরকউ হায়রিবদো শেংনা অমুক্তদি হায়োমি, কৈদৌগে"?

— "তামোনা হায়বা ঘড়ীদো অদুম য়ারে।"

— "মচুদি?"

— "সনা মচুগী। অদো, ঐসু তামো চৎখ্রে হায়বা কাউরুদুনা চাক হাপচিল্লুরে, পুন্না চামিন্নখ্রসি!"

— "নখোয় ইমানা করি-করি খল্লোইদ্রা?"

— "নুপানবু অদুক পাংদবা? ইমাদগী ইনেম ....!"

— "মখাদি"?

— " মখাদি ঐনা কৌগদবা নত্তবনিনা মশানা শমথজবা তাবনি।"

মখোয় অনী অমুক চাক থোঙবগী কোল-লিক পুন্না পুমিন্নদুনা মমাগী মনাক্তা চংলক্লে।

ইকাইজদুনা মঙলেমজাও —"ইমা! নচা অমুক লাক্লে।"

— "হা! ইচাবু য়ুম য়ৌরুরব্রা?"

— "য়ৌরুরে ইমা! ঐগী হংচিৎ চৎকদবা কোলকটা চৎপগী টিকেটতু কনফার্ম তৌদবা য়াদদুনা লাকপদা অমুক নীংশিংলক্তুনা লাক্লিবা!"

— "অদুনি ইবুংঙো! মীওইবগী লীপুন হায়বসি কনখ্রবা জাৎনি, মসিনা পুনবদনি মীওইকনা পুন্না হিংবা ঙল্লিবসি!"

— "অদু ইমা চাকশু ইবেমপীশক্লা ঐ চৎখ্রে হায়বা কাউদুনা মানা হাপ্লম্মে। ঐসু সিদা চাক চাবা তারে!"

— "চারো-চারো! ইচাশিদি!"

পুখম অনীদা ইবেমপীশক্না চাক্তু থিরগা মখোয় অনী চাবা হৌরে।

— "ইমাগী হিদাক লাংথক করিসু ৱাত্তেকো?"

— "ৱাত্তে তামো!"

— "অদু নংগীদি করি-করি ৱাৎলিবা?"

— "ঐগীসু করিমত্তা ৱাৎত্রে।"

মঙলেমজাওগী মবুক্তা করি খল্লুরবনো, মখুত্তা শিরিবা খুদোপ্তু ইবেমপীশক্তা পীনীংলকপা অমা ফাওরুরমাল্লে। খুদোপ্তু তপ্না লৌথোক্লগা ইবেমপীশক্কী খুত্তা লাম্লগা চাক চারিঙেদুদা পীরে। মমাদি মমায় ওম্বোক্লগা হিপ্তুনা লৈবনা তৌরিবদো উদে।

ইবেমপীশক মাগী মখুত্তা মঙলেমজাওনা লাম্লগা পায়দুনা পীরিবা খুদোপ্তু লৌই।

চাক চাবা লোইরে।

— "অদু নংদি ঐবু অমুক থিন্দোক্লরোইদ্রা? ইমা! নচা অমুক চৎচরুখিগে"? থাবা ওম্বোক্লুবা মমায়দু অমুক লৈশিল্লক্লগা — "য়ৌরো, য়ৌরো ইবুংঙো!"

ইবেমপীশক মঙলেমজাও থিন্দোকপা থোরকই।

— "তামো! খুদোপসিবু কৈদৌনবনো?

— "নংগী নবুকচেল হোংদনবা, হয়েং ঐখোয়দা লাকনীংনবা। লৈহৌরোকো! বাই....।"

মঙলেমজাও পুক্লিং খরা নুংঙাইনা মাগী স্কুটর থৌরগা ময়ুম মাইকৈ পাংখ্রে।

ইবেমপীশক তপ্না-তপ্না খুদোপ্তু য়েংল-য়েংলগা মমাগী মনাক্তা চংলকই। হন্দকমুক্তি পুক্লিং খরা নুংঙাইবগুম তৌই। মঙলেমজাওনা মঙোন্দা উৎলিবা, মাগী অমদি মমাগীদমক তৌবীখিবা মতেংশিংসি খল্লুবদা মী অমনা মী অমদা পাংবা য়াবা মতেং অদুদগী হেল্লব্রা অসিনি। চৎনবী ওইনা ঐখোয়গী মৈতৈ সমাজদা পৈশা পুবগী, শিংবা ঙমদবগী, শেন্দোই পীদবগী থোক্লিবা খৎন-চৈনবা ময়ামশি মঙলেমজাওগী মফমদদি করিসু খল্লমগদবা মান্দবগুম তৌরি। করিগুম্বা

মঙলেমজাওনা মমাগী ওপরেসন তৌনবা পীখিবা লুপা লিশিং তরাদু থুনা পীদবা য়াদে হায়না থৌরক্লবদি খুদক্তা মদু শিংবা ঙম্বা ওইথোক্তে। অরৈবা মরী-মতা হান্নদগী লুনা তিন্নরকপা অমদা ফাওবা লুখ্রাবী মমা-মচাগী ফিভম য়েংলগা পুগে হায়রুব্দা পীবীনীংলোই। মবুংনা থাখিবা লুপা লিশিং তরাদু ফংগনি হায়বগী আশাদনি মমাবু লায়েংবা পুখৎলকখিবা। করিগুম্বা মঙলেমজাও থেংনরমদ্রবদি ঙসি ফাওবা মমাগী ওপরেসন তৌরমদবসু য়াই।

“হে ঈশ্বর! পূন্নমক নহাক্কী থৌজাল নত্তুনা তাইবংম্মী ঐখোয়না করিবু তৌবা ঙমগনি? তামো মঙলেমজাওবু অফবতা ওইহনবীয়ুকো! ঐনা মাবু ঐগী ওইহনবীয়ু হায়না নীজবদি পাপ লৈগদবা মাল্লি, ওইজবা থিবা ওইনা থোক্কনি। ঐ মদুমদি নীজররোই। মাদি মীগী অৱাবা উবা ঙমদবা মীনি, অদুগা ঐনদি মাগীদমক করিসু তৌবা ঙমজদ্রিবনি। মাগী তৌবীমল খঙবা, মীগীদমক কখোক্নুনা মতেং পাংলিবা কয়াশে অমুক্তং ঐবু লমন শিংবা ঙমহনবীবা পীনবীয়ুকো!”

মঙলেমজাও মপা-মচা চৎখ্রবা তুংদা ইবেমপীশক নুমিদাংদু চাক থোঙদ্রে। মাগী ৱাখলদা চানীং-থক্লিংবসু থোইনা পোক্লুদে। মমাসু চাররোই হায়বদুদা মমা-মচা চা থক্লগা তোক্লে। ইবেমপীশক মপা মশক খঙহৌদবনা মপানা মচাবু নুংশিবদু কমদৌবগে হায়বা থোইনা খঙজরুদে। অদুবু হন্দক মঙলেমজাওগী পাবুং থেংনরুবদা অহন্দুগী ৱাঙাং, তৌথোরকপা ৱাখল, মঙোন্দা নুংশিনা য়েংখিবা মিৎয়েং, মচাদা-মচাগুম লোইনখিবা, মাবু থাগৎপীখিবা কয়াদুনা মঙলেমজাওগী মপাবুং তোমালগীদমক খল্লুরগা পুক্লিংদা অহন্দুগী য়াথং ইন্দুনা সেবা তৌজনীংই। মখোয়গী য়ুমদা কনানা চাক থোঙদুনা পীজরমগনি, কনানা অহন্দুগী সেবা তৌবীরমগনি হায়বা ৱাখলদা ঙাইহাক ঙাইহাক উংদুনা তরং হেক-হেক চৎপগুম তৌরুই।

অসুম্না শাবীত্রি অমদি মঙলেমজাও মথং-মথং চৎনখিবা নুমিৎ মঙানি শুরক্লে। ডাক্তরনা মমা থাবাগীসু চৎপা য়ারগনি, অনাবগী ফিভম ফগৎলে, হিদাক-লাংথক খরদি য়ুমদা চাং-নাইনা চারুবা য়ারগনি হায়না তাকপীরে।

ঙসিদি য়ুমদা হল্লগদবনি খল্লুবদা ইবেমপীশক নুংঙাইবা অমদি অৱাবা ৱাখল অনীনা, মাগী থম্মোইবু লাংতক্লবা পোকহল্লি। অমরোমদা ময়ুম য়ৌরগনি খনবগী নুংঙাইবা,অমরোমদা পুক্লিং নুংশিবা, তম্বা থোক্তবা থৌদোক খরা হোসপিটালদা

লৈরিঙৈদা থেংনখিবগী মদু পুরগা চৎপা য়ারোইদবা থৌদোকশিংদুগী অৱাবা। মপোৎ-মচৈদি তপ্না-তপ্না লোইশিল্লি। য়ুমদগী পুরকপা মোরা, ফক, কম্বলনচিংবা লোইনা পুনশিল্লে। কোল-লিক স্টোপ্পচিংবা থোঙ-থাকপদা শীজিন্নরম্বা পোৎশিং বোরা খাউ অমদা হাপচিল্লে। লম্বী মচিল তানা থোরক্কুনা রিক্সো অমা ফারুরে। রিক্সো ড্রাইভরদুগা ইবেমপীশক্কা পোৎশিংদু হোন্দোকমিন্নে। পোৎ হোন্দোকপা লোইরগা থংননা লৈমিন্নরম্বা কাংবুদা "ইমা, ইচে ঐখোয় অমুক চৎচরগে! মতম খরা লৈবীহৌখো, য়াম্না থুনা নাবা ফরগা য়ুমদা হনবা ওইবীয়ু!" অসি হায়রম্লগা মমা-মচা তপ্না অমুক থোবক্লগা রিক্সো মনাক য়ৌরক্লে। থৌবাল পার্কিং তানা থিনবীনবা হায়নরে। রিক্সো মথক্তা পোৎ-চৈ থাংগৎপা লোইবগা মমা-মচাসু তপ্না রিক্সোদা কাখৎলগা রিক্সোদু হোসপিটালগী গেৎলোমদা থোকখ্রে। অসুম থৌরকপনা থৌবাল পার্কিং য়ৌবগা বসতা মপোৎ মচৈ হাপকৎলগা বস তোংলগা অমুক লাকপনা থৌবাল হাওখা য়ৌদুনা কুমথরে।

মতম কুইনা থা অমবোম কাযনরুববা তুংদা ইবেমপীশক অমদি মমা থাবা মখোয়গী থৌবাল হাওখা তুবেল মপালগী লম্বীদুদা বিক্সো অমদা নুংথিল পুং মবিগী অদুরাইদা চংলকই। মচে বালা থোরক্কুনা মৈনচিংবা ওক্লে। মাগী ৱাখলদা থা অমা চুপ্না কুংলবা মী মবক্তা যান্না চিনবা জগা অমদা লৈরুবগা খুঙ্গংগী ময়ুমদা হল্লকপদা ইহাং-হাংবগুম, পুংকোক কোক্লম্বগুম খল্লুবি। মবক-মবক্তা নুংশিবা থম্মোই অমদি ইম্ফালগী বিমস হোসপিটালগী চাকথোঙফমদা মঙলেমজাওনা মোরা অমদা ফম্লগা ঙাংনখিবা ৱাহৈ মথং-মথং নীংশিংলুবদা মাগী নুংশিবদু মফমদুদা তাহৌববগুম খল্লুবি। মতাং অদুবুদি পুন্সিগী কাওবা ঙমগদবা মান্দ্রে। মাঙলেমজাওনা হায়খিবা ৱাহৈ "নংগী তাতোম্বা অমা লৈজদ্রনে?" — "লৈজদে"। ও! ঐদি তামো মঙলেমজাওদা তামোগী চান্নবী অমা তামোখোয়গী খোঙহামপাত্তা লৈবীদব্রা হংহৌদ্রেদো! মানা শিংবা হেনখ্রেদো! অদুক নুংঙাইখিবা, পুক্লিং নুংঙোনখিবা থৌদোক্কুবু অমুক হল্লকখিগদ্রা? মতম্না তপ্না-তপ্না পুখ্রনিদো। করিনো ঐবু মফমদু থাদোক্লম্লগা মফমদুদা ঐগী অরুবা পোৎ অমা কাউরম্বগুম তৌরক্লিবসিনা! ঐনা অমুক হন্না চৎলুরবসু হৌজিক্তি খঙনদবা মফম কয়াদগী অনৌবা অনাবা কয়ানা মফমদুদা লোইনা লৈরম্লগনি। ঐঙোন্দা কনানসু নুংশিনা য়েংবীরক্লরোই। হে! পুন্সিগী খোঙচৎ নংশিসু অঙকপনিদা, কাউগে খল্লুরগা অমুকসু মঙলেমজাওনা শাবীত্রিগী স্টোপ য়াদবা শেমলিঙৈদা মঙলেমজাওগী

চাক চফু শৌরক্তুনা মানা চংশিল্লগা মৈ লৈথরগা চফু মহী খরা চিথোক্লগা য়াইবীখিবদু নীংশিংলকই। ও! পুন্সি হায়বসিদি নীংশিংনবগী লম্বীদা লেপ্তুনা চংশিনখিবগী খোঙচৎ ওইরবোইরে! খঙদে, কয়াম লাপ্না কয়াম কুইনা চংশিনগদবা রাৎলিবা? থবক শুনা-শুনা হৌখ্রবা থৌদোকশিংদু তত্তনা নীংশিলুরি। অমুকসু কপ্নীংবগুম, ইফুৎকী ঈশিংনা কোঙ্গোল অমমম ফুৎ-ফুৎ কাপথোরকপগুম থম্মোইনুংদগী প্রেমগী ইফুৎ থোরকই। মিৎলুদা হৌরক্লিবা পিরাংদু ইল্লিবা ফি মচিদুদা তৈথোকচে। নুমিদাংৱাইগী ধুপ-থাওমৈ থাবা লোইরগা চাকশু মানা থোঙলে। চাক-ঈশিং থোঙবদা খোইজংনা হাউনবা থোঙবা ঙমজদে। অসুন্না থোঙ থাকপদি লোইরবনিনা মমা অমদি নুমিৎ কয়ানি মখোয়গী য়ুম শংদুনা লৈরম্লবা মচে বালা, মতৈ, মচেগী মচাশিং লোইনা পুন্না চাকখুমদা কৌশিন্দুনা নুমিদাংগী চাক-চামিন্নরে। কোল-লিক ফেংবা, ৱাই-রম নীংথিনা তৈবা লোইরগা মতম কুইনা হাংলুরবা নিঙোলকাগী ফমুংদু মোমপাক ফিদক অশুবা অমা শিল্লগা নান্না থারগা তুম্বা চংখ্রে।

কদোমদগীনো, তুমথবগা মমঙদা ঙসাই মানা খনখিবা ময়ামদো লোইনা লাক্লে। শাবীত্রি, মঙলেমজাও, মঙলেমজাওগী পাবুং মাগী মমঙদা লোইনা উনরে। হোসপিটালদা লৈবগী মওংদি ওইরগা শাবীত্রিগা মঙলেমজাওগা য়ান্না নকশিন্নবগী মওংদা মঙলেমজাওখোয়গী পাবুংগী চাক্তু শাবীত্রিনা পুখম অমদা হাপ্লগা চামচ অমনা ইনবগী মওংদা উরুরে। মঙলেমজাওসু শাবীত্রিনা মখোয়গী বাবাগী চাক ইন্দুনা পীজবদুদা মবুক্লিং হরাউবগুম মপাগী মনাক্তা ফমুংদা পুন্না ফম্মিন্নে। অসুন্না চাক-ইনবা লোইরগা শাবীত্রি মাগী কোল-লিক পুরগা থোক্লকপা উই। মঙলেমজাও শাবীত্রিগী মতুংদা প্রপ-প্রপ তাম্নরক্তুনা ফুরিৎখাউদগী নহান ইবেমপীশক্না মঙলেমজাওদা লৈবীরকউ তপখিবা সনা মচুগী ঘড়ীদু শাবীত্রিদা পীরে। মতমদুদা ইবেমপীশকসু মঙলেমজাওগী বাবাগী চাক পুরগা লাকচবনি। শাবীত্রিগা মঙলেমজাওগা লেপ্লগা পীনরিবা মতৌদু উরুবদা ইবেমপীশক ইকাইজদুনা পিল্লার মরুমদা চংশিল্লগা লুমদুনা লৈরে। খরা লৈরগা মখোয় অনী মফমদুদগী নোক-নোক্তুনা চৎমিন্নখ্রে। ইবেমপীশক মানা পুরক্লিবা টিফিন কেরিয়ারদু পায়রগা নীংঙমদনা মমাগী মনাক্তা লাকই। লম্বীদা মঙলেমজাওগা মাগা মায়োক্লনা অমুক থেংনরে। মা ইকাইজদুনা মঙলেমজাও উদনবা টিফিন কেরিয়ারদু মতুংদা লোৎচে।

মঙলেমজাওনা তুংদগীদু করিনো হংই। কবিসু নত্তে খুমই। ইবেমপীশক্লা কপ্পা কপ্পা তামোখোযগী পাবুংগী চাক থিনবা চৎলুবনি। অদুবু ....।

অসি হায়বগা হিক্লা-হিক্লা কপ্পদুদা খঙহৌদনা মিকপ থোরক্লে। মিকপ থোরকপা কান্দা মমিৎ অনীদো পিরাংতনা পুন্নুপ-লুপলম্লে। পিরাংদু নীংথিনা তৈথোক্লগা নাকন অমদা ওল্লগা তুম্বা অমুক থেম্মী। পুক্লিংদা খল্লুই-"তামো মঙলেমজাওদুবু তশেংনা শাবীত্রি পাম্বজাংলা, মাবু শাবীত্রিগী ওইগনি হায়বগী মঙতাক ওইনা মখোয অনীনা ঐগী মঙলান্দা লাক্লগা উহল্লরিবরা? হে। ঈশ্বর নহাক্লা পূম্নমক শীনবীযুকো। ইবেমপীশক তপ্পা-তপ্পা অমুক তুমথখ্রে।

# "মরিশুবা"

নোংঙাল্লে, নহান মখৈ ইবেমপীশক থা অমরোমগী মতমসি নুমিৎ থোরকপা মায়কৈ উবা ফংলুদ্রবনি। নোংপোক-নোংচুপ, খা-ৱাং মাইকৈ শেংনা খঙজরুদ্রবনি। চাউরবা হোসপিটালগী দলানশিংনা মথং-মথং খনখিবনা নুমিৎ থোরকপা মতমদা শুমাং মঙ্গোলদা নোঙ্থদুনা লাই খুকমজবদো মতম শাংনা কাউবগুম তৌরুরে।

অদুবু ঙসিদি মহৌশাগুম য়ুমগী হৈনবীদো য়ুমদা লৈরবনিনা অমুক হনজিল্লকপগুম তৌরে। নুংশু নুংশিদকো! হে য়ুম! থীরবসু ফজরবসু য়ুম নং লৈরম্বনা তাইবং ঐখোয়না অমদি মন্থম শাবগা হিংজবা জিবশিংনা নংগী ননাক্তা লাক্লগা লমদম-তাম্না চৎলুরবসু নংবুতা উবিবা, নংবুতা নীংশিংলিবা! নংনা লুনা তৌবীবনা ওইবা তাই তাইবং মীনা চাউথোকচরিবা! অদুবু অসুক নুংশিবা ঐগী য়ুমশে নোংমদি হুন্দোক্লম্লগা চৎখিগনিকো ঐখোয়শে!

অসুন্না মতম কুইরবগী তুংদা ইবেমপীশক য়ুমগী নুংঙাইবা মহাও অমুক ফংজরে। মাগী তৌগদবা ইমুংগী মকুপ-মতা লোইনমক মথং-মথং লোইশিল্লি। হোসপিটালদা লৈরুবগী ফি-রোল অমোৎপশিংদু পুথোক্তুনা পুখ্রি মপালদা ফি শুরি। মচে বালানা ইমুংদা চাক থোঙলি। ইবেমপীশক ফিরোল শুবা লোইশিল্লকপা মতমদুদা মচে বালানা চাক চারশি হায়দুনা কৌবা থোরকই। মাসু থুনা ইরুজথোক্লগা চাকখুমদা চাক চাবা চংখ্রে। মমা-মচা, মচে বালা, মতৈ বীরেন অমদি মচেগী মচাশিং পুন্না চাক চামিন্নরে। নুমিদাংৱাইদু বীরেন্না মাগী নুপী বালাদা নুমিৎ ফরিঙৈদা ঐখোয় ঙসি য়ুমদা চৎনবা তৌরসি হায়রকপদা বালাসু মমাদা য়ুমদা চৎলগে হায়রুরে। মমানসু ফরে-ফরে হায়বদুদা বালা অমদি বীরেন মচাশিংগা লোয়ননা থৌবাল ক্ষেত্রি লৈকায়গী ময়ুমদা অমুক হনখ্রে।

ঙসিগীদি নুমিৎ অমুক তাখ্রে। মতম্না অসুম পুখিবনা মথংগী নুমিৎ অমুক লাক্লে। খঙহৌদনা ইবেমপীশক্কী মবুং সিফাই খনখিবা ধীরেন শুৎ-কেশ অমগা লোইননা থোঙ্গালদগী চংলকপা উরে। মা ঙরাং থুংলবদা খরা থেংখিদুনা য়ুম য়ৌরক্তুনা ইম্ফালদা অহীং লেক্লগা ঙসি অযুক ঙস্তা লাকপনি।

মচন্নুপীনা মবুং উবদা, —"হো ইমা! হো ইমা! দাদা লাকএ! দাদা লাকএ" হায়রগা চেনশিল্লকই। ইমুংদা চেনশিনখিদুনা মৈখেৎ অমদি চে খরা পুরগা থোরকই। মৈ চল্লগা মবুংবু মৈ ওকচরে। ইবেমপীশক মবুংগী শুৎ-কেশতু দারিদা থাঙ্গত্তুনা ইমুং য়ৌনবা পুশিল্লে। মচলনা মবুংগী হোংদোক্লবা ফিরোল থিরগা পুথোক্তুনা পীররে। ধীরেন মচন্না পুথোরকপা ফিদু হোংদোকপা লোইরগা মবুংগী ঈরুজনবা পুথোরকপা ঈশিংদুনা অমুক ঈরুজখরে। ঈরুজবা লোইরগা ধীরেন মমাগা পুন্না নে-তানা ফম্মিন্নদুনা ৱারী শান্নরিঙৈদা ইবেমবীশক চংলক্তুনা ৱারীদু মতাং চানা পাংশিল্লকই।

ধীরেন্না থাখি হায়বা নুপা লিশিং তরাগী শেনফমদু ফংদবদগী পৈশা পুফম খঙদদুনা লৈরিঙৈদা খোঙহামপাত্তগী অপোম্বা য়েংবা লাকপা তোমাল কৌবা অহল অমগী মচা নুপা মঙলেমজাও থেংনরুবদগী মানা পৈশাদু পুথোক্তুনা ওপবেসন তৌখিবনি হায়না মমানা তম্বদু তাবগা ধীরেন মঙলেমজাওবু মশক খঙননীংবা পোক্লকখি। করি করম্বা মরমদগী মানা পুকচেল অদুক চাউনা মতেং পাংলকখিবনো খঙনীংখি। অদুগা অমরোমদা মানা থাখিবা পৈশাদুনা করি অশোয়বা লৈবদগী মতম চানা ফংদ্রিবনো হায়বগী মতাংদা থিগৎপা পামখি।

মচন্নুপী ইবেমপীশক্না মঙলেমজাও থেংনখিবা অমদি মানা মবুংদা টেলিফোন তৌরিঙৈদা মঙলেমজাওনা তাখিবা, অদুদগী ময়ুমদগী পৈশা লৌরুরগা পুরক্তুনা ইবেমপীশক্তা পীরবা কয়াদু অমত্তা চিৎথদনা তম্মী। মবুংনা মীগী পৈশা তোনবা ফত্তে, হয়েংমক চত্তুনা মীগী পৈশা পীথোক্লুগে হায়রকই। মচন্না — "দাদা ঐসু মখোযগীদা অমুক্তং চৎনীংই, মখোযগী পাবুংদো মী য়াম্না ফৈ। অদু দাদা! তামো মঙলেমজাওদি কোলকটাদা মোহনবগান হায়বা ক্লব অমদা ফুটবোল শান্নবা য়াওবনি হায়। মহাক হৌজিক শান্নবা চৎলমগনি, নহান হোসপিটালদগী হল্লগা নোংঙানবগা চৎকদবনি হায়রম্বনি। মীশু য়াম্না ফৈ, ইমাগী ওপরেসনগী ঈশু মঙোন্দগী চানরমদুনা মানা পীখিবনি। মাগী মরুপ অমসু পুরক্তুনা ঈ টেস্ট তৌখিবনি।"

মচনগী ৱাদু তাবদা মবুংনা — "ও! ঐ য়াম্না থুনা মাগী পৈশাদু শিংদোক্তবা য়াদে। নৎত্রগদি ঐখোয়বু মানা য়াম্না লান্না উখিবসু য়াই। অদুগী মথক্তা লৈকায়সিবু, লমদমসিবুসু মানা য়াম্না হন্থনা অমদি ফত্তনা ৱা খংদবা লৈকায় ওইনা উখিবা য়াই। ইবেম্মা! হয়েংমক ইবুংগা ইচিল ইপ্পা পুন্না চৎলগা মাগী পৈশা শিংদোক্লুসি"

— "অদু দাদা! মাদি লৈরম্লরোই।"

— "লৈরমদ্রগা মখোয়গী বাবাদা শিন্নরম্লগা লোইরেদনা! ইবুং মীগী পৈশা তোনবা হৈনদে, নংসু কৈদৌঙৈদা মীগী পোৎ, পৈশা খক পুগে খল্লুগনু!"

ৱারী-ৱাতাই ঙাইহাক শানরম্লগা ইবেমপীশক ঈরু মাইথজবা লোইরগা চাক-ঈশিং থোং-থাক্লবা অমুক হোৎনখ্রে। মবুংদু মফি-মরোল হোংদোক্লগা মাগা তিন্নবা মমান্নবশিং উনবা ঙাইহাক থোকখি। মচল নুপী বালাগী য়ুমদসু চত্তুনা অহল-লমনশিং উনরুরে।

মচনুপী বালানসু মঙলেমজাওবু অফবগী মরমদা ৱাফম কয়া 'মসু তমদুনা তারে। মাসু খল্লি — "মঙলেমজাও হায়রিবা নীপাশি ইচম-চম্বা অমদি ওইদবা তাই।

ময়ুমদা অমুক হল্লক্তুনা মচন্না নীংথিনা থোঙ-থাকপা লোইরগা চাক্লুক শেমদুনা থম্লম্লবা চাক্তু চারে। নুংঙাইবা ৱারী মথং-মথং তৌনরিঙৈদা নুমিৎ তাশিল্লক্রে। হয়েংদি ইবেমপীশক মবুংগা লোইননা মঙলেমজাওখোয়গী য়ুমদা চৎকদৌরি। মবুক্লিংদা খল্লি —"ঐবু করি ফি শেৎশিগে। অদুগা পাবুংনা চানবা করি লৈরগা পুশিগে!" অহন্দুনা মাবু লুনা তৌবীখিবা, খনবীখিবা ময়ামদুনা মঙলেমজাওখোয়গী য়ুমদা চৎনিংবনা খোরো - খোরো খোৎপা হায়বদু য়ৌরে। পাইনীংবা অমা য়াওবগুম তৌরক্রে। মফি-মরোল শেৎনবা ফজবা খল্লগা ইষ্ট্রি নান্না তক্তুনা থমলে।

থেংজিল্লক্রবদা ফমুংদা চংদুনা তুমখ্রে।

মতম তারুবা ফক্লাংদা য়াল্লিবা ঘড়ীনা কনাবুসু ঙাইরম্বা তৌদে। মিকুপ অমত্তা পোৎথাদনা তেক-তেক অসুম চৎখিবনা মী কয়া মাগী তেক-তেক হায়বা মখোলসিনা মথং-মথং পুদুনা চৎখ্রে। কয়া অমনা মমা-মমাগী গর্ভনুংদা মপুং-মরৈ ফারক্তুনা মথং-মথং তাইবংপালগী কুম্মৈ য়েংবা অমদি য়াওবা লেপ্তুনা থোরক্লি। কনানসু মথৌ ওইনা হিসাব অমত্তা পারুদে।

অয়ুক্তু ইবেমপীশক ওস্তা ইরুজথোক্লগা ফনেক ফি-রোল ফজবা শেত্তুনা কে-মৌবা লোইরে। মানা অশুক থৱায়-য়াওনা চৎনীংলুবগী মরমদি মঙলেমজাওগী বাবাগী ফজবা পুকচেলদুনা চিংবগুম্না লাপ্না কৌবননি।

মঙলেমজাওগী মপাবুংদুনা শাওগনবা ঙাংনবা য়াদবা, শৌ-শৌ লাউবা মীশক অমা ওইরল্লবদি ইবেমপীশক অদুক-য়াম্না চৎনীংবা পোক্লমদবসু·য়াই। মসিসু মীশিংগী মনুংদা য়াওরিবা গুণশিংদুগী মখাপোনবা ৱাঙাং-শাঙাং, লমচৎ ব্যবহার শিংদুগী মখা পোন্না ফাওরকপা পুক্লিংনা য়াবা অপাম্বনি।

চিক্কনবা ছুই লৈবা ইমুংদা কনানা চংনীংবগে? জেলদা, লোক অপতা অহীং অমত্তং লৈরো লাউ কৌবদা কনানা য়ানীংগদগে? অদুবু ইবেমপীশক্কী থম্মোইদা মঙলেমজাওখোযগী যুমদা চৎকনি খনবদা কযাদা হৱাউজরিবা?

মবুং ধীরেনসু ঈরু-লুজবা লোইদুনা মফি-মরোল হোংদোকপা লোইরে। মচন্দা লুপা লিশিং তবাগী বন্দন অমা "শে! নংগী বেক্তা হাপচিল্লু" হায়না পী। মচন্না পৈশাদু মাগী বেগতা হাপচিল্লি। মচন্না চানবা করি-করিনো খরসু লৈরগা পুনীংই হায়বদগী মবুংনা খ্বাইরম্বন্দ বজারদগী লৈরুরশি হায়রে। মবুংনা হান্নদগী শেংদোক্কুনা থল্লবা স্কুটরদুদা মচিন-মৌপ্পা পুন্না তোংখৎলগা — "ইমা চৎলুখিগে" হাযবল্লগা থোঙ্গাল্লোমদা থৌদুনা চৎখ্রে। মথং-মথং থৌরকপনা খ্বাইরম্বন্দ বজার য়ৌদুনা শেম-অঙ্গুর য়োনফমদা থৌজিল্লগা শেম- অঙ্গুরনচিংবা খরা লৈরে। বীসকুৎ পেকেৎ অচৌবা অনী অমসু লৈবে। পোৎ-চৈ লৈবা লোইদুনা মচিন-মৌপ্পা মফমদুদগী অমুক লাকপনা খোঙহামপাৎ য়ৌরে। নহান মানা লৌহৌবা এদ্রেশতু হংলগা লাকপনা মঙলেমজাওখোয়গী থোঙ্গাল য়ৌরে। থোঙ্গালদা গাডীদু ইনশিল্লকই। পীক্তক তৌনা তক-তনান্না শাবা বং-পং নীংথিনা থারবা য়ুমদুগী মঙ্গোলদা অহল অমা মতুং ওঙ্খোক্লগা নুংশা য়াইদুনা লৈ। মনাক্তা অতোপ্পা অহল অমসু ফমদুনা ৱারী শানরি। অতোপ্পা অহন্দুনা "মী লাকই" হাযবদুদা তোমাল মমায় ওঙ্খোক্লগা য়েংলকই। ইবেমপীশক উবদা —"এ! ইবেম্মা। ইচা লাক্লিব্রা? ঐনা ঙরাং মঙদা ইচা উই হায়বসিদি চুম্মীদনা! ইচা লাক্কদবা সিননিদনা! লাউ চংলকউ! ইবুংঙোসিদি?" — "পাবুং ঐখোয়গী দাদা আদা লংফৈদা লৈ হায়বদুনি, ঙরাং থোক্লকপনি।"

—"ইবুংঙো! লাউ ইচাসু চংলকউ! করিমত্তা কোইরুনু, নচনশে লুনা তৌবীয়ুকো! মানা সেবা তৌবদগী ইপা অনাবা থুনা ফদুনা ঙসিগী ফিভমসি য়ৌরক্লিবনি। নচনশে ইপাগী মফমদদি মহা লক্ষ্মীনি খল্লিবনি।"

মাগী মরুপ্তুসু তোমালগী ৱাদু পুক্লিং চংনা তাবগুম তৌই।

— "ইচাশিং লাকপদি ঙসিদি সিদা চাক চাথ্রসিকো !"

— "পাবুং ঐখোয় চাজরোই !"

— "ইবুংঙো হায়গনু! তোয়না উনবসু ফংলোই, লম্না লাপ্নবনিনা, নচন নুপীদা ইপানা হোসপিটালদা হায়রম্বনি, ইপাগীদা নোংমা লাকউ, চাক চরা অমদি শোয়দনা চামিন্নশি! অদো, ইপাগা চাক চরা অমত্তংদি চামিন্নখিশি! নৎত্রবদি ইপা য়াম্না নীংঙমহৌররোই। ইচা নুপাদু লৈরবসু খরা ফগদবা, মাসু মথংগী ইরাইদদি য়ৌরক্কনি হায়না ফোন তৌরকই।"

ইবেমপীশক মানা পুরকপা শেম, অঙ্গুর, বীসকুৎনচিংবদু গাড়ীদগী লৌথরগা মঙ্গোল মচিদা চংশিল্লগা থম্মী।

মঙলেমজাওগী বাবাগী মরুপ্তু — "অদুদি ইতাও! ঐসু চৎলগে, কোন্না অমুক উনরসি, ইবুংঙোসু লৈবীহৌখো!" হায়রল্লগা থোকখ্রে।

তোমাল — "ইবেম্মা! নচিন-নৌপ্পা ঙাইহাক্তা ফম্মু! ইপা অঙাং অমত্তা কৌরক্কে!"

ঙাইহাক চৎথোক্লরগা

নুপীমচা চহী ১১মুক লোংগা ওইবা অমা পুরগা চংলককই। নুপী মচাদুদা "ইবেম্মা! নং চা-কপ অহুমদা হাউনা লোল্লকউ হৈগদ্রা?"

অহন্দুগী হৈগদ্রা হায়বা বাঙাংদুদা ইবেমপীশক চাদু মানা চংলগা লোনবীরুসিরা শল্লকই। মবুংদা

— "দাদা! ঐ অমুক্তা চংলগা য়েংবীরুসিরা?" মবুংনা শোয়াংননা

—"মীগী য়ুমসিদা....!"

তোমালসু মচিন-মৌপ্পা ঙাংনরিবদু হাইফেৎ তাখিবগুম তৌদুনা

— "চংউ-চংউ ইচাশিদি, কোইরুনু! নয়ুমগুম্বনি!"

ইবেমপীশক ফম্লম্বদগী হৌগৎলগা ইমুংদা চংখ্রে। মবুংনা খল্লি

—" করিনো, ঐগী ইচনশিবু করিমত্তা কোইদনা তৌরিশিবু!"

ইমুং যৌরগা ইবেমপীশক্কা নুপীমচাদুদা "ইবেম্মা! নংগী মিংদি করি কৌবা?"

— "ইবেথোই কৌই।"

— "অদু নংবু গ্যাস থাগৎপা হৈগদ্রা?"

— "হৈনি"।

— "শে-শে, চেচে, থাগৎপীগে!"

গ্যাসতু ইবেমপীশক্কা থাগৎপীরে। চাগী ঈশিংসু কপ অহুমগী চাংদা হাপ্লগা শঙ্গোম, চিনি, থাক্লগা য়ারনি নং ঈশিংশে ঙাইহাক্তং শৌহল্লুকো"! হায়রল্লগা অমুক মপান্দা থোরক্লে।

থীবেম্না মচন ইবেমপীশক্তা মখোয়না পুরকপা পৈশাদু পীখিনবা ইঙ্গিৎ অমা তৌই।

ইবেমপীশক — "পাবুং! তামোদি লাক্তি, অদো ঐখোয় দাদানা থোরকপদা পৈশা খরা য়াওরকই, নহান ইমাগী ওপরেসন তৌবদা তামোনা ঐঙোন্দা লুপা লিশিং তরাথক পীবনি, পৈশাশি পাবুংদা শিন্নজরমগে?"

— "হা! মানদি ইপান্দা করিমত্তা হায়রমদেদা! থনমগনু!"

— "দাদানা থারকপা পৈশা য়ৌরকত্রবা, নংনদবদুদা তামোনা মতেং পাংবীখিবনি, পাবুং লৌশিনবীরো!"

— "ইচানা হায়রিবা বাফমশি ইপা কয়াদি য়ানীংদেদা! পৈশাশি ইচাগী শুত্তা অদুম থম্মবসু কায়দবনি। ইপাবু অহল-মতম ওইরক্লবা কানসিদা পৈশাসিনা করিবু তৌনরুগবনো? ইচানা য়াদ্রবনিনা ইপা শেনফমশে তোঙাম্না থমগেকো! নবুংদো লাক্লগা করিগী লৌহৌরিবনো হায়না ঐঙোন্দা শোয়দনা শাওরগনি।

তোমাল পৈশাদু পায়রগা ইমুং চংলগা মাগী মোনপাক মখাদা পৈশাদু থম্লল্লগা অমুক থোরকই। "অদু, ইপা ঙা অমত্তং লৈরুগে, ইচাশিং চানবা! চাক্তি ইচানা ইশুনুপী অসিগা খরা মতেং পাংদুনা হোৎনবীরোকো! ইপা ইচানা থোঙবা চাক চানীংই। হোসপিটালদা ইচানা থোঙঙগা পীজবদো ইপা মহাউদু ঙসিসু নীংশিংলি, ইপা ঙা লৈরুখিগে, কুইরোই ফৎ লাক্কে" হায়রল্লগা থোকখ্রে।

ধীরেন্না খল্লি — "করিনো ঐগী ইচলশিবো, অহনসিনা অশুক য়াম্না লুনা তৌরিবা ? অসুক থুনা নকশিন্নরল্লিবা ? মণ্ডলেমজাওগা ঐগী ইচনগা নক্লবা মরী অমা লৈনরবজাৎলা ?" তাঞ্জাদুদা নুপীমচা ইবেথোই চা পুরগা থোরকই। ইবেমপীশক্তা কপ অমা, ধীরেন্দা কপ অমা পীরে। মখোয় অনী চা থক্তুনা অহন্দু হল্লকপা ঙাইদুনা লৈ। ধীরেন চা-কপতু পায়রগা মণ্ডলেমজাওখোয়গী য়ুম-ইম্খোল অকোয়বদু মনীং-ময়া লৈ-লৈদুনা য়েংই। য়ুম্বান-কৈবানদু উবদা নুপাগী য়ুম্বান ওইজরবসু তরু-তনানবদু উরুবদা পুক্নীংদা থাগৎপা পোকখি।

ঙাইহাক ঙাইরবা তুংদা তোমাল ঙা রৌ কিলোগ্রাম অনীরোম লুম্বা অমা পুরগা চংলকই।

— "ইপা শেম্নগে, ইচানা হাউনা থোংলো!" ইবেমপীশক্না

—"হোয়-হোয় পাবুং" হায়রকপদুদা মবুংদো মচলগী মতৌদুদা

— "উম! ঐনা খল্লিবশি শোয়দনা চুমগনি"।

অদুবু চহী মতাংনা অসিগুম্বা তাঞ্জা লাক্তুগদি, ইকাইদুনা ইনখৎলকপা মতমদা মীরোৎ ওইনা ইমুংদগী হেন্দোক্তনা লৈরগদি করম্বা লৈরাংবু খোইমুনা মশক খণ্ডবীদোইনো ? তৌজরসনু, য়েংবা তারেদনা!

তোমাল ইমুংদা চংলগা মশু ইবেথোইদা শো অমা পীরগা নুপীশিংগী ফি থন্নবা উপুদু শো হাংদোকহল্লি। ফনেক-ফিরেল লৌথোকহল্লগা মচে ইবেমপীশক্তা পীনবা হায়।

ইবেথোইনা ফনেক অমগা ইন্নবা ফি মতেক অমগা লৌথোক্লগা ইবেমপীশক্তা হোংদোক্লবা পী। ইবেমপীশক কা অমদা চংলগা মফি হোংদোক্লরে। মানা শেৎলকপা ফনেক-ফিরোলদুসু নীংথিনা থুপ্লগা চৌকি অমদা থম্মী। মপান্দনা ধীরেন্না

— " পাবুং! ঐ পোস্ট ওফিসতা ঙল্লিইঙেদা ঐনা থাখিবা পৈশা য়ৌদবগী মরোল অমুক্তা হংজরুগে, থৌবালদা হংলুবদা ইম্ফালগী পোস্ট ওফিসতা দরখাস্ট অমা থাগদবনি হায়রকই, মখোয়না চাক লোইরকপগা মপা চাননবা।" মচন নুপীনা

— "দাদা! খরা থুনা হনবীরকউকো" হায়হৌই। মবুং ধীরেন অমুক চংখ্রে। তোমাল

— " ইবেম্মা! ইমাদি খরা কল্লব্রা?"

— "পাবুং খবা কল্লে, হৌগত্তুনা ঈরু-মাইথজবা ঙমলে।"

— "ফরে, ফরে, নোংমা নোংমগী কনজরক্কনি, ঙসিসি নবুংদুদং লৈরম্লবদি ফগদবা।"

— "পাবুং ঐ চাক থোংনবা হোৎনরুরগে" হায়রম্লগা ইবেমপীশক ইবেথোই হৌরগা বালটিন অমদা টৈঙ্কিদগী ঈশিং খরা টেপ্তা য়ারগা ফদি অমনা মখোঙ মখুৎ শেংনা হামদোক্লুরে, অদুগা মঙ্গোলদা কাখৎলকই।

তাঞ্জদুদা ইমুংদা মপালদগী টেলিফোন কোল অমা লাকপা তাখি। তোমাল ইমুংদা চংদুনা টেলিফোন থাঙ্গত্তুনা পায়রুই। মচা নুপা মঙলেমজাওগী ওইরম্লে। মঙলেমজাওনা মাগী শাম্নবগী নুংঙাইবা পাউ খরা তম্লকই। শাম্নবদো মখোয়গী টিমনা লৌরে হায়না তম্লকই। মা ইরাই নুমিৎকী অয়ুক্কী পুং ১১.৩০ দা শোয়দনা থোরক্লগনি হায়না তমই। তোমালনা মচানুপাদা ইবেমপীশক অমদি মাগী মবুং ধীরেনগা লাক্তুনা মখোয়গীদা লৈ হায়না তম্লুরে। তোমালগী ৰাখলদা মচা নুপাগা ইবেমপীশক্কা ৱারী শানহন্নীংবগী ইরাং অমা ফাওরকপগুম তৌই। ইমুংদগী ইবেমপীশক্তা —"ইবেম্মা! নবুং অঙাওবদুগী টেলিফোন্নি, ঐনা ইচা লাকই, ঐখোয়গীদা লৈরি হায়রুরে, ইচাবু মাগা ৱারী অমুক্তং শানগেরা?"

ইবেমপীশক খোইরুম মোমোন মিনোক্তা—"শাদসু য়ানিদা পাবুং!"

মবুক মনুংদদি শানীংবনা লাংতরুবগুম তৌরকই।

—"শাও, শাও ইচাশিদি! সে টেলিফোনসে নঙ অমুক পায়ররো!"

অরাপ্পদগী লাকপা ফোন্নিনা কোক হেক তৎখিবসু য়াই খন্দুনা ইবেমপীশক টেলিফোন লৈবা কাদুদা চংখ্রে। কাদুদি মঙলেমজাওগী কানি। অহন্দু টেলিফোন্দু ইবেমপীশক্তা পীরম্লগা মপাল থোকখ্রে। ইবেমপীশক

— "হল্লো! হল্লো! তামো ঐ ইবেমপীশক্লে।"

— "ঔ তামো! ঐ তামোগী পৈশাদু ঐখোয় দাদানা থোরকপদা পৈশা খরা পুরকপদুদা থিল্লুসি হায়দুনা লাকপনেবা! অদুদা তামোখোয়গী পাবুংনা চাক চাদবা য়ারোই হায়দুনা ঙা কাসু লৈরুদুনা চাক্তু ঐনা থোংগদৌরিয়ে! অদো তৌ ঙম্বীনিকাদি হায়বীরোইকো!

— ঔ! য়াওরকএ,

— উম! কোন্না খংনবাইদুনি!

— আ! দাদাবু নৎত্রো? লৈখিনিয়ে!"

ইবেমপীশক মঙলেমজাওনা ঙাংলিবশিংদু তারগা নোকই।

— "অদু তামো! লাক্কদবা নুমিত্তো তাকপীরকও!"

ইরাইদা! তাং কুন হায়বদো শোয়দ্রবো?

— "ঔ! ঐখোয়দা চাক হাপ্পল্লগে?

— আ! ... হোয়!

— "ইমাবুরো? খরদি ফরে, চাকসু অদুম মপুং ফানা চারে!" ..... "উম!"

— "ঔ ইবেথোই কৌবী নুপীমচা অমগা ঐগা চাক থোংমিন্নরি। মাদি জ্ঞানবু য়াম্না তাইনে।"

ঙসিদি পাইরক্লগা চারদৌ ঙাইরে হায়রগা নোকই।

পুং তরামাথোই মখায়, ঐ ঐখোয়গী থোঙ্গালদা লেপ্লগা ঙাইরমদোইনি। শোইনবদি য়ারোইকো!

প্রোমিস!

পাবুংবুরো? .... থোইনা শোনবা নত্তেদা।

— ইকাইজেয়ে, মতম চাদ্রি!

— "ইরাই নুমিৎকীদুবু অশেংবা শোয়দ্রবা নৎত্রো?, ফরে, ঐ শোয়দনা চাক হাপলমদোইনি! ঐসু নুমিৎতো চাক চাদনা ঙাইজরল্লগে! নসুং লাংগীনি কৈনো! ... চাক মাংহনবদি য়ারোইকো!

— "ও থম্বীরো তামো!"

ইবেমপীশক ওনথোকপা তাঞ্জা অমদগী টেলিফোনসু পায়রুরে। মঙলেমজাওগা ৱারী ঙাইহাক শানরুম্বদুদা অনৌবা মহাও অমগা লাকপগুম তৌই।

টেলিফোন তৌবা লোইরগা টেলিফোন কুপ্লিবা ফিদু শেংনা কহোকই। টেবল মথক্তা থম্লিবা মঙলেমজাওগী টাই পুনবা ফোটোদুনা মঙোন্দা মুন্না য়েংবগুম তৌরি। চংশিন্দুনা ফোটো মথক্তা পক্লম্বা উফুলদু তপ্না মানা ইল্লিবা ফিদুনা শেংনা তৈথোক্লগা অমুক মফমচানা থম্মী। রেগ মথক্তা পরেং শানা থম্লিবা শিল ময়াম, ফক্লাংদা থেৎলিবা গোল্ডমেদল ফংবগী ময়াম নমমিন্নবা গ্রুপ ফোটো, মতোমতা নম্বা, মেদল পরেংদুসু য়াম্দুনা লৈরি। পূম্নমক্তু উরুরগা ইবেমপীশক অসুক মশক নাইবা মীশক অমনা ঐবু লুনা খনবীরিবা! মসিবু পুম্সিগী ওইবা য়াগদ্রনে?

অদুবু তামো মঙলেমজাওনা টেলিফোন্দা ফোংদোরকখিবা — ঐ ইরাই নুমিত্তা শোয়দনা ফ্লাইত্তা থোরক্কনি। থোরকপগা নখোয় য়ুমদা হান্না লাক্কনি চাক হাপ্পম্মো! মাবু তশেংনা ঐখোয়গীদা লাক্কদ্রা? ঐগী ঘড়ী সনা মচুগী অমসু লৈরে, ইমাগী ইন্নবা শ্বাল অমসু।"

ঐনা মখোয়গীদা থোংলিবা চাকশিবু ওহোক্না চানীংখ্রেদা ঐ খুদক্তা পাইরকপা য়ারবদি হায়রকখিবা কয়াদুবু পুন্সি চুপ্পগী ওইনা থাজবা য়াগদবা অরেপ্পা পুকচেল ওইরমগদ্রা? নৎত্রগা ঐঙোন্দা মখোয়গী পাবুংগী মতৌদুবু য়েংবা নুংঙাইব্রা, পাবুংদু য়ুমসিদা করম হায়না লৈরম্বগে হংলকখিবা! ঐবু মানা য়ুমসিদা থুনা লাকহন্নীংবগী ৱাদি মাল্লি। চাক থোঙনা-থোঙনা ৱাখলদা ঙাইহাক-ঙাইহাক, হেক-হেক মঙলান অমদা তাওবগুম তৌরুরি।

ইবেথোইগা মখোয় অনীনা থোংবা চাক-য়েঙ্খাংদু লোইশিন্নক্লে। তোমালগী পুক্লিংসু ঙসিদি নুংঙাইবনা ইরাং-লাংই। ইবেমপীশক্না তাঞ্জা খঙনা শাহনবা ঈশিংদো বালটিন অমদা হৈরগা পুথোরকই।

— "পাবুং চাইথবা য়াবনি, ঈশিং অশাবা লৈজরে।"

— "ও! ইচানা ঈশিংসু শাহনবীরবা! খঙদ্রে, ইপানা অহল ওইরকপসিদা ইচাশিংগী লমন শিংবা ঙমদনা শিবনা হানগদৌরিব্রা"?

ঙাংনা-ঙাংনা তোমাল ইরুজবা লোইখ্রে। চন্দোল উপুদু অমুক ইবেথোইদা হংলগা ইবেমপীশক্না মাঙ্গোলদা ৰাই খরা তৈথোক্লগা থম্মী। মানা তৌথোরকপা খুদিংমক অহন্দুসু য়াম্না চেকশিন্না য়েংই। অপাম্বা ঙাক্তা তৌথোরকপনা তাক্লি-ঙাইদি অমত্তা য়াওদে। পুক্লিংদা হেন্না নুংঙাইবা পোকচৈ। তোমাল চন্দোল-চৰা থিনবা লোইরগা মাঙ্গোলদা ঙাইহাক ফমদুনা লৈরিঙৈদা ধীরেনসু থোঙ্গালদগী গাড়ী মচাদু থৌজিল্লকই। ধীরেন চংলকপগা থোঙ্গালদা টাটা-শুমো অমা থাম্মী। সলৰার কম্মিজ শেৎপী লৈশাবী অমা, তুপি উপ্পা নুপা অমগা, খরা অহল ওইরবী নুপী অমগা করিনো খরা য়াওবা খাউ অমা লৈশাবীদুনা পুরগা মাং থানা চংলকই।

চংলক্লিবা কাংবুদু মাঙ্গোলদগী তোমান্না উরে।

— "আই! ইবেম্মা! নংবু নহান হোসপিটালদা উনখিবা ইচা নুপীদু নৎত্রনে, নম্বোলদগীদো?"

— "মানি পাবুং ঐ শাবীত্রিনি! ঐখোয় ইমাগা অমুক্তংদি কোয়রুসি, পাবুংখোয়গী য়ুম খঙলুসি হায়দুনা ঐখোয় তামোগা পুন্না লাকপনি।" ঐখোয়গী তামোগী মিংনা কুমার কৌই।

— "ও! ইবেম্মসু য়াওবীরকইবা?"

— "হোয় তাদা! নহান হোসপিটালদসু উনহৌদ্রবনিনা শকসু খঙনহৌদ্রে। তাদখোয়দা চৎশি হায়না তত্তনা ইচানুপীনা হায়বদুদা লাকচবনি।" শাবীত্রিনা

— " তামোদি লৈতব্রা পাবুং?"

— "মাদি কোলকটাদা শান্নবা চৎখ্রে।"

— "তামোদি করম কান্দা লাক্কনি ?"

— "খঙদে, ইরাই হায়ব্রা কৈনো, অশেংবা হায়বা ঙম্বজাৎ নত্তেদা!"

— "হন্দক্কী ইরাই নুমিৎসিদরা পাবুং?"

— "হায়বা ঙমদেদা ইবেম্মা মখোয়গী ৰাসে। শান্নবা মীনিনা লাক্তবসু য়াইদা।"

— "অদো পাবুং! পাবুংখোয়গী টেলিফোন নম্বরদি অমুক্তা লৌজগে?"

তোমালগী মবুক্তা শাবীত্রিবু চিংনবা অমা পোকপগুম তৌরকই। তাক্লিংদ-তাক্লিংদনা টেলিফোন নম্ববদু পীদবা য়াদদুনা পীখ্রে।

"অদো, ইবেম্মা! ইবেম্মগী ইমান্নবী নহাল হোসপিটালদা লৈমিন্নবম্বী থৌবালদগীদো, মাসু লাক্তুনা লৈবনি। ইমুংদা চাক থোংলিবনি। ইবুংঙো ফন্নিবসিনা মাগী মবুংনি। ইচাসু ইমুংদা চংগেরা?"

তোমালনা খল্লি, "মখোযগী কাংবুসি অতোপ্পা নুমিৎ অমদা লাক্লন্নবসু ফগদবা!"

অমবোমদা শাবীত্রি অহন্দুগী ৱাদু তাবদা শকফম খঙহন-হঞ্জিনখিবগুম তৌই। পুক্লিংদা "ইবেমপীশক্কা করন্না অসুক থুনা য়ুমশিদা লাক্তুনা মীগী চাকখুমফাওবা চংদুনা চাক থোঙবা ঙমশিল্লক্রবা। মাবু নহান হোসপিটালদা লৈরিঙৈদদি মমায য়াম্না শোনবগুম তৌখিবনিদা। মমিং ফাওবা তাকপা ঙমখিদবনি, অদুগবু!"

শাবীত্রিগী মবুক্তা করিগুম্বা লৌ খরা শান্নবগে খল্লকই। মা ইমুংদা চংখ্রে। ইবেমপীশক চাক থিদুনা চাক্লুক শেমদুনা লৈবা উই। শাবীত্রিনা চাকশঙ য়ৌরকপদা ইবেমপীশক্লসু শাবীত্রিবু উরে। ইবেমপীশক ইকাই-নুংশি য়ানবগুম তৌরে। মখোয অনী হোসপিটালদা লৈরিঙৈদা অহানবদা য়াম্না চন্না লোয়নরম্বদু মঙলেমজাওনা লুপা লিশিং তবা ইবেমপীশক্কী মমাগী ওপরেসন তৌনবা পীখিবদগী ঈকাসু পীদুনা মতেং পাংলুবদগী য়াম্না থুনা লাপথোক্লবগুম তৌখিবনি। ইবেমপীশক্কা মঙলেমজাওগা চাক থোঙফমদা নোক-নোক্তুনা শানখিবা ৱারীদুনা শাবীত্রিগী থম্মোইদা তাশোন্না থিনবমুক নাখ্রবনি। অদুগা ঙসিনা ইবেমপীশক্না মঙলেমজাওখোয়গী য়ুমদা লাক্লগা ইমুংগী মৌ অনৌবীগুম চাকখুম ফাওবা চংদুনা চাক থোঙলন্নবা।"

নুপীশিংগী থম্মোইদা মখোয়না পামজবা খোয়দাজবা কনাবু অতোপ্পা মমান্নবী অমগী ওইখিদৌরে খল্লুবদা থম্মোইদা কল্লকচবগী, মীহৌবগী ৱাখল শোয়দনা ফাওবকপমাল্লে।

শাবীত্রিগী মফমদসু মঙলেমজাওবু ইবেমপীশক্কী ওইখ্রগদ্রা হাযবগী চিংনবগী থাক খৱাং-ৱাংখৎলকখি। করি উপাইনা মঙলেমজাওবু ফাসিগে হাযবগী ৱাখলদা মিকুপ্তুদা থৌবাং অমগী পো যাৎপা হৌবগে খল্লে।

মানা ঙাইহাক উংদুনা লৈরিঙেদা ইবেমপীশক্না,

— "হাইমা ! শাবীত্রি ! নংসু লাকইরো ?"

— "ঔ, নংদি থাক য়াম্না ৱাংলম্লেনা !"

— "ঐদি নহান ঐখোয় ইমাগী ওপরেসন তৌনবা তামো মঙলেমজাওনা পীখিবা পৈশাদো, নংসু খঙইদনা ! অদু, ঐখোয় দাদানা হন্দক থোরকপদা পৈশা খরা পুথোরকই, পৈশাদু শিংবা চুন্না লাকপনি। পাবুংনা চাক চাদনা চৎখিবা য়ারোই হায়দুনা কন্না হায়বদগী চাক থোঙবীনবা লৈতে হায়বদুদা ইকাই-ইকি খঙদনা মীগী চাকখুমদা চংদুনা চাক থোঙলুরে। নং উরগা ঐদি ইবু ইকাইজরে !"

— "হায়মা ! নংদি পাবুংগা য়াম্না চান্নবদাইনে ?"

— "কদাইদৈনোদা ! ঐখোয়গী লৈতবা উবদুদা পাবুংনা নুংশিবীবদুদা নংনা পাংখন-খনবগী ৱানীদা ! অদো চাক চাখ্রসিদনা ?"

— "এ ! নংদি ইমুংগী মীসু নত্তনা ? নংনা হায়রগা করম্না চাগনি, ঐখোয়দি ইকাইজে। নোংফাদোক লাকপদবু ?"

শাবীত্রিগী ৱাঙাংদা হন্থবা, উশিত্তবা পুকচেল অমা চেন্লিবদু ইবেমপীশক ভাব তাই। মাগী ৱাহৈদুনা ইবেমপীশকপু ইকায় খঙদবসু মালহন্লে। শাবীত্রিগী ৱাঙাংদুনা ইবেমপীশক চানীং-থক্লিংবা পোকখিদ্রে। মা য়াম্না থুনা ময়ুমদা চৎনীংবা পোক্লকখি। "ও ! শাবীত্রিনা অসুম্না য়ুমসিদা লাক্কনি খঙজরম্লবদি ঐ য়ুমসিদা লাকচরম্লোইদবনি, ঐবু করম্না পাবুংনা চাক থোংউ হায়বদা য়ারুদুনা ইকায়বসি নংলবা ! ঐসি পংইদা" খল্লি।

শাবীত্রি মপান্দা অমুক থোকখ্রে। মাগী ৱাহৈদুনা ইবেমপীশক শাবীত্রিগা ওনশিন্নদুনা ৱারী শাগদবসু তনবা পোকলে।

শাবীত্রি থোকখ্রবা তুংদা ইবেমপীশক্না ইবেথোইদা,

— "ইবেম্মা ! ইবুবোক্তা চাক খরা লোংখৎশিরা হংলুগেরা ?" ইবেথোই থোরক্লগা মবুবোক্কী নাকোংদা তুমিম্না

— "ইবুবোক ! চাক খরা অমুক লোংখৎলগে ?"

— "হোয় ইশুসিদি ! কোম্ননবা লোংখৎলু !"

মী অহমগী চাক অমুক ইবেমপীশক্না লোংখৎলে। শাবীত্রিখোয়গী কাংবুদুদা তোমালনা

— "ইবেম্মা! হাউবা-হাউতবা ঐখোয় পুন্না চাক-চামিন্নখ্রসিকো!"

— "য়ারেদা পাবুং! হয়েং নোংমা ঙা-চাক পুরগা লাকচগে?"

— "তুংদনা তুংগী থোকপা ঙসিসু চাগদবনি ইচানা ঙসি নোংমতং লাকপবু! ইচাবু ফি হোংদোক্কেরা?"

— "হোংলরোইদা পাবুং!"

— "পাবুংনা চাখ্রো হায়রবনিনা চাখিবা তারেদনা! চাখ্রশিকো ইমা?" শাবীত্রি ইমুংদা অমুক চংলগা ইবেমপীশক্তা

— "পাবুংনা চাক চারগা চৎলো হায়রে, ঐবু করি-করি পাংঙুগে?"

— "য়ানীদা, অয়াম্বা লোইশিল্লবনি"।

— "ফরে অদুদি পাবুংগী চাক হান্না শেম্বীরো! ঐ পাবুং পীজনবা তৌরগে?" শাবীত্রি মপান থোরক্লুনা তোমালদা চাক চানবা কৌশিল্লরে। তোমালনা

— "ইবেম্মা! ইবুংঙো অনীশু চাক চারুরসি!" মখোয় পুন্না ইমুংদা মথং-মথং চংখ্রে। শাবীত্রি চাকশঙদা শৎ চংখিদুনা হোসপিটালদা লৈরিঙৈদা তৌখিবগুম অহন্দুগী চাক্তু মানা থাংদোক্লুরে। ফম্নবা ফালকাদু ইবেথোইনা পুথোরকপদু মানা লৌরগা থাদুনা শেল্লে।

তোমালনা খল্লি, "মাগী হেনমনবা রাষি অমা যাওরিবসিদং লৌথোক্লুগদি শাবীত্রি মীনা কয়া নুংশিরোই, চম্নবা য়ারোই।" মানা তেল্লবা মতম খরা হোসপিটালদা উনবদুদদি মাগী অশেংবা মশক লোইনা খঙবা ঙমদ্রবসু ঙসি মানা মীগী ময়ুমদা তৌবিবা হেঞ্জিনবা মতৌ অসিনদি অহন্দুবু হরাউহনবগী মহুত্তা নুংঙাইতবা ওইনা পোকহনবীরে।

ময়াম পুন্না ফমদুনা চাক চাবা হৌরে। শাবীত্রিদি মমাগা পুন্না চাবি। ইবেমপীশক অমদি ইবেথোইনা ময়ামগী সেবা তৌরি। মথং-মথং অওক-ওক্তা য়েংদুনা ইবেমপীশক্না চাক-য়েঙ্খাং হাপ্পী। তোমান্না

— "ইবুংঙো, ইবেম্মা! হাবা য়াদ্রব্রা"? কুমারনা

— "য়াম্না হাউইবো। পাবুংনা থম্মোই শেংনা পীজবনা ওইরমাল্লে।"

চাবা-থকপা লোইরে। ময়াম খুৎ-শা হামদোক্লদুনা মপালদা অমুক থোকখ্রে। মপান্দা শাবীত্রিনা শেম অঙ্গুর মানা পুরকপদু খোক্লগা ময়ামদা মথং-মথং য়েন্দুনা পীজে। তোমালবুসু শেম অঙ্গুরদু প্লেট অমদা হাপ্লগা খরা পী।

শাবীত্রিগী মমা কোম্বীরৈনা তোমানগী য়ুম-কৈ লুনা-নান্না পানবদু উরগা মচানুপীনা করিগুম্বা মঙলেমজাওদা লৈখিবা থোক্লবসু নুংঙাইনা লৈজরগনি খল্লুরি। নুংঙাই-য়াইফবা হায়বসিমক্তবু পুন্নমক্না পান্নবা মহৌশানি। মমানা পামজবগুম মচানুপীসু মঙলেমজাওখোয়গী তরু-তনানবা য়ুম্বান্দুদা কল্লকচবগুম তৌরুরি।

অমরোমদা ইবেমপীশক্তি শাবীত্রিগী কল্লক-খম্বনবা মানবা ৱাঙাং তারুবদগী পুক্লিংদা নীঙহন্নবা পোকখিদুনা চাক্কা অমত্তা চাদনা মপান্দা ময়াম ফন্নিবদুদা য়াওদুনা লৈরে। ইবেথোইবুদি চাকশঙদা চাক নীংথিনা শেল্লগা পীজরল্লে। কুমারনা

— "পাবুং! ঐদি থবক অমা লৈহৌই, ঐখোয় অমুক য়ৌজরগে, কোন্না অমুক কোইথোকচরক্কে!" ধীরেন্দা ওনশিল্লগা

— "মরুপ! কোন্না অমুক উনরশি" হায়না মখুৎ শোক্লরগা থোঙ্গাল্লোমদা থোকখ্রে। চৎলমদাইদা শাবীত্রিনা তোমালদা ওনশিল্লগা,

—"পাবুং সিদগীদি য়ুমসু খঙলবনিনা ঐ য়াম্না তোয়না লাক্রুদৌনি। মথং লাকপদদি ঙা অচৌবা অমা ঐখোয়গী পুখ্রিদগী ফারগা পুরগা লাকচগে, অদু, অমুক চৎলুখিগে পাবুং!" মমা কোম্বীরৈসু

—"তাদা অমুক য়ৌজরগে?"

ইবেমপীশক শকফমদু য়েংবা কয়া নুংঙাইত্রে। শাবীত্রিবু থোঙ্গাল ফাওবা য়াম্না হৈনীংদনা থিন্দোরকই "শাবীত্রি য়ৌরোকো!"

নম্বোলগী কাংবু মখোয়না তোংলকপা টাটা শুমোদা পুন্না তোংলগা অমুক চৎখ্রে। শাবীত্রিনা খনখি "ইবেমপীশক্তু চাক্তি পীজরমদ্রেদনা!"

ময়ামদু চৎখ্রবা তুংদা তোমালনা ইবেমপীশক্তা — "ইচাবু চাক চারব্রো?"

— "চাজরে পাবুং!"

তোমালসু ইবেমপীশক চাক চায়-চাদে হায়বদি ভাব তাহৌদ্রে। চারে হায়বদুদা শোয়দনা চারম্লগনি খল্লুরে।

ইবেমপীশক লুখাক ময়াম্না চারম্বগী চাইরিবা ময়ামদো শেংদোক্লে। ৰাইরম শিৎ-নাম্না তৈথোকপা লোইরগা, মনীংদা কোল-লিক ময়ামদু লোইনা পুথোক্লগা অমুক ফেংলুরে। টেক্কী মনাক্তা লৈবা বালটিন্দুদা টেক্কীদগী ঈশিং খরা য়াদুনা মখোঙ-মখুৎ শাপোন নোইদুনা শেংনা হামদোক্লুরে। ইমুংদা অমুক চংলক্তুনা মাগী ঙসাই থুপতুনা চৌক্রি মথক্তা থম্লম্বা ফনেক ফি-রোলদু হোংদোক্লে। মিংশেল মমাংদা চংদুনা মশম-মনা নীংথিনা হাৎতোক্লগা কেজরে। মানা শেৎলম্বা ফনেক অমদি ফি-মতেক নীংথিনা থুপ্লগা ইবেথোইদা পীরগা ঙসাইগী উপুদুদা হাপহল্লুরে। উপুগী শোদু ইবেথোইনা অমুক মবুবোক্তা পীখরে। বেগতগী লুপা তরা চৎপী অনীখক লৌথোক্লগা ইবেথোইদা পী। "ইবেম্মা! নং বুবোক্তা ঐ চাক চাখিদে হায়রন্নুকো!" হায়না পাউমেল্লি। চৎলমদাই য়ৌরক্লবদা মঙলেমজাওগী কাদা অমুক্তুং চংলমগে খন্দুনা চংলকই। মাদি কাদু ঙসাই টেলিফোন তৌবগী চংলুবদুনা কোইনা খল্লুদে। ঙসাই মানা শেংদোক্লম্বা ফোটোদুদা য়েংলগা ভাবনা লৈহৌরোকো! হায়রম্লগা থোরক্লে। মঙোলদা ফল্লিবা তোমালদা

— "পাবুং ঙসাইগী পৈশাদুবু মফম-চান্না থম্বীগ্রবা?"

— "ইহে! ইচানা হায়রগা নীংশিংলকই, ফমুংগী মোমপাক মখাদা থম্লম্বনি।"

— "পাবুং! মীরোলগা লৈতবগা চেকশিন্না থম্বীয়ু!"

— "হোয়, ইপা থম্লুখিগে!" অসি হায়রম্লগা তোমাল ইমুংদা চংশ্রে।

পৈশাদু উপুদা হাপচিল্লম্লগা অমুক থোরকপগা "ইপাগী অকাউবা, অৰাৎপা অহল ওইরকপগী মতেং পাংবীনবা ইমৌ অমদি থুনা থিদবা য়াদ্রবনি হায়রিবসি মসিদনি।" ইবেমপীশক ইবেথোই হৌরগা মনীংলোমদা চংখি। তোমাম্না ধীরেন্দা

— "ইবুংঙো! ইপা ৰা অমত্তা হায়গে? য়ুমদা কোয়রকপদা হায়বনি হায়দুনা ইপাবু ৰারৌগনু! ইচানা ইপাবু লাম্নসু লৌগনু! ইবুংঙোগী ইচলশে ইপা ইমৌ

ওইজরগে? ইপা-ইচাদি হোসপিটালদা লৈরিঙৈদা য়ানজরবনি। অদুননি মানা ময়ুমগুন্না কোইজদ্রিবা, ঐনা মাবু চাক থোঙজু হায়বা ঙম্লিবা!"

ইবুংঙো, ঐগী ইচানুপাসে মথক্তা ময়াম্বা অনী পীক্লিঙৈদা লৈখিদ্রবনি। অদুননি মাগী মমিং মঙলেমজাও কৌরিবা। মাগী শান্নবগী মিংদি কেনেদি কৌবনি। কন্নানা থোনখিবনো খঙদে। মা পোক্লবা মতুংদগী অঙাং মখা তাখিদ্রে। মানা টুবেলফ থাবা কুমদা মমাদু কন্না নারম্মী। মাদি পীক্লিঙৈদগী হৌনা ফুটবোল শান্নবা য়াম্না পামজরকপনি। নোংমা ইম্ফালদগী নুপা অমা লাক্লগা ঐঙোন্দা - "খুরা, খুরাগী ইচানুপাসে ঐ ইম্ফালদা পুরগা ঐগীদা লৈহল্লগা শেমজরগে?" ঐনা মমা নাবগা মীরোল লৈতবগা কয়া-য়ানীংলমদে। নুপাদু ঐনা কয়া য়ানীংদবদুদা অদুম হনখি। ইচানুপাগী টুবেলফ পরিক্ষা হায়দোকপা নুমিত্তুমক্তা মমা লৈখিদবনি। কুমদু লৌ খরা উজবদুসু ইকং থোক্লুনা ফৌ অমত্তা লোকখিদবা চহীনি। ঐ য়াম্না বাখি। মমা নাবগী ওপেরেসন তৌনবা পৈশা লৈতবগা মাসু পঙবা বাজখি। কোন্নথংদা মাগী শান্নবা য়াওরুবা ক্লবতুগী সেক্রেটরিদা মমা লাইয়েংনবা পৈশা খরা পুজগে হায়রুবদা য়াবীরকখি। অদুবু মমাগী ওপরেসন্দি কান্নররোই হায়রে। ডাক্তরনা য়াররোই হায়বদগী মঙলেমজাওবু পোকপী খোমদোনবী য়ুমদা পুথরকখি। নুমিৎ ছুমনি লৈরল্লগা মহাক সংসার থাদোকখ্রে। মথবায় নুংঙাইত্রমাল্লে, মমাগী শোরাৎ নোংঙানবদা ঐঙোন্দা খঙহল্লমদনা কোলকটাদা চত্তুনা শান্নবা য়াওখিবনি। কোন্না চিঠি ইরগা মরোল খঙহল্লকখি। অদুদগীদি ইপা পৈশা-নুংশাগী অবাবদি কয়া লৈত্রবসু মী বাৎপগী অবাবসিমদি অদুম লৈরক্লবনি। য়ুম মচাসিশু ইচানা তাঞ্জবা পৈশানা শাজবনি। ঐগী হায়ববু লৌ পারী অনীখক লৈজরিবা অসি মঙাইরে।

ইপাগী অবাৎপসি ইচা ইবুংঙোগী খুত্তা লৈরে। ইচানা করি খল্লিবা?

ধীরেন ঙাইহাক্তং খল্লগা, — "পাবুং! ঐদি ইচন্নবু মাগী থম্মোইনা পামজবা ওইরবদি করিসু য়ানীংদবা লৈজদে। ঐসু ঙরাং য়ুমদা থুংলবদগী উরিবা মাগী মতৌ, পাবুংখোয়গীদা চৎচনীংবা, মীগী য়ুমদা হেক্তা চংলগা চাকখুম ফাওবা চংদুনা চাক্তা থোঙলিবা, ঐদি ইচনশি মীনা তৌঙম্বীনি হায়নখিগদ্রা খঞ্জরবনি। পাবুংনা লুনা-চান্না তৌবীবদুননি মানা কোইজদ্রিবা। পাবুং ঐগী ইচলশে বাবানা লৈখিদবাকান্দসু য়াম্না পীক্লা ছন্দোক্লমদুনা বাবাগী মশক খঙজহৌদ্রবনি। ইমাদা ঐখোয় বাবাদি কদায় চৎখি, কৈদৌঙে হল্লককনি হায়না তত্তনা হংলম্বদু, বাবা

হল্লকমন্দ্রবদুদা মানা বাবা হংবসু নোংম-নোংমগী তোকখিবনি। জ্ঞান মপুং ফারক্তুনা মমৈদা বাবা লৈখিদ্রে হায়বদু তপ্না-তপ্না খঙজখিবনি।

পাবুংবু মানা হেক অপোকপা মপামক্কি খল্লম্লিবা, হেন্না নকশিন্নবা মরীশি উরুবদনি নচানা ঙক্লিবা। হন্দক হোসপিটালদা পাবুং অমদি পাবুংগী ইচানুপা ধর্ম্ম লৈবা, ঐনা মশক উদ্রিবা মরুপ অদু থেংনরমদ্রবদি ইমাগী ওপরেসন তৌরমদবসু য়াই। পুন্সিগী কাউনদবা, কায়নদবা ওইহনবীবা ঈশ্বরনা শিনবীসনু! পাবুং নচা অমুক্তং খুরুমজগে?"

ধীরেন তোমালদা নোম্বদুনা ভক্তি কৎলি। ইবেমপীশক মবুংনা অহন্দুগা শানরম্বা ৰারীদু মানা য়েনখা য়ৌরকপদা খরা তাহৌবগুম তৌরে। পাক-হেক চংলকপা ঙমদনা ফক্লাং ময়াদা লৈশিন্দুনা লৈরে। মবুংনা অহন্দুবু খুরুমখ্রবা তুংদা মাসু চংলক্রে। ইবেমপীশকনা

— "দাদা চৎনবা তৌরশি?"

— "ইবেম্মা! পাবুং খুরুমজরো অমুক চৎলসি"।

ইবেমপীশক মাগী সেন্দলদু লৌথোক্লগা দারিদা কাখৎলক্তুনা তোমালবু খুরুম্মী।

— "ইচাগী মঙ্গল! পুন্সি-চুপ্পা নুংঙাইয়ুকো!" অহন্দুগী মমিত্তা মপি তারকই। খুদৈ মচিদু চিংখৎলগা মপি তৈথোকই।

— "চৎলোকো ইবুংঙো! ইপাগী ইবেম্মা! না-য়েকপা য়াদেকো! ইচা মরক-মরক্তা লাকউকো! ইপাসু ইচানুপা লাকপগা ইচাখোয়গীদা শোয়দনা লাক্কে। ইপা অসুম লৈহৌরেকো!"

মচিন-মৌপ্পা গাড়ীদা তোংখত্তুনা ধীরেন্না গাড়ী থৌরগা চৎখ্রে।

# “মঙাশুবা”

ঙসিদি ইরাই নুমিৎনি। মঙলেমজাওগী য়ুমদা মাবু পোকপা তোমাল মচা লাক্কনি হায়বগী নুংঙাইবা ৱাখল অমদা তাউদুনা লৈরি। য়ুম্লোন্নবগী মশুনুপী ইবেথোই ঙস্তানা কৌরুবগা ইমুংগী ৱাই-রম শিৎপা, কোল-লিক ফেংবা লোইরগা ধুপ অমুক থাহল্লি। মচানুপা লাকপগা ইবেমপীশকপু মমৌ ওইবগী মৌ হায়বা চৎনবগী মতাংদসু তান্নগে খল্লি। করিগুম্বা মচানুপানা হোয় হায়রবদি থা অমা অনীগী মনুংদা লুহোংনবা থৌবালদা চৎলগা ইবেমপীশক্কী মমা থাবাগা অমুক ঙাংনরুগে খল্লি। মশুনুপী ইবেথোইদা তোমালনা

— “ইবেম্মা! ঙসিদি নংগী ককাদু কোলকটাদগী লাক্কনি হায়বনি, চাক্তু নং খরা থোংবীগেরা? ককাগী চাকসু খরা হাপ্পু!”

ইবেথোই মবুক্তা অঙাং ওইজরবসু ভাব খরদি তাজরে। নহান মচে ইবেমপীশক্না চাক থোঙলগা চাদনা চৎখিবদো নীংশিংলক্লে। “ইবুবোক! নহান সিদা লাক্রুম্বা থৌবালদগী ইচেদো মাদি নুমিত্তুদা চাক চাখিদবনি।”

— “হা! করিগী চাখিদ্রিবা? নংদি নহান্না নুমিত্তুদা হায়বা য়াদব্রা?”

— “ইচেদুনা ইবুবোক্তা হায়দোক্কনু হায়দুনা লুপা কুন পীরম্মী।”

— “ও! ওষ্ঠোকপনিদা। ইচাদো চাক চাদনা চৎখ্রবা! চাক কোন্নদবগীরা?”

— “নত্তে। নুপী লৈশাবী অমা নম্বোলদগী কোন্না লাকপদুদা ইচে ইবেমপীশক্না চাক চামিন্নখ্রসি হায়রুবদা নংদি মপুসু নত্তনা, নংনা হায়রগা করম্না চাগনি, নোংফাদোক লাকপদবু ঐখোয়দি ইকাইজে হায়রুবদা
চাখিদবনি।”

— “অদুম্না হেক হায়ব্রা ইবেম্মা?” “খঙদ্রেদা ইবেম্মা! ইচানুপীদো ওষ্ঠোক্না নুংঙাইরম্নরোইদা।”

কোলকটাদা মঙলেমজাও অরোইবা নেসনেল লিক রাউন্দসু মখোয়গী টিম্না কাদুনা য়াম্না হরাউনা য়ুমদা থোক্লগা ইবেমপীশকখোয়গী য়ুমদা হাম্না চৎকে খল্লি। ইবেমপীশক্তা পীনবা ঘড়ী লুপা ১৫০০/- পীবা অমসু লৈদুনা লৈরে। নিংথমথাদা লিৎচনবা নুপীশিংগী ফুরিৎ কোর্ট ময়েক হাপ্পী-অমসু লৈরে। খঙনবা থা ফাদ্রিবা ইবেমপীশক্কী পুকচেলদা মঙলেমজাও থোইনা হেন্না ঙাওজরুই। ইবেমশক্কী মশক, ৱাঙাং কয়াদুনা উনীংবগী, উদ্রগা পুক্লিং ৱাখল লৈতাফম খঙলক্তবগুম তৌরক্লি।

মপোৎ-মচৈ পুগদবা পেক তৌবা লোইদুনা টেক্সি অমদা কোলকটা ইয়ারপোর্টতা থুংলে। পুং তারক্তুনা চ্যেক তৌনবা চংখ্রে। খরা লৈরগদি কোলকটা-ইম্ফাল পাইগদবা ইন্দিয়ান ইয়ারলাইন্সকী প্লেন্দু কোলকটা থাদোকখ্রে। মঙলেমজাওগী ৱাখলদি য়ুম য়ৌবগা থৌবালদা চৎলগা ইবেমপীশক উনবা চৎকে খল্লি। পুং অমরোম চংনা পাইবা প্লেন্দু ইম্ফাল ইয়ারপোর্টতা মতমচানা থুংলে।

কদোমদগীনো, নহান মঙলেমজাওগী বাবানা ইচানুপাদো ইরাই নুমিত্তা থোক্লক্কনি হায়বা তাখিবদুনা শাবীত্রিদু মবুং কুমারগা লোইননা য়াম্না কেনা ইয়ারপোর্টতা মখোয়গী টাটা শুমোদু মবুংনা থৌরগা মঙলেমজাওবু ঙাইদুনা লৈরম্লে। শাবীত্রিখোয়গী ময়ুমদনা মমা কোম্বীরৈনা মমৌনুপী মেমচাগা মঙলেমজাও পীজগনি হায়দুনা ঙা কা থোঙদুনা হোৎনহৌরি। হন্দক্কী মতাংসি মমাসু য়াওনা মচাগী নীংবা থুংহনবীরগে খল্লে। মপা স্নাথোইসু মমানা হায়ফেৎ খঙহনবগুম তৌখ্রে। মবুং কুমারসু মঙলেমজাও পৈশা থোকই, মীসু ফৈ হায়বদুদা মাগী নুপী মেমচাদগী ভাব খরদি হান্ননা তারবনি। কোলকটাদগী পাইরকপা বোইংদু ইম্ফাল ইয়ারপোর্টতা মতম চানা অয়ুক্কী পুং ১১.৩০ দা তারে। মী মথং-মথং থোক্লরক্লে। অদুবু ময়ামদু লগেজ পুথোরকপা পরেং শানা ঙাইরি।

মঙলেমজাও মাগী বেগতু হুইলদা ইল্লগা থোরকই। শোমদা শাবীত্রি মেদি অমা শেৎলগা য়াম্না কেনা হৌজিক কানগী চপ চাবী লৈশাবী অমগী মতৌদা মঙলেমজাও থোক্লকপা ঙাইরি। ঙসিদি নীংথিনা কেরবনিনা হান্নদগী য়াম্না হেন্না ফজবগুম তৌরে। মঙলেমজাও থোক্লকপা উবদা মঙলেমজাওদা ওনশিন্দুনা

—"তামো! ঐ তামোখোয়গী পাবুংনা তামো ঙসি ফ্লাইটতা লাক্কনি হায়বদুদা ঙাইজরম্বনি! অদো, তামো! ঐখোয় ইগানা তামোবু চাক পীজনি হায়দুনা ঙা কা

থোঙদুনা ঐখোয়দা চাক হাপহৌরে। ঐখোয়রোমদা ঙাইহাক্তং চংলুরগা, ঐখোয়দা চাক চারগা ঐখোয় তামোবু থিলহঞ্জগে?" মঙলেমজাও য়াম্না ঙক্না

— "হা ঐবো?"

"কুইরোইয়ে, কৈনো? পুং অমফাওবা ফারোই। তামোনা ঐখোয়গীদা য়াম্না চৎনীংদবগী ৱারা? নহান হোসপিটালদা ঐখোয় ইমানা চাক-চাশি হায়খিবদো!"

"অদুই ৱাবুদি নত্তেদা! অদুদা ....?"

শাবীত্রিগী মবুং কুমার টুপি অমদি ইথা-থাদে। ঙসাইমখৈ লৈথোক্তুনা লৈরম্বদু মঙলেমজাওদা ওনশিল্লক্লগা — "ভায় ঐখোয়গীদা চাক চামিন্নরগা ঐ মরুপপু শোয়দনা থিঞ্জগে! ঐখোয়গী য়ুমদা ঐখোয় ইমানসু মরুপ্পু য়াম্না পীজনীংদুনা ঙাইহৌবদুদা! অদু চৎনবা তৌরসি! ঐসু নহান মরুপখোয়গীদা মরুপ লৈত্রিঙৈদা ইচন নুপীগা, ইমাগা চাক চারুরবনি। ঐখোয়গীদা মরুপ্পু ঙসি অমুক ঐখোয়না পীজবসিবু কায়ৱনে?" মবুং কুমারনা অমুক পাংশিল্লকপদুদা মঙলেমজাও ইক-আকতা গাড়ীদা কাখৎপা তারে। কুমারগা মচন্নুপীনা মাগী শুটকেশ অমদি ইয়ারবেক্তু গাড়ীদা থাঙ্গৎখ্রে। পোৎ থাঙ্গৎপা লোইরবনিনা য়ানীংদ-য়ানীংদা মঙলেমজাও নম্বোল্লোমদা কুমারনা থৌবা গাড়ী তোংদুনা চৎখ্রে। কন্না থৌবনিনা মিনিট ১৫ রোমগী মনুংদা শাবীত্রিখোয়গী থোঙ্গাল য়ৌরে। শাবীত্রিনা মঙলেমজাওগী শুটকেশতু থাংথরে। মবুং কুমারনা ইয়ারবেক্তু থাংথরে। শাবীত্রিখোয়গী থোঙ্গালগী গেটকাদু য়াম্না ৱাংনা কোনুংগুন্না শাই। য়ুমসু চেক্কী দলান মথক-মখানি। খোঙ-হামফম টৌইলেৎকাসু য়াম্না নান্না তোঙান্না শারগা মথক্তা সিনটেক্স খিন্দুনা লৈ।

ইনাক খুনবা লমদম অদোমদা মমিং চৎলিবা ৱাইখোম স্নাথোই, মতোমদা পোকপা, লৌয়াম-চাবা, মশাগী টাটা গাড়ী দিগবোয়দগী থাউ চিংনবা টেঙ্কী গাড়ীসু লৈরিবনি।

মঙলেমজাও পুন্নমক্তু উবদা য়ুমদুদা চংগদবা হঙ্গৌইবা পোক্লম্মী। মনা খল্লি— "শাবীত্রিনা ঐবু মখোয়গী ফজবা য়ুম, ইনাক-কৈরাক খুল্লি হায়বসি খঙহন্নীংদুনা পুরক্লিব্রা? নৎত্রগা মানা ঐবু ইবেমপীশক্কী মফমদগী মুনগে খন্দুনা মফমসিদা পুরক্লিব্রা? শাবীত্রিসু ইবেমপীশকসু অনীমক মখোয়গী বাবাগী সেবাদি য়াম্না থৱায় য়াওনা তৌখিবনি। মতমদুদদি কনানা কনা, য়ুম্বাল-কৈবান, লাইর-

ইনাকখুনবা, মচিন-মনাও, শাগৈ-নাতৈগী মরমদা কুপথনা খঙখিবা নত্তে। অদুবু শাবীত্রিনা ঐবু ঙসি কোলকটাদগী থোক্লক্কনি খঙদুনা ইয়ারপোর্টতা ঙাইরম্লিবসিবু ঐবু করিনো ভাবসি তাবা ইঙম-ঙমদেদা"!

শাবীত্রিসু মশক্তি ইবেমপীশক্তগী তাবা নত্তে। ৱাঙাংদা ব্যবহারদা ইনাক-কৈরাক খুনবা মচাগী হৌনবা মী খরা থানদবগুম তৌবা মতৌ অমা লৈবগী ৱানি।

ৱাখল অমদা উংদুনা চংলকপনা ডারি মপান্দা খোংঙুপতু লৌথোক্লগা মাংগোলদা কাখৎলকই। শাবীত্রিনা মঙলেমজাওবু মী ফমফম কাদুদা পুশিল্লগা ফমহল্লি। শাবীত্রিগী মমা অমদি মপাবুং থোরক্কুনা মঙলেমজাওগা উনরে।

শাবীত্রিবু পোকপা স্নাথোইনা, — "ইবুংঙোরা কোলকটাগী মোহনবগান ক্লবতা শান্নবা য়াওরি হায়বদো?

— "মানি পাবুং"।

— "মখোয়গী শান্নবদুদি ঐখোয়না তাববু পৈশা য়াম্না ফংই হায়না তায়দা"

— "য়াম্না ফংবা নত্তেদা পাবুং! চাবা থকপা, চৎথোক-চৎশিন তৌবগীদি খরা কোম্মী।"

শাবীত্রিনা কোফি লোল্লগা পুথোরকই। মঙলেমজাও অমদি মপাবুংদা কপ অমমম পীদুনা কোফি থকই।

কোফি থকপা লোইরবদা

স্নাথোইনা — "ইবুংঙো ফম্মু! নচনগা ৱারী শানৌ, ইপা অশ্বাইফাওদং চৎলুখিগে" হায়রম্লগা কাদুদগী থোকখ্রে। শোমদা মঙলেমজাও হেল্লোইনা চেনবগুম শাবীত্রিখোয়গী ইমুংদা জেলদা থম্নবা পুরকপা মরাল লৈরবা মীশক অমগুম পুক্লিং-ৱানা, তুংদা করি থোক্লগবা খন্দুনা মতম ঙাইহিরি।

অশোমদা থৌবালদনা অয়ুক্তা ইবেমপীশক্লা মবুংদা ঙা অমত্তা লৈবীয়ু হায়দুনা মবুংনা ঙা লৈরুদুনা ইবেমপীশক্লা চাকখুমদা চাক-ঈশিং থোঙ-থাকপা লোইদুনা লৈরে। মঙলেমজাওনা কোলকটাদগী থোক্লকপগা মখোয়গীদা শোয়দনা চাক চারগনি হায়না নহান টেলিফোন্দা হায়রকপদুদা থৌরাং তৌজবনি। মাগী

সনা মচুগী ঘড়ী অমগা মমাগী শ্বাল অমগসু লৈরে হায়রকখিবনি। ইবেমপীশক মমাগা মবুংগা চাক পীজরগা মাদি চাদনা মঙলেমজাও করিগুম্বা ফৎ-লাউনা থোঙ্গালদা চংলক্কদ্রা খঞ্জরি।

অদুবু মঙলেমজাওদি শোমদা নম্বোলদা শাবীত্রিখোয়গী য়ুমদা শাবীত্রিনা ইয়ারপোর্টতগী পুবীরক্কুনা মখোয়গীদা লৈরি। চাকশু মখোয়গীদা পীজগদৌরে।

মঙলেমজাওসু অশোমদা ইবেমপীশক্না মাগী চাক হাপ্লগা মা লাকপা খৌরাংনা ঙাইরমগদবু খল্লুবদা অৱাবা পোকই। অদুবু পুক্লিংগী অপাম্বদু মফম-মতম চাদবনা মফমদুদা ফোংদোকচবসু ঙমজদ্রে। থম্মোইদদি মফমদু থদোক্কুনা চেন্নীংবা মতাং য়ৌরবনি।

মঙলেমজাওনা ইবেমপীশক্কী ৱাখলদা উংদুনা লৈরিঙৈদা শাবীত্রি চাকশঙদা মমাগী মনাক্তা চৎলুরগা অমুক মঙলেমজাওগী মনাক্তা চংলকই।

— "তামোগী বেগশি মমল য়াম্বা পোৎ খরদি য়াওরমদৌ মাল্লিবো?"

মঙলেমজাও মানা ইবেমপীশক্কীনি খন্না লৈজরকপা পোৎতু বেগতুদা য়াওবনিনা পুক্লিংদা চিংনবা খরা পোক্লকপগুম তৌনা

— "ঐদি করিমত্তা লৈরক্তেদা!"

তাঞ্জাদুদা মমানা — "ইবেম্মা! নংগী তামোদু চাক-লাম্লম্লনি চাক চানবা তৌরসিদনা?"

শাবীত্রি মখোয়গী মী ফন্নবা কাদুদা টেবল শেংদোক্কুনা মঙলেমজাও অমদি মবুং কুমারগা পুন্না চাক্তু পীজনবা শেম্মী। চাকশঙদা চাক-য়েঞ্ছাং অমুক লৌবা চংখ্রে। তাঞ্জাদুদা কুমার হুইসকী বোটল অমা পুরগা মঙলেমজাওনা ফন্নিবা কাদুদা চংলকই।

চাক-য়েঞ্ছাং পুশিনবা লোইরবা কান্দা কুমারনা কাদুগী থোংদু লোনশিল্লি। কুমারনা হুইস্কি বোটলদু মখুম হাংদোক্লগা গিলাসতা হৈবা হৌরকপদু উবদা মঙলেমজাওনা

— "ভায়! ঐদি পায়জরোইকো!"

— "হের: ঙসি নোংমখকপু"?

— "ঐদি মসি অমুক্তা পায়জদ্রিবনি, ঐবু অমুক্তা ঙাকপীয়ু!"

— "মদুদি যারোইবো! মরুপ্না ঐবু ইকায়বা পীবগা চপ মান্নে। করিগুম্বা মরুপ্না গিলাস অমত্তং ওইরবসু পায়বীদ্রগদি ঐ মরুপ্পু মীনি হায়না খনবা ঙমলোই। শে! শিমত্তংদি পায়বীয়ু!"

মঙলেমজাও লৈথোক্কে তৌই।

কুমার — "সেবানি ভায়!"

মঙলেমজাও ৱাখল অমত্তা খনবা থোকখিদ্রে। মা কুমারনা পীরক্লিবা গিলাসতু পায়রগা লাইবক য়েংবগী চাংদা কুৎ য়োৎশিল্লি।

কুমারদি খর-খরদগী গিলাস অহুম শুরে। মঙলেমজাওদা অতোপ্পা গিলাস অমগা অমুক লানশিল্লি। মঙলেমজাও গিলাস অমদুসু থকচিল্লে। মা ঙাওবা হৌরক্লে। খর-খরদগী গিলাস মঙা-তরুক থকচিল্লগা চানবদু খরা চারগা মশাদু তুথরক্তুনা মপুংফানা মুনবগুম তৌরে। কুমার ঙাং-ঙাংদুনা থকপা-চাবা তৌরম্বদু হৌজিক্তি ঙাংবা তোকখ্রে। কুমারদি মপুংফানা শোফাদা তুমথখ্রে। মাগী নুপী মেমচানা থোঙ থীল্লগা

—"থোঙ অমুক্তা হাংদোকপীয়ো!" হায়বদুদা মঙলেমজাওনা য়ান্না ৱানা হৌগৎতুনা থোঙদু হাংই। মা মশা থোঙ হাংবদু থোইনা খংদবগুম তৌরে।

মেমচানা কুমারদু চিংখৎলগা শৌরগা মখোয়গী কাদা পুশিনখ্রে। মঙলেমজাওদি থোঙ হাংদোক্লল্লগা শোফাদা ঙাথরগা উইরুম-উইরুম তৌদুনা লৈ।

ইমুংদুগী মী অয়াম্বা চাবা-থকপা লোইরগা ঙাইহাক-ঙাইহাক পোৎথানরি। শাবীত্রি মঙলেমজাও লৈবা কাদুদা চংলক্লগা, মঙলেমজাওগী মশা পায়রগা

— "তামো! তামো!" হায়না অনীরক কৌই।

মঙলেমজাও শাবীত্রিনা কৌবদু তাবদা মাগী ৱাখলদা ইবেমপীশকপু লাইনীং ওইখিবনা শাবীত্রিবু ইবেমপীশক্তি খল্লুরমাল্লে। —'ইবেমপীশক! ঐ নখোয়গীদা চাক চাগে হায়দুনা কোলকটাদগী চারক্তবনি, ঐগী শুটকেশসিদা নংগী ঘড়ী অমগা ফুরিৎ কোর্ট অমগা য়াওরিবনি মদু লৌথোক্লগা নং পান্না অমুক্তং য়েংঙু!" হায়রগা

শোদু শাবীত্রিদা ইবেমপীশক্কি খন্দুনা ফুরিৎখাউদগী লৌথোক্লগা পীরে। শাবীত্রি মাদি তাঞ্জাদু লুমদুনা লৈরকপনিনা শোদু মঙলেমজাওদগী লৌরগা শুটকেশতু হাংদোক্তুনা ঘড়ীগা ফুরিৎ কোর্টতুগা থিরগা লৌথোক্লে। পোৎ অনীমক মানা খ্বাইদগী পামজবা ঙাক্তসু ওইরম্লে। ঘড়ীদু মখুৎ ওইগী খুদাংদা মাগী হান্নগী ঘড়ীদু লৌথোক্লগা শীজিন্লে, অদুগা ফুরিৎ কোর্টতুসু অমুক লিৎশিল্লে। মমিৎ উইরুম-উইরুম জ্ঞান তংখায় অমা তারগা তংখায় অমা মাংবগুম লৈরিবা মঙলেমজাওদা ওনশিল্লগা

—"তামো! ঐনা শিরিবা ঘড়ীসিগা, লিৎলিবা ফুরিৎসিগা পকচব্রা অমুক্তা য়েংবীয়ুনে?"

মঙলেমজাও মমিত্তু ফাক্রি-ফাক্রি পাংথোরকই

— "সবাস! অস! ইবেমপীশক! নংশি নশক্তি হাইফেৎ ফজবজাৎনিকো! ফুরিৎতু নংঙোন্দা লিৎপদা কয়াদা পকচরিবা! ঐসু পকচগনি খঙনা লৈগে হায়বা অমা য়াওনা লৈরকপনি" হায়রম্লগা অমুক মমিৎ উইশিনখ্রে।

শাবীত্রি মীশু কনামত্তা লৈতবগী খুদোংচাবা লৌরগা মঙলেমজাওগী মখুত্তু পায়রগা

— "তামো! হায়বীয়ু, ঐবু কয়াম নুংশিবগে?" মঙলেমজাওনা

—"ইবেমপীশক! ঐনা পায়রিবা খুৎশে নংগী নখুৎ নৎত্রো? ঐসে, নংগী তাতোম্বনে, তাতোম্বা! নংবু তাতোম্বা লৈজদে হায়বদাইনে? নংনা-ঙসাই লিৎপা ফুরিত্তো লৌথোক্নুকো! ঐগী ব্বাখল চোইখিনি!"

শাবীত্রিগী ব্বাখলদা মানা ফুরিত্তু লিৎপদা মঙলেমজাওনা মাবু ইবেমপীশক্কি খল্লগসু ফজে হায়বদুদা মঙলেমজাওনা মাবু পাম্বদি পাম্বোইয়ে খনবগুম তৌই। অদুবু মঙলেমজাওনা লৈরক্লিবা পোৎ অনীসিদি ইবেমপীশক্কীনি হায়বসিমদি ময়েক শেংবগুম তৌরে। শাবীত্রিগী মবুক্তা ঙসিমক মঙলেমজাওগী মতুং ইন্দুনা চৎহৌদ্রগদি মঙলেমজাওবু অসুম থাদোকখ্রবদি তুংদা মঙলেমজাওবু মাগী ওইবদি ফংগনি হায়বা থাজরক্তে। মমাদা চংলগা চেনবগী ব্বা অমুক তান্নরুরে। মমানসু তাঞ্জাদু মাঙহনবা চুমদ্রে খনদুনা মচানা নীংলিবদুদা মাসু য়ারে। শাবীত্রিনা পুননবা মফি-মরোল খরা খাউ অমদা হাপ্পীদুনা থম্বীরে। মতমদি অসুম-অসুম থেংজিল্লক্কি। শাবীত্রিনা মঙলেমজাওগী মনাক্তা ওইনদুনা লৈরি।

— "তামো! ঐ তামোবু থম্মোইশেংনা নুংশিজদুনা ইয়ারপোর্ট তানা ঙাইজরম্বনি। তামোনা নচনবু পুল্লিগী থাদোকপীনুকো।" মণ্ডলেমজাওদি য়ুনা ঙাওখিবনা মমিত্তা শাবীত্রিনা ফুরিৎ লিংপা মুর্ত্তিদু উদুনা অসুম লৈরে। মণ্ডলেমজাও অমুক্তসু

— "ঐ নংবু পুল্লিগী থাদোক্লোই ইবেমপীশক!"

শাবীত্রি মণ্ডলেমজাওগী মখুৎনা মাগী মখুৎ পায়রম্বদু ফৎ থাদোরকই।

— "ঐনা পায়রিবসিবু ইবেমপীশক্কী খুৎ নৎত্রা? ঐ শুকথা থাদোক্লোই, লাই পুন্নমক্লা সাক্ষি-ওইসনু! শাবীত্রি!"

মণ্ডলেমজাও অমুক্লা শাবীত্রি অমুক্লা ইবেমপীশক অনীগী খেন্নবা য়ুগী ময়ায়না লৈখায় তাবা ঙমদ্রে। মণ্ডলেমজাওনা মচিন্দা ইবেমপীশক্কী মমিং হেক-হেক পল্লকপদা শাবীত্রি ৱারৌবা পোকই। মণ্ডলেমজাও

— "অদো, ঐবু য়ুম তানা কনানা থিনবীদোইনো? ঐ য়ুম নুংশিরক্লেবো!"

— "তামো! ঐ থিঞ্জগে, ঐ ফি হোংলুখিগে।"

— "অদো, নং ঙসাইগী ফুরিৎ ফজবদো, পকচবদো, ঐনা য়াম্না পান্না লৈবকপদো শোযদনা লিৎলকউকো ইবেমপীশক!"

— "হোয় তামো!" হায়রম্লগা শাবীত্রি ইমুংদা মফি হোংবা চংখ্রে।

থৌবালদনা ইবেমপীশক মণ্ডলেমজাও লাক্কদ্রা খঞ্জদুনা ঙাইরকপনা নুমিৎ তাশিল্লক্লে। মাংগোলদা ফমদুনা অমুক ঙাই, ঙাইহাক অমুক থোঙ্গাল ফাওবা থোক্তুনা য়েংলুই। অদুবু লাকপা কৌবদি লৈত্রে। ৱাবদগী ৱাবশি ঙাইবনি হায়নৈ। লাক্লরোইদবা মী ঙাইবনা অমুক্তা হেন্না ৱারমগদবা মাল্লি। ইবেমপীশক ঙাইবা ৱাবগীদি থোইনা খল্লুদে। করি করম্বা খুদোংথিবা থৌদোক থোকপা য়াওরমগদ্রা হায়বগী চিংনবা পোক্লকই। মমা থাবানা

— 'ইবেম্মা! নংনা কোলকটাদগী লাক্কদবা মীগী চাক হাপ্তুনা ঙাইরিবসিবু এরোপ্লেন পাইবা য়াদদুনা তোক্লম্বসু কনানা খণ্ডগনি। চাক্তু চাথোক্লো! হয়েং লাকপকান্দা কোন্না অমুক পীজরগা লোইরে ইচাশিংদি চারুরো"! মচানা পুক্লিং নুংশিনা, ৱানা ঙাইজরিঙৈদুদা মমানা অমুক্তা চাক চারো হায়জিল্লুবদুনা ইবেমপীশক পুক্লিং নুংশিরক্তুনা ফম্লম্বদগী নোম্বদুনা মপি শিনথরকই।

নুমিৎ তাশিল্লক্লবনিনা মা মঙলেমজাও লাক্কনি হায়বা থাজরক্রে। চাকশু চাদ্রে। লাইগী ধুপ-থাওমৈ থাদুনা নুমিদাংবাইগী থবক লোইশিল্লে।

শোমদা শাবীত্রি মঙলেমজাওগী খোঙউপ মপান্দগী লৌরুরগা মানা উপশিনবীরে। অদুগী তুংদা মখোয়গী ড্রাইভর শাস্তা কৌরুরগা মঙলেমজাওবু শাবীত্রিনা মখুৎ পায়দুনা মখোয়গী টাটা শুমোদা কাখৎহল্লে। ঙসাই মঙলেমজাওগী য়াওরকপা শুটকেস অমদি ইয়ারবেগ অনীদুসু গাড়ীদুদা হাপকৎলে। অদুগী তুংদা শাবীত্রি গাড়ীদা কাখত্তুনা মঙলেমজাওগা থংননা ফম্মিন্নরে। শাবীত্রিগী মমাগা মনম্মা মেমচাগা গাড়ী চৎখিবদু য়েংদুনা লৈহৌই।

সন্ধ্যা মতমদা কোইরেঙ্গৈ য়ৌরে। কোইরেঙ্গৈদগী চীংলোন অমা লাম্থোরকপগা নুপা অহুমখক চীংয়াদগী থোরক্তুনা মখোয়গী গাড়ীদু খাম্মী। মখোয়বু কাংপোকপী তানা থিল্লু য়াদ্রবদি অবাবা তাগনি হায়রে। শাবীত্রিনা

— "ঐখোয়দি তামোসি খোঙহামপাত্তা থিল্লমল্লগা নম্বোলদা অমুক হনগদবনি" হায়জে।

— "নখোয় খোঙহামপাত্তা ঙাইরম্মু! ড্রাইভরনা ঐখোয়বু থিল্লমল্লগা হল্লকপদা অমুক চৎখিবা য়াগনি। ঐখোয়গী পার্টিগী অরুবা মিটিং অমা লৈবগীনি। ঐখোয় মনুংগী মীনি।"

"মঙলেমজাওদি গাড়ীদা ঙাথরগা তুমদুনা লৈবনা মখোয়না ঙাংনরিবশিংদু করিমত্তা তাদবগুম তৌই। শাবীত্রি উপাই লৈতবনা করিসু খুমদ্রে। মখোয় অহুম গাড়ীদুদা কাখৎলক্লে। ড্রাইভরদা কাড়ীদু থৌনবা হায়রম্মী। ড্রাইভরনা গাড়ীদু মখা তানা অমুক থৌরে। খরা থৌরগা খোঙহামপাৎ য়ৌরে। মঙলেমজাওখোয়গী থোঙ্গাল মপাদা গাড়ীদু য়ৌরে হায়দুনা খাল্লগা ড্রাইভরনা মঙলেমজাওগী শুৎকেশ অমদি ইয়ার বেক থাংথরে। শাবীত্রিনা মখুৎ শৌরগা মঙলেমজাওসু কুমথরে। ড্রাইভর শাস্তনা গাড়ীদু কাংপোকপী য়ৌনবা থৌদুনা চৎখ্রে।

শাবীত্রিনা মঙলেমজাওগী মখুৎ শমদুনা থোঙ্গালদগী চংলকই। মঙলেমজাওগী বাবা তোমাল ঙসাই অয়ুক্তগী মচানুপা থুংঙলগনি হায়দুনা খৌরাংনা ঙাইজরিবনি। অদুবু তোমাল মচানুপানা তৌরক্লিবা মতৌদুদা পুমঙক-ঙকখ্রে। জ্ঞান-তানা বা ঙাংনবদু য়াদ্রে। মঙলেমজাও য়ৌরকপগা ফমুংদা চংলগা

পদ্রাক-লাওনা তাদুনা তুমখ্রে। শাবীত্রি থোঙ্গালদগী শুটকেশ অমদি ইয়ারবেগ অনীদু মানা চৎতুনা লৌশিল্লুরে। তোমাল চংলক্লগা শাবীত্রিদা

— "ইবেম্মা ! নংবু কনানো ? করি লৈকায়দৈনো সিদা কৈদৌবা লাকপনো ?"

শাবীত্রি মকোক খুম্বনা অহন্দুনা মশক ফজনা খঙলমদ্রে।

— "পাবুং ঐ শাবীত্রিনি।"

— "শাবীত্রি হায়বদি নম্বোলদগী ইবেম্মদো ?"

— "ঔ পাবুং"!

— "আঃ ইচাবু ক.. র..ম্না সিদা ?"

শাবীত্রি লাইনা তম্বা লাক্লনি, হেক্তা খুম্লগে খন্দুনা

— "পাবুং ঐ ইশানা য়ানা তামোগী তুং ইঞ্জরক্লবনি।"

— "মাদি কমদৌনা ইবেম্মখোয়দা ?"

— "তামোনা কোলকটাদগী হল্লকপদা ঐখোয়দা লাক্তুনা ঐবু চৎলসি হায়বদুদা লাকচবনি"।

— "হা ! অচুম্বরনে ? বীষ্ণু বীষ্ণু !"

ঝাহৈদু হায়রল্লগা তোমান মকোক পায়দুনা শ্বর অশাংবা অমা হোন্দোক্লম্মী। নহান শাবীত্রিনা মখোয়গীদা লাক্লম্বদা টেলিফোন নম্বর হংখিবা অমদি ইরাই নুমিত্তা শোয়দনমক্কী লাক্কদ্রা হংখিবদুগী মরমদো হৌজিক্তা ভাব তারকপগুম তৌই।

— "ঐগী আশা, মঙলম্বা-মঙলান মঙফাওনদনা তোকপা তারবা ! ঐবু ইচা ইবেমপীশক্কী মফমদা শকশি উৎপা ঙমখিগদ্রা ? ইকাইখ্রেদা !"

চাক ঈশিংগী ঝাকা অমত্তা হংনদনা তুমিন - তুমিন লৈনখিবনা নুমিদাংগী পুং ১০ তারে। তোমাল ঝাখল ফুম্বংননা ফমুং চংদুনা তুমখ্রে। শাবীত্রিসু থেংজিল্লক্লবদুদা মঙলেমজাওগী ফমুংদা কাখৎলগা কাঙখল থারগা চংদুনা অদুম তুমখ্রে।

১৯ নি পানবগী থাজদু ৱারক্তগী লিংথোরক্লে। থৌবালদা ইবেমপীশক ইমুংদগী মপাল থোরক্তুনা ইংনা চিক্লা থোরক্লিবা থাজবু য়েংনা-য়েংনা ডারি মপান্দা মখোঙ য়াম্থদুনা ৱাখল তৌদুনা ফম্মী। ইবেমপীশক নহান টেলিফোন্দা মঙলেমজাওগা মাগা শানখিবা ৱারী মথং-মথং নীংশিংলকই। খল্লকই —" তামো মঙলেমজাওদুবু লাক্তুবজাৎলা? অদু, মানা হৌজিক ওইরিগদবা মওংদু ওম্থোক্লা খঙনীংখ্রেদা। ঐখোয়গীসু টেলিফোন অমত্তং লৈরম্লবদি মানা হায়নীংবা, তম্নিংবা মপাউদু শোয়দনা তাবা ফংলমগদবনি। ঐসু ঙসাই নুংথিন্দা পি সি ওদা চৎলগা মখোয়গীদা টেলিফোন অমুক্তং তৌদুনা হংলম্লবসু ফগদবা। মাবু য়ুমদা থোক্লক্লগা খুদোং-চাদবা লৈদুনা লাকপা ঙমদ্রবজাৎলা? করিগুম্বা মানা হয়েং অয়ুক্তা লাক্তুনা ঙরাং মানা য়ৌরকপা ঙমদবগী মরমদা শোয়খ্রে, লানখ্রে, ঙাকপীয়ু হায়ররবদি ঐসু মঙোন্দা নিংঙাই খরদি তৌহৌবা তারেদনা! চাক-য়েঙ্খাং মাংহনবগী মমলদি পীরমদবা য়ারোই হায়দুনা কেশিন্নবা তারেদনা! অহীংনা থেংজিল্লক্লগা অরাপ্পদা থেংনা হৌবা শুমাং লিলাদা মমা অমনা চহী কয়া মাংলুরবা তুংদা নোংমা অহীংদা মচানুপানা য়ুমদা হল্লক্লগা মমাগা উনবগী নুংঙাইবা মতাং অমা ইবেমপীশক্লা তারুরে। সোমদা কায়নবগী ৱারীঙৈদা লিলাদনা থুংনবগী নুংঙাইবা। ঙাইহাক লৈরগা লিলাদু লোইখ্রে। ঈশৈ ওইনা মাইকতা খোঙলক্লে। মদুনা ইবেমপীশক্কী থম্মোইদা থোইনা-হেন্না অৱাবা হাপ্পগুম তৌরুরি।

ইবেমপীশক পুক্নিং লৈতাফম ইখঙ-খঙদে। মখা তানা খল্লকই, — "করিগুম্বা নহান তামো মঙলেমজাওখোয়গী পাবুংনা হায়হৌবা ঐখোয়গী য়ুমদা থুনা লাক্কনি। ঐগী মরমদা তামো মঙলেমজাওগা লুহোংনবা ইমা অমদি ঐখোয়গী দাদাদা ৱা তান্নবা লাক্কে হায়বা মাল্লি। দাদানা ঐবু চৎলমদাইদা পাবুং খুরুম্মু হায়বদুবু ঐখোয়গী দাদাদসু পাবুংনা ৱাহৈ খরদি ফোংদোকখিবা মাল্লিদা? দাদাসু য়ানীংবগুমদি তৌখিমাগ্লে। অদুবু লাইনদি করিবু তম্লিগবা? তামো মঙলেমজাওগা ঐগা লুহোংবা তারবদি ইমাদি মতোমতা লৈহৌবা তারেদো! নুংশিরবা য়ুম, লৈকায়, ঐগী মরুপ তোম্বীনৌসু কায়নবা তারবা। মসিরা নুপী ওইবীশিংগী পুন্সি! অদু, ঐগী অন্দরগ্রেজুএটকী অইবা চাংয়েং পরিক্ষাদুদং হায়দোরক্তুনা খল্লেকা হায়রদি নুংঙাইনিদা। ঐনা তলব খজিক্তং ফংজরবদি লুহোংবগী চংগদবা অউনপোৎ লাংবা অমদি ইমাগী মতেং খরদি পাংবা ঙমজরনি। ওম্থোক্লা হায়দোকহন্নীংখ্রেদা!

করিগুম্বা তামো মঙলেমজাওখোয়গী য়ুমদা ঐনা লুহোংবগী নুমিদাংদুদা করি করিদি তৌগনি। ঐনা য়ৌবগা চাকখুম চংদুনা পাবুংগী চাক থোঙদুনা পীজবা। ঐবু পাবুংগী মমাংদা কোক খুম্বা তারিবা। নুমিত্তুদা ঐদি করি মচুগী ফনেক শেৎকনি? চাক চাবা লোইরবদি ইমুংদুদা লৈগদৌরিবসি ঐখোয় অহুমদনি। পাবুংসু ঙস্তানা তুম্ননবা ঐনা পাবুংগী ফমুং নীংথিনা থাদুনা শেম্বীরবা, ফৈজুপ লোনবীদুনা কাংখল থারগা থম্বীরবা। অদুগী তুংদা ঐগী নৌনা শেম্বা লোইদুনা লৈরবা ফমুং তানা চংবা তারিবা। ঐনা হান্না চংগদ্রা? নৎত্রগা তামো মঙলেমজাওনা হান্না চংগদ্রা? নুমিত্তুদা মানা করিগুম্বা মতমগী চৎনবীনি হায়দুনা য়ুনম খরা নমদুনা লাক্লবা, অদু ওইরবদি ঐনা মাবু অহনবা ফমুংদুদা তুমহন্দবা তাই। অদু ওইরবদি মানা শাউদুনা থোঙ হাংদোক্লগা অমুক থোকখ্রবদি ঐ য়াম্না ৱাগদবা মাল্লি। মতম কয়াগী মমাংদগী খোইমু অমনা পোম্বা হৌবদগী শেন্নজরকপা লৈরাংদুনা খোইমুদুবু তাম্থোকপীরক্লবদি খোইমুদুনা করম্না মৈচাক্তু খাংগনি? অদুনদি ঐসু তামো মঙলেমজাওবু মপাল থোরক্তুনা থেমদুনা ইমুংদা তপ্না পুশিল্লকপা তাই। মতমদুদা মাদি ফমুং চংদুনা তুমখ্রগনি। মতমদুদা ঐবু মাগী ফমুংদুদা চংদুনা মাগী মনাক্তা তুম্বা ঙমগদ্রা? ঐনা ফমুংদা কাখৎপা ঙমদনা ফমুং মচিদা ফমদুনা ৱাখল অমদা উংদুনা লৈরিঙেদা তামোনা ঐগী খুদাং পায়রগা ফমুংদা চিংশিল্লক্লবদি কমদৌবা? মতমদুদা ঐনা ইকাইজদুনা ঐগী ঙসাই পোৎলোই শেৎপীনা নীংথিনা কেবীরবা মায়থোঙসে তামোগী মমাংদা খুমজবা তাবনি। খঙদে পুন্নমকসে খল্লুরগা ইশাসি কিজবা অমসু পোক্লকপগুম তৌইদা।

তাঞ্জাদুদা অহীংগী উচেক মকু অমা নাহেরকপগুম তারকই। উচেক্তুগী খোঞ্জেলদুনা ঙসাইদগী লিশাং-শিংনা খঞ্জবকপা ৱাখলগী পরিংদু খুদক্তা মাংখিবগুম তৌরে। ইবেমপীশক কিজদুনা ফুক হৌগৎলগা ইমুংদা চংখ্রে। থোঙ চেৎনা লোনশিল্লগা নিঙোল কাগী ফমুংদা চংদুনা তুমখ্রে।

ইবেমপীশক য়াম্না থুনা তুমথখ্রমাল্লে। তাইবংদা ঙাইবদা লাক্তুবসু মমঙদা মঙলেমজাওগা তোমালগা পুন্না ভান অমদা লাকপনি। মখোয়গী মাঙ্গোলদা মানা ঙা-চাক থোঙদুনা পীজবগী মওং ওইনা তৌই। ইবেমপীশক্না করি থবক্কী লাকপনো হংবদা লুহোংবগী ৱা তান্নবা লাকপনি খুম্মী। ইবেমপীশক্কী মবুক্তা করিনো লুহোংবগী ৱা তানববু মপা-মচা পুন্না লাক্কদ্রা? মী অমত্তা য়াওদনা অহল-মশেল খুরুম্নরগা লোইরে হায়রকপদুদা ইবেমপীশক য়াম্না হৌনা নোকথোরকই। মানা

কন্না নোকপদুদা মা খণ্ডহৌদনা মিকপ থোক্লে। করি মণ্ডনো হৌজিক্কীদুবো? ঐবু করন্না লুহোংদনা কৈন্যা কৎকনি হায়রিবা। মসিবু মকু মণ্ড হায়বুদুরা? মণ্ডদা থুংনরবদি তাইবংদা থুংনদে, মণ্ডদা পরিক্ষা ঙম্লগা তাইবংদা ফেল ওই হায়নবদুবু চুমগদ্রা? ঐবু ওম্বোক্লা নুঙাইতেদা? ৱাখল খন্না-খন্না অমুক তুমবা থেমখ্রে। অদুবু মাগী লোইখ্রবা মণ্ডদুদি অমুক মখা তানা মণ্ডু য়াখিদ্রে।

অশোমদা অহীংনা থেংজিল্লক্রবা মতমদা মণ্ডলেমজাও মিৎকপ থোরক্লে। মা জ্ঞান ফজনা তারে। মনাক্তা নুপী অমনা মাবু চেৎনা কোল্লগা তুমদুনা লৈরম্বদুদা মা তশেংনা খংই। কমদৌনা থৌদোকশিংদু থোকখ্রিবনো হায়বা নীংশিংবা অমত্তা ঙমদ্রে। মানা খণ্ডবা হায়ববু টাটা শুমো তোংদুনা শাবীত্রিখোয়গী য়ুমদা চৎলগা শাবীত্রিনা কোফি পীথকপদগী হৌরগা চাক চারমদাই ফাওবদি নীংশিংই। চাক চাবা হৌরমদাইদা পায়খিবা হুইসকিদুগী ময়াইনা ময়ুমদা থুংলবা ফাওবগী ৱারীদি ভাব অমত্তা তাদ্রে। মানা মতমদুদা শাবীত্রিদা য়েংলগা খল্লকই, — "ঐনা লৈরকপা ইবেমপীশক্কী ঘড়ী, ফুরিৎ অনীমক শাবীত্রিগী ওইখ্রবা! ঐ ইশাসু হৌজিক মাগী ওইবা তারিব্রা? কমদৌনা মানা ঐখোয়গী য়ুম য়ৌরক্লুনা ঐগা পুন্না ঐগী ফমুংদা তুম্নম্লিবা! মীনা করি ঙাংনরক্কনি, ঐখোয়গী বাবানা করি খল্লমগনি? নোংঙাল্লগদি ঐ নুপী চেল্লে শোয়দনা হায়নরগনি। পাউশি ইবেমপীশক্লা তারগনা কমদৌবা মানা ঐবুদি শানি হায়খিবা তারবা! ঐ ওম্বোক্লা ৱাখল য়াওদবা মীশক অমা হায়বদু ওইববা? শাবীত্রিনা ঐবু অসুক হৈনা ফাখ্রবা"!

মণ্ডলেমজাও তপ্না মাগী হকচাংদা কোল্লিবা শাবীত্রিগী মখুত্তু লৌথোক্লগা ফমুংদগী হৌগৎলগা মপালদা থোক্লুনা মোরা অমদা ফম্নগা ৱাখল তৌদুনা লৈ। —"ইবেমপীশক্তা ঐনা নহান টেলিফোন্দা ইম্ফালদা থুংবগা নখোয়গী য়ুমদা হান্না লাক্লগা নখোয়গীদা চাক-চারগে, নং ঐগী চাক হাপ্লম্মু, ইমাদসু খরা তম্বীয়ু হায়খিবা! ঐগা মাগা করি মরী থোক্লবগী হায়রুরিবা? অসিগুম্বা থৌদোক অমা য়াম্না থুনা থোক্কনি হায়বা খঙলম্লবদি মাগী মফমদা লক্লবগুম থোক্লগদবা ৱাহৈদু হায়রমদ্রবসু ফগদবা! হৌজিক্তি ঘড়ীসু মীগী, ফুরিৎশু মীগী, ইশাসিসু মীগী মাগীদি করি লৈহৌরি? থম্মোইসিদা ঙাইরবা? থম্মোইসিবুসু মানা য়াম্না তুক্কৎচরগনি। পাউসিবু মানা তারগা সংসারগী নুপা হায়বা জাৎ অমত্তবু মানা থাজগদবা মান্দ্রে। হে! ঈশ্বর ঐবু করি তৌবা তাবগে? ৱাখল খন্না-খন্না মণ্ডলেমজাও মাগী অপঙবা থৌদোক্লুনা মমিত্তা মপি শিন্থদুনা কপহল্লে।

ঐনা চাক হাপ্পম্মু হায়খিবদুনা মানা ঐগী চাক শোয়দনা হাপ্পমগনি। ঐনা ইয়ারপোর্টতা এরোপ্লেন্দা কুমথবা মতমদগী মানা ঐবু লাকপ্রা হায়না মঙক থাঙত্তুনা শোয়দনা য়েংলমগনি। মদুনা মানা নুমিৎ তাবা ফাওবা রানা ঐ লাক্লগা চাক চামিন্নগনি খনবদগী মা চারা হেল্লমগনি। অহীংসিদনা মাবু তুম্বা য়ারমগদ্রা? মাবু ঐনা কয়াগী মতিক রাহনবীরবা! মাগা ঐগা অরোইবা উনখিবা নুমিত্তা ঐনা লোম্না মখোয়গী ইমা উহন্দনা পীরম্বা খুদোপ্তুবু ঐগী ফত্তবা পাউশি তাবা মিৎকুপ্তগী মানা হুন্দোক্লীংগনি। ইবেমপীশক! নং ঐবু রারৌগনুকো! নীংবা কায়রবা নোংশা অমোমগুম ফু-ফু কামদুনা শাওরিঙেদা ঐনা মাগী মনাক্তা চৎতুনা ঐ লানখ্রে হায়রুবসু ঙমগদবা মান্দে। মানা ঐবু তিন শিৎচিন্নীংগদবা মাল্লি। মখোয়গী ইমাদুগা মবুংদুগনা করি খনগনি? ঐশিবু মমিৎ য়াম্বা, অউ-অউ পাম্বা, করামচাউবা মী ওইনা উদনীংঙাই মরম লৈরোই। হিক্লা-হিক্লা উপাই থিনা-থিনা কপ্তুনা লৈরে। অমুকশু করম্না ঐখোয়গী বাবানা শাবীত্রিগী মফমদা ঐ ইরাই নুমিত্তা ফ্লাইটতা থোরক্কনি হায়রুরিবা? মদুগী তাঞ্জাদু লৌরগা শাবীত্রিনা ঐবু হৈশিংনা ফাখ্রবা!

শাবীত্রি মিৎকপ থোক্লকপদা মঙলেমজাও ফমুংদা লৈরমদবদুদা মপাল থোক্লকই। শুমাংদদি ১৯ নি পানবগী থাজগী মঙালনা নীংথিনা মপুং ফানা ঙাল্লি। মঙলেমজাওগী থম্মোয়দি অসুম মমশিল্লক্লি। শাবীত্রি মাঙলেমজাওগী মনাক্তা চংশিনখ্রে।

— "তামো! নং কপ্লব্রা? করিগুম্বা কাংপোকপীদা মী থিনবা চৎখিবা ঐখোযগী গাড়ীদো হল্লকপদা চংলক্লবদি ঐ য়ুমদা হনখ্রগে? তামোগী থম্মোইনা ঐবু অদুম্না পাল্লম্লোই খঙজরম্লবদি ঐ তামোবু ইয়ারপোর্টতা ঙাইজরমদবা য়াবনি। হোসপিটালদা অহানবা উনখিবা, তামোনা স্টোপ সেম্বীখিবা মিৎকুপ্তুদগী তামোবু পামজরুই, ঐগী ওইগে খঞ্জরুই। অদুবু তামোনা ঐবু তামোগী য়ুম য়ৌরক্তুনা তামোগী ফমুংদা পুন্না তুমিন্নরবা ফাওবদা ঐগী নুপী ওইবীগী পাম্মুনা থমজবা ঐগী অশেংবা মীশক নত্তনা কনাগুম্বা লম্লানবা অমগী মফমদা কৎথোক্কে খঞ্জদ্রবা মমল য়াম্লবা পোৎশক অসিবু মচি লেংদনা থম্বীবসিনা ঐনসু তামোবু ঐগীনি হায়না খঞ্জনবগী পাঙ্গল লৈজদ্রে। ঐ মিৎকুপ অমগী মতম ইমুংসিদা পন্থজবা ইকাইজরে। ঐবু তামোনা লাম্নদি লৌবীগনুকো! করিগুম্বা ঐখোয়গী গাড়ীদু লাক্লগনা তামোনা ঐবু খরা য়ুমদা খরা থিনবীয়ু!"

মঙলেমজাও খুমগু-খুমদে, ঙাংগু-ঙাংদে, তুমিন্না ফমদুনা অদুম লৈ। শাবীত্রি শুৎ-শুৎ কপ্পা হৌরক্লে। অদুবু কৈদৌনি, লেপকদবা নুপাগী থম্মোইনা নীংহন্নখ্রবদা পামজবনদি হেক ওইবা য়াবা নত্তে।

তোমালসু অহীংদু ইবেমপীশঙ্কীদমক খল্লুবদা তুম্বগী মহুত্তা কপ্পুনা লেল্লি। মাসু মচানুপা মঙলেমজাও তুম্বা য়াদদুনা মপান্দা হৌগৎলগা লৈরি হায়বদু খঙই।

ইমুংদুগী অৱাবা মতৌদু য়েংলম্লগা নোংমদোলগী থাজসু মঙাল মমশিল্লক্লে। কোরৌহনবগী মঙালনা নমহৎলকপগুম তৌরক্লে। উচেক-ৱায়া খোংলক্লে।

# "তরুকশুবা"

মঙলেমজাও মমানা পোকঙৈদগী নুংশিবা করিনো খঙজরমদবা হন্দক মপা নাবগী হোসপিটালদা নুমিৎ খরনি লৈরুবদা নুংশিবা মশক খঙলকখি। অদুবু নুংশিবদা য়েক্লবা য়াওরক্কনি, কল্লক-খম্বন চংলক্কনি হায়বদি মাদি চেকশিলহৌদে। মানা ইবেমপীশকপু থম্মোই শেংনা নুংশিজখি। মদুগী পরিংদুদা চুন্না চৎচগে খঞ্জখি। অমরোমদা শাবীত্রিনা ফৈনা মাগী লম্বীদা থত্তুনা লৈরমখি। থৈদুনা চৎনবা লম্বী ফংখিদে। শাবীত্রিগী লাংদা থুখি। নোংদি ঙাম্লে, মঙলেজাও মোরা অমদা ফম্লগা মা হৌজিক করি তৌগদগে খন্দুনা লৈ। তোমাল মচাগী মফমদা চংক্রক্লগা ৱারী শাবা হৌররে।

—"ফরে, শোয়বা হায়বসি হৌনবনি। নংনা মীগী মচা অমা য়ুমদা পুদুনা লাক্লবনিনা ইপা হায়দোকপা চত্তবদি য়াররোই। ইপা হায়দোকপা চৎলুখিগেকো!"

মঙলেমজাও মপাবুংগী ৱাহৈদুগী পাউখুম পীবা ঙমজদ্রে। তোমাল লৈকায়গী অহল অনী হৌরুদুনা বীমোলবু মাগী ভানদু থৌহল্লগা নম্বোল তানা নুপী চেল্লুবগী পাউ হায়দোকপা লাকই। গাড়ী মনুংদা ফন্না-ফন্না তোমালগী মমিত্তা পিরাং লেপ্পা লৈতনা শিন্থরকই, ইবেমপীশক্কীদমক খল্লুবদা ওইরমাল্লে। অসুম লাকপনা নম্বোলগী স্নাথোইগী থোঙ্গাল মপা য়ৌরে। চৎমিন্নরিবা মরুপশিংদুনা য়ুমলৈ-কৈরৈদু উবদা গন্ধারনা

— "ইনাক্তি খুল্লিহে, ইমুংসে!" "বোন্ধু! নংসি দাওদি য়াইকো!"

মখোয় অহুম চংলক্তুনা শুমাং য়ৌরক্লে। মাঙ্গোলদা স্নাথোই অহল অর্মনীগা লৈরম্মী।

— "কাৎখৎপীরকউ! ফকশোমদা লেংশিনবীয়ু!"

তোমাল লাকমিন্নরিবা কাংবুদুগা পুন্না কাখত্তুনা লৈরম্লিবা ময়ামদুদা ভক্তি কৎলবা তুংদা ফজুদা ফম্মী।

মথং-মথং অসুম ফোংদোক্লরকপদা শাবীত্রিবু পোকপা স্নাথোইনা

— "অঙাংশিং মচিল অমুক্তং হংনরগা, মশা-মশা য়ানজবা ওইরগদি চাউনা লুহোংবীরসি" হায়রে।

হায়দোকপা লাকপা কাঙবুদু চা-নুং থকপা লোইরগা ব্বারী শাগদবা লোইরবনিনা ভক্তি অমুক্তং কৎলম্লগা — "ঐখোয় অমুক য়ৌজরগে" হায়রম্লগা হল্লক্লে।

ইবেমপীশক থব্বায় য়াওনা মঙলেমজাও পীজনবা ঙাকা থোঙদুনা হাউনবা হোৎনজবদু মঙলেমজাও লাক্তবদগী পুন্নমক অরেম্বদা তাখ্রে। মবুংগী মনাক্তা ইকাই-ইকি থাদোক্তুনা চংলক্লগা হায়জরকই।

— "দাদা! খোঙহামপাত্তা অমুক্তং চৎপীরুগেরা? তামো মঙলেমজাওদুবু খুদোং থীবা থৌদোক্কা থোক্লবজাৎলা অমুক্তা হংবীরুবা য়াগদ্রা?"

ধীরেন মচনগী ব্বাদু মুন্না তারগা মাসু মচনবু নুংশিজবনা মচম্না হায়জরিবদু য়ানীংবগুম তৌই। ধীরেন মাগী গাড়ী মচাদু থৌরগা খোঙহামপাৎ তানা লাকই। মানা খোঙহামপাৎকী মঙলেমজাওখোয়গী য়ুম য়ৌবা মতমদদি পুং ১১ তারে। ময়াম নম্বোলদা পাউ হায়দোকপা চৎলুবা কাংবুসু থুংলবদা ঙাইরম্মী।

মঙলেমজাওবু মী অমনা মপান্দা হংলি হায়বদুদা মঙলেমজাও মপান্দা মীদু উনবা থোরকই। ধীরেননা

—"ঐ ইবেমপীশক্কী মবুংনি ধীরেন কৌই। মরুপ্না য়াম্না চাউবা ঐগী ইমাগী ওপরেসনগী মতাংদা পৈশাদা নত্তনা ঈ ফাওবা পীবীদুনা অচৌবা মতেং অমা পাংবীখিবগীদমক থাগৎচবা লাকচবনি। অদু, লুহোংববু কৈদৌঙে তারবগে? বার্তোন অমত্তংদি মতম চানা য়ৌহনবীরকউ! ইচনগা ঐগদি থবক নোম্বদং ওইরব্বসু মরুপকী মতেং পাংজরগে?"

মঙলেমজাও ধীরেনগী মফমদা করি খুমগদবনো ইকাইজবনা মমায়দু ঙাংশং-ঙাংশিল্লকই। মাগী মতৌদুদা ধীরেন

— "মরুপ! অমুক য়ৌজরগে" হায়রম্লগা হল্লকই।

মচম্না খঞ্জরম্বা, অহন্দুনা মাগী মফমদা ফোংদোকখিবা পুন্নমক লোইনা

ওন্নবা ঙাক্তা থোক্লল্লবা! মা মচন নুপীদা করি হায়না তমগদবনো খল্লুবদা য়াম্না ৱারে। অশেংবা পাউদু মচন্না তারগা থম্মোই পুবা ঙমদনা ৱাজগদবদু খল্লুবদা মা পাউ অশেংবদু তমগে খন্দ্রে।

ময়ুম য়ৌরে। মচন ইবেমপীশক থুনা চংলক্তুনা পাউদু তানীংনা হংজরকই।

— "দাদা! তামো মঙলেমজাও লাক্রমদ্রব্রা?"

— "লাক্রম্মী, অদুবু মাদি হয়েংমক হায়দ্রাবাদতা শাম্নবা অমুক চৎপা তারে, অদুনা লাকপা ঙমদবনি নংঙোন্দা শাওদনবা খরা তম্বীয়ু হায়রকই।"

মবুংনা তম্বা পাউদু অচুম্বনি খন্দুনা ইবেমপীশক থোইনা নুংঙাইতবা খল্লুদ্রে।

মরকসিদা শাবীত্রি লুহোংবগী মতম লেপ্তুনা বার্তোন নম্বা লোইরে। মমান্নবশিং মথং-মথং বার্তোন তৌবা হৌরে। শাবীত্রি মঙলেমজাওনা মঙোন্দা উৎলকখিবা মতৌদুনা চিংনবা খরা লৈরগসু মমাখোয়, মনম্মখোয় নুপী ময়াম্না মদুদি করিসু লৈতবা ৱানি, নংগী ওইরে হায়বা খঙলবদুবু লুহোংবা লোইরবদি লোইরে, নশানা তৌজগদবা থবক্লি হায়বদগী ইজৎকী ৱাফমদি হান্নসু অঙাং ওইরিঙৈদা বদনাম অমা লৈগ্রবনিনা অদুম য়াবদা তারে।

শাবীত্রি ইবেমপীশকপুসু বার্তোন্দা মমিং ইদুনা বার্তোন তৌবা মী থারক্লে।

পাখঙ অমখক ইবেমপীশকখোয়গী য়ুম থিরগা বার্তোন তৌবা চংলকই। ইবেমপীশক থোরক্তুনা বার্তোন্দু পাবা হৌরকই। "শাবীত্রি ৱেদস ৱিথ মঙলেমজাও"। ইবেমপীশক শ্বাই লাওই, কোকচাওবী ভুং লাওনা কাখিদুনা মমিৎ তন্দন পাইরকই। ফমুংদা চংলগা মমায়না উপশিন্দুনা কপ্তুনা লৈখ্রে। মমা থাবানা

— "ইচাবু করি তৌরবগে?"

— "ইমা! তামো মঙলেমজাও লুহোংগদৌরে।"

— "কনাগা?"

— "শাবীত্রিগা।"

— "হা! করম্না?"

—"খঙদে, শাবীত্রিগা তামো মঙলেমজাওগা লুহোংবগী বার্তোন্নি পীরম্লিবসি"!

— খল্লুরনু, ইচাসিদি! ইনাক খুনবা পৈশা পায়বা হায়বসিদি মীনসু মুন্না খল্লুরগা পৈশাদা হেক্তা তারকপনি। ঐখোয়দি লাইরৈদনা! হৌজিক্তি ইবেম্মা পৈশা পায়বগী যুক্তি। ইচাগীসু লাইনা তম্বা অমা মরাইনা লাকচগনি। ইচাসিদি ইচাগী করিসু ৱাস্তে, নবুংনা পৈশা খরা পুথোরক্তুনা নচিন-নৌপ্পা চৎলগা মখোয়গী লুপা লিশিং তরা শিংদোকহৌবদো লাইনা ঐখোয়বু কনবীরবনি। মদু শিংলমদ্রবদি ঐখোয় য়াম্না ইকাইরমগনি। অসি হায়না মমানা মচাবু থেমজিল্লি।

ধীরেনসু হৌজিক্তি মাগী পোস্টিং মফম চেন্নাইদা চৎনবা শেম-শাবা লোইরে। মাগী পোস্ট ওফিসকী পৈশাদু ঙসি ফংগনি হায়দুনা পোস্ট ওফিসতা চৎখি।

মঙলেমজাও মপানা মাগী মরাল য়াজরুনবা মানা লুহোংদ্রিঙৈদা ইবেমপীশক্কী মফমদা অমুক্তং চত্তুনা অশেংবা ৱাফমদু শেংদোক্লুনবা কন্না হায়রি। কন্না হায়বদুদা ইকাই-ইকাই মঙলেমজাও মাগী স্কুটর থৌরগা থৌবাল হাওখা তানা লাক্তুনা ইবেমপীশক্কী যুম থিরুবা তারি। মাগী মরুপ বীমোল হৌরগা চৎকে হায়দুনা বীমোল হৌবা চৎলুবনি। অদুবু বীমোলসু ইবেমপীশক উনবা ইকাইজে হায়না য়াবীরক্রে। উপাই লৈতদুনা মতোমতা লাক্লবনি। মথং-মথং যুম হংলগা চংলকপনা মা ইবেমপীশকখোয়গী থোঙ্গালদি য়ৌরে।

ইবেমপীশক পুখ্রিদগী ঈশিং বালটিন অমা শোক্লগা ইমুং তন্না চংখিবা উরে।

থোঙ্গালদগী গাড়ী ইল্লগা চংলক্লিবা নুপাদু মঙলেমজাওনি হায়বা ইবেমপীশক্না খঙবগুম তৌখ্রে। তাঞ্জাদুদা মঙলেমজাওনা ইবেমপীশকপু কৌই। ইবেমপীশক হন্না ফাওবা য়েংলমদনা শুমাংদা ঈশিং বালটিন্দু থনম্লগা মঙলেমজাওনা কৌবদু তাদনা ইমুংদা মমায় খুল্লগা কপ্পুনা চেনশিনখ্রে।

মঙলেমজাও ইকাই-নুংশি য়ান্নজরে। অদুবু মা অসুম মাংলোমদা চংশিল্লকপনা শুমাংদি য়ৌরে। মমা থাবাসু মঙলেমজাওবু উদুনা থোরক্লগা মঙলেমজাওবু কৌশিল্লগা মাঙ্গোলদা মোরা অমা থারগা ফমহল্লি।

— 'ইবুংঙোগী লুহোংবগী পাউদি তারে। ইমাবু য়াওবা ঙমগদরা খঙদে, য়াওদি য়াম্না য়াওনীংবনি। ইচানা তৌবীখিবা পুন্নমক ইমা কাউদে। ইমাগী হকচাংদা ইচাগী ঈ য়াওখ্রবনি। নচন্নসু ইবুংঙোখোয়গী পাবুংবু তত্তনা শোঞ্জবনি।"

— "ইবেম্মা! নংগী তামো লাক্লিবসে চা-কা খরা লোল্লকউদনা?" ইবেমপীশক ঙাইহাক্তং মৈচাক পূন্নমক খা-চিক্তুনা ফাজিল্লগা চা লোল্লি। মা থম্মোই মতম চুপ্পগী ওইনা কল্লগে খল্লকই। করিগুম্বা শক্তি অমনা নৎত্রগদি মাগী নুপী ওইবীগী থোৎ-মেংলবা থম্মোইদুনদি মঙলেমজাওবু কাউবা ঙাগদৌরি। চা লোনবা লোইদুনা চা পুথোরকই। কপ্লুরে হায়বদি খঙই, মপিদি পক্লে, মমিত্তি ঙাংশং অদুম ঙাংই। চাদু মঙলেমজাওদা পীরম্লগা ঙা অমত্তা ঙাংলমদনা ইমুংদা অমুক চংখ্রে।

— "ইমা! ইবেমপীশক্তা ঙাহে অম'নীদা হায়জরমগে, ইমানা মাবু অমুক্তা কৌথোকপীয়ু!"

— "ইবেম্মা! তারিব্রা? নংবু অমুক্তা থোরকখো লাউনে?" ইবেমপীশক থোরক্তুনা থোঙবাদা লেপ্লগা

— "করি তাকপীগদবনো তামো?" থাবা ফম্লম্বদগী হৌগৎলগা

— "ইবুংঙো! নচনগা ঙারী শাউকো" হায়রম্লগা য়েনখারোমদা থোকখ্রে।

— "ইবেমপীশক! নংনা থাজরোইদবা থৌদোক্লি। ঐ নংগী ঘড়ী অমগা ফুরিৎ কোর্ট অমগা লৈরগা ঐগী শুটকেশতা হাপ্লগা কোলকটাদগী য়ুমদা থুংবগা নখোয়গীদা হান্না চৎকে খন্না লাকখিবনি। অদুবু ...। অদুবু শাবীত্রিনা মখোয়গী মবুংগা মখোয়গী টাটা শুমো পুরক্লগা ইয়ারপোর্টতা ঐবু ওক্লমখি। মখোয় করম্না ঐ থোক্লক্কনি হায়বা খঙলিবনো হায়বসু ঐ ভাব তাদে। মখোয়গী য়ুম য়ৌনা পুরগা ঐবু মখোয়গী মবুং কুমারগা পুন্না চাক পীজখি। ঐদি নখোয়গীদা চাক চাগে খনবদগী কোলকটাদসু চারক্তুবনি। ঐনা পামদ-পামদ মবুংনা কন্না হঞ্জিন-হঞ্জিন হায়বদুদা অমুক্তা ফাওবা হান্না মহাউ খঙদ্রিবা হুইসকি বোটলদুগী মনুংগী অঙাংবা মচুদুদা ঐবু পুরা ওইনা লুপহনখি। ঐ য়ু কন্না ঙাওখি। শাবীত্রিনা ঐগী শুটকেশ ফাক্তুনা নংগীনি খন্না লৈরকপা ঘড়ী, ফুরিৎ কোর্ট লোইনমক লৌথোক্তুনা মাগী ওইখি। মদুতসু নত্তনা ঐ ইশাবুসু মাগী ওইনবা মখোয়গী মমাগা হান্নদগী তান্নদুনা য়ু ঙাওরবা জ্ঞান য়াওদ্রবা ঐবু শাবীত্রিগা লোইননা সন্ধ্যা মতমদা ঐখোয়গী য়ুমদা মখোয়গী টাটা শুমোদা মখোয়গী ড্রাইভরদুগা থিল্লকখি হায়। ঐনা অহীংদা ফমুংদা মিকপ থোরকপদা শাবীত্রি ঐগী ইনাক্তা তুমদুনা লৈরমখি। ঐ পূমঙক ঙকখি। অদুবু ঐ মাগী মশা শোকখিদে। নংনদি মসিবু করম থাজগনি।"

মঙলেমজাওগী ৱারীদু তাবা ঙম্লক্তদুনা ইবেমপীশক মপি শিম্বদুনা অসুম কপ্লম্বদগী

— "তামো! মখা অমুক তাবীরগনু! ঐ লোইনা ভাব তারে, তামোনা তমদ্রবসু ঐ খঙলে" হায়রম্লগা মাগী কাগী ফমুংদা চংদুনা হিক্লা-হিক্লা কপ্তুনা লৈখ্রে।

— "ইবেমপীশক! ঐ তশেংনা নংগী নফমদা হন্দক্কী মপোক্কী মায়থিরে। ঐ নংঙোন্দা করি হায়গদবনো খঙদে, বাবাদো চাক্কা অমত্তা চাখিদ্রে, মশাসু য়াম্না শোক্লে। নংগী ৱাতমক ঙাংদুনা কপ্তুনা লৈহৌই। খঙদে, ঐ লম্বীদা চৎলিঙৈদা গাড়ী অমনা থেংদুনা শিরেকা হায়রবদি শান্তি ফংগদবা মাম্লি। ইবেমপীশক ঐখোয় অনী পুন্সিগী ওইনা কায়নবা তারবসু করিগুম্বা মতমদা তাঞ্জা অমদগী অৱা-অনা তারবদি তাক্লদুনা মতেং পাংনসিকো! ঐনা নংবু খঞ্জবসিদি নংগী নফমদা ময়েক শেংনা উৎপা ঙমখিদ্রে। ঐ অমুক চৎলগে?"

তাঞ্জসিদা ইবেমপীশক করিগুম্ব 'মা খঙনীং-নীংশিংলকপগুম মপাল থোকখি। থুনা অমুক চংলকই, হোসপিটালদা মমা থাবা উহন্দনা পীরম্বা খুদোপ্তো মখুৎ খুৎনিংথৌদগী লৌথোক্লগা

— "তামো! তামোগী খুদোপসে পুবীখ্রো" হায়রগা মনাক্তা থাদরম্লগা কপ্লগা ইমুংদা অমুক চেনশিনখ্রে। ইমুংদগী মখোল হৌনা "তামো! তামো!" হায়না কৌর-কৌরগা কপ্লগা লৈখ্রে। মপাল অমুক থোরকখিদ্রে। মঙলেমজাও হায়ফম খঙদে, য়েনখাদা চংখিবা মমা থাবাদা য়েংলগা

— "ইমা! নচা অমুক য়ৌজরগে?" অসি হায়রম্লগা থোঙ্গাল্লোমদা তপ্পা-তপ্পা রুমালনা মমিত্তগী তারক্লিবা পিরাংদু তৈথোক্লগা থোকখি। মা খুদোপ্তুদি পুদনা চৎখ্রে।

ইবেমপীশক মাগী কাদা ইমুংগী মী অমা শিবগুম কপ্তুনা অদুম লৈহৌরে। মঙলেমজাও মাগী গাড়ী মচাদু থৌরগা থোরকই। মা ম্যেন রোদ য়ৌবা কান্দা ইবেমপীশক্লা মাগী মফমদা উৎলকখিবা ব্যবহার, শকফম, মতম অমদা মানা ফাগী তৌদুনা লক্লখিবা মতমদা "ঐদি য়ুম পাম্লরোই" হায়খিবা! মাবু নীংবা কায়বদগী য়ুম পাম্লরোই হায়না পুন্সিগী নুপা অমত্তদা থাজবা থম্লরোই খল্লবজাৎলা? মানা ৱানা-চাক্লা খাংহৌবা কয়াদু নীংশিংলুবদা ঐ লাকপগী

হরাউজগদবা, ওইনজগদবা তামো ঐগী ঘড়ী হায়বদু লৈবীরক্লবা" হংজগদবা কয়াদুগী মহুত্তা য়েংনীংদবা, তুক্কৎচবা মীশক অমগুম ঐ উবদা ঈশিং বালটিন ফাওবা শুমাংদা হন্দোক্লম্লগা ইমুংদা চেনশিনখিবা। চৎলমদাইদা "তামো ঐ লৈজহৌরগে" হায়গদবদুগী মহুত্তা ঐনা মতম অমদা মঙোন্দা নুংশি খুদোল ওইনা পীখিবা খুদোপ্তু ওইনা ইমাংদা থম্লগা "তামো খুদোপশে পুবীখ্রো" হায়হৌরবা। মঙলেমজাওগী মফমদা ইবেমপীশক্কী অচৌবা অহোংবা পুকচেল অমা উরুবদুগা, য়ুমদনা অহল ওইরবা মাগী বাবানা ইবেমপীশক নত্তনা মাগা চান্নগদবা ইমৌ অমত্তা মালেমদা লৈতে হায়হৌবা অনীদু খঞ্জিল্লুবদা কোক ঙাওবনা গাড়ী থৌবা ঙম্লক্তে। মপানা হায়হৌবা ঐ ইচা ইবেমপীশক্কী মফমদা অসুক চাউবা নমথাক অমা নংবু ইচা ওইনা পোক্লুবদগী তৌবীরবা; অহল ঐবু চহী মতাংসিদা মানা শোয়দনা দোষ তৌরমগনি, ঐ নত্তবা অমনা নংগী লুহোংবগী বরগী মপা শাবা য়ারম্লবদি ইপা লুহোংবা য়াওনীংদে।"

মপানা তম্বদগী তাখিবা ৱাফম ইবেমপীশক্না মখোযগীদা লাক্লম্বদসু মানা চাক থোঙলগা মী পুম্নমকপু পীজবম্লগা শাবীত্রিগী ৱাঙাংদগী মানা চারা হেল্লগা নোক্তুনা চৎখিবা পুম্নমক্কী অচেৎপা মরীদো লোইনমক তৎপা তারবা! মাগা ঐগা পুন্সিগী করম্বা মতাংদা অমুক উনবা ফংলরোইদকো। মঙলেমজাও বুদ্ধি অসুম-অসুম মমশিল্লক্রে। মমিত্তা মশেম-মরাং উরক্রে। বস অমখক মতুংলোমদগী কন্না থৌগৎলকই। মাদি ৱাখল অমদা উংখিবনা থৈদোক্কনি, গাড়ীনা থেংবা তারে হায়বা ৱাখল লোইনমক কাউথোক্লুরে। বসতুনা মাগী গাড়ীদা থেংলগা মাবু চেন্দুনা পুখ্রে। মাগী য়েৎথংবা মখোঙদু খুকউ মখাদা তেক্লে। খুবোমগী শরুক খরসু শাথীনা কোৎথোকখ্রে। ঈনা মফমদু পুমঙাং ঙাংলে।

তাঞ্জা চানা ইবেমপীশক্কী মবুং ধীরেন মতম অদুমক্তদা ইম্ফাল্লোমদগী লাকপা গাড়ী অমদা তোংদুনা লাকই। হাওখাগী কৈথেল মচাগী মপাদা মী অমা গাড়ীনা তক্লে হায়বদুদা ময়াম গাড়ী খাম্লগা মফমদুদা কুমথরগা য়েংনৈ। ধীরেনসু গাড়ীদগী কুমথরগা য়েংবা য়াওই। অদুগদি শোক্লিবা নুপাদু মঙলেমজাও ওইরম্লে। থুনমক অরাকপা ভান অমা ফারগা বিমসতা থিনবীয়ু গাড়ী অৱাইমন মা পীজগে হায়দুনা রিমস তানা পুখৎলক্লে।

হোসপিটাল য়ৌবগা কেজুএলটিদা এদমিৎ তৌরে। য়াম্না থুনা ঈ খরা কাপসি হায়রকপদা ঈ টেস্ট তৌবদা ধীরেনগী ঈগা মঙলেমজাওগী ঈগদি চানদ্রে।

অদুবু পাখঙ মচা অমনা পুকচেল চাউনা কেনেদিদি মণিপুরগী মিংচৎ পুরকপা মীনি, মাগী ঈগা ঐগী ঈগা চানরম্লবদি ঐঙোন্দগী পীজগে হায়বদগী মাগী ঈদু অমুক টেস্ট তৌবদা মণ্ডলেমজাওগা চানরমদুনা মঙোন্দগী পীরে। ঈ কাপ্লিঙেদা ধীরেন মণ্ডলেমজাওগী য়ুমগী টেলিফোন নম্বরদা রিং তৌই। তোমালনা পায়রকই। ধীরেন্না পাউ খুদিংমক তোমালদা তম্লবা তুংদা তোমালবু হোসপিটালদা লাকপীনবা কৌখ্রে। ধীরেন্না ময়ুমদা পাউ অমত্তংদি পীনীংদুনা মখোয়গী লৈকায়গী থৌবালগী ইদুগেসন দিপার্টমেন্টতা জেৎ ই ও ওইবা বাইখোম লালাগী য়ুমদা টেলিফোন অমুক তৌই। মচানুপা পাখঙ অমনা পায়রকই। ধীরেন্না মা চেনাইদা সিফাই খনবদুনি, মখোয়গী য়ুমদা অরুবা পাউ অমত্তা পীবীদবা য়াদ্রে। মণ্ডলেমজাও/কেনেদি খোঙহামপাত্তগী কোলকটাগী মোহনবগান ক্লবতা ফুটবোল শান্নবা প্লেয়ার অমা এক্সিদেন্ট থোক্তুনা রিমসতা পুখত্তুনা কেজুএলটিদা লৈরে। মদুদা মাসু অনাবা শেন্নদুনা লৈরে, হয়েং মপালদা চৎকদবদু তোকপা তারে। য়ারগদি ইবেমপীশক মাগী মচননুপীদো খরা থুনা মফমসিদা লাকপা ঙমগদ্রা হায়রকই হায়বীয়ু হায়না পাউ পীখ্রে।

নুপামচাদু থুনমক চত্তুনা পাউদু ইবেমপীশক মশাগা উনদুনা তম্লুরে। ইবেমপীশক পাউদু তাবদা শ্বাই লাওখ্রে। মণ্ডলেমজাওনা ঙসাই হায়রম্বা — "ঐ লম্বীদা গাড়ী অমনা থেংলগা শিরগদি শান্তি ফংগদ্রা" মাবু থাঙ্গে শেংনা গাড়ীদুদা থৌওইনা বাখল পুবা ওম্লত্তুনা থৌজিল্লুরব্রা? নৎত্রগা চুন্না শোয়রিব্রা? ঐনা খুদোপ পুথোক্লগা মমাংদা থম্লুবদুদা থম্মোই কায়খ্রব্রা? নৎত্রগা মানা চৎলমদাইদা ঐনা ইমুংদা কপ্তুনা লৈহৌবদুদা নীংবা কায়খ্রব্রা? ঐনা মফমদুদা চৎলুরগনা শাবীত্রিনা মাগী সেবা তৌদুনা লৈরম্লবদি ঐনা চৎলুবগী কান্নবা লৈগদ্রা? শাবীত্রি লাক্লমদ্রগনা ঐনা মাগী সেবা তৌদুনা লৈবা মতমদা শাবীত্রি অমুক লাক্লো "নংগা করি থোক্লদুনা মফমসিদা লৈরম্লিবা" হায়বা বাহে। অমবু ওইরে, অমবু ওইরে, দাদানসু লাকহন্নীংবনিনা ঐ পাবুংগী য়েংলগা চৎলুসিরা; চৎলগদি তামো মণ্ডলেমজাওগী ফিভম য়েংলগা দাদাগা অমুক হনমিন্নরকপদি য়াগনিকো, ঐ চৎত্তি চৎলগে। মফি-মরোল তন্না হোংদোক্লুনা মা ইম্ফাল চৎনবা লম্বী অচৌবা তানা মখোঙনা থোরকই। বস অমা লাক্লুনা বসতুদা কাখৎলগা তোংদুনা লাকপনা থৌবাল পার্কিংদা য়ৌরে। রিক্সো অমা ফারগা রিক্সোদুদা তোংলগা লাকপনা অমুক রিমস হোসপিটাল য়ৌরে। মানা কেজুএলটিদা চংদুনা

হংলুবা মতমদদি অনাবদু স্পিসিএল বার্দতা হোংজিনগ্রে হায়রক্রে। স্পিসিএল বার্দ য়ৌরকপদা মণ্ডলেমজাওবু পোকপা তোমালসু মফমদু য়ৌরকপদা ঙায়রম্লি। ইবেমপীশক ব্যবাহার ইকায়-কায়দনা তোমালবু খুরুম্মী। তোমাল ইবেমপীশক উরুবদা মমিত্তগী মপি তাখিবা খঙহৌদে।

— "ইপাগী ইবেম্মা! ইচা লাকপা নুংঙাইরে, ইচা উবদা ইপাগী মায়সে থমফম খঙদনা ইকাইজে। নংগী নফমদা লাম্লুবনা মাগী ঙসিগী থৌদোকসি থোক্লিবনি হায়বা ইপা খঙই। লাইমক্কা য়ারোইদবা থবক্কি, ইপানসু য়াদবনি।"

—"পাবুং হায়হৈদবা বানি। নচাগী লাইবক্কা তম্লক্কবনি খঙ্গগে?"

— "মদু য়ারোই ইবেম্মা! মখোয়না ইচাবু এরোপ্লেন তাফমদগী ঙাইরগা ফাবীবনি।"

তোমাল মমিত্তগী তারক্লিবা পিরাংদু লেংবান্দগী ইম্নফিদুদা তৈথোকই। ময়াম মফমদুদা লৈরম্বশিংদু মখোয় অনীগী মতৌদু য়েংই। ইবেমপীশকসু লোম্না কপচৈ।

— "নহান ইচানা ঐখোয়গীদা লাক্রম্বদুসু ইচাদি চাক চাখিদে হায়না ইশুনুপী ইবেথোইনা তম্মী। ইপাদি তশেংনা খঙদবনি। মখোয়না নুমিত্তুদা লাক্রম্বদো মদুদগী হৌনা নবুংগী মফমদা সনি চংখ্রবনিনে। ঐনদি ইচম-চম্না ইচানুপা ইরাই নুমিত্তা এরোপ্লেন্দা লাকনি হায়রুবনি। মদুদা মানা "শোয়দনা লাক্রদ্রা, শোয়দ্রেকো পাবুং" হায়না ঐঙোন্দা পুলিসকী বাহংকা তৌখিবদু মাদি ইচানুপাবু অমুক্তং এরোপ্লেন তাফমদগী ফাগে খল্লম্বজাৎনিদনা। ইপাশু মখোয়দা ইচা লাকপগী নুমিৎ তাকথোক্লবদুগী অরানবা অমদি লৈ।"

মণ্ডলেমজাওগী মখোঙ য়েৎথংবা বেন্দেজনা খুদোলদগী ফৈরু ফাওবা পুনশিল্লম্লে। এক্সরে অমুক লৌশি হায়দুনা ময়াম ব্রোলিদা ইল্লগা এক্সরে নমফম তানা পুরে। ডাক্তরশিংগী মোৎ মতুংইন্না খুজু-খুৎলাই খরা হেন্না ফবা হোসপিটাল অমদা চত্তুনা য়াম্না থুনা য়েংহৌবা নৎত্রগদি পুমথরক্তুনা খোঙদু শোয়দনা ককসি হায়রকপা য়াই হায়রি। মপাল লমদা চত্তুনা লায়েংলুবা তারবদি পৈশা চংগনি। পৈশাদি কনানা পুথোক্লগা চৎকনি?

তোমাল "পৈশা কয়া য়াম্না চংগদগে?" হংবা হৌরকই। পৈশাগী বা ঙাংনরকপদুদা ধীরেন মাগী পোস্ট ওফিসতগী লৌথোক্লুবা লুপা লিশিং তরাদু

মাগী ফুরিংখাউদা য়াওরি। মদু শীজিন্নবা য়াগনি হায়জে মণ্ডলেমজাওগী বাবানা নহান ইবেমপীশক্না শিংলকপা লুপা লিশিং তরা অমগা লিশিং কুন্দি শুরে। মণ্ডলেমজাওগী বেক্কতা পৈশা খরদি শোয়দনা লৈরমগদবা মাল্লি।

— "পাবুং ঐগী লিক্কা খুদোপসিসু কায়থোকপা য়াগনি, লুপা লিশিং মণ্ডাগুম্বদি ফংবা য়াগনি" হায়জে।

*তোমালগী মবুক্তা নম্বোলগী শাবীত্রিখোয়গী ইমুংদগীদি পৈশা-নুংশাগী মরোল হংগে নীংদ্রে।*

মণ্ডলেমজাও জ্ঞান খরা তারক্কুনা বা ওাংনবা য়ারে। মাগী হৌজিক-হৌজিক য়ুমদা লুপা লিশিং কুনগুম্বা লৈ। বেক্কতা লুপা লিশিং য়াংখৈদি লৈরমগনি, হন্দক্কী থাগী লুপা লিশিং য়াংখৈ অমসু ফংগদবা লৈ হায়রে। অদুবু করি লমদা কনাগা চৎকদগে খন্নবদা ধীরেন্না নচা মরুপকীদমক চৎচগে, প্রাইভেৎসু ওইবা ভেলরগী সি. এম. সি. হোসপিটালদনা ট্রিটমেন্ট নুংঙাইগদবা মাল্লি, ঐদি মফমদুদা পোস্টিং তারম্বনা খরা কুপ্নসু খঙই হায়রে। অথুবা মতমদা চেন্নাইগী ফ্লাইটকী টিকেৎ ফংলবদি চৎলসি হায়না লেপ্নরে। মণ্ডলেমজাওগী মরুপ অমা ইন্দিয়ান ইয়ারলাইন্সতা থবক তৌই, মাগা হান্না শান্নমিন্নরম্বনি। মঙোন্দা টেলিফোন তৌদুনা হংহনবদা অথুবগী টিকেৎ অনীখক চেন্নাইগী পীদবা য়াদে হায়বদগী মথংগী নুমিৎকী টিকেৎ ফংলে।

তোমালনা য়াদদুনা শাবীত্রিখোয়গী ইমুংদদি পাউদু পীদ্রে। থেংজিন্নরুবদা ইবেমপীশক্না

— "দাদা হয়েং চৎকদবনিনা য়ুমদা হন্নবা তৌরসি" হায়রকই। মহৌশাগুন্না অমত্তা ওইবগী কোইজদবা মতৌদুদি তপ্না-তপ্না হন্দোরকপগুম তৌরে। তোমালদা ওনশিল্লগা "পাবুং! ঐখোয় অমুক য়ৌজরগে" হায়রম্লে। মণ্ডলেমজাওগী ফমুং মপাদুদা চংশিল্লগা "তামো! চৎলগে" হায়রম্লগা মচিন-মৌপ্না পুন্না থোকমিন্নখ্রে।

হোসপিটালগী মণ্ডলেমজাওনা লৈহৌবা কাদগী থোরক্লগা ইবেমপীশক মহৌশা মানা চাক থোঙলগা মণ্ডলেমজাওনা মনাক্তা মোরা অমদা ফম্লম্বা মফমসি নোংমদি শোয়দনা নীংশিংলকখিগনি হায়খিবদু ইকুই-কুইদনা উরুবদা নীংশিংবা হৌরক্লে। মা পুক্লিং নুংশিরকই। মবুংগা লোইননা রিক্সো অমদা থৌবাল পার্কিং

তানা থৌহল্লগা থৌবাল য়ৌগদবা গাড়ী অমদা কাখত্তুনা তোংলে। মখোয়না ময়ুম য়ৌবা মতমদদি নুমিদাংগী পুং তরেৎ মখায়রোম তারে।

হয়েং মঙলেমজাওগী লায়েংবগীদমক মবুংগা লোইননা ভেলরদা চৎমিন্নগদৌরি। চাক-ঈশিং চারগা মবুংনা পুগদবা পোৎ-চৈ লোইশিল্লি। ইবেমপীশক হৌখিবা পুং খরগী মমাংদা থোকখিবা থৌদোকশিংদুনা মাগী পুক্লিংবুসু লৈতাফম খঙহনবিদ্রে। মঙলেমজাওগী মখোঙ ককপা অমদি কত্তবা হায়বসি ফিপ্তি-ফিপ্তি হায়বদুনি। মখোঙ কক্লগনা শাবীত্রিনা লুহোংসি য়াবীগদ্রা? অদুগা ককতবা তারগনা লায়েংবদা মতম কয়াম কুইনা চংগদৌরিবা, কনানসু হায়বদি ঙমদে। করিগীনো ইবেমপীশক্না মখোয়গী তুংগী মরীদা লাপথোক্লরগদবা মঙলেমজাওগীদমক্তা অসুক ৱানা খল্লুরিবসিনা?

ধর্ম্ম, অচুম্বা, মীনা মীবু মতেং পাংনীংবা, অৱাবা তারবা কনাগুম্বা অমগী মফমদা কনাগুম্বা করিসু থোক্লদবা মীশক অমনা থৱায়-য়াওনা মতেং পাংখিবদু ইরাই-লাইনা হেক কাউবদি য়ারোই। মঙলেমজাওনা ইবেমপীশক্কী মমাগী ওপরেসন তৌনবা পৈশা লৈতবগী অৱাবা পাউ তারুবদা মাগী অরৈবা পৈশা ময়ুমদা চৎলগা লৌরুদুনা পৈশাদু পীরগা ইবেমপীশক্কী মমাগী ওপরেসন মতম-চানা তৌহনখিবা, অনাবা ফহনবীখিবা কয়াদুসু ইরাই-লাইনা কাউফম থোক্তে। মদু পূম্নমক ইবেমপীশক্না মঙলেমজাওনা মাবু পাম্বদগী পাংখিবা মতেংনি খল্লুবসু লানগনি।

তৌববুদি পৈশা পীবদুনা অচৌবা মরম অমা ওইরগা ইবেমপীশক্কী থম্মোইগী মায়ওন্দদি মঙলেমজাওরোমদা নকশিন্নীংবগী ৱাখল খরা ফাওরমগনি। অমবু ওইরে, অমবু ওইরে, ইবেমপীশক্কী ৱাখলদসু মবুংনা মঙলেমজাওগীদমক পৈশা পুথোক্তুনা মশামক পুকচেল তিংনা মঙলেমজাওগা লোইননা ভেলরদা চৎকনি হায়বসিদা নুংঙাইবদি পোকই। লমল শিংলগনি খল্লুবদা ওইরমাল্লে। অদুবু পাউসি তারগা শাবীত্রিনা অমুক মঙলেমজাওবু মাগী মফমদগী মুনবীগদৌরে হায়গদৌরিব্রা? মখোঙ তেক্লবা নুপা অমবু য়াম্না পামজনা মীঙোন্দগী মুল্লুবগী কাম্নবনা করিনো? ৱাখল ময়াম অমা মওল-মওল খল্লন্নগা ইবেমপীশকপু অমম্বনা তপ্না-তপ্না শুম্বীখ্রে।

নোং ঙাল্লে। অয়ুক ঙস্তাদা নুপা অমা ধীরেন উনবা লাকই। ধীরেনবু হংলি হায়বদুদা ধীরেন মপাল থোরকই। ঙরাং এক্সিদেন্টতা চেন্নবা বসকী মপুদু ওইরম্লে। গাড়ী মপুদুসু থৌবালদগী ওইরম্লে। ধীরেনগা শোক্লিবা নুপাদুগা খঙনৈ হায়বগী পাউ তাদুনা ধীরেন্দা খরা শাউদনবা পৈশা-নুংশা লায়েংবগী মতেং খরা পাংজগে হায়নরুসি হায়না লাকপনি।

মণিপুর মচানা তাংনা মোহনবগান ক্লবতা শান্নবনিনা মী অয়াম্বনা খঙবনা খবরদসু মঙলেমজাও/কেনেদি অমুক হন্না শান্নবা য়াররোই হায়না খবরগী হেদিংদা ফোটোগা কোন্ননা ইনরক্লে। মাগী মখোঙ য়েৎথংবা খুকউ মখাদা গাড়ীনা তকপদগী ভেলরদা পুদুনা লায়েংবা চৎকদৌরি। করিগুম্বা মাগী মখোঙ ককতবা তারগসু মা ফুটবোল শান্নবদি য়াররোই, মসি মণিপুরগীদি খ্বাইদগী চাউবা মাংজবনি। মহাক হৌজিক রিমসকী স্পিসিএল ৱার্দতা লায়েংলি হায়না শেংনা খবরদা য়াওরে।

শাবীত্রিখোয়গী ইমুংসু খবরদগী পাউদু তাদুনা মপা স্নাথোই মখোয়গী টাটা শুমোদা হোসপিটালদা লাকই। তোমাল, স্নাথোইগা উনদুনা মপা-মপাশিংগী ৱারী কুপ্না শানবদা লুহোংবগিদি বার্তোনসু চৎলুরবনিনা মচাগী ফিভম্না য়াদ্রবনিনা মতম খরা য়েথোকচরে হায়বগী মহুত্তা মতম কত্তনা য়েথোকচরে হায়না খবরদা ইশেন্না ফোংদোকপীখ্রো হায়রে।

স্নাথোইসু অনাবদুগী লায়েংবা, পৈশা-নুংশা, অৱাৎ-অপাগী করি লমদা চৎপা তারবা হায়বনচিংবগী মরমদদি অমত্তা হংদে। মঙলেমজাওগী মনাক্তা চংশিল্লগা — "ইবুংঙো! নং থুনা ফরগা হল্লকউকো! ইপা অরুবা থবক অমা লৈহৌরি, অমুক্তা চৎলুখিগে" হায়রম্লগা অদুম চৎখ্রে।

স্নাথোইগী মবুক্তা মঙলেমজাওগী মখোঙদু শোয়দনা কক্লগনি, মা অমুক হন্না ফুটবোল শান্নবদি লাইরদনা চৎপা ফাওবা নীংথিনা ঙমগদবা মান্দ্রে খল্লি। মঙলেমজাওনা ওইগদবা মতৌদু মমিত্তা শঙ-শঙ উরকপগুম তৌরকই। লুহোংদ্রিঙৈদা এক্সিদেন্ট থোক্লম্বসি ফরবনি, করিগুম্বা লুহোংলবা মতুংদা থোক্লম্বা এক্সিদেন্ট ওইরম্লবদি লায়েংবগী অচংবা পৈশা, মচানুপীগী তুংগী অৱাবা পুন্সি কমদৌরমগনি। ঐখোয়বু লাইনা কনবীরে হায়না মবুক্তা খল্লি।

লম্বীদা খবরগী ওফিসতা চংদুনা লুহোংবা য়েথোকচরে হায়বগী মহুত্তা লুহোংবা মতম চুপ্নগী ওইনা তোকচরে হায়না হাপহল্লম্লে। য়ুমদনা শাবীত্রিনা

পাউদু তারগা খল্লি, — "করম্না মঙলেমজাওনা থৌবাল হাওখাদা গাড়ী এক্সিদেন্ট থোক্লুরিবা? মানা ইবেমপীশক উনবা চৎপদা ইবেমপীশক্না মাবু থীনা ঙাংবীরকপদগী মথক্সায় নুংঙাইতবদগী থোক্লিবা এক্সিদেন্ট শোয়দনা ওইরমগনি। মখোয় অনীগী মরীদুনা কাউনবা ঙম্নদদুনা শোয়দনা করিগুম্বা খরদি ঙাংনরম্বা য়াই। লুহোংগদবা নুমিৎ মরিনিদা ঙাইরবা কান্দা মানা ইবেমপীশক্কী য়ুমদা চৎলুবদুগী মরম্না মানা এক্সিদেন্ট থোক্লিবনি। অদু, ঐনা মখোয়গীদা লৈরুবা অহীংদুদা মঙোন্দা নুপা ওইবগী অপাম্বা, কল্লকপা নুপীমচা ইনখৎলকপী অমগা পুন্না ফমুং অমদা হিপমিন্নরবা ফাওবদা ঐবু মাগী ওইনা খনবীয়ু য়াখিদবদুবু ...? মদুবু নুপা খুদিংমক অসুন্না তৌরমগদ্রা? ঐ থাজবা ঙমদে। মানা ঐবু ইবেমপীশক নত্তে হায়বদগী মাগী ৱাখলদা অপাম্বা, নুংশিবা পুন্নমক থম্মোইদা চেৎনা কিসি ওইনা কিখিবনা ওইরম্বা তাই।

বীশ্বামিত্র মুনি ফাওবদা মেনেকাগী ইরাংগী জগোইদা মাগী ধ্যান কায়খিদুনা ভরতকী মমা সাকুন্তলা পোকখিবগী ৱারী লৈরিবনি। মাগী ৱাখলদি লাইদগীসু হেল্লবা! ঐসিবু মাগী মমিত্তা য়াম্না ফজদবা পামজদবা শকফম অমা ওইনা উরবজাৎলা? ঐ মাগী মতৌদুদা মঙোন্দা য়াম্না ইকাইজখি। মেনেকাগী রুপ মক্তি করম্না মাগী মফমদা উৎলুগনি? চুম্মী, ঈশ্বর অমনা মাগা ঐগা থুংনদনবা এক্সিদেন্ট থোকহনখিবনি খল্লগে। মখোয় অনীগী অনীংনবনা অদুক কল্লবদি মখোয় অনী থুংনজরসনু! অদুবু ঐনা ইবেমপীশক্তা পুন্সিগী মুৎলরোইদবা অথীবা দাগ অমদি তামো মঙলেমজাওগী মফমদা থম্বীরম্বা তারেদো। মাবু নুপী অমগা অহীং অমা লেকমিন্নখ্রে হায়বসিমদি ইবেমপীশক্না মতম চুপ্পদা ৱারৌরগনি।

শোমদা তাঞ্জাদুদা হোসপিটালদা ঙরাংগী গাড়ী মহাজন্দু ধীরেন্না থারক্লুনা লাকই। লুপা লিশিং কুন্দং মতেং-মতেং ওইনবা হায়দুনা পীরম্বদু তোমালনা লৌহৌরে।

থৌবাল হাওখাদনা ধীরেন চাক-ঈশিং চাবা লোইরগা মচম্লুপীনা ধুপ-থাওমৈ থাদুনা মঙ্গোল নীজরি। মচল অমদি মমাদা মীওইবগী সেবানি, ইমা ঐ চৎলুখিগে হায়রগা মমাবু খুরুমলগা থোকখ্রে। ইবেমপীশক মবুং থোকখিবদু মমিৎত্তগী মপী তানা লেপ্তুনা য়েংলগা লৈহৌই।

বীমোল ঙরাং মঙলেমজাওনা মাবু ইবেমপীশক উনবা চৎলুসি হৌরম্বদা মানা য়াহৌদবদুনা মরম ওইরগা মঙলেমজাওগী এক্সিদেন্ট থোকখিবনি খল্লুবদা

নুংঙাইরমদে। মাগী ভান্দু ঙস্তানা পুরক্লগা হোসপিটালদা লৈরম্মী। ধীরেনসু মফমদুদা য়ৌরক্লে। এরোপ্লেন পাইবা মতম নকশিল্লকপদুদা মঙলেমজাওবু ভান্দা ময়াম চংদুনা থাঙ্গৎলে। ময়াম্না মঙ্গল ওইয়ু হায়না বিস পীনরবা তুংদা মঙলেমজাও ধীরেনগা লোইননা বীমোলনা ভান থৌরগা মমান্নবা অহুমগা ইয়ারপোর্ট য়ৌখ্রে। অহল ওইরবা তোমাল বখল নুংশুক-নুংজাননা ময়ুমদা হল্লকখি। অসুম্না মঙলেমজাও এরোপ্লেন্দা পাইখিদুনা কোলকটা য়ৌরগা, কোলকটাদগী চেন্নাই অমুক য়ৌরগা মথং-মথং ভেলর য়ৌখ্রে।

নুমিদাংবাইদা ইবেমপীশক মমাগা ঙরাং মঙলেমজাওগী এক্সিদেন্ট থোকখিবা মফমদা চত্তুনা ধুপ-থাওমৈ থাদুনা ফত্ত-নুংদা থোক্তনবা খুরুমজরুই। অউবা কনানা ঙরাংগী নুপাদু মখোয়গা মরী-মতারা হংনহৌবা য়াওই।

নম্বোলগী শাবীত্রিখোয়গী যুমদা লুহোংবা মতম পুন্নমক্কী ওইনা তোকচরে হায়না মপানা খববদা ফোংলুবদুনা মখোয়গী ইমুংবু লৈকায়গী মীনা হান্নদগী খরগা লোয়নবা তল্লিঙেগী মথক্তা অমুক্কা হেন্না মখোয়গী হৌনবী তৌরক্লে হায়না ঙাংনৈ। মচানুপীনা চেল্লুবা নুপাদু চেনবা নত্তে মখোয়না ফাবীবনি, অতোপ্পা মাগা নুংশিনজবা নুপী অমা লৈরম্বদগী মদু উনবা চৎলুবদা নুপীদুনা থীনা চৈরকপদগী লম্বীদা নুপাদু এক্সিদেন্ট থোক্তুনা মখোঙ নাম্মা তেক্তুনা মখোঙদু কক্তবা য়াবরোই হায়দুনা মপান্দা লায়েংবা চৎখিবনি। মখোয়গী ইমুংদি মশাগীতা খনবনিনা নুপাদুদগী কান্নবা অমত্তা ফংলরোই হায়বদগী পাম্লক্তবা ওইরমগনি হায়না ঙাংনবীরে। মীনা ঙাংনজরবসু মখোয়গী মনাদদি অমত্তা তাদবগুম তৌই।

খবরদা শাবীত্রিগা মঙলেমজাওগা লুহোংবা তোকচরে হায়বগী পাউদু থৌবালদা ইবেমপীশকসু থেংনরে। মদু উরুবদা ইবেমপীশক মঙলেমজাওনা মাগী মফমদা পাউ তমজবদা মানা তানীংদদুনা থোঙবাদা লেপ্লগা তাখিবা বাহৈশিংদুগী মরক্তা 'ইবেমপীশক নংনদি থাজরোই, ঐ নংগীনি খন্না ঘড়ী অমগা ফুরিৎ কোর্ট অমগা লৈরকপনি। অদুবু শাবীত্রিনা ইয়ারপোর্টতা ঙাইরমদুনা ময়ুমদা ঐবু মখোয়গী টাটা শুমোদা পুরগা পোৎ অনীমক মাগী ওইহৌরে। ঐ ইশাবুসু মাগী ওইনবা ঐখোয়গী য়ুমদা গাড়ীনা থিল্লক্তুনা মানা ঐগী ইনাক্তা অহীং মিকপ থোক্লকপদা তুম্লম্বদা ঐ খংখি। অদুবু ঐ মাগী মশাদি শোকখিদে" হায়খিবা। মদুবু ঐনা করম্না থাজসিগে? তশেংনমক্কী তামো মঙলেমজাওনা হায়রিবদু অচুম্বা ওইরমগদ্রা?

ব্রাহংসিগী পাউখুমদি শাবীত্রি নত্তনা অতৈ কনানসু চুন্না পীবা ঙমলোই। মসিমদি শাবীত্রিনা ময়েক শেংনা খনখিবগুম ইবেমপীশক্কী মফমদা পুল্লিগী খঙনীংবগী ব্রাহং ওইদুনা লৈরগনি। মাগী-ওইজরিবা নৎত্রগা ওইগনি খঞ্জরিবা নুপা ওইবা মহাক অদুনা অতোপ্পা মাগুম্বী নুজা অমগী মফমদা চুন্না ব্রারী শারম্বা উরুবদা চিংনজরিবা, তুম্বা-চাবা মফম খঙজদ্রিবা থম্মোইদুনা অহীং অমা নুপীদুগা ফমুং অমদা পুন্না তুমিন্নকবে হায়বগী পাউ তারগা করিদা নুংঙাইদৌরি? মসিদা ব্রাবোইদবা নুপী অমত্তা লৈগদবা মান্দে।

শাবীত্রিসু খঙই, মাবু মঙলেমজাওনা অরানবা মিৎযেংনা যেংখিদে। মাগী ওইগদৌবে, শোয়দ্রে খঞ্জব্বনা মৈরিবু মৈরানবীনা কিবক্তবগুম মাসু মৈনুংদুদা চোংশিল্লুবগী ব্রানী। অদুবু মাবুদি মৈদুনদি চাকহৌদ্রে। সতি সীতাবু রাবনগী মনাক্তা লৈরুববীনি হায়না মীযাম হুপ্না চিংনখ্রবসু সীতাগী লিচত্তা অমকপা মচেৎ অমত্তা যাওদনা অহীং-নুংথিল, মিকুপ খুদিংগী 'বাম নাম' শোল্লগা ফিজেৎ-ফিগায অমোৎপা ফিজোল শেত্তুনা, মশক থীহন্দুনা, ময়াং-কংহন্দুনা খাঙজখিবদুনা ঈশ্বরগী মশক লৌখিবা শ্রীবাম্না মাবু লৌশীনবীখিবনি। কোন্নথংদা সীতাগী গর্ভনুংদা শ্রীবামগী থম্মোইগী ঈবিক্না মীতমদুনা "লব-কুশ" মচানুপা অনী ওইনা পুন্না ফংজখি। মদুগুম্বা সীতাগী পুকচেলদুদি শাবীত্রিদা যাওদে। 'ঈশিংদা থাংনা যানবদা মমি তাদে" হায়নৈ। মমিসু তাখিদ্রে, থাংনসু য়ানখিদ্রে। অদুবু ফজদবা মিংথোল "চেল্লুববী" হায়বা অমদি মানা মৈরানবীগী মশক লৌরুবদুনা মৈনা চাক্তগসু মিংথোলদুমদি সমাজসিনা পীবীগনু হায়বা য়াররোই।

কনা অমগীনা নুপা অফবা থিবদা ফংবা শুকঙম-ঙমদ্রবসু কনাগুম্বগী মফমদদি ইবাই-লাইনা হেক ফংবসু ময়াওই। কদোমদগীনো শাবীত্রিগী মপা স্নাথোইনা য়াম্না হৈনা থিরক্তুনা নম্বোল কলেজদা ওজা ওইবা যুন্নাম নবকিশ্বব কৌবা মতোমতসু পোকপা খা জিরিদগী পাখঙ অমখক ফংদুনা মমানা শীল্লগা চেলহন্দুনা য়াম্না থুনা লুহোংবগী নুমিৎ লেপখ্রে। হন্দকমুক্তি শাবীত্রি ইবেমপীশক্তা লুহোংবগী বার্তোন তৌরক্ত্রে। অদুবু শাবীত্রিগী পুক্নিংদা মতম অমদা মানা মঙলেমজাওবু পাম্বদগী তাথি-তাওইনা তৌবীদুনা চাক ফাওবা পীজখিদবা মতাংদু নীংশিংলুরগা ইবেমপীশক্কী মফমদা চিঠি অমখক লুহোংবা হয়েংনী হায়বগী অহীংদা মমিত্তগী মপি তানা ইরগা ইবেমপীশক্কী এড্রেসতা পোস্টতা থাখি। শাবীত্রিগী লুহোংখ্রবা মতুংদা নোংমা পোস্টমেন অমনা চিঠি অনীখক পুন্না

ইবেমপীশক্তা পীবা লাকই। চিঠি অনীদুগী থারকপা মফমদু পাবদা অমনা নম্বোলদগী শাবীত্রিনা ইবেমপীশক্তা থারকপনি। অতোপ্পা চিঠি অমদুনা মণ্ডলেমজাওনা ভেলরদগী ইরকপনি। ইবেমপীশক্কা মিকুপ্তুদা করম্বা চিঠি হাপ্পা পাসিগে খনখি। মহাক মণ্ডলেমজাওগী মপাউ তানীংবনসু লাণ্ডতক্লরি। অমরোমদা শাবীত্রিনা পীরকপা চিঠিদুগী মরোলনা করি হায়রিবনোসু খঙনীংই। অদুবু মণ্ডলেমজাওগী মপাউনা হেন্না মরু ওইবগুম খল্লক্লুনা মণ্ডলেমজাওগী চিঠি হাপ্পা পানবা হাংদোক্লে। ঝারোলদি অসুম্না ইরকই।

ইবেমপীশক!

ঐগী ওপরেসন লোইরে। হৌজিক ঐগী খোঙ ককপগী ঝাফম লৈত্রে। নখোয়গী দাদানা ঐবু পোকমিন্নবা মচিন-মনাওদগী হেন্না ফজনা সেবা তৌবী। ঐনা হন্দক্কী মপোক্তা বাবাগী অনাবা য়েংবগী হোসপিটালদা নুমিৎ খরনি লৈরম্বদা নংবু থেংনরম্বা, অদুদগী নখোয়গী দাদা মথং-মথং থেংনরকপা, ইচিল-ইনাও লৈজদবা ঐসে পুকচেল চাউবা মীশক অনীখক্তি ফংলে খঙ্গরিবনি। মীশক অনীদু অমনা ইবেমপীশক্কি অদুগা অতোপ্পা অমদুনা মরুপ ধীরেন্নি। তুংগী আশা উদ্রবা ঐগী ইফমদা নখোয় ইচিল-ইপ্পা অনীনা য়েংবীরিবা মিৎয়েং, তেংবাং কয়াসিগী লমন ঐনা শিংবা ঙমগনি থাজদে। অদু নং ঐবু ঝারৌগনু! ঐ কনাগী মফমদসু লাপ্লক্লিবনি। অদুবু নংনা থাজরোইদবা অমত্তংদি নুপী ওইবীশিংনা চিংনগনবা পুকচেল অমনা ঐবু পুন্সিসিগী থাজবীয়ু য়াগনি হায়নদি নীংদ্রে। ঝাফম অদুদি শাবীত্রিগী ঝাফন্নি। নংনা মাগী মমিংসি তাবদা শাওনীংগনি। অদুবু পন্দবদি য়াদে। তিল্লাইখোম্বীদসু খঙদনা শোক্লুরবদি ইশাদা চুরিবদুনি। ঐগী ইশাদা তিল্লাইখোম্বী চুরবসু ঐ শাবীত্রিবুদি তশেংনা ঐনা ইশা খঙনা শোকখিদবনি। ঐগা মাগা অহীং অমা লেনমীন্নখিবদো ঐ য়াম্না ঝানা নংতবু নীংদুনা ইমিৎ অনীমক উইশিন্দুনা থবল ফরবা অহীংদুদা মঙ্গোলদা মোরা অমদা ফন্নগা অহীংদু ঝানা লেনখিবনি। নংনা থাজদ্রবসু ঈশ্বর মানদি শোয়দনা উরমগনি। ঙসিসু ঐগী নুংশিবা মফম হোংদ্রি। নংনা থোঙবাদা লেপ্লন্নগা থোঙগী মরুমদা চংখিবদগী থোক্লকখিদবা, নংগী য়েংনীংবা মায়থোংদু অমুক হন্না উবা ফংলরোই খল্লদুনা লম্বীদা মিৎ অনীমক মমশিল্লকখি। ঐ লম্বী উখিদে, ঐ এক্সিদেন্ট অদুম থোকখিবনি।

ঐ হৌজিকসু শাবীত্রিগা লুহোংগে খন্দে, মাবু অমুক্তং জ্ঞান তানা ঝারী শানরগা মা ঐঙোন্দগী লাপথোক্লবা হায়গে খল্লি। ঐগী পুন্সিদা অহানবা ওইনা

ঐনা পুক্লিংনা খোয়দানা থম্মোইদা লাৎচবদি নংতনি। বাবানসু নং নত্তবা নুপী অমত্তা মমৌ ওইরোই হায়জরম্বদো শাবীত্রিগী লাংদা থুরুবদগী বাবাবুসু ঐনা য়াম্না বাহনবীখিবনি। ঐগী ফিভমসিদা হৌজিক্তি মখোয়গী ইমুংনা অমদি শাবীত্রিনা পাম্বীগদবসু মান্দ্রে। করিগুম্বা মানা অতোপ্পা নুপা অমগা লুহোংখিবা থোক্লবদি নুংঙাইগনি নীংই। অরোইবদা নং ঐগী মরীসি নহাল অমুক্কী মপোক্কী লোইরক্তবা মরী ওইহনসিকো!

ঐ ঈশ্ববু য়াম্না থাজে। পুন্নমক ঈশ্বর মানদি লোইনা উরমগনি। পুন্নমক ঈশ্বর মানা অফবা মায়কৈদা পুবীরকপা ওইসনু!

মণ্ডলেমজাও সি এম সি হোসপিটাল,
ভেলর টামিলনাদু।

ইবেমপীশক মণ্ডলেমজাওনা থারকপা চিঠিদুনা পীরিবা নুংঙাইবদু ঙাইহাক্তং ফাজিন্দুনা থম্লগা শাবীত্রিনা থারকপা চিঠিদু অমুক পাননবা হাঙদোবকই।

নুংশিরবী মরুপ!

ইবেমপীশক! ঐনা নংগী নফমদা অরানবা থবক তৌদুনা নংবু য়াম্না বাহনখ্রে। নংদি সতিগী গুণ চেনবীনি। ঐনা মীনা তম্বদগী তাখি। ইতানা তামো মণ্ডলেমজাওগী এক্সিদেন্ট থোক্তুনা মখোঙ নাম্মা কল্লগনি খণ্ডলবা ফাওবদা মাগী মনাক্তা চত্তুনা নংনা অমদি নখোয়গী দাদানা মতেং পাংখিবা মদুসু মাদি অতোপ্পা নুপী অমগী মপু ওইদুনা লুহোংনবা বার্তোন চৎখ্রবা মতুংদনি। মানা এক্সিদেন্ট থোকখিবদু নংগীদমক নংবু নুংশিবগীদমক শিরশিরা খনবদগী ওইরমগদবা মাল্লি। ঐনা মাবু তশেংনা ইয়ারপোর্টতগী ফারগা য়ুমদা পুরগা য়ু ঙাওরবা মাবু ঐনা মখোয়গীদা থিল্লগা চেল্লকপা শাদুনা নমদুনা লৈশিল্লুবনি।

ইতা! নংগী নুংশিবা ওমর ওইয়ুকো! তামো মণ্ডলেমজাওনা নংবু কয়াগী মতিক নুংশিবগে হায়বা ঐতনা খঙই। ঐনা মাগী মনাক্তা অহীং অমা লেন্দুনা নুপী ওইবীগী ইকাইবা কয়াবু থাদোকতুনা মঙোন্দা ওইনজগে খঞ্জখি। অদুবু

মাগী মমিৎ অনীদু শুকপাং-পাংথোক্তনা চেজেৎ উইশিল্লগা খাঙখি। নংগী নমিং তোয়না পন্দুনা থবল ফরবা অহীং মমৈদুদা মঙ্গোলদা মোরাদা মতোমতা ফল্লগা মমিত্তা মপি তানা হিক্লা-হিক্লা কপ্তুনা লৈরমখি। ঐনা মাগী মচিন্দা নংগী 'ইবেমপীশক' হায়বা মিংদু পনবা তাবদা খাঙবা ঙমখিদে, নংবু তশেংনা নুংশিখিদে। মতমদুদা ঐনা থৌনা লৈনা চংশিল্লুরবসু মাগী থম্মোইগী অচেৎপা কিসিদু থোকফম খংখিদে। থোক্লবা তাঞ্জাসু মানা শুকপী পীখিদে। ঐ মাগী মফমদগী মায়থিখি। নংনা তামো মঙলেমজাওবু চিংনবা পুম্বা থাদোক্তুনা মাগী মফমদা কুন্দো পরেং হুক্তুনা পুন্সি লৈপুল ওইবদো ঐনা পাউ ওইনা অমুক্তংদি তাজগেকো! ৱারুগনু মরুপ! শোয়দনা ঈশ্বরনা মরুপকী নীংজববু থুংহনবীগনি। তামো মঙলেমজাও অশোয়-অঙাম য়াওদনা থুনা ফরগা হল্লকপা ওইসনু!

অদু ঐগী লুহোংবদি হয়েংনি। মরুপ্না ঐবু তৌঙম্বীনি খনবীগনুকো! ঐনা ইতাগী য়ুমদা লাক্তুনা শেংদোক্তে হায়দুনা ইতানা খনবীগনু! ঐগী লংজরুবা ইরালসি ঙাকপীদ্রগদি মরুপ অমগী নীংবা কায়খিবগী অশাওবগী সিরাপ্তুনা ঐবু অৱাবদা তারুরসনু খনবীগনুকো! নংঙোন্দগী মঙ্গল নীজরি। পীনবীয়ুকো ইতা! নংনা চিঠিসি পাবা মতমদদি ঐদি য়ুম্নাক শাগৈদি হোংদুনা চৎলগনি।

নহাক্কী মরুপ শাবীত্রি
নমবোল

চিঠিদু পারুবদা ৱাহে খুদিংগী হরাউমন্দুনা ইবেমপীশক কপচৈ। কপ্পগী মরমসু চুমফম থোকই। ঙাইহাক চিঠিদুগী ৱারোলদুনা কপ্পা-নোকপা তৌরুবা তুংদা মাগী থম্মোইদা মিকপ খংথোক থোক্লকপগুম মঙলেমজাওগী অনৌবা আশা অমগী ময়োল চোংলকপগুম তৌজরে।

ইবেমপীশক চিঠি অমগী মথংদা অমা মথং-মথং পাদুনা মাগী থম্মোইদা ফাওরম্বা মতম কয়া পুন্সিগী ৱাহং ওইদুনা লৈরগদবা চিংনবা অমদি ঙসি মানা ফংলিবা চিঠি অনীসিগী ৱারোলদগী পাউখুম ওইনা মনাক্তা লাক্তুনা শেংদোক্লরে। পুক্লিংদা হরাউজবা পোক্তুনা ঈশে অমুক ঙংনীংলকপগুম তৌরে। জগোই হৈবা মীনা য়ৈরক্লিবা পুংলোন খুদিংমক্কী তান চপ-চানা শাবা জগোইদু য়েংবদা হেক্তো নুংঙাই। য়ৈরকপা পুংলোনগী মখোল মুন্না তারগা ইবেমপীশক জগোই শাগে খঞ্জরি।

ইবেমপীশক মণ্ডলেমজাওখোয়গী য়ুমদা অমুক্তং চৎলগা মণ্ডলেমজাওগী বাবাদো উননীংবা পোক্লক্রে। ৱাহৈ খোনফম নুংশিনা মাবু মচাদা মচাগুম লোইনখিবা, তৌরুবা থবক খুদিংমক্তা চিংনবা অমত্তা পোকখিদ্রবা মপাগুম্বা অহন্দুগী মনাক্তা চত্তুনা ঙাইহাক্তসু উনরুগে, মাগী নুংশিবা ৱাহৈ ইপাগী ইবেম্মা হায়না নুংশিনা কৌবীবদো তারুগে খল্লকই। মমা থাবাদা

—"ইমা! তামো মণ্ডলেমজাওখোয়গী পাবুংদু মঙদা উরম্মী। অনা-অয়েক য়াওব্রা হায়না অমুক্তং চৎলগা হংবীরম্বদি হ্রাউগদবা মাল্লি। চিঠিগী ৱারোলসু খরা তন্নীংই। তামো মণ্ডলেমজাওগী মখোঙগী ওপরেসনসু লোইরে, করিসু থোইদোকপা তৌগদবা মান্দ্রে হায়না ইরকই। অদু ইমাগা অমুক্তং চৎমিন্নরুসি!" শাবীত্রিসু অতোপ্পা নুপা অমদা চেন্দুনা লুহোংগ্রে হায়না তম্মী। শাবীত্রিনা মাগী মফমদা লানখিবা কয়াদো চিঠিদা ঙাকপীয়ু হায়না শেংদোরকই তমজে।

— "ইচানা চৎনিংলবদি হয়েংসি নুমিৎসু ফৈ, নিংথৌকাবনি, তরানিথোই-নিসু পাল্লি, হয়েং অয়ুক ঙস্তানা চৎলুরসি।" মমানা ইচাসিদি তাইবং মীওইবনবু করি তৌবা ঙমগনি? মপু মানা শীনবা ঙাক্তনি, হায়না খুম্মী।

ঙসিদি ৱাখলসু খরা নুংঙাইরবনিনা ইবেমপীশক য়ুমগী থবক মথং-মথং লোইশিল্লি। খোঙথাং খুদিং ঈশৈসু ঙংজরে। তাঞ্জাদুদা ৱাক অনীখক য়াম্না ৱাংনা নোংদোল থক্তা অৱাংলোমদগী পাইরক্লগা ৱাক ৱাক হায়না খোংলম্লগা খা পাংনা পাইখিরম্মী। ইবেমপীশক্কী মচিন্দা খঙহৌদনা পনখি "সীতা রাম-সীতা রাম অফবা পাউ ওইরম্মুকো! পুক্লিংদা দাদাগা তামো মণ্ডলেমজাওগী অফবা পাউ ওইরল্লদি ফগনিদা।"

মমাম্নবী শোইবম তোম্বীনৌ প্রপ-প্রপ চংলকই।

— "হায় ইবেম্মা! পাউ অমা তম্বীগে?"

— "হা করি পাউনো? য়াম্না তানীংঙে?"

— অন্দ্রর গ্রেজুএটকী ওজা চাম্ম য়াম্খে লৌবগী অইবা চাংয়েংদু হায়দোক্রে। নং তাদ্রিব্রা? ঐখোয় অনীমক য়াওরে।"

— "ও! ঙসাইগী ৱাক অনীদু মবুক্তি ফৈদা অফবা পাউ পুবীরকইদা!"

— "অদু, তোম্বীনৌ। করি চাসিগে, শিংজু লৈরুসিরা?"

— "য়ারেদা! পাউসি তম্নিংমনখিদুনা ননাক্তা চেন্নক্লিন্নি।

— "অদু ভাইভাগী পৈশাবু কয়াম পীননি তাবগে?"

— "ইবেম্মা! লুপা লাক অমদগীদি তাগদবা মান্দে হায়নৈ।"

— "তোম্বীনৌ! নংগীবু কনাদা পীদৌরিগে?"

— "ঐগীদি জেৎ ই ও লালাদা ঐখোয় বাবানা ঙাংনবা চৎকনি তৌহৌই।"

— "অদুদি ঐখোয়গীসু ঐখোয় ইমাদা খরা চৎহল্লুবা তারে"।

— "অদুদি ঐ অমুক চৎলগে"। অসি হায়বল্লগা তোম্বীনৌ অমুক হনখ্রে।

ইবেমপীশক মমাদা চংদুনা পাউদু তম্লুরে। মমাসু পাউদু তাবদা হরাউজে। অদুবু পৈশাগী মতাংদুদি কমদৌগনি লৌ অমা লৈবদু য়োনগদ্রা, মদু য়োল্লগা পৈশাদু পীখ্রগা খনবীরক্লবদি ফৈ, খনবীদনা তোক্কদ্রা খঞ্জে। অদুবু পুন্নমক অখণ্ডবা মীদা তান্নবনা চুমগনি খন্দুনা ৰাইখোম লালাগী য়ুমদা চৎতুনা হংজরুরে। য়েংশি পৈশাদুবু লৈরবদি ফনবা শীনবীগে লৈকাযগী ইচন-ইচাগীবু হায়বীরক্লে।

মীওইবগী পুন্সিদি অকা-অকুম নাইবনি, খুবাক-খুৎনম্নী, অমুক নোক্লবদি অমুক কপ্পা। কপ্পনা হাল্লগনা নোকপনা কোনবা, নোকপনা হাল্লগনা কপ্পনা কোনবা মসি অদুম ঐখোয়গী অকোয়বদা উরবা, থেংনরবা ঙাক্তনি।

ইবেমপীশক কপ্পা য়াবা কপ্লে, ৰাবা য়াবসু ৰাজরে। হৌজিক মাদি ৰাবা হৈনববনিনা নুংঙাইবা অমুক হৌবা য়ারে।

অশিৎ-অৰানথা লোইখ্রবদি বসন্তা অমুক লাক্লগনি। হৈরাং-লৈরাং পোম্লক্লগনি।

ঙসিগী নুমিৎসিমদি ইবেমপীশক্কী পুন্সিদা ঙসি ফাওবা মমাঙদা থেংনরকপা নুমিৎশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী নুংঙাইবা নুমিৎ অমা ওইরি। চাক ঙস্তা চারগা মমা-মচা মাগী-মাগী ফমুংদা চংদুনা তুমখ্রে। তুন্নমদাইদা মাবু নুংশিনা "ইপাগী ইবেম্মা" হায়না তোয়না কৌজবা তোমালগী মরমদা হয়েংদি শোয়দনা উনবদা নুংশিবা মীকৌদো অমুক তাজরগনি খন্না-খন্না তুমথখ্রে।

নোংঙাল্লে। মমা-মচা ঙরাংনা ঙাংনবা লোইখ্রবনিনা ঙস্তানা ঈরু-মাইথজবা লোইদুনা অচা-অথক খরা পুরগা মমানা খাউ অমা পায়রগা ইম্ফাল তন্না বস তোংদুনা হায়গৎলকই। ইম্ফাল য়ৌরগা অমুক মোটবুং চেনবা গাড়ী অমদা

তোংদুনা খোঙহামপাৎ য়ৌরক্লে। মঙলেমজাওখোয়গী থোঙ্গালদা মমা-মচা চংলকই।

অহল তোমাল মশু ইবেথোইগা ফমদুনা ৱারী শানরম্মী। মতুং ওহ্মোক্তুনা নঙ্গলনা নুংশা য়াইদুনা মী লাকপদু উহৌদ্রে।

— "পাবুং! ঐ ইমাগা লাকচরিয়ে।" ইবেমপীশকনা কৌরকই।

তোমাল খোঞ্জেলদু হান্না কয়ারক হন্না তাখিবনা নীংশিংলকই। য়াম্না হরাউনা

— ইচা লাক্লিবা? ইচনসু য়াওবীরকই, নুংঙাইরেদা। ঐ ইচাগী শক উদবা কুইরে খল্লম্বনি। ইবেম্মা! চৎলু ফিদা লৌরু। ইচনসিদি কোইরুনু, হেক্তা কাখৎলকউ! ইচিল-ইপ্পা ৱারী শাসি! ইবুংঙো ধীরেন্দো য়াম্না ৱারম্লগনি। মাগী থবক্কী ছুটিদুবু মতমসি শাংলক্লে। মাগী লমন চাউনা তোনশিল্লে। অদু, ইচনগা ইচাগা লাপ্পা লাকপনি হাউবা-হাউতবা চাক চারগা হল্লোকো!"

— "য়ানিদা তাদা! ইচানুপীনা ঙরাং মবুংদগী চিঠি অমা ফংই মদুগী পাউদু তম্লুসি হায়বদুদা লাকচবনি।" থাবানা খুমই।

— "করি পাউবু হায়রকপগে?"

— "পাবুং! তামোগী মখোঙদু করিসু থোইদোকপা তৌররোই, থোইনা ৱানীঙাই ওইদ্রে হায়রকই"।

— "ঐসু পাউদু তানীংলম্বনি। ফরে, ফরে, টেলিফোনসু য়াদবদগী পাউ খঙদ্রবনি। অদু ইচাবু নপা অহল ঐবু নুংশিদ্রব্রা? হান্নগী ইচানা অপোকপা নপাগুম্না সেবা তৌবীবদো ইপা কাউদ্রি, ইচানা চাক চরা অমত্তং থোঙলগা চামিন্নখ্রবদি ইপা পেনখ্রনিদা। নহানমুকসু ইশুনুপী ইবেথোইনা তম্ববু ইচাদি চাক-চাদনা চৎখি হায়। পুম্নমকসি মখোযগী মহাগী মমা-মচাদুনা থোকহল্লম্বনি।"

— "পাবুং পাউ অমা তাবীরব্রা?"

— "করি পাউনো ইপা তাদে।"

— "পাবুং শাবীত্রিদো লুহোংখ্রে।"

— "হা! নুংঙাইরেদা! করি লমদগী নুপা ওইরিগবা?"

— "খা জিরিদগীনি হায়। মানা ঐঙোন্দা চিঠি অমখক থারকই। চিঠিদুদগী খঙবনি।"

— "ফরেদা ইবেম্মা! মা ময়ুম পাঞ্জখিবা। ইচাদা অমুক হন্না য়েৎলররোই।"

তোমালনা নুংশিনা চাক চাপ্লসি হায়বদু ইবেমপীশক্না হিক্তোক্লীংদ্রে।

— "ইমা! ঐ চাকসি খরা থোঙলগা পাবুংবু পীজরম্মগে?" মচাগী মতৌদুদা মমাসু মোমোন নোক্লগা "হোয়, হোয় হায়বদুদা ইবেমপীশক ইমুংদা চংলগা ইবেথোইদা ফি হোংদোক্লবা পীরো হায়রুরে।

ইবেথোই উপু হাংদোক্লগা ফি-রোল পীদুনা হোংদোকহল্লে। মখোয় অনীদি হান্নসু থেংনখ্রবনিনা কোইনদ্রে।

ইবেমপীশক মপান থোরক্লগা — "পাবুং! ঐগী ওজা ওইবগী পরিক্ষা অমা য়াওখি হায়বদো অইবা চাংয়েংদি ঙমলে, অদুবু ভাইভা তৌবদা লুপা লাখ অমদি পীনৈ হায়। ঐখোয় দাদা হল্লক্লগা পৈশাদো থিনরগা পীনবা তৌশিরা খল্লি"।

— "এ! ওষ্ঠোক্লা তান চারেদা। ইচাসিদি পীহৌদবা য়াদে। ইপাসু ইপাগী অরৈবা মাল-চাং কায়বা য়াবা কায়রগা পাংগনি। নবুংদো লাক্লবদি মাগী থাগী পৈশা শান্নবগী বেঙ্কতা হেক-হেক লাকপনি। খরদি লৈরমগদ্রা খল্লি। মা থোরক্লগা কুপ্না খন্নসি!"

— "পাবুং অদুদি ঐ চাক থোঙনবা তৌজরগে?" ইবেমপীশক চাখুমদা চাক থোঙবা চঙখ্রে।

— "থোঙভুরো ইচাসিদি!"

অসুম্না চাক-ঈশিং থোঙবা অমুক লোইরগা তোমালবু সেবা নীংথিনা তৌদুনা মখোয়সু য়াওনা পুন্না চামিন্নরে। চৎলমদাইদা তোমালনা ইবেমপীশকপু কৌশিল্লগা ফি অমদা য়োম্লগা পোৎ অমখক পুথোক্তুনা পী। "সে! ইপানা কনা অমত্তা খঙহন্দনা ইচাগীনি খন্দুনা শারগা থম্বনি।"

শাবীত্রিনা খঙহৌদনা য়ুমসিদা লাক্লম্বদুনা ইপাগী আশা পূম্নমক লোইনা কায়রুরবনি। অদুবু ইচানা লাঞ্জদবনিনা য়ুমসিদা ইপা-ইচা অমুক লাক্তুনা উনরে।

ইপা ঙসিদি ইপাগী অশোকপদু ইচানা মোলোম তৈবীদুনা ফরকপগুম তৌরে। ইচাগী শকসি য়ুমসিদা অমুক উবদা ইপা পেল্লে। নংনা য়ুমসিগী মৌ ওইনা লৈহৌরবদি ইপা লুহোংবা নোংঙানবগা শিরবসু য়ারে। অপাম্বা হায়বসি নখোয় নহারোল ইনখৎলকপা কাংবুগীতা নত্তেনে। ঐখোয় মমা-মপা ওইবশিংগীসু চহীগী মতুং ইন্না পামজবা কয়া অমা লৈরিবনি।

ইবেমপীশক তোমালবু মখোঙ শোক্লা খুরুমজে।

"ইচাগী মঙ্গল ওইয়ু" হায়না বর পীবীরে। ইবেমপীশক পীরিবা লিক মরীদু মাগী বেগতা হাপচিঞ্জরে। তপ্না অমুক মপাল থোরক্লুনা

—" ইমা! অমুক চৎলসি" হায়রকই।

— "ইবেম্মা! ইবুং লৈহৌরে। ইপাগী ইবেম্মা! চৎলোকো! ইপা লৈহৌরে।"

"ঔ পাবুং!" হায়রম্লগা শোরোক্তা থোক্লুনা গাড়ী লাকপা ঙাইরগা গাড়ীদা কাখৎখ্রে।

# "তরেৎশুবা"

মতম খরা অৱা মৈশা লাংলুরবা তুংদা তোমালগী ইমুংদা অনৌবা আশা অমা লাকপগুম তৌরে। নোংজু থাদা অতিয়া পুম্বা অমম্বা লৈচিলনা কুপ্পুরবসু খঙহৌদনা অতিয়াগী মাইকৈ অমদগী অমম্বা লৈচিলদু হাইদোকখিদুনা অশংবা অতিয়া উবা হৌরকপা অঙকপদি নত্তে। তোমালগী ইংখোলদা হৌবা উপাল-ৱাপাল, লৈ-শু অনৌবা য়েন্নীং হুল্লক্তুনা নৌনা লৈশাৎ-তম্বা হৌরক্লে। অসিগুম্বা মতমসিদা অহল ওইরবা তোমালগী ৱাখলদসু পুক্নিংদা অনৌবা ময়োন অমা চোংলকপগুম পুক্নিং ইনৌ-নৌথোরকই।

ইবেমপীশক্কা মমাগা মঙলেমজাওখোয়গী য়ুমদা চৎলুবা ঙসি নুমিৎ নিপান্নি শুরে। ইবেমপীশকসু মঙলেমজাও লায়েংবা লোইদুনা অনাবা ফরগা য়ুমদা থোরক্লগনি হায়বগী খৌরাংনা ঙাইজরিবা মতন্নি। মঙলেমজাওগী মখোঙদু ফিভম করিমত্তা শোইদনা থোরক্লবদি নুংঙাইগনিদা হায়না খঞ্জরি।

অসুন্না মচন্না খৌরাংনা ঙাইজরিঙৈদা ধীরেন ময়ুমদা থুংলরে। মবুং থুংলবা উবদা মঙলেমজাওসু খোঙহামপাত্তা থুংলম্লগনি খঞ্জরি। মৈ-নুং পুথোক্তুনা মবুংবু মৈ ওকচৈ। ধীরেন ইরু-মাইথজবা লোইরগা চাক চারিঙৈদা মমাগা ৱারী শানৈ। ইবেমপীশক্কী ওজা ওইবগী থবক্কী অইবা চাংয়েং খনবগী মতাংদা মমানা থবক্তুগী পীজনবা পৈশা লৈগদ্রা হায়না মচানুপাদা হংজে। ধীরেন্না মাগী জিপি ফন্দদগী পুরগা কোন্নবা য়াই হায়না মমাদা ফোংদোকই। ইবেমপীশক্তি মবুংদগী মঙলেমজাওগী মখোঙ লায়েংলুবদুগী মরমদা খঙনীংবনা লাংতক্লবগুম তৌই।

— "দাদা তামো মঙলেমজাওগী খোঙদুবু কমদৌরবগে?"

— "এ! মা হৌজিক য়াম্না ফরে। শাজেল চাং নাইনা তৌরবদি য়াম্না থুনা ফগৎলগনি। থোইনা নুংশা থিনীংঙাই ওইদ্রেদা!"

ইবেমপীশক মবুংগী ৱাহৈদুদা নুংঙাইবা পোকই।

ধীরেন ছুটি খরা শাংনা লৌরুবনা য়াম্না থুনা অমুক চেন্নাইদা চৎলগা থবক জোইন তৌরুদ্রবদি ফররোই হায়বদগী নুমিৎ নীনি খক্তং য়ুমদা লৈরম্লগা মাগী পোসটিং মফমদা অমুক চৎখ্রে।

খোঙহামপাত্তনা মঙলেমজাও থুংলবগা মপা তোমালনা নম্বোলগী শাবীত্রি লুহোংখিবগী পাউদু তম্মী। মঙলেমজাওগী ৱাখলদসু পাউদু হেক তাবগা ইবেমপীশকলোমদা খঙলুম-লুমথখিবগুম তৌই। মাসু য়ুম য়ৌরগা অনাবা ফরক্লগা লুহোংবদু করি করম তৌরগা তোক্লবা থৌরাং তৌশিগে খন্না লাকচবনি। মপানা তম্বদগী মাগী অশাবা ৱাখলদুমদি কোকচবগুম তৌরে।

মপাসু শাবীত্রিগী পাউদু তম্বা হেক লোইবগা ইবেমপীশক্কী নুংঙাইবা পাউদু অমুক ঙাইঙমদনা তম্মী। —"ইবেমপীশক্তো ওজা খনবগী ইন্টর্ভিউ য়াওগনি হায়রি। অইবগী চাংয়েংদি খল্লে, অদুবু লুপা লাখ অমা ফাওবদি পীনৈ, মদু য়াওদ্রবদি খনগদবা মান্দে হায়রম্মী। নংবু নংগী একাউন্টতা পৈশাকা লৈরম খিগদ্রা?"

— "লৈরমগনি বাবা!"

— "ও! ফরেদা। অদুদি পৈশাদু লৌথোক্লগা খরা পীখিসি! ইচাদু মবুকচেল শেংজবনি, লৈতদুনা হৌদোক্লম্বা ওইরমগদবা মাল্লি। ইপানা পাম্বদি শেংনা-শেংনা অরৈ-লৈত ফোংদোরুবদুনি। নং খঙলেদনা! শাবীত্রিখোয়গী ইমুংগী পুকচেলদো? ইনাক খুল্লি হায়দুনা কৈদৌনি, মীগী অৱাবদা য়াওরোই, নুংঙাইবদা য়াওগে, থুনা অতোপ্পা নুপা অমদা লুহোংখিবদো ঐখোয়গীদমক লাইনা ফনবা শীল্লকপনি খল্লু! মখোয়না ঙল্লিববু নোংমতং কমদৌরি হায়না হংলফম থোক্তবরা? মচানুপী চেল্লক্কুনা লৈরল্লিবা ইমুংসিদা পাউ হাইফেত্তংসু খঙহল্লমদনা অতোপ্পা নুপা অমদা থুনা মীনা শোমদা লায়েংবগী শিবা-চংবা খঙদনা লৈরিঙৌদা কল্লক-পেম্নবগী মতাগুম হেক তৌবা ঙল্লিবা। মদুদা নুপীদুবু হান্নগী চেল্লুবগী পাউ শুকখঙ-খঙদনা লৌগে চোংথোরক্লিবা নুপাদুসু ফনবু হৈনা থিরুরি! অসিগুম্বা মশীংনা য়াম্লক্লবা সমাজসিগী তুংগী মীরোলদি ৱাহৌরগনি। মচানা মপা হাৎপা, মপানা মচা হাৎপা কয়া মথোং খঙদনা থোরক্লিবা কয়াসে মুন্না থিজিনবা ৱাৎপদগী থোক্লিবা ঙাক্তনি। হৌজিক কানসিদি মুন্না খল্লু, কুপ্না থিজিনবা, মখোঙ শেংবা য়াম্না মথৌ তারবনিকো!"

অদুবু ইচা ইবেমপীশক্না বদনাম চারুরবা, শিবা চংবা মফম খণ্ডদনা লৈরুরবা নং-ঐগীদমক খন্দুনা মাত নত্তনা মবুং ফাওবনা নংগী ননাক্তা লৈমিন্নদুনা সেবা তৌবীখিবা কয়াদো কযাদা চমজক্লবা, বাংখ্রবা মখোযগী থম্মোইনো ? কৎথোকপগী, অবাবা তারবা মীগী মতেং পাংনীংবগী ঈচেল অমা ইমুংদুগী মীপুম খুদিংদা চেনবগুম তৌই। মসি অতাংবনি। পাক-হেক থিবদা ফংলোইদবনিকো"!

ইপা-ইচাগীদি মখোয়বু থেংনরুবসি য়াম্না লাইবক-ফরিবনি। ইবেমপীশক্কী পুকচেল, মাগী বাখল, মাগী ফিরেপ ইপা মুন্না খঙলে। হয়েং ইপানা থুপখ্রবসু নংগা-মাগা য়ুম-পানমিন্নদুনা লৈমিন্নবা মতমদা নং নোংমতা মাগী মশাদা খুবাক্না খুৎনম্না শেৎ লাউনা থারক্কনুকো! ইপানা মদুমদি নংঙোন্দা ঙসি হায়রম্লিবসিনি। নং মদু খঙনা চৎলকউকো! মানা হয়েং পোক্লক্কদবা মচাশিংদো শোয়বা হৌনদে। হৌজিক্তগী লৈশারিঙেদগী মমা ওইবী অমগী অইংবা থম্মোই চেল্লি ইচাদো!"

মপাগী ফজবা পাউতাকশিংদু তারবা তুংদা "বাবা নচা বাবানা হায়বা খুদিংমক ইঞ্জগনি!" হায়না মপাগী মফমদা খুমজৈ। মঙলেমজাও মাগী বেঙ্ক পাশ বুক্তা পৈশা কয়া য়াম্না লৈবগে য়েংলুবদা মপানা হায়বা শেনফমদু লেন্না-পানা কোনরম্বদুদা চেক মনা অমদা লুপা লাখ অমা ইরগা মানা থাজজবা মরুপ বীমোলদা শিন্নরগা কায়থোকহল্লুরে। পৈশাদু পুরগা বীমোলগী ভান্দা বীমোলগা লোইননা ইবেমপীশকখোয়গীদা লাকই।

বীমোলগা লোয়ননা মঙলেমজাও চৈঙাক অনীদু পায়দুনা চংলকপদু উবদা ইবেমপীশক মঙ্গোলদগী চেঙ্খোরকই। মিৎলু অনীদা পিরাং শিঙ্গুরকই। মাগী অশাওবা শকফম অমদগী অসি য়ৌনা শোকহনখিবনি খল্লুবদা ওইরমাল্লে। বীমোলবু তামো হায়না কৌরগা উদবা কুইরে নুংঙাইবীরিবরা হংজৈ। মঙলেমজাওগী তুংদা তপ্না-তপ্না শুমাং য়ৌনা চংমিন্নরকই। মাঙ্গোল কাবা বারগনি হায়দুনা ইবেমপীশক্না শুমাংদা চৌক্রি অনী থারগা ফমহল্লি। থাবা ইমুংদগী থোরক্লগা

— "ইচাশিং কোইরক্লিব্রা? ইবুংঙোগী হকচাংদি করিসু থোইদোকপা তৌদ্রেদনা? ইমাখোয়দি মীনা তম্বা তাবদদি, য়াম্না লুরে হায়বদুদা নচন নুপীনা মদুগী বাদুদা ঙাংদুনা লৈজরিবনি। তু, য়েংউ! মশকসে কুচুগা লোইনা মাংলবনি, চাদবগা করিগা ময়াংসু কংবনা লোইরুরবনি। নোংমা ইবুংঙোগী চিঠি অমা ফংই হায়দুনা ইচাগী অনাবা ফরে, থোরক্লগনি তাবদগী চাক মবুক থন্না চাবা হৌখিবনি।"

মণ্ডলেমজাও ইবেমপীশক্কী মমাদা ইমা হায়না চৌক্রিদগী নোম্থদুনা খুরম্মী। মমানা য়ারে, ইচাসিদি হায়না খুরুম্বদু ওকই।

— "ইমা ঐখোয়গী মরুপ ধীরেন্দি উদেনা?"

— "ঐখোয় দাদাদি ঙরাং অমুক চংখ্রে।"

— "মরুপ্তো য়াম্না ঝারম্লগনি। মরুপ্না হন্দক পাংবীরিবা মতেংসে ইমা ঐ পুন্সিসিগী কাউজরোই। মসি মী অমনা হেক্তা তৌবীগদবা নত্তে। ঐখোয় বাবানসু মরুপ্প্পু য়াম্না থাগৎলকই।"

ইবেমপীশক চা লোনবা ঙাইহাক চংলুরগা চা পুদুনা অমুক থোরক্লে। চাদু ময়ামদা য়েল্লি। চা থক্লা থক্লা মণ্ডলেমজাও মানা লৈরকপা ইবেমপীশক্কী ঘড়ীদু পুথোরকই। ইবেমপীশক্তা ওনশিল্লগা

— "সে! লৌশিল্লু!"

ইবেমপীশক ঘড়ীদু লৌই।

— "ইমাগী শ্বাল অমা লৈজরকই।" বেগতগী শ্বালদু লৌথোক্লগা ইবেমপীশক্তা পীরগা ইমাগী ওইনবা থমজিল্লু হায়।

— "করিগীনো ইচানা অনাবা য়েংবা চৎলুরগা অরেম্বদা পৈশা তিংনবা।"

মণ্ডলেমজাও বেক্তগী লুপা লাখ অমগী মপুলদু লৌথোক্লগা ইবেমপীশক্তা অমুক পীরে।

— "শিবু করিগীনো তামো?"

— "নংগী থবক্কী ঝানোমশেন্নী। বাবানা কন্না হায়বদগী মদু থিনবা লাক্লিবনি। ইন্টর্ভিউবু কৈদৌঙেনো?"

— "নভেম্বর তাং তরাদনি"। বীমোলগী মমাংদা ইকাইজদুনা ইবেমপীশক "তামো ঐখোয় দাদানা মাগী জি পি ফন্দদগী পুরগা শীজিন্নসি হায়রম্মী।"

— "নখোয় দাদানা থারকপদুসু অদুম থমজিল্লু। ঐখোয় অমুক চৎনবা তৌরগে?"

মঙলেমজাও চৈঙাক অনীদু পায়রগা হৌগৎলকই। ইবেমপীশক মঙলেমজাওগী মনাক্তা নক্না ইন্নদুনা গাড়ীদা কাখৎপদু মখুৎ পায়দুনা শৌগৎচৈ। অসুম্না মঙলেমজাও মরুপ বীমোলগা অমুক হনখ্রে।

নুমিদাংৱাইদু ইবেমপীশক্কী মমা থাবা ইবেমপীশক্কা লোইননা মঙলেমজাওনা পীরম্বা লুপা লাখ অমদু পুরগা জেৎ ই ও ওইবা মখোয়গী লৈকায়গী ৱাইখোম লালাগী যুমদা লাকই। তপ্না-ইংনা ঙাংনদুনা শোয়দনবা খরা হোৎনবীদবা য়াদে, লৈকায়সু ওইবনিনা ইবুংঙোনা অঙম্বা হায়বদু কৌই, নচানুপীনি খন্দুনা খরা য়ানবা তৌবীরো হায়দুনা পৈশাদো পীরম্লে।

নভেম্বরগী তাং তরানি। ইবেমপীশক মমান্নবী তোম্বীনৌগা পুন্না চৎমিন্নদুনা ভাইভা য়াওখ্রে। ইবেমপীশক ইন্টর্ভিউ হল্লকপদা "করিগুম্বা ঐনা ওজাগী থবকসিদং ফংলগদি তলব খরদি চারগনি। অদু ওইরবদি ইমুং মচা অমা পুবদি ঙম্লগদ্রা" খঞ্জে। লুহোংলবা তুংদা মবুংনা য়ারগদি তোম্বীনৌসু থবক ফংলগদি মবুংগীদমক তোম্বীনৌবু হায়নগে খন্দুনা মমাদা ৱাদু হৌদোকচৈ। মমানসু মচানা শীল্লিবা থৌরাংদু য়ানীংবা পোকপগুম তৌরে। নোংমসু মতাং চারিঙৈদা ইবেমপীশক্না তোম্বীনৌদা ফাগী ওইনা ঐ নংঙোন্দা ইনম্মা কৌরদোইনিকো হায়রুবদা তোম্বীনৌসু মবুং ধীরেনগী মরমদা ৱাখল খরমখৈদি খনবা হৌখ্রবনি। ইন্টর্ভিউ লোইখ্রবা মতুং নুমিৎ মঙানি লৈরগা ইবেমপীশক্কী ওজা ওইবগী থবক্কী ফল হায়দোক্লে। অন্দরগ্রেজুএটকী ওজা ১৫০ খনবদা সেরিএল নম্বর কুন্নিপালশুবদা ইবেমপীশক য়াওরে। ইডুগেসন দিপার্টমেন্টতা চত্তুনা ওফর ফোর্ম মশানা লৌরুরে। শোই-শাং খোম্বা লোইদুনা ওফর ফোর্ম সবমিৎ তৌখ্রে। পোস্টিং পীবদা নম্বোলদা পীরক্লে। তোম্বীনৌগীদি ককচিংদা তারে। পামদে হায়রুবসু য়াদ্রি, অহানবা থোকপনিনা। মীদি অরাপ্পা চীংদা থাবসু য়াওরিবনি।

ইবেমপীশক নম্বোল জুনিয়ার হায়স্কুলদা চত্তুনা জোইন তৌরুরে। জোইন তৌরুরগা হল্লকপগী লম্বীদা কৈশামপাৎতা লৈবা পি সি ওদা চংদুনা মঙলেমজাও খোয়গী ইমুংদা পাউ অমত্তংদি পীগে খন্দুনা টেলিফোন তৌই। তোমালনা টেলিফোন্দু পায়রকই।

হল্লো, হল্লো! পাবুং! ঐ ইবেমপীশক্লে। পাবুং ঐগী ওজাগী থবক্তো ওর্দর থোক্তুনা খনবদগী ঙসি জোইন তৌজরুরে।

— "নম্বোলদা তারে পাবুং।" তামোবু লৈতব্রা? "তামোবু চৎপা-খোৎপদা চৈ থাদোকপা ঙম্লব্রা পাবুং?"

— ঐদি স্কুলদগী কুম্লকপদা লম্বীদগী পাউসি পাবুংদা পীনীংমন্দুনা তৌজবনি।

— ... স্কুলবুরা পাবুং? "নম্বোল জুনিয়ার হায়স্কুলদা। অদু পাবুং অমুক থমজরগে?"

টেলিফোন তৌবা লোইরগা ময়ুমতানা থৌবাল গাড়ীদা তোংলগা লাক্তুনা হাওখা মপাদা কুমহৌরে। য়ৌরকপগা মবুংদা চিঠি অমা ইদুনা থবক্কী পৈশা খোঙহামপাৎকী মঙলেমজাওনা পুথোকপীবা, নম্বোলদা পোস্টিং তাবা, মমান্নবী তোম্বীনৌসু ওজা খন্দুনা ককচিংদা তাবা পুন্নমক ময়েক শেংনা ইদুনা মবুংগী মফমদা খঙহনখ্রে।

মঙলেমজাও কাফে-কাফে থোঙ্গালদা থোক্লুবনি, অমুক চংলকপা উবদা তোমালনা, "ইবুংঙো মঙলেম! ইবেমপীশক্তো ওজা খল্লে হায়দুনা টেলিফোন তৌবক্লম্মী। মাগী থবক মফমদো নম্বোলদা তারে হায়না তমই। ঙসি থবক্তু জোইন তৌরুবনি হায়। স্কুল কুম্লকপগী লম্বীদা ঐখোয়গীদা পাউ পীনীংমন্দুনা টেলিফোন তৌরকপনি হায়রকই। ইপা মরুপ গন্ধার হৌরগা হয়েংমক মৌ হায়বা চৎলুরগেকো! নং ব্রা অমত্তা ঙাংলক্কনু।"

মঙলেমজাও হোয়সু হায়দে, মাইসু হায়দে মপানা হাযরিবদু য়ানীংলমাল্লে। লৈশাবী মশক-মতৌসু থোইনা ব্রাত্তবী, চুং-ফিরাল চাবী অমনা হৌজিক্কী মতমদা ওজা ওইদুনা থবক অমসু তৌরবা, করম্বা নুপা নহানা পাল্লোইদগে? অদুগী মথক্তা কেনা ফনেক মপাল নাইবা, মদুগী মথক্তা সারি তংখায়, ফুরিৎ-ফিরোল, বেগ ফজবা, মায়দা বিন্দি অমদি চন্দোল, চিম্বালগী লিপসতিক, অমুবা পীশুম লোইনমক মতম চংনা কেজরিবনি।

মদু মশুং মমান্নবা নুপা ওইবা কনানা উরগা ফজৈদা, কনাগী মচানো হংননবনি। ইবেমপীশকসু সমাজসিদা হিংলিবনি, ইনখৎলকপী লৈশাবী অমনি। মীনা শেৎন-ইন্নরিবদু মাগীসু শেৎলি, ইল্লি, ফজনবা হোৎনরি। মানা ফজনবা কেজরিবা ময়ামদুদি মাগী ওইবা পুক্লিংনা খোয়দাজবা অমা লৈজরবনিনা মানা য়েংহনজনীংলিবদি মঙলেমজাওবুনি। অদুবু মঙলেমজাওগী মীৎমাংদা উৎচবদি ফংদ্রেদো।

ইবেমপীশক্না য়াম্না কেনা থৌবাল হাওখাদগী থোরক্লগা ইম্ফাল অমুক য়ৌরগা ইম্ফালদগী নম্বোল তানা অমুক চৎপদা শাংলবা লম্বী অনীগী পাখঙ কয়া-কয়ানি থেংনরিবা। লম্বীদা থেংনবদি অদুম ৱাহং খরা হংলগা খরা লক্লরম্লগা লৈহৌই। অততাই ওইনা ইন্নরকপা, তান্নরকপা য়াওদে, মানগা ইখুম-খুমদবদুদা। অদুবু মানা ওজা ওইরুরিবা স্কুলদুদা পাখঙ শারি ইকাইবা কয়া খঙদবা ঘড়ীদগী অমা য়াওরি। নুংতিগী ইবেমপীশক্না তোংলক্কদবা গাড়ী, মানা তোয়না তোংগনবা গাড়ীদু ঙাইরগা শোরোক্তা লেপ্তুনা হেক্তা লৈরমগনি। গাড়ী মনুংদগী হৌনা ৱারী শাবা হৌরক্কনি। ৱারীসু ইবেমপীশক্না তানীংদবা রাষি য়াওদবা ঙাক্তা। মানা খ্বাইদগী পামজবদি ইবেমপীশক্না সিৎ থংননা ফম্বনি। মাগী মমায় কনবা মতৌদুদা ইবেমপীশক নোংমদি খঙহল্লগে মতাগুম হায়রকই,

— "ওজা! ৱারৌবীগনু ঐগী অহল-লমনশিংনা হায়ন-শীংনবা অমা লৈজরে।"

— "এ! করি লৈকায়দগীনো, ইম্ফালদগীরা? মশক খঙজবা য়ারোইদ্রা?"

— "ফনি ওজা! ঐ হয়েং মাগা লাকমিন্নরগা শক তাকচগে।"

স্কুলদগী হল্লকপগী লম্বীদা ইবেমপীশক খরা শাওরপ্লা মঙলেমজাওখোয়গীদা টেলিফোন তৌরকই। তান চারুদুনা ঙসিদি মঙলেমজাওনা পায়রকই।

— "হল্লো! তামো ওইবীরব্রা? ঐ ইবেমপীশক্লে। তামো! নুপা অমনা নুংতিগী ঐবু কোইতান-তান্নরে, তামোদি নোংমতসু ঐখোয়গী স্কুলদা লাকপীদে, মানা তকশিল্লকপদা ঐ খুমফম খঙদ্রে। ঐগী অহল-লমন্না হায়ন-শীংনবা অমা লৈজরে হায়রুবদা, থাজদে মশক তাকউ হায়রে। ঐনা ঐ হয়েং শোয়দনা শক তাকচগে হায়রুরে। হয়েং পুং মাপলদা তামো বীমোলগা থৌবাল পার্কিংদা খরা ঙাইবীরম্মু! থমজরগে?" হায়রগা ইবেমপীশক হিক্লা-হিক্লা কপ্লগা টেলিফোন্দু থমখ্রে। মঙলেমজাও ইবেমপীশক্না টেলিফোন্দা হিক্লা-হিক্লা কপখিবদু তাহৌরে। মা তশেংনা লাল্লব্রা হায়না খল্লকই। মাগী পুক্লিংদা ইবেমপীশকপু মতম শাংনা অসুন্না মতোমতা অরাপ্পা মফমদা চৎহনবসি চুমদ্রব্রা হায়না খল্লে।

মথংগী নুমিত্তা বীমোলগা লোইননা বীমোলগী ভান্দা মখোয় অনী তোংলগা থৌবাল পার্কিং য়ৌরক্লুনা ইবেমপীশক ঙাইদুনা লৈ।

ইবেমপীশক বস অমদগী কুমথরকই। হেক কুমথরকপগা নুপা অনীখক চংশিল্লগা করি-করিনো বাহে খরা ইবেমপীশক্তা হংখিবগুম লাপ্না উই। নুপা অনীদু ইবেমপীশক্কী মতুং ইন্নদুনা চৎলি। বীমোল ভান্দু ইবেমপীশক্কী মনাক নক্লা থৌজিল্লগা হোর্ন খোঙই। ইবেমপীশক হোর্ন মখোলদুদা খংবগুম তৌদুনা মমায় ফৎ লৈরগা য়েংলকপদা বীমোলগা মঙলেমজাওগা ওইরম্বদুদা হরাউনা নোকচৈ। মঙলেমজাওনা ভানগী থোংদু হাংদোরকই। ইবেমপীশক ভান্দুদা কাখৎলগা ফম্মী। ভান্দু বীমোলনা থৌরগা নম্বোল লাইন্দা লাকই।

— "নংনা ঙরাং হায়বা নুপাদু হৌজিক্কীদুরা?"

— "নত্তে।"

— "হৌজিক্কীদুনা কনা কনানো?"

— "হৌজিক্কীদুনা থৌবাল পার্কিংগীনি। হৌজিক্কানগী মথৌ লৈতবা মণিপুরগী পাখঙ মখৈদি লম্বী শোরোক্তা লোইনা চাদুনা অচাবা লৈশাবী ফাগদবগী ঙাইরিবনি। ঐসু অচাবী লৈশাবী ওইরম্লবদি নহান্না ফাগ্রগদবনি।" ইবেমপীশক্কী ৱাঙাং তারুরগা মঙলেমজাওনা খল্লি " ঐ থুনমক লুহোংদবা য়ারোইদৌরি।

অসুম থৌরকপনা ঘড়ী মপা য়ৌবদা ঙরাংগী নুপাদু ইবেমপীশক ঙাইদুনা লৈরম্লে। ইবেমপীশক্না

—"তামো গাড়ী অমুক্তা খাম্বীয়ু!"

বীমোল ব্রেক খংফা ফায়, গাড়ী লেপ্পী। ইবেমপীশক্না ভানগী থোংনাওদগী নুপাদুদা

— "ওজা! স্কুল চৎপীগদবা নৎত্রা?"

— "হোয় চৎচগনি।"

— "অদুদি লেংঙসি, গাড়ীদা কাখৎপীরকও!"

ওজাদু নহান মখৈগা মান্নদনা মমায়দু ঙাংলপ তৌনা ভান্দুদা কাখৎলকই।

— "ওজা! তামো মঙলেমজাওগা শক খঙনবীয়ু! তামোগী মিং অমনা কেনেদি কৌই। মোহোন বগান ক্লবকী এক্স ফুটবোল প্লেয়ার, মিংদি হান্না তাবীরম্বা য়ারে। শান্নবা পাম্বীবা ওইরগবুদি টি ভি দা উবীরম্বসু য়ারে। ঙরাং ঐনা ওজাদা হায়জবদু!"

ওজাদু মঙলেমজাওগা খুৎ শোক্লে। মা ইকাইবনসু মমায়দু হুমাংনা চোৎপগুম তৌরে। রুমালনা ঙাইহাক লৈতনা হুমাং তৈথোকই। খরা চৎলগা স্কুল মপা য়ৌদুনা ইবেমপীশক্কা ওজাদুগা কুমথবে। মখোয় অনীনা স্কুলগী কাদা চংখিবা ফাওবা গাড়ী খামদুনা য়েংলম্লগা মঙলেমজাওগা বীমোলগা অমুক হল্লকখি।

বীমোলনা লম্বীদা লাকমিন্নবা মতমদা হাযরকই।

— "ভায়! ঐদি নহানমখে খঙদে, ইবেমপীশকসি হাইফেৎ শিংবা নুপীনিকো! মীবু শাওহন্দবীদা য়াম্না লাযনা ভাব তাহনবা ঙম্বী নুপীনি। নুপা অমদো ঙসিদি তকশি শোল্লম্লগনি। ভায নং নবাইবক য়াম্না ফৈকো!"

বীমোলনা য়ুম য়ৌবগা ৱাবীশিংদু মঙলেমজাওবু পোকপা তোমালদা অমুক মরিক চুন্না তম্লুরে। ৱারী তৌরুবদগী নোংঙানবগা ফুক হৌগত্তুনা মঙলেজাওবু পোকপা তোমাল মাগী মরুপ গন্ধার হৌরগা থৌবাল হাওখা তানা ইবেমপীশকপু মৌ হায়বা লাকই। খাউ অমদা ইবেমপীশক্লা চাজনবা করিনো খরসু লৈরগা পুরকই। গাড়ীনদি লেপ্তুনা থৌবনিনা ইম্ফাল য়ৌরে। থৌবাল পার্কিং তানা অমুক রিক্সো তোংলগা লাকই। থৌবাল য়ৌনা চৎকদবা গাডী অমদা কাখত্তুনা ফল্লে। ঙাইহাক লৈরগা গাড়ীদু থারে। অসুম থৌরকপনা গাড়ীদু থৌবাল হাওখা য়ৌবদা হাওখাগী মী য়াওরি হায়বদুদা ঙাইহাক্তং খাম্মী। অহল অনীদু গাড়ীদগী কুমথরগা ইবেমপীশকখোয়গী য়ুম হংলগা লাকই। থোঙ্গাল য়ৌদুনা চুল্লে খঙলবা কান্দা তোমালনা মাং থারগা মরুপ গন্ধারনা তুং থংলগা চংলকই।

অহল অনীখক ফিজেৎ নান্না ফৈজোম পুময়াৎ, মঙক্তা ফি অমমম য়াল্লগা চংলকইবদু মাগী পাবুং তোমালনি হায়বা খঙদুনা ইবেমপীশক অহন্দুনা শুমাং য়ৌরকপগা পাবুং হায়রগা নোম্থরগা খুরুম্মী। লাকমিন্নরিবা গন্ধারবুসু খুরুম্মী। মাদি মাবু য়ুমগী মৌ ওইনবা হায়জবা লাক্লিবনি হায়বদি খঙজদবনা অহন্দুদা নহান মানা থবক ফংবগী পাউ পীখিবদুদা চুন্না কোইরক্লিবোই নীংজরুই। তোমাল ইবেমপীশক্লা মাবু খুরুম্বদুদা — "ইচাগী মঙ্গল, ইচাগী মঙ্গল" হায়না নুংশিনা মকোক্তা নানবী।

— "পাবুং মাঙ্গোলদা লেংখৎপীয়ু! করিনো ময়াম অমা পুবীরক্লিবসিবো?

— "ইচা চাহন্নীংদুনা ইপানা লৈরকপনি, ইমুংদা পুশিল্লু!"

ইবেমপীশক খাউদু পায়রগা ইমুংদা পুশিনখি।

তোমালগী মরুপ গন্ধারনা "ইতাও! ঐখোয়না হায়বা লাক্লিবা মৌ ওইগদৌরিবী লৈশাবীদুবু?" (লোন্না নাকোং নক্লা)

— "হৌজিক্কী নুপীমচাদুনি।"

গন্ধারনা খল্লি "ও! মসিগী চৎনবীসিমদি অনৌবনিদা! মসিবু থৌবালদা অসুন্না চৎনবজাৎলা?" লম লমগী চৎনবী খরা-খরা খেন্নবা লৈবদুদা খঞ্জরুবা জাৎনি। চৎনবীমক্তি নত্তে। ইবেমপীশক ইমুংদগী থোরক্লগা

— "পাবুং! ইমাবু ঙা লৈহল্লুগে, চাক চারগা হনবীরো?"

— "য়াদে, ইবেম্মা! ইপা কোন্না চাম্মরক লৈরি। ঙসিদি ইপা চাররোই।"

— "অদুদি ঐ চা লোঞ্জরুগে ইমাগা ৱারী শাবীয়ু!" হায়রম্লগা ইবেমপীশক ইমুংদা অমুক চংখ্রে। মমা থাবাগা অহল অনীগা ৱারী শানরি।

— "ইচল ইবেম্মা! ইবুংনা লাক্লিবসে ঙসিসি নুমিৎ-থবান ফৈ হায়নবদুদা মাঙ্গোল কাবা হায়নবদুগী লাকপনি। ইচন্না নবুংবু হান্না পাউ খঙহল্লক্তে হায়দুনা ৱারৌগনুকো! ঐনা নখোয়বু উশিত্তবগী ৱাসু নত্তে। ইচানুপানা নুপী অমা চেল্লুবদুসু নুপী ময়ুমনা ফাবীবনি, মানা নুপীদুবু চেল্লুবা নত্তে। ইবেম্মনসু হেন্না খঙবীরবনি, পুন্সিসিদা ঐগী ইমৌ ওইগদবী নুপীদি ইচা ইবেমপীশক্তনি, মা নত্তবা নুপী অমা ইমৌ ওইরোই খনবদগী মাবু নুংশিবা অমদি পামজবনা মাং থারগা ইবুং হেক্তো লাকপনি। ঐনা হান্না অসুন্না মৌ হায়বা লাক্কনি হায়রগদি ইচা নুপীসে ইকাইজদুনা লোৎখ্রবদি ইচাগী মশক উদনা ইচাগা ৱারী শানদনা হল্লগদ্রা খল্লুবদগী ইবুংনা খঙহল্লক্তবনি। ইচানা ঐবু উরগা হরাউ-হরাউ চেম্থোরক্তুনা মপাদা-মপাগুম তৌজবদো ইবুংনা য়েংনীংদুনা নখোয়দা হান্না তাক্লক্তবনি। হোরেন ঐখোয়না হনখ্রগা কোন্না তপ্না-ইংনা ইচাদা খঙহনবীয়ু। অদুবু ইবুংনা হায়বসিদা ইচন্না য়ানীংদবা লৈরবসু হায়য়ু তানশি। ইচনগী মোৎ অমত্তংদি তানীংই।"

— "তাদা! তাদখোয়না শীনবা খুদিংমক্তা নচন করিসু অয়েৎপা লৈজদে, অদুবু ইবুংঙো মঙলেমজাওগী মখোঙদুবু কমদৌরবগে?"

— "এ! মা য়ান্না কন্না শাজেল তৌরি। মাগী মখোঙদা য়েৎলম্বা প্লাস্টর লোইনা লৌথোক্লে। চৎপদা মখোঙ খরা শেক্লিবদু মঙাইরে। অদু ইবেম্মা! ইবুংদি

নুপীশু য়াওদবনিনা নুপা-নুপী-ইবুংনা লোইনা শাবা তাবনি। ইচনবু করি খল্লিবগে? ইবুং অশেংবদুমদি তানীংই।"

— "খঙদে, মবুংদুমসু চৎখিবতা ঙাইরি। তাদা, ঐদি লুখ্রা ওইরেদো, ঐগী ইবুং অমসু লৈরি, মখুরা অমসু অথোকপমদা নুপী মপামদা য়াওং ইন্দুনা লৈ। মাগসু অমুক্তং মুন্না তান্নজরগা ইচানবু য়ারবদি মাগী মনীং থুংবদুনা পুন্নমক্কী অপাম্বনি।" তাঞ্জা চানা বালা মপামদা লাকই। মমাগী মনাক্তা চংশিল্লগা ফমই।

তোমাল হাইফেৎ ইকাইবগুম তৌই। "করিনো মাগী মরী-মতাসি খরা য়ামথোরকপাম তৌইদা। নৎত্রগা ঐগী ইচাসি শিদ্রা লৈরে খল্লবজাৎলা?" মখাতানা

— "চুম্মী, চুম্মী, ইচলগী ৱাখলদুসু মরী-মতা, মখুরা-মতোন লোইনা তান্নগদবনি।"

ইবেমপীশক চাগা চান্নবা বীসকুট খরগা প্লেট অমদা হাপ্লগা পুথোরক্লুনা টেবল মচাদুদা থম্মী। অহল অনীদুদা চা কপ অমমম লাল্লগা

— "পাবুং! চা থকশি!"

মমাগা, মচে বালাগা পুন্না ফমলিবদুদসু চাদু কপ অমমম পীরে। ইবেমপীশক্না ইমুংদা লৈরিঙৈদা মপালদা অহলশিংনা শানখিবা ৱারীদু মাসু থোঙ মরুমদা লোন্না লুন্নগা তাখ্রে। অদুবু তাদবা শানা

— "পাবুং ঐগী থবক ফংবগী চাক চারগা চৎত্রবদি নুংঙাইগদবনি।"

— "ইপাগী ইবেম্মা! ইপা কোন্না চারগে, ইপানা লাক্লিবসে ইচানা থোঙবা চাক নুংতিগী চাগে হায়গে লাক্লিবনি।"

অদু হায়রুবদগী ইকাইরমাপ্লে, ৱা ঙাংলমদনা ইমুংদা চংখ্রে। মবুক মনুংদদি নোকচবগুম তৌই। চা থকপা লোইদুনা তোমালনা

— "অদুদি ইবেম্মা! ইবুংখোয় অমুক হন্নবা তৌরগে?"

— "ফনি তাদা!"

ইবেমপীশক ঙসাই পুরকপা খাউদুদা পোৎ খরা হাপ্লগা পুথোরক্লুনা অহন্দুগী মখুৎতা পীরে।

— "পাবুং নচা লৈজহৌরগে" অসি হায়রগা অহনশিংদুবু অমুক খুরুম্মী।

অহল অনী চৎখ্রবা তুংদা ইবেমপীশক্কী পুক্লিং ইরাং-লাংই। ইমুংদা চংলগা নহান মণ্ডলেমজাওগী বাবা তোমালনা পীরকপা লিক মরীদু ঙসিদি মচে অমদি মমাগী মফমদা পুথোক্লগা য়েংহল্লগে খল্লকই।

— "ইমা! সি য়েংউনে? ফজব্রা?" বালানা

— " হৈমা! কদাইদগীনো সিদে য়াম ফজৈনা?"

— "নহান ইমাগা ঐগা খোঙহামপাত্তা চৎলুবা নুমিত্তুদা পাবুংনা ঐবু মাগী কাদা কৌশিল্লগা ঐগীদমক শীংলগা শাবীবনি হায়দুনা পীরকপনি। মমা থাবাদু ব্রা ঙাংদনা তুমিন লৈখ্রে। ইবেমপীশক অমুকসু খুদোপ্তু উৎলগা

— "খুদোপসিনা নহান ইমা নাবগী হোসপিটালদা তামো মণ্ডলেমজাওনা চৎলমদাইদা পীরম্বনি।" মমানা ব্রা ঙাংদনা তুমিন লৈখিবদুদা ইবেমপীশক করিনো ঐখোয় ইমাসিবো খল্লি।

— "ইমা! নংনা পাবুংদা করি করি হায়খিবগে?"

থাবা মচানুপীনা মণ্ডলেমজাওবু পাম্বা খরা হেঞ্জিনবগুম তৌবদুদা মচাগী মতৌ য়েংনীংদুনা মণ্ডলেমজাওবু পামদবা শাবা শকফম অমা মচাদা উৎলকই।

— "ইবেম্মা! তাদবা য়ারোই, খণ্ডদবা য়ারোই লোইনা তানরক্কনি, খণ্ডনরক্কনি। নুপাদো নুপী অমা হান্না চেল্লুরবনি, মখোঙসু এক্সিদেন্ট থোক্তুনা তেক্লুরবনি। মাদি শান্নবসু অমুক য়াররোই। থবক শুবসু মখোঙ তেক্লুরবনিনা ঙমগদবা মান্দ্রে। নংনা পৈশা তাল্লগা ইমুংদু থাক্লুবা তাবনি। শাবীত্রিখোয়গী ইমুংনা মাবু পাল্লক্ত্রিবদুসু মরমদু মুন্না খল্লুবদগীনি।

— " অদুবু কৈদৌএগে? ইমানা অদুক লুনা খল্লুরিদুবো?"

— "খন্দবা য়াদেনে ইবেম্মা! লম্নগা লাপ্নরে, মপাদুদি খরা লৈরগা শিখ্রগনি, মানা মবুক চুল্লমদদুনা নংবু ইষ্টোরকপা তারবদি?"

— "কৈদৌবগী ইষ্টোরকতোইবা?"

— "খণ্ডদে ইবেম্মা! নংনা পাম্বা হেঞ্জিনমনবসিদা ইমাদি হায়ফম খণ্ডদ্রে।" অসি হায়রগা মমাদু ফুক হৌগৎলগা ইমুংদা চংখ্রে।

ইবেমপীশক চাননা কপথোরক্রে। মণ্ডলেমজাওনা পীরকখিবা চিঠিদুগা, শাবীত্রিনা মাগী লুহোংলমদাইদা পীরকখিবা চিঠিদুগা অনীমক পুথোরক্লুনা মচে বালাদা সি পাউ, সি য়েংউ মরোলশিংদু!"

মচে বালানা চিঠিশিংদু অমমমত ওইনা পাবা লোইরগা

— "ইমা ইনাওগী চিঠিশিংসিগী ৰারোলদা য়াওরিবসে মসিদনি মানা য়াম্না ঙাওজরিবা! মণ্ডলেমজাওগী মরাল করিসু লৈরমদ্রে।

— "হো ফরে! নচিন-ননাও নখোয় মখৈ য়ানজরবদি, নখোয়গী তুংদা শোয়রক্কদ্রা, অফবা ঙাক্তা খল্লগা থবক তৌবসে তুংদা হয়েং অশোয়বা য়াওরক্লগা চোপ্পা, ইকায়বা নংবা য়াওরক্লবদি নমাদি লুখ্রাবীনিনা পংকিদা কিজৈয়ে!"

মরকসিদা নোংমা ইবেমপীশক্কা শাবীত্রিগা নম্বোল বজারদা থেংনরে। শাবীত্রি মপামদা লাকপনি, দুকান্দগী চান-থরুবা বীসকুটনচিংবা খরা লৈগে খন্দুনা শোরোক লাম্থোরকপদা ইবেমপীশক্লা বসতগী কুমথরকপগা মপা চানরুদুনা উন্নবনি। শাবীত্রিনা

— "ইবেমপীশক! কদোমদগীনো য়াম্না থাজদনা?"

— "হাইমা! শাবীত্রি! নংদি কমদৌরি, নুংঙাইরিব্রা? নংবু কদাইদা চৎলুবনো?"

— "ঐ য়ুমদা লাকপনে।"

— "হাইমা নংবু লুহোংলব্রা? পাউকা অমত্তা তাক্লক্তবা?" ইবেমপীশক খঙশিন্নদনা খুমই।

— "নং পাউ তাদ্রো?"

— "তাদে।"

— "ও! ঐনা নংঙোন্দা থাখিবা চিঠিদু নং ফংদব্রা?"

— "করম্বা চিঠি? ফংদেনা!"

— "চুম্মী! নংনা চিঠিদু ফংদ্রবদি খঙলম্লরোই। ঐ লুহোংলে।"

— "কনাদা, করম্বকান্দা?"

— "নবকিশ্বর কৌই, খা জিরিদা লৈবনি। ঐ ঙসিসি ইমানা চাক পীজগে লাকউ হায়বদুদা লাকপনি। অদু নংবু কমদৌরিবগে?"

— "ঐ ওজা ওইরে, নম্বোল জুনিয়ার হায়স্কুলদা।"

— "এ! নংদি তান চারেদা!"

— "অদু নংদি য়ুম পাল্লবনিনা নখোয়গী তামোদুনা লুনা তৌবীরমদৌ মাল্লি।"

— "ইবেমপীশক! ঝা অমা হংগে?"—

— "করি ঝানো?"

— "তামো মণ্ডলেমজাওগী ঝানি, মাবু হৌজিকপু কমদৌরিবগে?"

— "ঐসু নংগা অমহানি, মাগী পাউ থোইদোকপা তাখিদ্রে।"

— "করিনোনে হায়রিসিবু, নখোয় অনী লাপথোক্লরব্রো?"

— "ঔ! মাগী ফিভমদুদা বদনাম লৈরবা নুপা অমদা, অদুগী মথক্তা মাদি মখোঙসু তেক্তুনা শান্নবসু ঙম্লরোই, পৈশাসু থোক্লরোই, হান্না খরা পায়রম্বদুসু মাগী লায়েংবদা লোইশিল্লম্লগনি। মাদি হিংবদা ঝারগদবা মীনি খল্লুবদা ঐসু হৌজিক্তি পৈশা থোকচরবনিনা ইশাগী য়েংলগা মাগা লাপথোক্লবনা ফরগদ্রা খল্লক্লবা।"

— "হায়রিসিবু শেংলব্রা? ঐনা তাখিবদুগা খরদি ওন্নবগুম তৌইদা। নংনসু-তামো মণ্ডলেমজাওবু মীরাইবীরবা! অস! মতমদুদা মানা নং নত্তুনা অতৈ কনাগী মফমদা মাগী মিৎয়েং থল্লোই হায়দুনা মমিৎ অনীদু চেৎনা উইশিনখিবনি। থবল মঙালদা ফম্লগা মতোমতা নংগীদমক কপচখিবনিকো!

ইবেমপীশক! নং মুন্না অমুক্তংদি খল্লুদা? নংবু মা নত্তবা অতোপ্পা অমগা হেন্না নকশিন্নবা হায়ন-শীংনবা নুপা অমা লৈরব্রা? ঐনা নংগী নফমদা ইখিবা চিঠিদু ফংখিদেকো?"

— "করি হায়না ইখিবনো?"

— "নংনা চিঠিদু ফংদ্রগদি মরমদু খঙলরোই। অদুবু ইবেমপীশক! তামো মঙলেমজাওদু নংবুদি থম্মোই শেংনা নুংশিজবনিকো! মসিমদি নং কাউগনু! ঐ অমুক চংখ্রেগে, কোন্না অমুক উনরসি! নংসু স্কুলগী মতম থেংখ্রগনি।" মখোয় অনী মফমদুদা কায়নরে।

শাবীত্রি তশেংনা ইবেমপীশক্না মঙলেমজাওবু চিংনদুনা কাউথোকপীরবগুম খনখ্রে। মসি পূন্নমকসি মানা থোকহনখিবনি খল্লুবদা শাবীত্রি য়াম্না নীংঙল্লক্লে। মমৈদা লাল্লুবগী পোৎলুম অমদি ইবেমপীশক্না হৈ-শিংনা শেল্লগা খুল্লম্বা পাউখুম খরদুনা শাবীত্রিবু হেন্না ৱাহনবীরল্লে। শোমদা সুম্না লৈখিসনু।

অশোমদা মঙলেমজাওগী লুহোংবা খরা হেন্না থুজিনবা পাম্বদগী তোমাল নিংথৌকাবা নুমিৎ অমদা খোঙহামপাত্তগী মপাং কনা'মত্তা য়াওদনা থৌবাল হাওখা তানা বস মথং-মথং তোংদুনা লাকই। মা ঙসিদি মচানুপাগী কুঠিসু পুরকই। তোমালনা খল্লি "ঐগী ইমৌ ওইগদবী ইবেমপীশক্তু লৈরল্লবদি নুংঙাইগনিদা। মানা ঐবু উরগা হরাউজবা, মপাদা মপাগুন্না তৌজবদো মা লৈরমদ্রবদি ইমুংদুদা ঐগী মীচং লৈরোইসে।"

খন্না-খন্না লাকপনা থৌবাল হাওখা য়ৌদুনা বস খাল্লগা বসতগী কুমহৌরে। মখোঙনা শোরোক্তগী ইবেমপীশকখোয়গী য়ুম তানা চংলকই। ইবেমপীশক্তি স্কুল চৎখিরমদুনা লৈরমদ্রে। মমা থাবা থোরক্তুনা উনরে। মাঙ্গোলদা কাখত্তুনা ফল্লগা তোমালনা ৱা হৌদোরকই

— "ইবেম্মা! নহান ইবুংনা লাক্লম্বা অঙাং অনী লুহোংবগী ৱাফমদু খরা থুজিন্নবা হায়জগে লাকচবনি। ঐদি ইচানুপাগী কুঠি কাসু পুজরক্লে। পাঞ্জি অনকপদা লৈরবদি ইচিল-ইপ্পা চৎলগা অমুক্তং পক্লা-ৱাইনা য়েংথোক্লুসিরা খঞ্জবনি, ইবুংনা লাল্লগদ্রা?"

— "তাদনা অসুক লাপ্পা লেংলক্লগা করিগী তাদনা লাল্লুদগে, ঐগী ইবুং, অথোকপমগী ইনাও নুপা লোইনা তান্নজরে। মখোয়সু লোইনমক ইবেমপীশক্না মশানবু পামজরবদি, মা মশানা লাইরিক-লাইশু হৈনবা তল্লগা থবকসু তৌরগা ঐখোয়না করিবু য়েৎলুগনি হায়রে। তাদা ঐ চা লোঞ্জরুগে, ঙাইহাক্তং ফম্বীয়ু! অনকপদা পাঞ্জি অমা লৈ, মঙোন্দা হেক্তা য়েংলসি। মীনদি মানা পীবা পক্ল-

ৱাইন, লুহোংবগী নুমিৎ পীবকাসি য়াম্না চেকশিল্লি, ফৈ হায়নৈ। মমিংদি গৌরো কোই"।

থাবা ইমুংদা মীরোল লৈতবনিনা তোমানগী চা লোনবা চংখ্রে। ঙাইহাক চা লোনবা চংলুরবা তুংদা চা কপ অনী শেম্লগা পুথোরক্লে।

— "ঐদি চা লোনবসি কয়া হৈতে, ইচা নুপী লৈতবগী অদুক লোনবশাবনি তাদা থকপীয়ু।"

— "ইবেম্মগী ইচা ইবুংঙো ধীরেনসিদংগা লুহোংবীদুনা য়ুমগী মৌ অমা থিরগদি খরা ফগদ্রা? ইচানুপীনা ঐগী ইমৌ ওইদুনা খোঙহামপাত্তা লৈরগা ঐখোয়গী সেবা তৌখ্রবদি ইবেম্মগী য়ুমসে ইহাং অমুক হাংহৌবা তারেদো?" চা থক্লা-থক্লা তোমালনা খুমই।

— "ঐশু খঞ্জরিবনি তাদা, মচন্নুপীগী সিমত্তং মফম খঙখ্রগদি ইচা নুপাগী অমুক লুহোংনবা তৌরসিরা। ইচা নুপীগা তিন্নবা মমান্নবী অমা লৈ। মদু মানা মবুংগীদমক হায়নদুনা লৈরবনি।"

— "ইবেম্মা! ইবেম্মগী ইচানুপীসে মঙোন্দা তোপ-তোপ্পা মী অতৈগা মান্নদবা গুণ খরা তোঙান্না লৈরিকো! মদুদনি ইবুংনা মাবু ঐগী ইচা-ইমৌ ওইজনীংলিবা। ঐখোয়গী খুঙ্গং লৈকায়দসু মশক ফজবা লৈশাবীদি ৱাত্তে, ইবেম্মা। অদুদা ইবুংনা মাগী মশকসি হেক্তা নীংশিংলকপা, উনীংবা অমা ইতৎ-তত্তনা ইচানা কৌবগুম হেক-হেক তৌরকইনে। মসিদনি ঐনা লৈবা ঙমদ্রিবসি। ঙসিসু ইচাদু লৈরম্লবদি খন্না ৱাখল নুংঙাইনা লাকপনি অদুবু লৈরমদ্রে। হোরেন ইচা হল্লক্লগা অচাপোৎসে ইচাগীদমক মপানা পীরম্বনি হায়রগা পীবীয়ু!"

থাবা য়ুমলোন্নবগী কেটুকী লৈব্রা হায়দুনা অনীরক কৌই। কেটুকি ইমুংদগী থোরকই।

— "কুঠি য়েংবা খরা চৎমিন্নরুসি হায়গে তৌবনি, নঙবু শংব্রো?"

— "শংই"।

— "অদুদি নঙসু ফি হোংদোরকও, ঐসু হোংলুখিগে!"

ঙাইহাক ঙাইরবা তুংদা কেতুকি থোরক্লুনা তোমালগা পুন্না মখোয় শুছম য়ুন্নাম গৌরো পাঞ্জিগীদা লাকই।

গৌরো পাঙ্গিগী থোঙ্গালদা পুন্না চংলকই। মাঙ্গোলদা অতোপ্পা কুঠি য়েংবা মী খরসু লৈরম্মী। মখোয়শিংদু থোকখিবগা অনৌবা লাকপা কাওবুদুনা মফমদু অমুক শিলহৌরে। ইবেমপীশক অমদি মণ্ডলেমজাওগী কুঠি অনীমক পুথোক্নুনা য়েংবা হৌরকই। রাষি, পোকপগী থবান, নম্বর থা-থাদুনা মিলা-মিলি তৌদুনা য়েংই। — "অঙাং অনীগী রাষিসু পুল্লি মিথুন্নি, য়াম্নবু পক্করম্মী, লাইগী খুৎশেম ওইনবু তৌই। মচাগী হাক্তক্তা মমিং চৎচৌ হায়বা লৈকো। অঙাং ফজনা শেম্বীয়ু হায়য়ু!

লুহোংবগী নুমিৎসু পীবীরো অমুক কোন্না য়েংনদনবা হায়বদুদা ফাইরেন থাগী নিপান্নি পানবদা পীরে। বর যাত্রাদি নুংথিল পুং ১গা মিনিট ১৫ দা তৌবীরো হায়বদুদা তোমালনা চে অমদা মরোল খরা ইবীরো হায়জে। পাঙ্গিনা লোইনমক শেংনা-শেংনা ইরগা পীদুনা মদু পায়রগা কুঠি অয়েংমন্দু তোমালনা পুথোক্নুনা পীরম্লগা মখোয় অহুম অমুক হল্লক্লে। ইবেমপীশকখোয়গী থোঙ্গাল মপা য়ৌরবা কান্দা তোমালনা

— "ইচাগী মশক্তু য়েংনীংবনি অদুবু হোরেন লম্নগা খরা লাপ্পনিনা য়ুম য়ৌবদা থেংগনি ইবুং চংলরোই অমুক য়ৌরগে?"

— "ফনি তাদা! নচনখোয় লৈজহৌরগে?"

কেতুকিগা থাবাগা পুন্না চংহৌরে।

তোমাল বাখল খরা নুংঙাইনা খোঙনা শোরোক অচৌবা তানা থোরক্লগা বস ঙাইরগা তোংদুনা লাকপনা ইম্ফাল য়ৌরক্লে। গাড়ীদু থৌবাল পার্কিংদা থাম্লে। বসতগী কুমথরগা ইচাদু উরক্লেদো খন্না-খন্না রিক্সো য়েংই। তাঞ্জাদুদা ইবেমপীশকসু স্কুল ছুটি থারক্লগা কৈশামপাৎকী গাড়ী পার্কিংদা কুম্লগা মখোঙনা থৌবাল পার্কিং তানা মতোমতা লাকই। মফমদুদা তোমালগা দোং অমুক থেংনরে। ইবেমপীশক চংশিল্লক্নুনা তোমালগী মখোঙদা পাবুং হায়না নোম্ভরগা খুরুম্মী। লৈশাবীমচা অমনা হৌজিককান্দা চৎনদ্রবা খুরুম্নবীগী চৎনবী ঙাকচবসিদনি তোমালনা মিৎলুগী পিরাং থিংবা ঙমদ্রিবা। চৎনবীসি মাংখিদৌবা মাদি তশেংনা পাম্মুজে।

— "ইচাগী মঙ্গল! ইচাগী শক উনীংদুনা নখোয়গীদা চৎলুবনি। ইমাগা উনরক্লে। ইপানা ইচাগী অচাপোৎ পীরম্বনি, হোরেন য়ৌরগা চাউকো!"

— "পাবুং চা-নুং অমত্তা থক্লম্লরোই। ঐখোয় ইমাদো মী লাকপগী সেবা হৈতবনি।"

— "এ! ইচাসিদি ইমানা হাউনা লোল্লগা পীথক্লকইদা!"

— "পাবুং মিনিট অমত্তা ঙাইবীরম্মু।" অসি হায়রগা কোন্না য়োনবী অমগী মনাক্তা চংলগা কোম্না লুপা কুনগী লৈরগা প্লাস্টিক খাউদা হাপ্লগা তোমালগী খুত্তা শীন্নরে। রিকসো অমগা ফাবীরগা ভারাদু মানা হান্না পীজরে। রিক্সোদুদা কাখৎহল্লগা খোঙহামপাৎকী বস থাফম য়ৌনবা থিনবীরম্মু হায়রগা মফমদুদা কায়নরে। ইবেমপীশক থৌবাল য়ৌবা বস অমদা কাখত্তুনা ফম্লগা ঋাখল তৌই। "পাবুংদুবু ঐখোয়গীদা করিগী চৎলুবা ওইরিগবা? লুহোংবগী মরমগী শোয়দনা ওইরমগদবা মাল্লিদা। ময়ুম য়ৌবগা মমানা

— "ইবেম্মা! খোঙহামপাৎকী মঙলেমজাওগী পাবুংদো লাক্লম্মী। ইমাগা মখাথংবগী ননে কেতুকিগা ঐখোয় অহুম চত্তুনা য়ুম্নামগী গৌরো পাঞ্জিদা নঙগী কুঠিকা পুদুনা মঙলেমজাওগা নখোয় অনীগী পক্ল-ঋাইনা য়েংলুরে।

নংগী লুহোংবা ফাইরেনগী নিপান্নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিত্তা লেপ্লে। ঙসিগা থানা থা অমা মখায়রোমতমক ঙাইশিল্লক্লে। ইমা-ইচা য়ুমসিদা লৈমিন্নগদবসি কুইশিল্লক্সে। ইমাগী পুক্লিংসে ঙসিদি য়াম্না নুংশিরকই"। অসি হায়রগা থাবা মমিত্তা মপি তারকই। লাউ, ইমাগী নাক্তা ফম্লোলাউ! মচানুপীবু মনাক্তা কৌশিল্লগা ফমহল্লগা মকোক্কী মশমদু নাল্ল-নাল্লগা

— "ইচানা হয়েং মীগী য়ুমদা লৈখ্রগা ইমাদি লম্নগা খরা লাপ্নবনিনা তোয়না লাকপসু ঙম্লোইদৌরি। নংনা লুহোংখ্রগা ইমাবু য়ুমসিদা কনাগা লৈহৌগনি? নবুংসু লুহোংদুনা মৌ অমা থিরগদি ইমাগী পুক্লিংসে খরা পেনগদবনি। ইমাগী ইবেম্মা! ইচাবু ইমানা করম্না চিনসিনা য়ুমসি থাদোক্তুনা চৎলো হায়রসিগে?" অসি হায়দুনা মমা-মচা কপমিন্নৈ।

ইবেমপীশক নহানমখৈ খল্লমদ্রবসু ঙসিদি মবুক্লিং খৎনুং নুংশিরক্লে। মাগী লুহোংবগী মতম লেপ্লবনিনা মা নুংশিবা য়ুমসে শোয়দনা থাদোকপগী নুমিৎ লাক্লগনি খল্লুবদা ইংখোলদা হৌরিবা উপাল-ঋাপাল, তোংলিবা উচেক, লৈ-শু লোইনমক নুংশিরক্লে।

*নুমিদাংবাইদুদা পুখ্রি মপালদা হৌরিবা মালিকা পাম্বী, কুন্দো পাম্বী ঈশিং চাইবীদুনা বারী তৌজরকই। 'ইতা! নখোয় লোইনমক লৈহৌবা তারেদো! ঙসিসে ঐ নখোয়বু পেন্না ঈশিং চাইবীগে! নশা-নউ তেকখৎলকউকো! নরোল-ইরোল* তিন্নদবনা নংগী অপাম্বসু ঐনা খঙদে। অদুবু নখোয়না পামজবদি মালিনা নুংতিগী লৈখোঙ শেংলগা ঈশিং চাইবীবদুরা খল্লিনে পঙলবী ঐগী বাখলনা। হন্দক্কী বসন্তদা নীংথিনা নখোয় লোইনা লৈশাৎ তম্মুকো। ননীং-তম্না লৈরাং লৈকা ফন্না শাৎহৌরোকো! য়েন্নখাগী হৈয়াই পাম্বীসু কুমশিগী মপাল পোম্বা হৌরমলে। মমাংগী চহীদদি হৈয়াইনা জুম-জুম লাউনা চবোং-চরোং ঙাংশং-ঙাংনা মুল্লগা ইবেমপীশক্লা হেক্তুনা মতারোইশিংগা লোইননা হৈয়াই মেৎপা চামিন্নবদো হন্দকমুক্তি ফংলরোইদো! ... 'ইতা নংসু লৈহৌবা তারেদো। তাইবং মীওইবগা হৈরাং-লৈরাংগা চাংদম্নবী। অদুবু নখোয়গীদি বসন্তদা নয়ুম হোংদেদো! চহী খুদিংগী পাম্বীদা অনৌবা ময়োন চোংদুনা লৈরাং লৈশাৎ তমদুনা খোইমুসু ননাক্তা লাকইদো। তাইবং মীওইবা ঐখোয়গীদি বসন্তদা ইয়ুম নুংশিবা, মরুপ নুংশিবা, ইমা-ইপা, পোকমিন্নবা ইচিল-ইপ্না থাদোক্লমদুনা মাঞ্জ মকাদা চৎনৈদো। ঐনা নখোয়বু ঈশিং চাইজবসে নুংশিবা নখোয়বু কায়ননি খনবগী বাখলদুনা ইনশিল্লকপনি। অসুক কুইবসি খল্লুদেদো ইতারোইশা! ঐবু ওইজবা থিবীনি খনবীগনুকো! নুংশিবী ইতা! নতা ঐ লুহোংবগী নুংশিবা বেনগী মখোলদুদা, পুংলোন তাম্বা চানা ঐনা মগুব ময়ায়দা তরেৎলক হন্না কোইজবদো নখোয় লোইনা য়েংলকউকো! ঐগী মীচং চংবীয়ুকো! ঐগী লুহোংবগী তাম্বাদুদা নীংথিবা নপালদা নহৈনা জুম-জুম পাল্লম্মুকো। নীঙোলনা থা ফাবগী মপামদা কোয়রকপা নুমিত্তুদা নখোয়গা অমুক উন্নশিকো!"

অসুন্না বাখল অমদা তরং চৎচদুনা হৈ-লৈশিংদু লোইনা মখোঙ চোৎনা ঈশিং চাইজরে। ইংখোলগী মচি-ময়া খুদিং চংদুনা কদাইদা করি চিৎথরি থিজরি। কন্নানসু ইনশিল্লুবা নত্তে। মথন্নতা বাখলদা পোকচরকপা মতমগী শাফুননি। মসিবু কন্নানা থিংলুগনি। চীংনুংদগী ইফুৎনা তুরেল তম্না চেল্লকপগুম্বনি।

নুমিৎসু চীংয়াদা কুমথগ্রে। ঙসিগী মতম অমুক লোইরক্রে। পুক্লিং হেন্না নুংশিরকই। ঙসিসিসু লোইখ্রেকো, লুহোংবগী নুমিত্তি নোংমা-নোংমগী নকশিল্লক্রি। ঙসিদি ইবেমপীশক মরম য়াম্না মোক্রে। তুলশিবুংদু যনথি খরা খুল্লুরগা বাই-শিৎ নাম্না শিৎতোক্লগা পাক্লবা শুমাংদু থুংনবা বাই তৈজে। মমানা

— "ইচাসিদি ৱারনি, নোংমগী খরা-খরা তৈরগা লোইরে।"

ৱাই-রম তৈবা লোইদুনা ধুপ-থাওমৈ কৎচরে। মাগী কাদা চংলগা মাগী মহৌশাগী পোৎ খরা নীংশিংলকই। ঙসিদি মচানা থবক মথং-মথং তৌবদু উবদা চাক্তি মমানা থোংখরে। ইবেমপীশক মাগী কুইনা হাংদোক্লুব্রবা ট্রঙ্ক উপুদু শো থিরুদুনা হাংদোকই। মনুংদা য়াওরিবা মানা অঙাং ওইরিঙৈদা তম্নকপা নুংশিনা থমজখিবা লাইরিক, স্লেট, লৈকায়গী য়াওশঙগী স্পোর্টসতা ফংখিবা সার্টিফিকেট লোইনা মথং-মথং লৌথোক্লুনা য়েংবা হৌরকই। হৌখ্রবা মতমশিংদুনা মিৎমাংদা লোইনা পরেং লেংদুনা লৈরবগুম তৌরকই। নীংশিংবা মরক্তা হৌখ্রবা মতমগী নুংশিরবা মরুপশিংদুগা পুক্নিংদা ৱারী শানবগুম তৌরকই। "নখোয়বু য়ুমসিদা অসুম ইমাগী মনাক্তা লৈহৌগেরা নৎত্রগা ঐগা পুন্না চৎমিন্নখ্রসিরা? খুম্মুবা ইতারোইশা?" খল্লুরগা মমিত্তা মপি মতুম-মতুম শিঙ্কুরকই। পুগদবা শরুক, থনমগদবা শরুক, অনীথোক্না য়েন্নজে। ৱাজরিঙৈ তাঞ্জাদুদা অঙাং ওইরিঙৈগী স্কুৎ শেৎলিঙৈগী স্কুল মিং চনবগী পাশপোর্ট সাইজগী ফোটো অমা থেংনরুরে। নুংশিনা থাঙ্গত্তুনা য়েংজে।

"ও! নংসু ঐগী মতম অমগী ঐনিকো। নংদি হৈজিং ফাব্রবী, চাউবা হেন্দ্রবী শকফম অমদা লেংদনা অদুম লৈরেদো। ঐদি তাইবংগী মপুগী শিঙ্খা কায়বা য়াদবনা ঙসিদি চাউবা শারেপ ফারক্লুনা অপাম-নুংশিগী লাংদা থুদুনা মাঞ্জা মকাদা চৎপা তারে। নংবু ঐগা লোইননা চৎলসিরা, ইমাগী নাক্তা অসুম লৈহৌরগেরা? পাউখুম অমত্তংদি পীয়ুবা?"

ফোটোদুনা হায়জরকই, — "করিগীনো নংনা অদুক থুনা চাউরিবা? করিগী নুংশিরবা য়ুম, ইমা, ইবুং থাদোক্লুনা চৎনীংলক্রিবা? মংনা মতম কুইনা ঐবুদি ট্রঙ্ক মনুংসিদা শো লোনশিন্দুনা থম্বীরবনিনা ঐদি চাউবসু ঙমদরে। ঐদি ঙসিসু থায়নগী নংগী অঙাং ওইরিঙৈগী ৱারীদুদা অদুম লৈজগে? নংগী নুংশি-নুংঙোলগী অৱাবা মৈরিগী ৱারীদো পামজদে। ঐদি ইমাবু নুংশি, য়ুমসিবুসু নুংশি, ঐদি চাওবা হেন্দনা ইমাগী নাক্তা য়ুমসিদা অসুম লৈজহৌগে ঐবু পুবীগনুকো।" ইবেমপীশক হিক্লা-হিক্লা কপচৈ।

মসিরা নুপী ওইবীশিংগী মপোক তোল্লি হায়নবদো। মনীংতম্না মমা-মপা, মবুং-মৌপ্পাগী মনাক্তা পুন্সি চুপ্পা লৈবা ফংজদবা অমদি অরেপ্পা ময়ুম লৈজদবা। মপামদা লুহোংদনা পুন্সিচুপ্পা লৈরগনা মরমচৎ ফজদদুনা, সিদ্রা লৈদুনা তৌবা

ওইরমগনি, নুপানা পাম্বীদদুনা ময়ুম পান্দবা ওইরমগনি হায়বীরিবা। তোল্লিদা নুপীগী মপোকসে!

এলবুম ময়াম মথং-মথং হাংদোক্লুনা অমুক য়েংই। মমানা মাবু পল্লগা নম্বা অমসু-য়াওরি। জগোই রাস য়াওরুবগী পোৎলোই শেত্তুনা নম্বা ফোটো কয়া'মসু য়াওরি।

খরা অমা মানা পুগদবা শরুক্তা থম্মী। খরা অমনা পুরোইদবা শরুক্তা খন্দোক্লগা থম্মী। ফোটোশিংদু খন্না-খন্না মমিত্তা মপি মরক-মরক্তা তারকপদু ইন্নফি মচিদুনা তৈথোকই। মসিবু নীঙোল খুদিংমক লোইনা তৌনরমগদ্রা? নৎত্রগা ইবেমপীশক মতোমতগীরা?

ইবেমপীশক মানা পুগদবা লাইরিক, সার্টিফিকেট, ফোটোনচিংবা খন্দোকপা লোইরে। মমানা চাক চাথোক্লসি হায়রকপদুদা জ্ঞান তারকই। মমানা মচাবু কৌশিন্দুনা চাকখুমদা চাক চামিন্নখ্রে। খনখিবা ৰাখল ময়ামদুনা ইবেমপীশক চাক চাবদি ইয়া-য়াদ্রে। কোল-লিক ফেংবা লোইরগা-চাকখুমগী ৰাই-রম শিং নাম্না তৈবা লোইদুনা মৈ মুথৎলগা ফমুং চংখ্রে।

মথংগী নুমিত্তা চেন্নাইদা লৈবা ধীরেনদা মচন্নুপী লুহোংবগী মতম ফাইরেনগী নিপান্নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিত্তা লেপ্লে মাসু য়ারবদি থোরক্লো হায়না মমানা মচানুপী বালাদা টেলিফোন তৌহনদুনা পাউ য়ৌহনখ্রে।

খোঙহামপাত্তগী মী থারক্লুনা পোইনুগী ২৬ নি পানবা ইরাই নুমিত্তা ৰারোইপোৎ পুরসি হায়দুনা মতম অমুক লেপ্লে। অসুম্না ইরাই নুমিৎকি অয়ুক্কী পুং ১০ দা ইবেমপীশক্কী ৰারোইপোৎ পুখ্রে।

লুহোংবগী মতম নোংম-নোংমগী অসুম নকশিল্লকপগা লোইননা মবুং ধীরেন জি পি ফন্দদগী লুপা লিশিং হুমফুথক পুরগা মচন্নুপী লুহোংবা য়াওনবা ময়ুমদা থোরক্লে। মমাগা অরৈ-লৈত তান্নদুনা মচন্না সনা-লুপা ফি-রোলদি মাগী তলবতগী কোন্ননবা শীঞ্জরে। উপু-কাংথোল, কোল-লিক ফমুংগী মপোৎ-মচৈ অয়াম্বা মবুংনা লাংবা লোইজরে।

লুহোংগদবা নুমিৎ তারানিদা ঙাইরবা কান্দা বীমোল লাক্লুনা নুপীময়ুমগী লুহোংবগী বার্তোন পীররে। ইবেমপীশক মরুপ-মপাং লুহোংবগী বার্তোন তৌবা

হৌরে। মানা খল্লি — "ঐবু শাবীত্রিদুবু বার্তোন তৌশিরা?" অদুবু মানা মণ্ডলেমজাও অমদি মাগী পাবুং তোমালদা অমুক্তং হংনীংই। টেলিফোন্দা মাগী পাবুং তোমালদা হংজে। তোমালনা — "ইবেম্মা! তৌরুবনু! শাগোল হঞ্জিল কৈনা চায় হায়বা ইপা-ইপুগী পাউরৌ অমা লৈবনি" হায়রকপদগী শাবীত্রিদা বার্তোন তৌদনা অদুম তোকখ্রে। ইবেমপীশক্কী মবুক্তা মীনা লাল্লবসু মদু মমৈদা ভাব তানা শেংদোকপীরমগে, অচুম্বদু মশক খঙহল্লমগে হায়বসি চেৎনা থাজে। নোংমা শাবীত্রিগা মাগা নম্বোলদা থেংনবদা শাবীত্রিনা মঙোন্দা চমথোকচনীংদুনা ৱাহৈ খরা ফোংদোক্লম্বদা মানা মদু খঙশিন্নদনা থৈ-থৈদুনা শান্নবীখিবা; মতমদুদা শাবীত্রিনা ৱাজখিবা মতৌদু খল্লুবদগী হৌজিক্তি মণ্ডলেমজাওগা মাগা লুহোংবা শোয়দ্রে খঙলবনিনা কায়দ্রমাল্লে খঙ্গরুবনি। ফরে, নোংমা মতা চাবা অমদা ওইনা শেংদোক্লগে।

মতম্না কনাবুসু ঙাইবীদে। নোংমা নোংমা হৌখিবনা ঙসিদি ইবেমপীশক্কী হৈজিংপোৎ নুমিৎনি। মরী-মতা শাগৈ-নাতৈ লোইনা য়াওদুনা ইবেমপীশক্কী হৈজিংপোৎ অয়ুক্তা লোইখ্রে। হয়েংদি লুহোংবা নুমিৎনি। নুমিদাংদু লৈশাবী ময়াম অচা-অথক ময়াম নুপা ময়ুমদগী থিল্লক্লম্বা কয়াদু পুথোক্লুনা চা-থক্লুনা লাংই। অউনপোৎ ময়ামদু শুনা পুরক্লুনা ময়ামদুগী লিস্ট ইবদা তোম্বীনৌ থবক য়াম্না চিঞ্জে।

ইবেমপীশক তোম্বীনৌদা ঙসিদি ৱা অমা হৌদোরকই।

— "তোম্বীনৌ! হয়েং ঐনা চৎখ্রগা ঐখোয় ইমাসে য়াম্না ৱাহৌবা তারে। ঐনা ইমাদা নংগী মরমদা হৌদোকখ্রে। ঐখোয় দাদাদা ইমানসু হায়নরবনি। অদু হৌজিক্তি নংগী ৱাদমক ঙাইরে। নংনা ঐগী মহুৎ শিন্দুনা য়ুমসিদা মৌ ওইনা য়াম্না থুনা লুহোংদুনা লৈরদ্রগদি ঐখোয় ইমাদি য়াম্না ৱারনি। নংনা ঐঙোন্দা হোয় হায়বা ৱাহৈ অদুমতংদি ঙসি শোয়দনা হায়রম্মুবা! ঐনা য়ুমসি থাদোক্লিঙৈদা দাদাদা তশেংনা হায়রমগে? সে! নং হায়রো?"

— "ঐবু নহান নোংমা নংনা হংবদা হায়ম্রগুম তৌদাইনে।" তোম্বীনৌ ইপং-পংনা খুমই।

— "নহানৱাইগীনা নহানৱাইগীনি, ঙসিগীনা ঙসিগীনি, মীগী পুকচেলবু ঙাইহাক লৈতনা হোংনরবা মতমসিদা! সে! ঙসিগী ওইনা হায়রোমি?" তোম্বীনৌনা

— "য়ারে কৈদৌরগে?" ইবেমপীশক হরাউমন্দুনা তোম্বীনৌবু কোল্লগা

— "ইনম্মা!" হায়না মরাইবক্তা চুপ্পী।

মানা তৌরিবদু মবুংসু লোইনা উদুনা লৈরম্মে। নুমিদাংগী চাক্তু তোম্বীনৌ ইবেমপীশকখোয়দা চামিন্নরে। চাক চারিঙৈদা ইবেমপীশক্না

— "ইমা! তোম্বীনৌনা হয়েং ঐখোয়দা লৈরকান্দা ঐখোয় দাদাগা খৎনরবদি ইমানা খরা খাম্বীয়ুকো! ঐখোয় দাদাগী মচিং অমা লৈবদো ঐদি কিজেকো! অদুবু ঐনা খঙলকঙৈদগী ঐখোয় দাদানা নোংমতসু ঐবুদি খুবাক্না শেৎ লাউনা থারক্তি। ঐগীনিবু হায়রবদি ঐখোয় দাদাসে য়াম্না ৱাজবনি। তামো মঙলেমজাওগী থা অনী ভেলরদা লায়েংবগী লৈরুবদুসু মচল ঐগী য়েংলগা চৎলুবনি হায়বা ঐ তশেংনা খঙই। অদুবু ঐনা ঐগী নুংশিরবা ইবুংগীদমক করি তৌবীগদৌরি? তোম্বীনৌ নংনা ইনম্মা ওইদুনা য়ুমসিদা লাকপা নুমিত্তা ঐনা দাদাগীদমক তৌবীবা থবক্কি হায়না খঙ্গগেকো! নংনা নতা ঐগী নীংজবসিমত্তংদি থুংহনবীয়ুকো"!

তোম্বীনৌসু মমা থাবাসু লোইনা ইবেমপীশক্না ঙাংবদু তারি। মখোয় অমত্তা হোয়সু হায়দে, মাইসু হায়দে। মমানা

— "হো! ইচানা শীনবা খরা হৈবনিনা লোইনা ফনবা শীনবীরম্মো! নবুংদু ঙরাং ঐনা হংবদা নোক্লগা ঐগী ইচম্নবু পাম্নবদি ঐসু য়ারে হায়খ্রবনিদা!"

অদু হায়রুবদগী তৌম্বীনৌদু ইকাইরমাম্লে চাক-চাবা তোকখ্রে। ময়াম চাবা-থকপা লোইনরবা কান্দা ইবেমপীশক্না মবুংদা

— "দাদা তোম্বীনৌসে মখোয় য়ুম ফাওবদং খরা থিনবীরম্মু!"

— "হোয়, হোয় থিনবীগে!"

তোম্বীনৌ ধীরেন থোক্লকপা ঙাইদুনা লেপ্লগা লৈ। ধীরেন তোর্চলাইট অমা পায়রগা তোম্বীনৌদা, —

— "মাং থারোদনা!"

— "তল্লি, তুং থংজগে!"

— "করিগীনো?"

— "কিজেয়ে!"

— "মীদি নুপীনা মাং থারগা চৎপদা কিবা ফৈ হায়নৈদা!"

— "কৈনো! হৌজিক্কানদি মৈরা পায়বীনা তুংদা চৎনরবনি।"

— "ও! অদুমদি খঙদেহে। নংবু মৈরা পায়বী য়াওরব্রো?"

— "য়াওরে। হৌজিক্তগী হৌনা তুংদা চৎলগা মখোঙ চুন্না থাংব্রা কারন চনব্রা য়েংহৌদ্রগদি ঐনা মৈরা পায়বী য়াওরকান্দা মীনা ফাররদি ইকাইজেয়ে!"

মাগী ৱাঙাংদুদা ধীরেন মখোঙদু কারন থাংবা হৌরকই।

— "য়েংউ সে! সিবুরা নংনা হায়রিসে? থাংবু থাংগে হায়রদি নুপাসিদি য়ু থক্কুসু ইয়াদা য়াবনি।"

— "তৌজনুকো! ঐ মায় লৈজখিনি। ইবেমপীশক্কী মায় ঙাকপীগে খনবগী ৱানি।"

— "নত্তে, তোম্বীনৌ! ইবেমপীশক্কা হায়রিবা, ঐসে হান্নদগী হৌনা নঙনা য়াম্না পামজৈ হায়রিবসি চুম্রা?"

— "এ! ঙকচরেদা! নকোইনে, নরাংনে, ঐনা পামজদবা নতোন শুমাংদা কোই চোম্বসিমুক তনবা লৈতে।"

— "কোইসিদি মী সিফাইগীনি। সিফাইগীদি মসিদা প্রোমোসনগী এ. সি. আর ইবদা য়াওরিবা মগুণনি। মদুমদি নঙ পল্লক্কনু! লুহোংবা তারবসু কক্লরোইদবনি।"

— "অওইবৈরা? অদু ওইরগদি ঐ লৈ-হুকপা ঙমজরোইকো!"

— "হায়রিসিবু, ঐখোয় অনীগীসিবু শোয়দ্রবজাৎলা?"

ৱারী শারিঙৈদা তোম্বীনৌখোয়গী থোঙ্গাল মপা য়ৌরম্লে।

— "তামো! য়ৌরে, ঐ লৈজহৌরগে?"

— "আই! য়ৌরব্রো?"

— "য়ৌরে।"

— "অস! নুংঙাইতেদা লম্বীসি খঙতেন-তেনশিল্লকইকো! অদু, হয়েংদি ইরু-লুজরগা ঙস্তানা পুজারি ওইবীররো! নঙগী খুত্তাদু অমুক্তা হান্না য়েংখিবা তারি। চৎলে, চৎলে।"

— "ঔ তামো!"

# "নিপালশুবা"

ঙসিদি মঙলেমজাও অমদি ইবেমপীশক অনীগী লুহোংবা নুমিৎনি। নুপী ময়ুম নুপা ময়ুম অনীমক ইরাং লাংনৈ। শোমদা নুপী ময়ুমদা ইবেমপীশক অয়ুক্তু ঙন্তানা ঈরু-লুজবা লোইরগা লাইগী ধুপ-থাওমৈ থাজরে। ময়ায় কাদা ফক অমা থারগা ফিজেৎ লৈতেং নীংথিনা লুনা-নান্না শেৎলগা হোরেন লুহোংবদা হুক্লনবা কুন্দো পরেং লেংননবা থৌরাং তৌরি। য়েন্তুম অমদা লংজা মশীং শুনা লেংলগা লৈ অমমম পায়দুনা পরেং লেংবা হৌরকই। করিনো কনানা তাকপীবনো ইবেমপীশক্কী মচিন্দা কুন্দো অমমম লেংবা খুদিংগী মরোল অমমম লোনবগুম মচিন্দু লেংই। পুন্সি-লৈপুল ওইগদৌরিবা মহাক্তুগা পুন্সিগী ওইনা তৎন-থানহনবীদবা পীনবীবা ওইসনু হায়না শোল্লিবা ঈশ্বরগী নান্না খঙদে। তপ্না-তপ্না লেংবনা লৈ-পরেং অনীমক লেংবা লোইরে।

তোম্বীনৌ ঙন্তানা য়ৌরক্তুনা ইবেমপীশক্কী মনাক্তা ঙাইহাক্তং ফম্মী। ঙরাং মবুংগা হায়নরম্বদুদা ওইরমাম্লে। হঙ্গোইরপ্না

—"ঙসিগী চাক্তি ঐবু থোংঙু হায়রিনে"।

— "হায়রিসিবু ঐখোয় দাদাগা নংগা ম্বারী শানরব্রো?"

— "শানরে ইবেম্মা! শানরে! পাখোন শিববু য়াম্না হৈদৌরি। ঙন্তানা ঈরুজরগা হয়েং অয়ুক্কী চাক থোংগদবনি লাকউকো হায়রম্লিবনি। থোঙ্গালদা ঐগী চন্দোল উবদা ওইরমাম্লে, চন্দোলদুদি ফজেদা হায়রগা য়েংলগা নোক্তুনা লৈহৌবনি।"

— "অদুদি ঐ ইনম্মা কৌরম্লগেকো!"

— "হোয়নে, হোয়নে" হায়রম্লগা তোম্বীনৌ চাকখুমদা চাক থোংবা চংখ্রে।

থোঙ্গালদা নুপা ময়ুমগী টাটা গাড়ী অমা লাক্কুনা অউনপোৎ ময়ামদু বামোন্না শান্তি হাইদোক্কুনা টাটা গাড়ীদা হাপকৎপা হৌখ্রে। মচাগী অউনপোৎ ময়াম অমমমত ওইনা থাংদোক্কুনা টাটা গাড়ীদা হাপকৎখিবা উরুবদা ইবেমপীশক্কী মমা থাবাদো মপি শিন্থবা হৌরক্লে। নিংঙোল পোকপী মমানা মচা কায়নরমদাই য়ৌরক্লবদা করিগী পুক্লিংদা ওল্লাংলোইদগে। মসিদি জগৎ-সংসারসিগী চৎনবীনি।

অয়ুক্কী পুং ১১ তারক্লে। চাক-ঈশিং চানবা তৌরিসি হায়নরকপদুদা অরাপ্পদগী খুঙ্গংলান্না লাকপা মরুপ-মপাং, মরী-মতা চাকশঙলোমদা চংদুনা চাক চাবা হৌখ্রে। তাঙ্গাদুদা ইবেমপীশক্কী স্কুলদা ওজা ওইমিন্নবা কাংবু অমসু ভান অমদা পুন্না লাক্কুনা ঙাইহাক অমুক ফম্মিন্নরে। মখোয়না পীরম্বা পোৎয়েং, পোৎপাংশিং মখোয় চৎখ্রবা তুংদা ইমুংদা পুশিল্লি। ইবেমপীশকশু মমা, মবুং, মচে বলা অমদি মতৌলৈবীগা ফম্মীন্নদুনা চাক চাবা লোইরে।

মতমদি জর-জর চৎখিবনা নুংথিলগী পুং ১.০০ তাবা মতমদা নুপা ময়ুমগী অহল খরা য়ৌরক্কুনা নুপা পালা হৌনবা শেম-শাবা থৌরাং পুন্নমক লোইরে। লম্নদি খরা লাপ্নবদুদা পালাদু খরা ঙন্না হৌনবা হোৎনজবনি। পালাগী ঈশৈ হৌখিবা ইকুই-কুইদনা বরসু য়ৌরক্লে। চৎনবী ওইনা নুপা ময়ুম, নুপী ময়ুম পৈশা থাবা ঙাইহাক তান্নরবা তুংদা বেন খোংবনা হৈশিংনা নুংশিবা বেন খোংদুনা মন্দোব ময়ায়দা বর শেন্নবনা বর পুথোরক্লে। ঙাইহাক শোনবা খোৎপা লোইরবা তুংদা বেন অমুক খোংদুনা কৈন্যা শেন্নবীনা কৈন্যা পুরোরক্লে। গুরু খুরুম্নবা তুংদা বর-কৈন্যা অনীগী মখুত্তা কুজবগী কম্বী থাংগৎলে। মমা থাবানা মচা-ময়া অনীগী লোন্নরিবা খুত্তা কুশ মনাগী থৌরিনা পুনবীরে। শোনবা লোইরবনিনা মবুং ধীরেন্না মচম্নুপীগী দান ইহান-হান্না থাদরে। মরুপ-মপাং, শাগৈ-নাতৈ, মচে-মচন, মমান্নবী ময়াম লোইনমক ইবেমপীশক্কী দান থাদবা লোইশিল্লক্লে। মমানা ময়াম পুন্নমক্কী অরোইবদা দান থাদরগা বর শেন্নরিবা নুপাদুনা মঙলেমজাওগী মমা শারিবী ময়াম্বা অঙৌগী নুপী ফজবীকী মফমদা কুজবগী পোৎলমদু শীন্নরে।

মশুব ময়ায়দা পুংলোনগী তান-চানা কৈন্যা শেন্নবী নুপী অদুনা মাং থানা চৎতুনা তরেৎলক হন্না কোয়দুনা লৈ চাইবা লোইরগা অরোইবদা পুক্লিং চংনা লৈপরেং খুত্তা পায়দুনা ইবেমপীশক মঙলেমজাওগী ঙকশমদা লৈ-পরেং হুকচরে। মঙলেমজাওসু জ্ঞান তানা ইবেমপীশক্কী মঙকশমদা লৈ-পরেং নীংথিনা অমুক হুকখরে। ইবেমপীশক্না মতম কুইনা ঙাইজরকপা অমুক্তং থুংনজরবদি খঞ্জবা

মণ্ডলেমজাওগী ওকশমদা লৈ-পরেং হুকচগে খঞ্জবদো ঙসিদি মপূং ফারে। তোমাল মচা-মমৌনা লৈ-পরেং হুকপা উরগা নোক্কদ্রা হায়রগা মিৎলুদগী পিরাং ওইনা তৈথোকখরে।

লুহোংবা লোইরবনিনা নুপী থিনবগী মতাং অমুক য়ৌরক্লে। মমা-মচা কোন্নদুনা কপমিন্নরে। মচে বালাগা অমুক কোন্নরে। তোম্বীনৌসু মতাগী চৎলমদাইসিদদি পেন্না কপমিন্নরে।

মতম্নদি ঙাইবীয়ু য়াদবনা মী লোইনমক গাড়ীদা কাখৎনখ্রে। নুংশিরবা পোকপদগী সেবা তৌজদুনা লৈরক্লবা য়ুমদুবু অমুক্তুং হন্না য়েংলম্লগা তুলসিদা মরাইবক কৎলম্লগা ইবেমপীশক থোঙ্গাল তানা খোঙনা মতাশিংগা লোইননা থোকখ্রে। নীংথিনা শেম্লবা লৈতেংগী জীপুদা কাখত্তুনা তোংহল্লগা ইবেমপীশকপু খোঙহামপাৎকী তোমালগী য়ুম তানা থিনবীরক্লে।

বরগী য়ুমগী থোঙ্গালদা ডিউটিনচিংবা ওক্তুনা ইবেমপীশকপু থোঙ্গালদগী পুশিল্লকই। তুলশিবুং খুরুম্লগা ওই-ওইননা চৎলগা নুপা ময়ুমগী মৌ অনীনা নাক-য়েৎতা কোল্লি, অমনা তুংদা পুন্না কোল্লকই। দারিদা লাইবক অহল্লক কৎলগা মাঙ্গোলদা কাখৎলকই। অসুম্না ইবেমপীশক ইমুং চংখ্রে। ময়াম পূন্নমক মফম চানা-চানা ফমহন্দুনা পীজ-পীথক তৌনবা হোৎনরি। পীজ-পীথক লোইশিল্লক্লবা মতমদুদা নুপা অমনা দক্ষিনাসু থুংনবা মথং-মথং য়েল্লকই। মমৈদা ঙাই-শেন অমুক কোন্নরে। নুপী ময়ুমগী কাংবুদু হন্নবা তৌরসি হায়নরক্লে। মমা থাবাগী মৌপ্পা অতোম্বা লক্ষ্মনবু ইমুংদা ইবেমপীশকপু নানবীনবা কৌশিল্লকই। লক্ষমন্না নানবীবা লোইরবা মতুংদা মবুং ধীরেনসু মচনগী মনাক্তা চংদুনা মকোক্তা নানবীরগা "নুংঙাইনা নকোকমক্তা চিক্তুনা পানবা ওইয়ুকো ইবুং চৎলগে" হায়রম্লগা কপ্না-কপ্না মবুং থোকখ্রে। মচনসু কপ্না-কপ্না মণ্ডলেমজাওগী কাদা লৈহৌরে।

লৈকায়গী লৈশাবী ময়াম অমনা ইবেমপীশক্কী মনাক্তা চংলক্লগা লাংবা হৌররে। ফাগী-জোগাই তৌবীদুনা ৱাখল ওন্নবা হোৎনবীরি।

— "ইনম্মা! ঐখোয় তা মণ্ডলেমজাওগা নখোয় অনীগী নুংশি ৱারীদি ঐখোয়দি হান্না তারে। মমল য়াম্মী হায়নৈ চুম্রা? ময়াম হৌনা নোকই। অমনা

— "ইনম্মনা হোসপিটালদা ঐখোয় বাবাচৌগী চাক থোংলগা নুংতিগী পীজবগী ৱারীসু লৈ হায় চুম্রা?" অমনা অমুক

— "ইনম্মা নংবু য়ুমসিদা হান্না অনীরক লাকখ্রে হায় চুম্রা? ঐখোয় ইবেথোইনা হায়রিবা ইনম্মনা চাক-য়েঙ্খাং থোংবসিদি য়াম্না হাউই হায়দা! লৈকোয়গী চাক-চান্নবগী নেক্কে হায়জরক্কনি!" ময়ামগী_মতৌদুদা ইবেমপীশক্কী পুক্নিং-ৰাখল হান্নগী ময়ুম থাদোক্লম্বগী নুংঙাইতবা কয়াদু লোইনা ওনখিবগুম তৌরক্লে। কয়াদা থুনা পুক্নিং ওল্লক্লিবা। পুন্নমকসি নুংশিবা লৈবা মফম ওইবনসু অমুক হেল্লিবনি।

ময়ুম ওইরবনিনা থোইনবুদি কোইরুদ্রে। ময়াম চাক থোঙবা লোইদুনা চানবা তৌরসি হায়নরক্লে। ইবেমপীশক্তি ময়াম চাক চানবদা য়াওদনা মঙলেমজাওনা চাক চাবা তোকপা ঙাইদুনা লৈরে। মঙলেমজাওদি ময়াম চান্নবদুদা ঙাইহাক চাবা য়াওরম্লগা মখুৎ হাম্লগা থুনা অদুম থোকখ্রে। ইবেমপীশক মঙলেমজাওনা চাবম্বা পুখমদুদা চংশিল্লগা চাক চাবা হৌরে। চাবা লোইরবদা মকুবোক্না চারম্বগী লুখাক-চগুমসু মানা ঙাইরগা শেংজরে। অসুন্না ইবেমপীশক মকোক খুম্লগা কোল-লিক ৰাইরম শিৎ-নাম্না শেংবা লোইজরে। হৌজিক্তি ইমুংদু ইচিক-চিকপগুম তৌরক্লে। তোমাল তপ্পা বা ঙাংবা হৌরকই

— "ইপাগী ইবেম্মা! অশোমদা কমদৌনা ঙাংনহৌই, কবোক য়ামদে, চানবা ফজদে হায়নহৌব্রা?" ইবেমপীশক খরা কোইরপ্পা খুমই

— "থোইদোকপা তারক্তে পাবুং!"

— "করিগীনোনে ইচানা অদুক কোইনা খল্লুরিববো, নয়ুমদা লাক্লগা? কোইরুনু ইচাসিদি। সিদগীদি ইপা-ইচা ঐখোয় অহুম তান্নরগা য়ুম ফজনা পানবা ঙম্নবা কন্না হোৎনরগদবনি। মীগী মীৰাকাদি তারুনুকো!"

তোমাল ঙসিদি ৰাখল মকা-লাম্না মঙলেমজাওগী লৈখিদ্রবী মমা নুংশিরেদো নীংশিংলকপগুম তৌই। মতম অমগী মাগী লুহোংবগী অহীংগী ৰাখল খল্লম্লগা তোমাল ফমুংদা তুম্বা চংখ্রে। মঙলেমজাও লমহেনবা মমান্নবা অমনা মতৌ য়েংনীংদুনা নমদুনা সেকমাইগী মশা নানবীদু খরা ইনবীরুরমাক্লে। বীমোলনা মাবু থিনজিল্লকপা মতমদা মশাদু হাইরি-হাইরি তৌরগা চংলক্লে। ইবেমপীশক ফমুংদা মখোঙ অনী থাঙ্গত্তুনা খোঙগ্রাই চল্লগা ফমদুনা লৈ। ইবমপীশক মঙলেমজাওনা তৌরক্লিবা মতৌদু উরগা শাওনীংবা পোকই। মখোল থোরকই,

— "করিনো তামোনা তৌরক্লিবদুবো?"

— "ইমান্নবশিংনা নমদুনা ইনবীরকপনি।"

— "তামোনা য়াদ্রগবু নমান্নবনা নমদুনা ইনবা য়াগদ্রা? য়ু ঙাওবা মীগা তুম্মিন্নবা ঙমজরোই, কদাইদনো অমা তুমবীয়ু!" অসি হায়রল্লগা য়াম্না শাওনা ফৈজুপ্পা মমায় খুমজিল্লগা ইবেমপীশক কাংখল য়েপশিল্লগা তুমখ্রে।

মঙলেমজাও ইবেমপীশকপু কৌই। অদুবু খুম্বীরক্ত্রে। ফরে অদুদি ঐ চৎলে, হায়রল্লগা মী ফন্নবা কাদা থারিবা ইবেমপীশক্কী উল্লকপা দব্বল সিংকী সোফা মথক্তুদা হাওফি অমনা মমায় খুল্লগা তুমখ্রে।

ইবেমপীশক তুম্বা য়াদ্রমাল্লে। অসুম ঙাই, অসুম ঙাই অদুবু ঘড়ীগী পুংশিংনা পুং খুদিংগী কাং-কাং য়ৈ-য়ৈদুনা পুখিবনা অহীংদুসু পুং ১২ হেনখ্রে। হন্দকমুক্তি ঘড়ীগী কাংশিদু মখোল অমুক্তমক য়ৈরগা তোকখ্রে। ও! পুং অমা তারমাল্লে। ঐনা তৌরিবসিবু লাল্লবরা? লুহোংবগী অহীংসিদা অসুক চাউবা দন্দি অমা মাগী মফমদা! মানা ঐবু পুম্নিগী ওইনা ন্বারৌখ্রবদি কমদৌবা? নুংশা থিজরক্লে নুপী ওইবীগী থম্মোইনা। করিগুম্বা অরুম্বা থবক অমা লাক্তুনা হয়েংমক কোলকটাদা চত্তবা য়াদ্রে হায়না য়ুমশি থাদোক্লগা চৎখিবা থোক্লবদি ঐ শোয়দনা কপকনি। তপ্পা হৌগৎলগা মপুরোইবা থিজরকই। মী ফন্নবা কাদা থারিবা সোফা মথক্তুদা নীংঙাইদনা শ্বর শাংনা-শাংনা হোল্লগা তুমদুনা লৈরম্লে। ইবেমপীশক ঐশি তশেংনা ঙাওরুরমাল্লে খঞ্জদুনা মঙলেমজাওগী মশা নোম্লগা তামো, তামো হায়না হৌদোকলুরে। মঙলেমজাও মিকপ থোরক্লে।

— "য়েংউ! ঘড়ীদা পুং অমা হেনখ্রে, ফমুংদা চংলসি!"

মঙলেমজাও হাওফিদুনা অমুক মকোক খুমজিনখ্রে। ইবেমপীশক্না হন্দকমুক্তি মঙলেমজাওগী মখুত্তু পায়রগা সোফাদগী চিংথবদা মঙলেমজাও মখাদা পদ্রাক লাউনা তারে। মখোলদু খরা হৌনা মঙলেমজাওনা "অয়ো" হায়বদু তোমালনা মিকপ থোক্লকপগা মপা চানরুদুনা তারুরমাল্লে। আ... হ...ম হায়না খৌদেল্লকই। অদুদগীদি মখোয় অনী তুমিন্না নীংঙাই তৌনদনা ফমুংদা কাখৎলগা তুমখ্রে। ঙাইহাক লৈরগদি লোদ সেদিংগী বল্বতুসু অদুম মুৎখিদুনা নোংঙানবা ফাওবা মৈ ঙাল্লকখিদ্রে।

নোং ঙাল্লে। ইবেমপীশক ঙন্তা হৌগৎলগা মচিন-ময়া শেংবা লোইদুনা ৱাই-রম তৈথোক্লে। ঈরুজবা লোইশিল্লি, অরুবা ফি-রোল শেত্তুনা ধুপ-থাওমৈ থাদোকই, চা লোল্লুরগা পুথোরকই। হান্নগীদি পাবুং হৌজিক্কীদি ইকুবোক তোমাল মাঙ্গোলদা মোরাদা ফমদুনা চা ঙাইরিঙৈদা ঈবেমপীশক পাবুং চা লৈজরে হায়দুনা চা কপ অমা তোমালদা পী।

— "ইবেম্মা! ঙসিদি ইচানা চাক থোংলো! ইপা ঙা মচা অমত্তা লৈরুগে?"

— "পাবুং য়েঙ্খ্‌াংদি ময়াম অমা লৈরিয়ে!"

— "লৈজসনু! ইমৌসিদি অহানবা থোংবদবু ঙা থোংউ! ঙা চাশি ইপা ঙা লৈরুখিগে" হায়রম্লগা থোকখ্রে।

ইবেমবীশক মঙলেমজাওগী মনাক্তা চংশিল্লগা

— "ঐ অহানবা ওইবগী ঙাকপীরবনি। মতুংদা য়ু থক্লবা, ঐদি হয়েং মঙানি চাক্কৌবা চৎপদগী অমুক হল্লক্লরোইদবনি।"

— "নুংশিদ্রগবু সোফাদা নুংঙাইনা তুমজরকান্দা করিগী তুম্বা থুগাইবীররিবা?

— "চো! অসিবু ৱানেনা ইকাইজদমাল্লে! ঐঙোন্দা শোকচরক্কনু! চাক থোংগদৌরিবনি, পাবুংনা ঙা লৈবা চৎখ্রবনি। ঙরাং সোফাদগী তাবদো, মখোল হৌমনবদগী পাবুং তাদুনা খৌদেম্লকপদো ইকায়বা খরা খঙনসি!

মংলেমজাও ফৈজুপ মনুংদগী মখুৎ তিংথোক্লুনা চা-গ্লাসতা খংলাম লামই। ঐনা শেৎলিবা ফিসে অশেংবা ঙাক্তনি, তৌরক্কনুবা?" ইবেমপীশক লৈথোকখি।

"করিগীনো হৌজিক্কানগী অহীংসিনা অসুক য়াম্না তেনশিল্লক্লিবা? নুংথিলসিসু অসুম শ্যাংবা হেনগৎলক্লদৌনি। তুম্নশিৎ ফাদবগী অৱাবসিসু ৱাবজাৎনি। করিগীনো প্রকৃতিসিনা শাবী-শানৌশিংগী অনীংবা অপাম্বদা হেক-হেক অয়েৎপা পীবীরিবসিনা!"

লুহোংবা লোইখ্রবনিনা চাক্কৌবা অমুক লাক্লে। চাক্কৌবগী বার্তোনসু তৌবা লোইরে। হয়েংদি চাক্কৌবা নুমিৎনি। ইবেমপীশক ময়ুমদা চৎনিংবনা খোরো-খোরো খোৎলে। মাগী সনা-লুপা, শেৎনা-চানবা তোঙাম্না হাঙলগা শীজিন্নবা উপুদুগী মনুঙদা সনা হাপ্পবা বোক্সতুদা ইরাই-লাইনা শো লোন্দনা থম্বা উই।

মঙলেমজাও ইবেমপীশকপু লক্লগে, অদুগী মথক্তা মপোৎ চেকশিন্নবা পারা অমা তম্বীগে খনবদগী ইবেমপীশক্লা চাকশঙদা চাক থোংলিঙেদা মাগী সনা য়াওবা বোক্সতু লৌথোক্লগা লোৎশিল্লে। চাক-ঈশিং চাবা-থকপা লোইদুনা ঙাইহাক পোৎথানরিঙেদা মঙলেমজাওনা ইবেমপীশক্তা

— "নংগী খুদোপ ঐনা নহানমুক ডাক্তরখানাদা লৈরিঙেদা পীখিবদো হয়েং চাক্কৌবা চৎপদা ঐ শিগে অমুক্তা পুথোরকউ!"

ইবেমপীশক খুদোপ লৌরুগে চংখি। উপু হাংদুনা য়েংলুবদা সনা হাপ্পা বোক্সতু লৈরমদ্রে। কদায়দা থম্লুরবনো, ঐবু মফম কাউরবজাৎলা হায়না কোয়থি থিবদা ফংদ্রে। নুংশা থীরক্রে। মঙলেমজাওদা হংগদবসু নৌরিঙেসিদা মখোয় অনীগী মরীদা অকায়বা লাক্কদ্রা খল্লুদুনা মানা য়ুমসিদা লাকপগা বদনাম পীররে হায়বীগদ্রা কিজরে। মাগী কাদুদসু মীদি অমত্তা চংলক্তে। অঙাং নুপীমচা ইবেথোইদনি খরা-খরা চংলক্লিবা। মানসু অদুক চাউবা থবক্তি তৌরমগনি নীংদে। ৱাফমসি মঙলেমজাওদা হায়রুবদা ৱাখল অনী লোংখিদৌরি। অমনা ইমুংগী মীদা চিংনবগী অনীশুবদা ইবেমপীশক্লা থৈদোকখিবগী। মা তৌফম খংজদ্রে। কপ্পুনা মপুরোইবগী মনাক্তা চংবা ঙমদনা লৈরে। পুন্নমকসিগী মথক্তা হয়েংদি মাগী চাক্কৌবনি, মাদি করি শিরগা চংকদৌরি? ইবেমপীশক্লা থোরক্লনা উংদুনা লৈবগী মরম খঙলদুনা মঙলেমজাওনা ওইনা ইবেমপীশক্কী মনাক্তা লাক্লে।

— "করি তৌরে কপ্লিবদে?"

— "তামো! ঐ অকাউবা হায়বা পোৎশক্তু চুরে। ঐ পোৎ চেকশিন্দবগী, য়ুম-পানবা হৈত্তবগী অহানবা দষাদু নংলে। ঐ তামোদা করি পাউখুম পীগদবনো খঙদ্রে। ঐগী সনা, লিক-কোন হাপ্পা বোক্স মফম খঙদনা মাংখ্রে।"

— "হা! করম্না? নংনা কদাইদা অদুক কোম্না থম্লুরিবা? লুহোংবগী মী চংথোক-চংশিন ময়াম অমা তৌরিবা মফমসিদা? অদুদি হয়েংগী চাক্কৌবা চৎপসিদি নং কনাদগী সনা ৱায়রগা শিরগা চৎকনি?"

— "সনা শিদনা চৎপপুদি ঐ করিসু ইকাইজদে লুরিবদি মাইকৈ খুদিংগী নুপা ময়ুমগী মীনা মৌ তৌঙম্বী, নুপী ময়ুমগী মীনা পোৎ চেকশিন্দবী। ঐদি ঐ ইশাসে ফন শিংব্রা, কুপচব্রা হায়না খঞ্জবনি। অদুবু ঙসিদি ঐমুক পংবা, ঐমুক চেকশিন্দবা নুপী লৈরম্লোই হায়বসে ইশা ইতোমতা খংজরে। মসিনা তাকপদি ঐ য়ুম পানবা হৈগদবা মাদ্রে। অদু, তামো! পাবুংদা ৱাফমসি তম্বদি ঐ ইকাইজে।"

— "বাবাসু তাদবা য়ারোই, শোয়দনা তারক্কনি। অদু ঐ ৱা অমা হংগে। নং মাইবী পাঞ্জি থাজব্রা? মাইবী শেল হুল্লগা য়েংশিরা?"

— "মাইবীনা ইমুংগী মীনা লৌই হায়রক্লো ঐনা তামোদা নৎত্রগা পাবুংদা লৌব্রা হংবা ঙমগদ্রা? অমরোমদা অমুক নুপী মশানা থৈদোকখ্রে হায়রক্লো তামোনা ঐবু চিংনবোইদ্রা? মদুগী কান্নবা লৈরোই, মাইবীগী, পাঞ্জিগী পাউদা ঐখোয় নুংশিনরোই, থাজনবোই মখোয়গী ৱা ঐ থাজদে। ঐনা তামোগী মফমদা লাক্লে, ঐনা লানবা ঙাক্তনি, পাবুংগী মফমদসু ঐগী অশোযবসে ঙাকপীয়ু হায়জবা নত্তনা ৱাফমসি নাকোং অনী শুহঞ্জনীংদে। মীনা লাকপদা ঙাইরিঙেনা মপোৎ মাঙঙে হায় হায়না নোক্লখিগদবা ৱাফন্নি।

— "ফবে, অদুদি ঐসু ঐনা অঙাং ওইরিঙেদা ঐখোয়গী ইবুবোক্লা তম্বীরম্বা "থাউ-য়েংবা" হায়বদুগী মন্ত্র খরদি খঙই। ঐ অমুক্তং য়েংগে। মী কনাসু য়াওগদবা নত্তে, ঐখোয় অনীখক্তা তৌগদবনি। মিংশেল খরা পাকপা অমা পুথোরকউ! মিংশেলদুদা নংনা য়েংগদবনি। নংগী মাংখিবা পোৎ লৌবা মীদু মিংশেলদুদা শোয়দনা উগদবনি।"

ইবেমপীশক মঙলেমজাওগী ৱাদুবু য়াম্না থাজদুনা মিংশেল খরা পাকপা অমা পুথোরকই।

লাই খুরুমগদবা মফমদু ৱাই নীংথিনা তৈথোকহল্লে। মোমবর্তি অমা থাল-হল্লে। ধুপকাসু থাহল্লে। মঙলেমজাও লোন্না মাগী এলবুমদগী মশাগী ফোটো অমা লৌথোক্লগা ইবেমপীশক উহন্দনা পায়রি।

— "নতুং ওহ্লোকউ! নংগী পুক্লিংদা নংনা খ্বাইদগী নুংশিজবা ইমা, ইপা, ইবুং, নংগী নকুবোক, নপুরোইবা ময়ামদুগী মরক্তা অমখক পুকচেল শেংনা নমিত্তা উনবা হোৎনৌ! হোৎনরব্রা?"

— "হোৎনরে।"

— "কনা উই?"

ইবেমপীশক অতৈ পুন্নমক খল্লুরগা হঞ্জিল্লকপদা খ্বাইদগী নুংশিবা মী অমা খনবা তাবনা মা মপুরোইবা মঙলেমজাও খঙ্গরে। "উরে অদো হায়দোকপবু ইকাইজৈ!"

— "করিগী ইকাইরিবা? লাইগী থবক্লি, ঐঙোন্দদি ইকাইবা য়াদে, হায়রো কনা উই?"

— "তামোবু উরে।"

— "য়ারে, য়ারে, নংগী নবুক্তা ৱাখল অনী লোংদ্রেকো?"

— "লোংজদ্রে।"

— "ঐ মন্ত্র শোল্লগে মুন্না তারোকো! ওঁ ক্লিং, ওঁ ক্লিং শোহা!" অহন্লক হায়রন্নগা মখোল থোক্তনা তুমিন্না মচিন্দা মুরুম-মুরুম শোল্লগা মিংশেলদা মাগী ফোটোদু নপশিল্লগা উপশিল্লগা থম্মী।

তপ্না ইবেমপীশক্তা মিংশেলদু হাংদোক্লগা মতোমতা য়েংজৌ মাদি য়াওবা য়াদে হায়রন্নগা ফুক থৌগৎলগা থোকখি।

ইবেমপীশক মঙলেমজাওনা হায়খিবা খুদিংমক য়াম্না থাজজদুনা লোইনমক তৌজে। মাগী সনা লৌখিবা মীশক্তো কবিগুম্বা মিংশেনসিদা উবা থোক্লবদি মীদুবু ফাবা য়াগদ্রা? মীদুনা লৌদে হাযরগনা মিংশেলগী মমিদু মাংখ্রবদি করিনা প্রমান পীগনি? নুংশা থবেৎ-থবেৎ হোন্দুনা য়াম্না থাজনা মিংশেলদু মথক-মখা ওষ্থোক্লগা য়েংলুবদা মঙলেমজাওগী ফোটো অমা মিংশেলদুদা নপ্তুনা নোক্লগা মাবু য়েংদুনা লৈরম্লে। মঙলেমজাও অমুক চংলক্লগা

— "উরব্রা কমদৌরে?"

ইবেমপীশক নুংঙাইবগুম, শাওনীংবগুম, পেনবগুম তৌফম খঙদদুনা কপথোরক্লে।

— "নংনা অদুক চাউবা থোক অমা তৌরগা ঐবু ৱাহল্লিবা! পীরকও' সনাদো কদাইদা থল্লিবনো?" হায়রগা মঙলেমজাওগী মনঙ্গন্দা মখুৎনা পোপ-পোপ লাউনা থারগা হৌনা-হৌনা লাওবদুদা মকুবোক তোমালনা তাখ্রমাল্লে।

— "করি অমুক তৌরবগে খৎনরিবদুনা? লাকপদা ঙাইরিঙৈদা ইমৌগী করি পোৎ লৌথোকপীরে? তৌনু, তৌনু! ইবেম্মা! ইপা অৱাং থংবগী লুহোংফমদা ঙাইহাক চৎলুখিগে নীংথিনা লৈরম্মু!"

অনীদো ইকাইজদুনা মখোল থোক্লখিদ্রে।

— "খঙলব্রা ? মসিনা অহানবা পারানি। নংনা খঙদবা নংনদি নংনা মশিংলে খঞ্জরম্বা, নংনা খ্বাইদগী পঙলম্বা মতাংসু লৈবনি। অদু ঙসিদগীদি উপু শো লোনবা, নপোৎ চেকশিনবা কাউররোইদনা ? মী হায়বসে মঙোন্দা দযা অমা তাদ্রিমখৈদি মীগীদা থোকপদদি পাউতাক পীবা হৈরগা মশাগীদদি হেক-হেক পংবনি। নংসু নংগী কাদা ঙসাই কপখিবদুনি !"

ইবেমপীশক থব্রায় ব্রাদুনা ব্রাখল জাৎ-জাৎ খল্লুরবসু মপোৎ চেকশিন্নবা পারা অমদি মঙলেমজাওনা মঙোন্দা দ্রামাগুম্না তম্বীদুনা উৎখিবদুনা পুক্লিংদা পুন্সিগী কাউগদবা মান্দবা অনৌবা পারা অমদি ফারে। মপুরোইববু ব্রাখল-লৌশিং অনৌবা তাকপীবগীদমক পুক্লিংদা থাগৎচৈ।

মঙলেমজাওসু ইবেমপীশক্কী সনা-লুপা লোইনা মাংখিবা মতমদা কনাবুসু চিংনদনা মা মশাগী অপঙবনি, মীনা তাখ্রগা ইকাইজৈ হায়খিবদুনা মাগী নুপীসি পুকচেলদি ফজৈ খঞ্জখি। অদুগা ব্রাফম অমনা মানা ঙসাই ইবেমপীশক্তা কনাগুম্বা মানা খ্বাইদগী নুংশিবা মীশক অমগী শক্তম লাকশিল্লগা পুক্লিংদা উনবা হোৎনৌ হায়খিবদা ইবেমপীশক্কী পুক্লিংদা অমকপা অমত্তা য়াওদনা মঙলেমজাওবু উরে হায়জখিবদুসু নৌনা ময়ুম পাল্লক্লবী মচা য়াওজদ্রিবী নুপী অমগী তৌফম থোকপা মরুওইবা ব্রাখল ওইগদবনি হায়বসি মঙলেমজাওনা খল্লি।

মখোয় অনীগী পুক্লিংদা নুপী-নুপা নৌনা য়ুম পানমিন্নবদা মোৎ খেন্নদবা, পুকচেল মান্নবা ব্রাখল ঙাক্তা ওইনা তৌবসিনা তুংগী লম্বীদা অচুম্বা ফংবগী তাঞ্জা লাক্কদবা মানবগুম তৌরি। মসিনি চান্নবা পুন্সি অমা হায়বদো!

অসুন্না সনা মাংলুরে খল্লুবগী অব্রাবা মরক্তুদা অমুক লৈরম্বগী নুংঙাইবগী মথুম-মরাং হৌজরে। ব্রাখল লৈতানা নুমিদাংদু হান্নদগী হেন্না মপুরোইবা অমদি মকুবোক্কী সেবা থব্রায় য়াওনা তৌজে। অহীং থেংলক্লবা মতমদা মপুরোইবগী লাইবক্তা নুংশিনা হঞ্জিল-হঞ্জিল নানজখি। মাগী অপঙবা মতৌবু শিংনবা লম্বী থিরগা তাকপীবদুগী নুংশি লমন শিংলিবা হায়বদু ওইরমাল্লে। নোংঙাল্লে, ইবেমপীশক ঙন্তা ইরুজবা লোইরগা ইমুংগী থবক অমা-অমা শৎ-শৎ লোইশিল্লি। মতমদি হেক্তা হৌজিনখি। চাক্কৌবা চৎনবা গাড়ী ময়াম য়ৌরক্লে। ইবেমপীশক ফিজেৎ-লৈতেং লোইদুনা সনা-লুপা শিদুনা মীয়াম মরক্তা মাগী মঙানি চাক্কৌবা চৎখ্রে।

থৌবাল হাওখাদা মাগা তিন্নরম্বী মমান্নবীশিং, লৈকাইগী মবুংশিং, মরী-মতা, মাগা স্কুল পুন্না ওজা ওইমিন্নরিবা কাঙবু, মঙলেমজাওগী মরুপ-মপাং অয়াম্বা য়াওদুনা চাক্কৌবগী চাক-চাবা লোইরে। মঙলেমজাওদি অহল-লমন খুরম্বা লোইরগা অদুম চৎখ্রে। গড়ী অচৌবদা লাকপা কাঙবুসু হন্নখ্রে। শুপ্নগী ইবেমপীশক্কা মখোয়রোমগী মৌ অম' নিগা লৈহৌই। তোম্বীনৌসু ইবেমপীশক্কী মনাক্তা ফম্মী, ইবেমপীশক্কী মচে বলাসু য়াওই।

ইবেমপীশক নহাল মঙলেমজাওনা সনা হাপ্নবা বোক্স লৌথোক্লগা সনা লোৎশিনবগী নুংঙাইরবা ৱারীদু মখোয় ময়ামদা লীদুনা তাহল্লি। ৱারী তারিবা ময়ামদুনা ...অদুগী মখাদি, ...অদুগী মখাদি হায়না য়াম্না তানীংনা ঙাই-ঙাইদুনা ৱারীদু তানখি। ৱারীদু তারুবদা তোম্বীনৌ হয়েং ধীরেনগা মাগা লুহোংবদসু অদুগুম্বা থৌদোক্তু মঙোন্দা থোক্লবদি কমদৌবা তাবা হায়না পুক্নীংদা শাগৎচখি। তশেংনমকশু থৌদোক্তুনা ইবেমপীশক্কী মফমদা অচৌবা পারা অমদি ওইখ্রবনি।

অসুম্না ঙাইহাক লাংলম্লবদগী থেংজিল্লক্লে হায়দুনা ইবেমপীশক মতারোইশিং, মচে, মমানচিংবা পুম্নমকপু নুংশিনা বীদাই পীরম্লগা অনৌবা ময়ুম লমদমদা হন্নবা গাড়ীদা কাখৎখ্রে। মা ঙসিদি পিরাংমক্তি তাখিদ্রে। কাউবা ঙম্নবা কন্না হোৎনখ্রমাল্লে। মানা চৎখ্রগা শ্বর শাংনা হোলহৌরিবদি অপোকপী মমা মতোমতা ঙাইহৌরে।

ইবেমপীশক হনখ্রবা তুংদা তোম্বীনৌসু তপ্না-তপ্না অমুক থোঙ্গাল্লোমদা থোকখিবা উই। লৈরক মচিন্দা ধীরেন্না তোম্বীনৌবু লোম্না ঙাইদুনা লৈরম্বদুদা তোম্বীনৌদু ইকাইবগুম-করিগুম মমাই পুবা ঙমজদে। ধীরেন

—"মচন নুপী চৎখ্রবনিনা মনম্মদি কৈদৌঙৈ অমুক লাক্তোইবা? সিদগীদি তোয়না লাকপীদৌসু মাদ্রে, ৱা হৌদোকপীনবসু চৎখ্রবনিনা?"

— "ঙাইববু কল্লবদি নোংমদি শোয়দনা লাক্কদৌবা লৈরসিবু! ঙাইঙমদবা অমুক তৌরকঅনু ইবুংঙো!"

— "অদু, নংনা হায়বা কোইদু কোক্তসু য়ারদৌবা নৎত্রো?"

— "হোয়নে-হোয়নে" হায়রম্লগা তোম্বীনৌসু অদুম চৎখ্রে।

ইবেমপীশক লুহোংবগী লৌবা ছুটি মতম লোইদুনা স্কুল কাবা হৌরে। মাবু লুনা তৌবীবা মকুবোক অমদি মপুরোইবগী সেবা তৌদুনা ঙসি ফাওবদি ইংনা-চিক্না লৈমিন্নরি।

নোংমা মণ্ডলেমজাও কোলকটাদগী মানা শান্নরম্বা মোহনবগান ক্লবকী রুল-রেগুলেসনগী মতুংইন্না মানা শান্নবা ঙমদ্রগসু অখন্নবা শান্নবশিংদা পীবা খুদোংচাবা তুংগী পুন্সিদা হিংজনবা শিনফম পীবগী মতাংদা চিঠি অমা লাকই। মদুদি মহাক ট্রান্সপোর্ট কমপনি অমদা থবক তৌবা য়ারগনি। ট্রান্সপোর্ট কম্পনি অদুগী ইন্সপেক্টরগী ফম্নি। তলব থাদা লুপা লিশিং ১৫ রোমনি। লৈবদি কোলকটাদা লৈগদবনি হায়রি। মখোয় কুপ্না খন্নবদা য়ুমদি থাদোকপা তারি। পৈশা পায়রগা য়ুমদা লৈবা ফংদবা, য়ুমদা লৈরগনা পৈশাগী অৱাবা। ইবেমপীশক্কী থবক তোক্লগা মখোয় অনী পুন্না চৎখ্রবসু য়ুমদা নুংশিরবা অহন্দুনা কমদৌবা? য়াম্না লুবা মতাং ওইবনা ইরাই-লাইনা ফলতাবা ঙম্নদে।

শোমদা ইবেমপীশক্কী থবক মফমদু খরা নকশিল্লক্লবা হায়নবদা চহী ফাদ্রিঙৈদদি প্রোবেসন মনুংনিনা য়াখিরোই হায়রি। মরকসিদা নোংমা ইবেমপীশক মশা কয়া নুংঙাইতে, চানীং থক্লিংবা পোক্তে, নুপীশিংগী কুম-থা লেপ্পা হায়নবদু ওইরমাল্লে। ডাক্তর বীলাসিনি গাইনিগীদা মণ্ডলেমজাওনা স্কুটরদা হাপ্লগা লম্ফেল তানা ডাক্তরগী ক্বাটরদা লাকই। কদোমদগীনো ঙসিদি ইখঙ-খঙহৌদনা মাইকৈ অনীদগী—শাবীত্রি, মাগী মপুরোইবা নবকিশ্বর, ইবেমবীশক অমদি মণ্ডলেমজাও পুন্না মীওই মরি ডাক্তর বীলাসিনিগী থোঙ্গালদা থেংনররে।

ইক-অকতা কৌনবা হেক হঙ্গোইবগুম, ইকাইবগুম, অমসু-অমসু নোকমি-নোকমিদি তৌরগা মচিন কাংথোক্লরকপা ঙাইনৈ। মরিদুগী মরক্তা নুপা অমদি হান্না খঙনখিবা নত্তবনা তিঙক-মাইঙক্লদুনা লৈবগুম তৌই। শাবীত্রিদি হান্নদগী মচিনদি খরা য়াংজবনি। মানা হান্না ইবেমপীশক্তা ওনশিল্লগা

— "ইবেমপীশক! কদোমদগীনো য়াম্না থাজদনা?" মণ্ডলেমজাওদা অমুক ওনশিল্লগা

— "তামো! নুংঙাইবীরিকো?"

— "নুংঙাইরি! অদু নংদি কমদৌরি? নুংঙাইরিবা নৎত্রো?

— "নুংঙাইজরি তামো!"

শাবীত্রিনা মাগী নুপা নবকিশ্বরবু মণ্ডলেমজাওদা মশক তাকই।

— "হল্লো! ঐগী মিং মণ্ডলেমজাও কৌই।"

— "ও! ঐগী মিং নবকিশ্বর কৌজে।"

নুপা অনীদু শক খঙনরবা তুংদা মাগী-মাগী শিনফমগী মরমদা হংনদুনা, খবরগী পাউ, রাজনিতিগী ৱারী চৎথনখ্রে। শোমদা নুপী মশেলনিনা মখোয়না য়েংবা লাক্লিবা থবক্তুগী মতাংদা ৱারী শানৈ।

— "ইবেমপীশক! নংনা নোংমা ঐগা নম্বোলদা থেংনখিবদা হায়রম্বা ৱাহৈশিংদুনা ঐ নুমিৎ কয়ানি য়াম্না নুংঙাইতনা তামো মণ্ডলেমজাওগী মরমদা খন্দুনা লৈখি। অদুবু ঙসিদি ঐ নখোয় অনী পুন্না লাকমিন্নবা উবদা য়াম্না নুংঙাইরে। অদু তামো মণ্ডলেমজাওগী খোঙ তেকখিবদু হৌজিক্তি করিসু তৌদবগুম উরেকো! ঐদি মীনা মতমদুদা ঙাংনবা তাখিবদুগা হায়রুরগদি অসুন্না তৌরক্কনি নীংলুদ্রবনি। পুন্নমক নংগী লাইনীংদগী ঈশ্বরনা চানবীবা ওইরমগনি।"

— "অদু ডাক্তরদা চেক-অপকী লাকপা নৎত্রো?" ইবেমপীশক্না মখা শমথরকই।

— "মানি। ঐদি ডাউ য়াদবা অমা তৌরে, হান্নসু অনীরক থা অহুম শুরকপগা হেক্তা কায়বা। ডাক্তরনা অমুক্তা কায়রবদি মখাদি অঙাং ফংগদবা মান্দ্রে হায়রবনি। অদু হন্দক অমুক ওইখ্রবরা চিংনদুনা চেকশিন্নবা ৱা খরা তান্নগে লাক্লিবনি। অদু নংগীদি করি স্টেজনো?"

— "ঐগীদি অহানবনি, ঙসিদা ডাক্তর উনবা লাকপনি।"

— "অদুদি হয়েং দেলিভরিদা পুন্না অমুক হোসপিটালদা থেংনবসু কন্নানা খঙবা ঙম্বা? ঐখোয় অনীগী হোসপিটালগী পুল্লিদুসু নুংঙাইবনিকো? তামো মণ্ডলেমজাওসু য়াম্নদি ৱাজখিবনিকো! স্টৌপ শেম্বীখিবদো! মতমদো অমুক লাক্লরোইকো!" অসি হায়রগা পুন্না নোকমিন্নৈ। ৱারী শারম্বদগী ডাক্তরনা অনাবা য়েংবা হৌখিবদগী মখোয় গেট মনুংদা চংলকই। শাবীত্রিগী পালি য়ৌরক্তুনা ডাক্তর উনবা চংখ্রে। ইবেমপীশক্না মণ্ডলেমজাওগা ৱারী শানদুনা লৈহৌই।

— "শাবীত্রিদু দাউ য়াদ্রে হায়রম্মী। মাগী অঙাং ওইরগা অনীরক কায়খ্রে হায়। হন্দক্কী সিমগা কায়রগদি মাগী তুংদা মচা উবগী আশা লোইরে হায়না তম্মী।"

— "অদুদি মাদি য়াম্না হেন্না চেকশিনবা অমা চংই। নংগীসু চপ মান্নে, সিদগীদি নংগী থবক ফরিবনি হায়দুনা থৌনা পংফা ফবীরুরনু। ডারিনেনা ঐখোয় বাবানা ঝাংহনসি হায়বদগী খরগা ঝাংলে। হয়েং ঈশিং বালটিন্দুগা তুশিল্লবদি ঐদি মাংজরেদো।"

— "মী তানি তুমিন্না ঙাংউ।"

শাবীত্রি মশা য়েংবা লোইদুনা থোরক্লে। মাইথোং মকা লামদবগুম উই। ইবেমপীশক অমুক চংখ্রে। শাবীত্রিনা

— "তামো! অদুদি ঐখোয় খরা হাঞ্জরম্মগে?"

— "য়াম ফনি।"

নবকিশ্বরদি মঙলেমজাও কনানো হায়বা হান্নদি খঙদে। মমাংদা থোকখিবা ঝারীসু মাদি থোইনা খঙদে। শাবীত্রিনা নবকিশ্বরগী গাড়ী মনীংদা কাখৎলগা মঙলেমজাওবু য়েংলগা নোক্রম্মী। মঙলেমজাওসু মথৌ লৈতনা য়েংলুবদগী শাবীত্রিনা নোকখিবদু খল্লুরগা মতম অমগী অহীংদুগী ঝারীদু হাইফেৎ নীংশিংলকপগুম তৌই। ইবেমপীশকসু মশা য়েংবা লোইদুনা থোরক্লে। নুমিৎ কুন্নীরোম শুরে, হিদাক খরা ইরগা মদু চাং নাইনা চারগা থা অনীগী মতুংদা অমুক লাকউ হায়রকই হায়না মপুরোইবদা তম্মী।

ডাক্তরদা চৎলুবা হল্লকপদা বজারদগী য়েঙ্খাং-নাপী খরসু লৈরক্নুনা ইবেমপীশক্না চাক অমুক থোঙনবা হোৎনরি। মপাসু মচা-মমৌ অনীনা চৎলুরিবা থবক্তু মানা ওইরমগদবা মানবা অমা লৈদুনা মচা-মমৌদা হংবা ঙমদ্রগসু থম্মোইদদি নোকচৈ, মশু উরগনি খল্লুবদা ওইরমাল্লে।

চাবা-থকপা লোইরগা নুংথিলদু ছুটিগা ওইবদুদা মঙলেমজাও, ইবেমপীশক অমদি মপা অহল তোমাল পুন্না ঝারী শানৈ। মোহন বগান ক্লবনা পীরক্লিবা থবকসি তৌবনা ফগদ্রা করম তৌশিগে হায়না মপাদা হংজে।

— "ইপাদি কয়া পামদে, অদুবু নখোয় অনীনা করি খল্লিবা?"

মণ্ডলেমজাওগী মবুক্তা খল্লি, হৌজিক্কী মতমসিদা মণিপুরদা থবক অমা ফংবা হায়বসি পৈশা চাউনা পীদ্রগদি ফংবা ব্বানরবা মতম্নি। ইবেমপীশক মতোমতনা তাল্লগা চাবা হায়বদুসু কোন্নরক্তবা য়াই। অদুগী মথক্তা মীরক-তিন্দবা নোংম-নোংমগী থবক লৈতবদগী ব্বারেম ঙাংদুনা, জ্বার শান্নদুনা মতম লেনবা হৌরক্লবদি মদুনা হৈনবী অসুম ওইরক্তুনা মশা মতোমতা মাংবা নত্তনা সমাজসিবু মোৎহনবদা শরুক য়ারকপা মীওই ওইরক্কনি হায়বসি থাজে। মা থবকসি তৌরগে, তুংগীনা থোক্ল-থোক্লবা লাকপা খুদিংমক মায়োক-য়ানবা হোৎনগে হায়না লেপ্লে।

মাগী পুক্লিংগী অপাম্বদু ইবেমপীশক অমদি মপাবুংদসু ফোংদোক্লে।

— "তামোনা ফগনি হায়বদো ঐগীদি থোইদোকপা কায়দে, মী কয়াসু সিফাই খন্দুনা লান ফাওবা যাওরি। তামোগীদি মদুগুম্বা থবকমকসু নত্তে, য়াম্না লেম্না, নুংঙাইনা তৌরুগদবনি। মরক-মবক্তা ছুটি লৌরগা য়ুমদা মতম খরা লৈবা; ঐসু য়ারগদি ছুটি লৌরগা তামোনা কোলকটাদা লৈরিঙেদা থা অমত্তসু পাবুংগা পুন্না লাক্তুনা কোলকটাগী ফজবা কয়াদু য়েংলবা য়াই।"

মখা তানা খন্নরবা তুংদা মণ্ডলেমজাও থবক্তু কোলকটাদা চত্তুনা জোইন তৌরুনবা ব্বারেপ লৌবা লোইরে।

য়ুমদদি ইবেমপীশক নোংম-নোংমগী থা য়ামশিল্লক্লি। নুমিৎ অফবা অমা য়েংলগা মণ্ডলেমজাও কোলকটাদা মাগী থবক জোইন তৌবা চৎকদৌরে। চৎলম দাইদা লাইনিংথৌদা ধুপ-থাওমৈ কত্তুনা মপুরোইবগী মঙ্গল নীজরম্মী। মণ্ডলেমজাও অহল ওইরবা মপা তোমালগী মখোঙ শোক্লা খুরুম্মী। মপানা মচাগী মঙ্গল পীনবী। ইবেমপীশক মপুরোইবগী মখোঙদা লাইবক কত্তুনা খুরুম্মী। ইবেমপীশক মমিত্তা মপি তানা মপুরোইবনা থোকখিবদু য়েংদুনা লৈহৌই।

কোলকটাদা থুংলগা মণ্ডলেমজাও মাগী মতম অমগী শান্নমিন্নরকপা মরুপ-মপাং মথং-মথং লোইনা উনরে। হৌখিবা পুক্সিগী খুদোংথিবা অমদি নুংঙাইবা ব্বারী কয়া মথং-মথং মাগী লুনা তিন্নবা মরুপশিংদা তমদুনা তাহল্লি। মী খুদিংমক্কী মাগী-মাগী অব্বাবা অমদি নুংঙাইবা ব্বারী অমমমদি লোইনা লৈনরিবা ঙাক্লিনা অমনা লিরগা অমনা অমুক তাই। মাগীদু লোইরগা অমগী অমুক লিনদুনা

মণ্ডলেমজাও য়ুমগী ৱারী তপ্না-তপ্না কাউরকই। অসুন্না মণ্ডলেমজাও মাগী ক্লবনা পীরকপা কম্পানিগী থবক জোইন তৌদুনা কোলকটাদা লৈখ্রে।

শোমদা ইবেমপীশক নোংমসু শাবীত্রিগা নমবোলদা স্কুল কাবদা থেংনদুনা ইমুং-মনুংগী, অমদি মশাগী ওইরিবা ফিভমগী মতাংদা ৱারী শানৈ। মণ্ডলেমজাও কোলকটাদা কম্পানিগী থবক ফংদুনা থবক তৌরগা কোলকটাদা লৈ হায়না তম্মী। মথং চহীদা অঙাং উন্নরবা তুংদা মাসু কোলকটাদা মতম খরদি লৈরুসিরা খল্লি হায়না শাবীত্রিদা তম্মী।

মতমনা অসুম হৌখিবনা ইবেমপীশক মীরোনবা থা মাপল মপুং ফারক্রে। মা মেটর্নিটি লিভ লৌদুনা য়ুমদা পোৎথাদুনা লৈরে। ইবেমপীশক্কী মবুং ধীরেন ময়ুমদা মাগী লুহোংবগী মতম লেপ্লদুনা চেন্নাইদগী থোরকপগী লম্বীদা মচন ইবেমপীশক অমদি মণ্ডলেমজাওবু পোকপা পুকচেল ফজবা অহল তোমালবু উননীংবদগী খোঙহামপাত্তা কুমহৌরে। খঙহৌদনা মবুং চংলকপা উবদা ইবেমপীশক হরাউনা মৈনচিংবা ওক্লগা মবুংবু খুরুমজে। তোমালসু ধীরেনবু উবদা হরাউনা কৌই। ধীরেন তোমালবু চংশিল্লগা খুরুমই।

— "মাম্মা! মাম্মগী শ্বাল অমা লৈজরকই" হায়দুনা মাগী বেক্তগী লৌথোক্লগা শ্বালদু পী।

তোমাল হরাউনা শ্বালদু লৌই। ধীরেন্না মচন নুপীগীনি খন্না লৈরকপা সাড়িদু মণিপুরদদি তংখায় কক্লগা স্কুল, কলেজ কাবদা নুপীশিংনা ফনেক মপান-নাইবগী মথক্তা শেৎনবা উবদুদা মচনবুশু শেৎহন্নীংদুনা লৈবীরকপনি। সাড়ি অনী পুথোক্লগা মচন্নুপীদা অপাম্বা অমা খল্লো হায়। ইবেমপীশক মবুংনা অপাম্বা অমা খল্লো হায়রিবদুনা তাকপদি অমদি তোম্বীনৌগী শোয়দনা ওইরমগনি খল্লি।

— "সিগী মচুসিদি তোম্বীনৌদা পকচগনি, মাগী থম্বীরো! ঐগীদি অরাংবসি ওইনা লৌহৌরগে"!

— "ইবুংঙো! লুহোংবগী ওইনা লাক্লবা নৎত্রো?" তোমালনা

— "হোয় মাম্মা! ইমানা থৌরাং পুন্নমক শীনবা লোইরে হায়বদুদা থোকচরক্লবনি।"

— "ফরে, ফরে, অদু ঙসিসিদি ঐখোয়গীসিদা লৈগ্রোদনা?"

— "ঐ লৈজররোই মাম্মা! নুমিৎসু ঙল্লি, মাম্মগা ইচনগা উনীংমন্দুনা চংজরকপনি, চা অমত্তং থক্লগা চৎখ্রগে?"

মচলনুপীনা চা লোনবা চংখ্রি। মঙলেমজাওগী মরমদা তোমালগা ফমদুনা ৱারী ঙাইহাক শানৈ।

মচন্নুপীনা চা পুথোরক্তুনা মকুবোক অমদি মবুংদা কপ অমমম পী।

— "দাদা চাক চাবগা চৎখ্রোদনা? ঐ চাক থোংগে, কুইরোই ঙাইহাক্তনি"।

— "য়ারেদা, ইবুং কোন্না চারগে।"

— "কুইরোইয়ে দাদা?"

— "নচনগা তোয়না উনবসু ফংদবনিনা পীজনীংদুনা হায়জরিবনি। চাখ্রো, চাখ্রো ইবুংঙো!"

— "ফরে, মাম্মা অদুদি ঐ ফি হোংদোক্লগা অমুক্তং ঈরু-মাইথজরুখিগে?"

মচন্না হোংদোক্লবা ফি পীরগা মবুংগী পোৎতু ইমুংদা মফম চান্না থাংজিল্লগা থমই।

— "ইবেম্মা! হৈনৌ অমুনবা য়াওরিবনি, লৌথোক্লগা মাম্মগী খরা থমহৌরো!"

ইবেমপীশক মবুংগী বেগ হাংদোক্লগা হৈনৌদু অনীদং লৌথোক্লগা অমা খায়রগা মকুবোক্তা তংখায় অমা পী।

ইরুজবা লোইরগা ধীরেন বাথরুমদগী থোরক্নে। মচনগী মশা লুম্বা মতৌদু উবদা

— "ইবেম্মা! থবক অমা-অমা তৌবদা চেকশিল্লুকো! নশাদু-শোয়দ্রগা লোইরে, তু-লাক্কনিকো! নংবু লুহোংববু য়াওবা ঙমগদৌরিব্রা?"

— "য়ুমদা চাক-ঈশিং থোঙবা য়েংদুনা লৈহৌবা হায়বদুনি।"

মচন্না থোঙবা চাক্তু লোইদুনা ধীরেন ময়ুম য়ৌদনা খোঙহামপাত্তা মচনগী য়ুমদা পুক্লিং নুংঙাইনা চাক চারে। নুমিদাংৱাইদা বস অমদা তোংলগা য়ুমদা অমুক য়ৌরকখি। ময়ুম য়ৌরগা মমাদা মচন উনরকপগী নুংঙাইবা পাউদু তমদুনা তাহল্লি।

ধীরেন মানা লৈরকপা সাড়িদু মী থাদুনা তোম্বীনৌদা থিলহল্লুরে। অসুন্না নোংম-নোংমা নকশিল্লক্তুনা ধীরেনগা তোম্বীনৌগা লুহোংবা মতম য়ৌরে।

ইবেমপীশক কোলকটাদা টেলিফোন তৌদুনা মণ্ডলেমজাওবু কৌথোক্লে। হন্দক্তি মণ্ডলেমজাও মারুটি কার অঙাংবা অমা লৈরগা থোরক্লে। লুহোংবা নুমিত্তা য়ুম থোঙ লোল্লম্নগা মকুবোক তোমাল, মণ্ডলেমজাও অমদি ইবেমপীশক পুন্না মারুটি কারদা তোংলগা মবুং ধীরেনগী লুহোংবা য়াওবা লাকই। মণ্ডলেমজাও ধীরেন্না মাগীদমক তৌবীখিবা ময়ামদু খল্লুরগা মাগী মবাই ওইজরবসু হেক পোকমিন্নবা ময়াম্বা অমদি মনাও অমদা পাংবগুম মতেং পাংদুনা থবায়-য়াওনা হোৎনজে। লুহোংবগী অৱাৎপা পৈশা, চাক্লৌবগী পূন্নমক মানা হোম-চাউনা পুথোক্তুনা হোৎনবদুদা ইবেমপীশক্কী মমায়সু ওইজরে। নীংঙোল মৱা অনীখক লৈবদা মচে বালাগী নুপাদি তন্দে-মান্দে কয়া নুপা থোকত্রে। অদুবু মণ্ডলেমজাওনা পূন্নমক মেনখিদুনা অহোবা, মীনা থীনা ঙাংনবদি ঙমখিদ্রে। অসুন্না চাক্লৌবদসু পুল্লপ অমুক লাক্তুনা য়াওরুরগা ময়ুমদা হল্লক্লে।

মবুং ধীরেনগী চাক্লৌবা নুমিত্তুগী নোংঙাল্লমদাইদা ইবেমপীশক কুম-থা শুরক্তুনা মবুক য়েকপা হৌরে। মণ্ডলেমজাও ইবেমপীশকপু রিমসতা পুখৎলকই। মী কনা অমত্তা য়াওদনা মতৈ-মনাওতমক লাকই। হোসপিটাল য়ৌবগা মণ্ডলেমজাওনা থৌবালগী জেৎ ই ও লালাগী য়ুমদা টেলিফোন তৌরগা মনেম্বোক থাবাদা পাউ অমুক্তং পীবীদবা য়াদে হায়খ্রে। মথং-মথং পাউ পীনখিদুনা থৌবালগী ইবেমপীশক্কী মমা, মবুং অমদি মচে বালাসু হোসপিটাল চৎনবা শেম-শাবা লোইদুনা মখোয পুন্না লাই খুরুম্নগা থোরকই। অয়ুক্কী অঙনবা গাড়ীদা ইম্ফাল তম্না লাক্লগা কৈশামপাত্তগী ওটোরিক্সো অমা ৱাইরগা রিমস হোসপিটাল তান্না লাকই।

শোমদা মণ্ডলেমজাও হোসপিটাল য়ৌরগা গাইনি ৱার্টতা ফমুং মথং-মথং থিরকপদা নম্বোলগী শাবীত্রিসু মফমদুদা ফমুং অমা কন্দুনা হান্নদগী লৈরম্লে। ডাক্তর বীলাসিনিশু শাবীত্রিবু চ্যেক তৌদুনা লৈরম্মী। মতম অমদা ইবেমপীশক অমদি শাবীত্রি অনীনা "হয়েং ঐখোয় অনী হোসপিটালদা অমুক উনবসু কন্নানা তম্বা ঙম্বা" হায়খিবদো চপ চানা থোক্লরে।

ইবেমপীশকসু ফমুং অমা ফংদুনা মদুদা ফিরোল থাদুনা হিপ্নবা শেম্বা লোইরে।

ডাক্তর লাক্লগা য়েংবদা ইবেমপীশক্কীদি থোইনা লুবগী ৱা হায়দে। মীগী ফনবতা খঞ্জবা, মীগী মতেং পাংলগা নুংঙাইজবা থম্মোইদুবু ঈশ্বরনসু চানবীবগুম তৌবীরে।

ঙাইহাক ঙাইনরবা তুংদা ইবেমপীশক অঙাং উনফমদা ত্রোলিদা হিপহল্লগা পুশিনখ্রে। হিদাক-লাংথক চংগদবা পূম্নমক ডাক্তরনা ইরগা পীরক্তুনা মঙলেমজাওনা থুনা লৈরুরে। হিদাকশিংদু নর্সতা পুন্না পীশিনখ্রে।

শোমদনা শাবীত্রিগীদি মীশু য়াম্না লাকই। মনেম্বোক থারিক্লে, মমা কোম্বীরৈ, থারিক্লেগী য়ুম্নোন্নবগী মৌ অমসু য়াওরি। ডাক্তবনা শাবীত্রিগী ওপরেসন তৌদবা য়াররোই, মমাসু ঈ খরা ৱাৎলি, ঈ পীনবা মীশু থৌরাং তৌরগা লৈয়ু হায়রি। হিদাক লাংথক শুনা লৈরুদুনা লৈরে। ঙাইহাক লৈবগা শাবীত্রিগী ওপরেসন তৌবা হৌখ্রে।

তাঞ্জাদুদা ইবেমপীশক মচানুপা অনী ফাইবোক পোক্লে হায়না নর্স অমনা থোক্লক্তুনা তম্লরে। মঙলেমজাও পাউদু তাবদা হরাউবা অমদি নুংঙাইবদি ফাওরগা মচা অনী ফাইবোক পোক্লে হায়বদুদা ইকাইবগুম ইহৈ হৈনদবগুম তৌই। ইবেমপীশক্কী মমা থাবা, মবুং ধীরেন অমদি মচে বালাসু মতমচানা য়ৌরক্লে।

শোমদা শাবীত্রিগী ওপরেসন তৌবা লোইরে অদুবু অঙাংদু কপত্রে হায়না নুংশা থিনরি। ঙাইহাক লৈরগদি অঙাংদু শিরে হায়দুনা ফি অমনা কুপ্লগা থম্লে। অমগী হরাউ-তয়াম্বা, অমগী অৱাবা, কয়াদা খেন্নরিবা থৌদোক্লো হোসপিটালসিদা উরিবসে? মসিবু মানা-মানা তৌজরকপা থবক্কী মহয় হায়বদুরা? মমাংদা খঙদদুনা পাপকী থবক কয়া হঞ্জিল-হঞ্জিল তৌখ্রবসু মীওইবনা মহয়দি অফবতা পাম্বগুম তৌই। অদুবু মপু মানদি মমিৎ য়াম্না লাওবনিনা অচুম-অরান লোইনমক উবীরি হায়বা তাই। ইবেমপীশক্কী মচে বালানা চাক থোঙবা লোইরদুনা ইবেমপীশকপু চাক পীজনবা পুশিল্লকই। ইবেমপীশক্লা চাক চাগে হেক তৌরকপদা মী খরা কপ্পবগী মখোল তারকই। ইবেমপীশক চিংনরপ তৌনা কপ্পরিবা কাংবুদো কনাগীনো হংলুবদা শাবীত্রিগী মচা নুপা অমা পোকপগা শিরে হায়না তম্বীরুরে। ইবেমপীশক মতম খরগী মমাংদা নোংমা ডাক্তর বীলাসিনিখোয়গী থোঙ্গালদা শাবীত্রিনা মঙোন্দা হায়খিবা 'ইবেমপীশক ঐদি ডাউ য়াদ্রে, অঙাং অনীরক কায়খ্রে, হন্দকমুক্কা কায়রবদি ঐগী মমা ওইবগী আশা লোইরে।" মা মমিত্তা মচা উররোইদবা। শাবীত্রিগীদমক্তা ইবেমপীশক মিৎকুপ্তুদা খংৱা ৱাবগুম তৌই। খল্লকই

" মতম অমদা মমা, মমা নাবগী সেবাগী লাকপদা শাবীত্রিগা শক খঙনখিবা। মঙলেমজাও থেংনরুবদগী মখোয় অনীগী ৱাখলদা মঙলেমজাওবু পামজবদগী মখোয় অনী নাপাক-নাকপাক তান্নখিবা। ৱাহৈনা ফোংদোক্লখিদ্রবসু নুংদা মুক্লরকখিবা। শাবীত্রিনা মাগী ওইনীংবনা হেনমনখিবদগী মঙলেমজাওবু ইয়ারপোর্টতগী ফাখিবা মদুদগী মঙলেমজাও এক্সিদেন্ট থোকপদগী মবান্নিগী লুহোংবা কায়খিবা। হৌজিক্কা মঙলেমজাওগা ইবেমপীশক্কা য়ুম্বানবগী পুন্সিদা খোঙদাদুনা মচানুপা অনী ফাইবোক ওইনা ফংজরবা! অদুগা অমরোমদা শাবীত্রিনা তাংনা মচা অমা পোকচবদা শিরবা। মখা তানা মচা অমুক মীরোনবগী আশাসু লৈররোইদবা। মানা তারিবা দষাসিবু ঐঙোন্দা ওইরল্লবদি ঐ করি ওইরমগনি? ঐগী ইচা অনীসিগী মনুংদা অমা শাবীত্রিদা পীবসিবু চুল্লোইদ্রা? তামোনা মসিবু য়ারক্লোইদ্রা?" ইবেমপীশক মা মতোমতগী ফজরবা ৱাখল অমা শাগৎচরুই।

মতোমতা খল্লম্বদগী মপুরোইবগী মফমদা অমুক্তা লাকপিয়ু হায়না কৌশিল্লগা ৱাদু হৌদোরকই।

মঙলেমজাওসু পূন্নমক্তু মাসু হান্না ইবেমপীশক্কা খল্লিবদুমক চপ মান্ননা খল্লম্বদুদা "ঐসু নংনা খল্লিবদুমক খল্লল্লিবনি" হায়রকই।

ফজবা পুকচেল হায়বসিদি অরুবা ঈশিংগী মচুগুম্বনি। থকপদা খৌনাওদা বেরা তৌররোইদবনি। অদুবু মীনদি হায়রক্তনা মখোয়গী মচাবু মীনাপামবীগদ্রা, পামবীরোইদ্রা হায়বসু খঙদনা করম্না মচা পীগে হায়রুদৌরি?

শোমদা অসুন্না খন্নরিঁঙেদা ইবেমপীশক অমদি শাবীত্রিবু লায়েংলিবা ডাক্তর বীলাসিনিনা কেস অনীমক মাগী মখাদা য়েংবা ঙাক্তা ওইনা তৌবদুদা থৌদোক অনীদুগী মরমদা মিৎকুপ অমত্তং ৱাখল তৌরকই। "শাবীত্রিগী মচা পোক্লগা শিরবা অদুগা তুংদা অমুক মীরোনবগী আশাসু লৈত্রবা, অমরোমদা ইবেমপীশক্কীনা মচানুপা ঙক্তা অনী ফাইবোক ওইনা পোক্লবা।" শাবীত্রিগী কাঙবুদুনা য়াম্না নুংঙাইতনা শুৎ-শুৎ কপ্পবদু উরুবদুদা বীলাশিনিগী থম্মোয়দসু নুংঙাইতবা অসুম হেনগৎলকই। নবকিশ্বরবু মনক্তা কৌশিল্লগা

—"য়েংউ! ঐ ৱা অমা হায়গে! অশোমদা হুজিক্তা মচানুপা অনী ফাইবোক পোক্লিবা কাংবুসে অদুক য়াম্না থম্মোই পীকপা কাংবু মান্দে। নুপাদুদি হান্না অফাওবা ফুটবোল প্লেয়ারসু ওইরম্বনি হায়না তায়। ঐ ৱাদো হৌদোকপীরগে, মাগী মচানুপা অনীসিগী মনুংদা অমা য়োকচরগে হায়সিরা?"

—"মেডাম! মেডাম্না ৱাহৈদুমতং মখোয়গী মফমদা হৌদোকপীবদা য়াবীরক্লবদি ঐ পুক্সিগী মেডামবু কাউজরোই! ঐনা ৱারীবদি শাবীত্রিনা হোরেন জ্ঞান তারক্লগা করিগুম্বা মচা শিরে তাবদা ৱাষ্থখিদুনা ফত্ত-নুঙদা থোক্কদ্রা হায়বসিনি।"

—"অদুদি ঐ ইবেমপীশক্কী নুপাদুদা অমুক্তং হংদুনা য়েংগেকো!"

—"নখোয়গী ইবুংঙোদুদি লৈতব্রা? ঐ নখোয়গী অঙাং অনীসিদগী অমা ঐগী ইচা ওইনা য়োকচরগে ঐঙোন্দা পীরোদনা? নখোয়না অঙাং অনী য়োকপা য়াম্না ৱাগনিদা!"

ডাক্তর বীলাশিনি ইবেমপীশক্কী মনাক্তা চংলক্লগা ফাগী ওইনা হংই। ডাক্তরগী ৱাদুদা ইবেমপীশক মানা নীবীরিবা অঙাংদু শাবীত্রিগী শোয়দনা ওইগনি খল্লি।

তাঞ্জাদুদা মঙলেমজাওসু চংলকই। মঙলেমজাওদা ডাক্তর বীলাশিনিনা হংই, অঙাংদু নবকিশ্বরনা য়োক্লিংবগী ৱা ওইনা তপ্না-ইংনা হৌদোরকই। মঙলেমজাও হান্নদগী ইবেমপীশক্কা তান্নবা লোইদুনা লৈরবনিনা য়ানিংবগুমদি তৌরে। অদুবু নবকিশ্বরনা মঙোন্দা ওইনা হায়হন্নীংবগী ৱা অমা ডাক্তর বীলাসিনিদা ফোংদোরকপদুদা ডাক্তর বীলাসিনি নবকিশ্বরগী মনাক্তা অমুক লাকই।

—"ঐনা হায়নবদা য়াহৌরবনি, ইবুংঙো অঙাং মপা ওইগদবা অদুনা অমুক্তংদি হায়জরুবা ফৈ।"

নবকিশ্বর হারাওবনা লুতোন কাখ্রে। মঙলেমজাওগী মনাক্তা থুনা চংলক্লগা

—"মরুপ ঐ মরুপ্পু খুরুমজগে, মরুপগী ইচা অনীসিগী মনুংদা অঙাং অমদি শাবীত্রিগী মচা ওইনা নিজরগে হায়ববু মরুপ্না করি খনবীবগে? মঙলেমজাও নবকিশ্বরগী মতৌদুদা পেনবগুম তৌরে। মঙলেমজাও অমদি ইবেমপীশক্কা হন্নদগী ৱারেপ লৌদুনা লৈরবা ৱাফমনিনা হরাও-হরাও য়ানীংবা উৎপদুদা মফমদুদা লৈরম্বা ডাক্তর, ইবেপীশক্কী মমা, মবুং, মচে লোইনমক মতৈ-মনাওনা য়ানজবদুদা করিসু কায়দে হায়না মোৎ পীনরে।

খঙদে, মঙলেমজাওগা ইবেমপীশক্কা নুপা-নুপী ওইনা য়ুম পানমিন্নবদা অসুক য়াম্না মান্নবা ৱাখল চেল্লমিন্নবা। লাইনা থাবা হায়বা য়ুম্বালদুনি হায়বা য়াই।

ইচেল মান্নবা ঈং-তপ্পা তুরেল অনীগী ঈচেলনা ঈতিনফম অমদা ৱাখন চপ মান্ননা পুন্না তিন্নরগা পম্বুংফম য়ৌনা থুনা চেন্থমিন্নখিবগুম থোক্লুরে মখোয় অনীগী মফমদসু।

নবকিশ্বর য়াম্না হরাউনা কপ্পগা নোকপগা তৌদুনা তুংগী ৱখল অমদি লাক্কদবা খোঙথাংগী মরমদা থোইনা খল্লুদনা ঙাইহাক্কী ওইবা ৱারেপ্পা অঙাংদু য়োকপদা য়ান্নখরে। মাবু পোকপী থারিক্লেসু পাউদু তাবদা হরাউজরে। অদুবু শাবীত্রিবু পোকপী কোম্বীরৈদি কয়া য়ানীংদবগুম তৌখি।

নবকিশ্বর অমদি মমা থারিক্লেনা মঙলেমজাওনা মচা পুরক্লগা শাবীত্রিগী মতম্বাক্তা থল্লরগনি হায়না থৌরাংনা ঙাইরি। অশোমদা ইবেমপীশক পীগেদি হায়রুরগা করম্বা মচানো পীগদবা খল্লুবদা হেন্না ৱাবগুম তৌরক্লে। মমিৎ অনী চেৎনা উইশিল্লগা মঙলেমজাওদা "তামো! নংনা নুংশিরবা ইচা অনীসিগী মনুংদা করম্বনো শাবীত্রিগী মফমদা পীগদবা? ঐগীদি অয়েৎপা লৈজদ্রে "হায়রগা মমায় খুল্লগা কপ্পী। জগৎ সংসারসিদা মচা নুংশিদবা মমা লৈরমগদবা মান্দে। শা ফাওবনা মচা পোকপগা নুংশিনা মরৈনা লেকচরিবনি।

পীরগেদি হায়রুরে, মাগী নুংশিহৈবা থম্মোইদুনা অদুবু পীরমদাইসিদা মচাদুগা পুন্সিগী কায়নরগনি খল্লুবদা ওইরমাল্লে অমুক পাম্মুরক্লিবা! মঙলেমজাও চংশিল্লক্তুনা নীংথানা য়োম্লিবা মচা অমা লৌখৎলগা মরাইবক্তা নুংশিনা চুপ্পীরে। অপোকপী মমা ইবেমপীশক্তা নংগী নমিত্তো অমুক্তং পাংথোক্লগা নচাগী মশকসে মুন্না য়েংহৌরোদনা?" ৱাহৈদু হায়না-হায়না মঙলেমজাও মপি তারকই। ইবেমপীশক য়েংবা ঙম্লরোই খন্দুনা উইশিল্লুরবা মমিৎ অনীদো তপ্পা অমুক পাংথোরক্লে। মপিদি লেপ্তনা মিৎলু অনীদগী চেন্থরকই। নৌরিবা মচাদুবু মথাদা চেৎনা কোল্লগা লাইবক্তা হন্না-হন্না চুপ্লগা "চৎলোকো ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা! পুন্সি চুপ্পা নাদ-য়েক্তনা ইমা-বাবাগী সেবা তৌরকউকো!"

ইবেমপীশক মখোল থোক্লা কপ্লকই।

অউবা মমা থাবা, ধীরেন, বালা ঙসাইদি মখোয়সু ইরাই-লাইনা পীখ্রো হায়রম্বনি অদুবু হৌজিক তৌরিবা মতৌদু উরগদি মমিত্তা মপি লোইনা শিন্থনরে। অদুন্না হৌনদে ইবেম্মা, মচে বালানা মবুক ফাথবী।

মঙলেমজাও হন্দকমুক্তি ইবেমপীশক্কী তমপাক্তগী মচাদু মুনবগুম থুনা লৌরগা পেৎথরকপা থম্মোইদুবু নমখায়দুনা অকন্বা থম্মোই শাদুনা অঙাংদু পুরগা শাবীত্রিগী মনাক্তা থম্বীরুরে। অরোইবা রাহৈনা "ইপানা লান্দবা মক্তা ওইরবদি জাতিসিগী ইজৎ ঙাক্লকউকো!" হায়রম্লগা থোরক্লে। মতমদো শাবীত্রিদি জ্ঞান তাহৌবা নত্তে।

পিরাং মরক্তা ইবেমপীশক্কা মঙলেমজাওগী মচানুপা অনীগী মনুংদা অহন্দু শাবীত্রিদা পীরম্লগা মঙলেমজাও, ইবেপীশক, মমা থাবা অমদি বালাসু য়াওনা মারুটি কারদা খোঙহামপাৎ তানা লাক্লে। ইবেমপীশক্কী মবুং ধীরেনদি থৌবালদা হনখ্রে। ইবেমপীশক অমদি মঙলেমজাওনা ইমুংগী অহল ওইরবা মপা তোমালগী মফমদদি মচা অনী ফাইবোক পোকপদা অমা শাবীত্রিদা পীরম্লে হায়বগী পাউসি খঙহনবীখিদে।

হোসপিটালদা শাবীত্রিনা জ্ঞান তারকপা মতমদা মচানুপা অমা মনাক্তা মবুক লাম্বগী কপ্পুনা লৈরম্বদু মচানি খঞ্জদুনা অহানবা মমাগী খোল্লাং পীথকপা হৌখ্রে। শাবীত্রিগী মতৌদু উবদা অউবা ময়ামদুগী পুক্নিংদা মওল-মওল খল্লুদুনা পিরাং ইহৌরকপসু য়াওনখি।

# "মাপলশুবা"

ইবেমপীশক হোসপিটালদগী হল্লকপা নুমিৎ তরুক্লি শুরে। ঙসিদি অহানবা ফংজবা মচানুপাগী ষষ্টি নুমিৎনি। শাবীত্রিদা পীখ্রবা মচানুপা অহলদুগী মরমদসু অমুক নীংশিংলুদুনা ইবেমপীশক কপচৈ। মপামগী ইমুংগী মমা থাবা, মবুং ধীরেন, ধীরেনগা নৌনা লুহোংলবী তোম্বীনৌ, ইবেমপীশক্কী মচে বালা লোইনা কেন্টর অমদা লৈকায়গী মচে-মনেম কয়াসু লাক্তুনা পুল্লরে। ইমুংগী অহল তোমাল নৌনা ফংজবা মশুনুপাবু উরগা কয়াদা হরাউজরিবা। অদুবু তোমান্নদি ইবেমপীশক্কী মচানুপা ফাইবোক্লি হায়বদি খংদ্রি।

অশোমদা নম্বোলগী খা জিরিদসু শাবীত্রি অমদি নবকিশ্বর অনীসু ইবেমপীশক অমদি মঙলেমজাওনা শীন্নরকপা মচানুপাদু মখোয়না পোকচবা মচানি খন্না ষষ্টি চাউনা শোন্দুনা কুঠি কা ইদুনা হরাউ তয়াম্না হোৎনরি। অদুবু নহান হোসপিটালদা লৈরিঙৈদা থেংনখিবা অমদি উহৌবা কাংবুনদি অঙাংসিবু মখোয় অনীগী মচা নত্তে হায়বা তশেংনা খঙবনিনা হয়েং অঙাংসিনা চাউরগা করি থোক্লগবা হায়দুনা ৱারী তৌনবসু য়াওরি। মীৱা ঙাংনগনু হায়বা তাইবংপানসিদা কনানসু থিংলুবা ঙমদে। শাবীত্রিবু পোকপী মমা কোম্বীরৈসু অঙাংদু মচানুপীনা পোকপদি নত্তবনিনা মবুক্তা পেন্থোকপা ইঙম ঙমখিদবগুম তৌবনি। মঙলেমজাওনা অঙাংদুবু ইবেমপীশক্কী মথাদগী লৌরগা শাবীত্রিগী মফমদা শীন্নরম্বনি হায়বদু শাবীত্রিনদি খঙজদ্রি। কনা অমত্তনসু মঙোন্দা ৱাফমদুবু হৌদোকপীদ্রি। নবকিশ্বরবু পোকপী থারিকলৈনদি মচানা পোকপা নত্তে হায়বা খঙলবসু য়াম্না তাংনা ফংবা মশুনি খন্দুনা হরাউজে। মচানুপাসু নবকিশ্বর মথন্তনি। মীরোল লৈতবনা মশু অমা ফংলগনি খঞ্জদুনা হরাউরুরগা শিনা পোক্লকপদা কয়াগী মতিক ৱাজখিবা। অদুবু ইবেমপীশক্কা মঙলেমজাওনা পুকচেল চাউনা মচা অমা পীরকপদুদা থারিকলৈগী পিরাংদু খুদক্তা ঈশিংগুম ওনখিবনি। শাবীত্রিগী মমা কোম্বীরৈনদি মীগী মচা য়োক্লুরগা হয়েং তুংদা ফত্তবা থোক্লক্লবদি হায়বা ৱাখল অমনা অঙাংদুবু কয়া পামখিদবগুম তৌখিবনি। ময়াম্না হরাউ-হরাউ

তৌরগা মানা মদুদা য়ানীংদবা উৎলুরবদি ফজরোইদবা লৈবগা মচানুপীনা তুংদা অমুক মচা মীরোনবগী খুদোংচাবা লৈররোই হায়বদুদা মাসু অদুম য়েৎখিদ্রবনি। নম্বোলগী মপান্না কয়া পামদ্রগসু নুপা ময়ুম্না পামজনা চাউনা শিল-লাংদুনা অঙাংদুগী যষ্টিসু শোনবা লোইখ্রে।

অসুন্না থা অমা হৌখি, অনী হৌখি, মথং-মথং হৌখিবনা অঙাং অনিদু থা তরুক মপূং ফারক্লে। ইবেমপীশক মচা চউম্বগী মপোৎ মচৈ লাংশিনবা হৌরে। মচানুপা অহলদুবু কাওথোকপা খক ঙমদে খুজি, খোংজি, খুৎচুপ, লিক-মরী অমত্তা রাত্তনা মচা অনীগী চপ মান্ননা শাজে। মঙলেমজাওনা য়ুমদা থোক্লকপগা মপা চানা মপুরোইবদা হায়জদুনা মচানুপা পীক্লিবা গৌরমনি পুরগা মারুটি কার তোংদুনা খা জিরিগী নবকিশ্বরগী য়ুমদা নোংমা লাকই। থোঙ্গালদা গাড়ী খান্নগা খাউ অমদা চানবা খরা হাপ্তুনা মঙলেমজাওনা মচানুপা পল্লগা ইবেমপীশক্না খাউদু পায়রগা তুংগ-মাংগা চংলকই। থারিক্লে মাঙ্গোলদা লৈরমদুনা ইবেমপীশক অমদি মঙলেমজাওবু উবদা থোরক্তুনা ওকই। মখোয় অনীগী পুকচেল চাউবদু থারিক্লেনা হান্নদগী খঙবনিনা, — "ইবুংঙো! ইবেম্মা! অনীমক লেংঙকইব্রা! কাখৎলকউ খোঙঙুপকা য়াওজসনু ইচাসিদি, ঐখোয়গী মৌদুবু, অব্রাংথংবগী য়ুমসিদা লৈরমগনি, ঐ কৌরক্কে! কাসিদা চংলগা পোৎথাবীরম্মু!" অসি হায়রম্লগা থারিক্লে শাবীত্রি কৌবা চৎখি। মঙলেমজাও অমদি ইবেমপীশক খোঙঙুপ শেন্দল লৌথোক্লগা দারি মখাদা থম্লগা মাঙ্গোলদা কাখৎলকই। মখোয় অনীবু ফম্মু হায়বা কাদুদা মঙলেমজাওনা মচা গৌরমনি পল্লগা ইবেমপীশক্কা পুন্না চংখি। কাদুদা চংলুবা মতমদা ইবেমপীশক অমদি মঙলেমজাও অনীনা পোকচবা শাবীত্রিনা য়োকখ্রবা মচানুপা মখোয় অনীনা অতম্বনা য়েংনীংদুনা লাকচরিবা অঙাংদু কাদুদা লৈবা ফমুং অমদা মফি অমত্তা য়াওদনা হকচিক লাংনা ফেন অমা তপ্না থারগা নুংঙাইনা তুম্লি। অঙাংদুবু হেক উরম্বা মিকুপ্তা ইবেমপীশক খঙহৌদনা নুংশিবা পোক্লকই। জগৎ সংসারসিদা মচাবু উরগা করম্বা মমানা খঙহৌদনা পুক্লিংদা নুংশিবা পোক্লোইদগে? নুংশিবনা হেনমনখিদুনা মীগী ফমুংদুদা নোম্থরগা মখুত্তুনা মচাগী লাইবক্তা হঞ্জিল-হঞ্জিল নানবীরম্মী। ইবেমপীশক্কী মতৌদু উরগা মঙলেমজাও মাসু মচা কৌবনিনা মমিত্তা মপি ইরা চেল্লকই। ইবেমপীশক্তি মচাবু নুংশিবা হেনমনখীদুনা মচাগী লাইবক্তা মপি মতুম অনীখক তাথোকখ্রে। থোৎচ-নৌজবা নুপীশিংগী মতৌদুবু উরগা মঙলেমজাও হেন্না নুংঙাইবা পোকপগুম

তৌই। ইবেমপীশক্না পিরাং থিংবা ঙমহৌদদুনা মচাগী মরাইবক্তা তাখিবদু মানা ইল্লিবা ইন্নফি মচিদুনা তৈথোকচৈ। অঙাংদুগী মমায়দগী পীদু তৈথোক্লুবদা তুম্বা কায়রমাল্লে অঙাংদু হৌরক্লে। কোয়য়েং য়েংলকপদা মাগী মী উদবদুদা মশক খঙদদুনা মখোল হৌনা কপ্লক্লে। ইবেমপীশক্না নুংশিনা মচিন্দা চ-চ-চ হায়না অঙাংদুবু ফমুংদগী পম্খৎপীরে। অঙাংদুসু চাউম্বা লোইদুনা খুজি-খোংজি, সনাগী লিক অমসু ঙকশমদা শিরম্লে। ইবেমপীশক্না পম্বদু মশক খঙনদবনিনা নীংঙাই তৌরে, কন্না মখোল হৌনা কপখৎলক্লে। ইবেমপীশক্কী মচা গৌরমনিদি মপা মঙলেমজাওনা পল্লি। শাবীত্রিখোয়গী ইমুংদো মনেম্বোক থারিক্লেনা শাবীত্রি কৌবা থোকখিবনা কনাসু লৈতবা তাঞ্জানি। শাবীত্রিসু মনেম্বোকসু পাক-হেক হল্লক্লে। অঙাংদুনা কপ্পদুদা করি খল্লুরবনো ইবেমপীশক মীগী ওইখ্রবা মচাদুবু মথাদা পল্লগা খোল্লাং ইনবীখরে। হে! তাইবং মপু! ঙসিগী মিকুপসিবু অঙাংদুগীদমক্তদি কয়াদা মমল য়াম্লবা পুংজা  অমা ওইজরমগবা? নহানমখৈ অপোকপী মমাগী খোল্লাং অশেংবা থকপা ফংদনা লৈরকপা, মমা অনীগী খোল্লাংগী খেন্নবা মহাউদুবু অঙাংসিনা খঙজরমগদ্রা? ইবেমপীশক্না পীথক্লিংনা পীথকপনসু ওইরমাল্লে, মাগী খোল্লাংদু হেন্না-হেন্না নংথরক্লে। মচানা খোল্লাং চিংবদা মমানা মিকুপ খরগী মনুংদা মবুক থন্না পীথক্লিংবদুনা ওইরমাল্লে থুনা মবুক থনখরে। ইবেমপীশক মচাগী মবুক থনবদুদা পুমপেন পেনজবগুম তৌরে। খোল্লাংদুবু হাউনা থকচবদুদা অঙাংদুসু তুম্বা মপুং ফাদবগা অমুক ইবেমপীশক্কী তমপাক্তা নুংঙাইনা তুমথখ্রে।

মঙলেমজাও ইবেমপীশক্কী পুকচেল, মানা নংহৌরোইদবগুম মীগী ময়ুমদা হুরানবগুম মী অতোপ্পা উখিনি কিজরিবা মতৌদুদা নুংশা থিজদুনা মপাল থোক্লগা ইমুংদুগী মী লাকপ্রা য়েংজৈ। মীনা উখ্রগদি লান্না খনখিগদ্রা খঞ্জদুনা বাজরিঙেদুদা থোঙালদগী শাবীত্রি অমদি মনেম্বোক থারিক্লে চংলকপা উবদা ইবেমপীশক্তা মঙলেমজাওনা ইঙ্গিৎ অমা পীখি। ইবেমপীশক মচাদুবু নুংশিনা লাইবক্তা চুপ্পীরগা মাগী হান্না তুমন্নম্বা মফমদুদা হান্নগী মওং কায়দনা মানা অঙাংদুবু শোক্লদবগুম অমুক থম্বীখ্রে। শাবীত্রি ইবেমপীশক্না ফল্লিবা কাদুদা চংলক্লে। শাবীত্রিনা মঙলেমজাও অমদি ইবেমপীশক উবদা

— "তামো, ইবেমপীশক! ইথা থাজদনা কদোমদগীনো?"

— "ঙসিদি উনদবসু কুইরে কোইরুরসি হায়না হেক্তা লাক্লবনি। নখোয় ওজাদি? কলেজ চৎখিব্রা?"

— "ঐ! মোইবাদি কলেজ চৎখি।"

— "করম-করম তৌরি, নুংঙাইরিদনা? অঙাংগী মমিংবু করি থোনবীরবগে? য়াম্না নুংশিরম্মে।"

— "মোইবানা পামজে হায়দুনা "শ্যামকহ্নাই" থোল্লে। অদু ঐখোয় ইনেম্বোক্নদি ইমোচৌবা কৌই। অদু ইবুংঙোমচাগীদি করি মিং থোনবীরবা?"

— "ঐখোয়গীদি বাবানা 'গৌরমনি' হায়না থোনবীরে।"

— "পাবুংগী হকচাংদুবু কল্লিব্রা? মতমদু নীংশিংলুরগা পাবুংবু মিত্তা শং-শং উরকই।"

হৌজিক ফাওবা শাবীত্রি মচাদুবু মানা পোকচবনি হায়না খল্লি। কন্না অমত্তনা মাগী মফমদা ঙসি ফাওবা শ্যামকহ্নাইবু মাগী মচা নত্তে হায়না খঙহন্দ্রি।

— "অঙাং অনীসিবু মশকসু য়াম্না মান্নে, হয়েং মখোয় অনীনা চাউরগা স্কুল, কলেজ তম্বা মতমদা পুন্না তমহনসিকো!" শাবীত্রিনা হায়।

মতমদুদা মঙলেমজাও অমদি ইবেমপীশক্তি শাবীত্রিনা শ্যামকহ্নাইবু মাগী মচা নত্তে হায়বা খঙলম্লগদ্রা খল্লুবনি। অদুবু মখোয়গী ৱাখলদু ওন্নরম্লে। ইবেমপীশক মানা পুরকপা খাউদা য়াওরিবা ময়োমশিংদু লৌথোক্কে তৌই। তাঞ্জদুদা মঙলেমজাওনা ইবেমপীশক্তা খোঙজি, খুজি য়াওরিবশিংদু লৌথোক্তদনবা ঈঙ্গিৎ অমা পীখিবগুম তৌই। ইবেমপীশকসু মপুরোইবগী ঈঙ্গিত্তু খঙবদগী অঙাংনা চানবা সেরেলেকস অমদি কোমলানচিংবা য়াওরক্লিবদু লৌথোক্লগা শাবীত্রিদা পীরে।

— "ঐদি করি পোৎ পুগদবনো খঙদদুনা খরসি য়োল্লগা হেক্তা লাকপনি।"

শাবীত্রি চা লোল্লুখিগে হায়রম্লগা চাকখুমদা চা লোনবা চংখ্রে।

মতমদুদা নবকিশ্বরসু কলেজদগী কুম্লক্লে। থোঙ্গালদা মারুটি কার অমা খাম্লগা লৈহৌবদু উবদা মঙলেমজাও অমদি ইবেমপীশক ওইরমগনি হায়বা ভাবনা খঙবগুম তৌদুনা ময়ুমদা ৱাখল অমদা উংলগা চংলকই। "করিগীনো মখোয়না লাক্লিবসিবো?" হায়বগা নীংবগা চপ মান্নরে। মঙলেমজাও অমদি ইবেমপীশক ইমুংদা লৈরম্লে।

— "ও ! মরুপ, ইচনসু কোয়বীরক্রিবা ? চা কা থকপীরব্রা ? ঐখোয় শ্বাইসিনা বজারগা লাপ্পগা চানবা অহাউবদি কয়াসু ফংদবনি।"

শাবীত্রি চা পুদুনা থোরকই। ময়াম পূন্নমক্তা চাদু কপ অমমম পীরগা মাসু কপ অমা পায়দুনা থকই। নবকিশ্বরদি মণ্ডলেমজাওগা ইবেমপীশক্কগী মশক উবদা মীগী মচা য়োক্লুবা কৌবনিনা মবুক্তা খরা শোল্লপ তৌনা হুম্বা ৱাখল অমা ফাওরকপগুম তৌই। মমা থারিক্লেনা খল্লম্বা ৱাখলগা মান্নবগুম তৌই।

অসুম্না ৱারী-ৱাতাই ঙাইহাক শানরবা তুংদা অমুক চৎনবা তৌরগে হায়রকপদা শাবীত্রিগী মনেম্বোক থারিক্লেনা,

— "ইবেম্মা ! ইচাশিংগী করি মত্তা হাপ্পিঙাই লৈতে, য়েন্দেম খরা হেক্লুখিগে গাড়ীদা হাপখো হায়দুনা য়েন্দেম মকা ফজবা খরা হেক্লগা পয়া অমনা পুল্লগা পীররে।

চৎলমদাই য়ৌরক্লবদা ইবেমপীশক মচা অমদি পল্লি অদুবু অতোপ্পা ফমুংদা নুংঙাইনা তুম্লিবা মচাদুবু অমুক্তং চুপচনীংলি। লাই অমনা ইনশিনবগুম অঙাংদু অমুক তুম্বা হৌরক্লে। হৌগৎলগা ফমুংদা ফম্লগা কপ্পুনা লৈ। মচানা কপ্পদু উরগা ইবেমপীশক মচাবু পম্নিংবনা মপি ইরা চেল্লকই। অদুবু অঙাংদি শাবীত্রিনা পমখ্রে।

— "বোয় ! ইমা চৎলগে" হায়রগা অঙাংদুগী মখজাইদা চুপ্পুরে। শাবীত্রিদি করিসু খল্লুদে, মাগী মচাবু ইবেমপীশক্কা চুন্না নুংশিদুনা চুপ্পনি খল্লুরি। অদুবু নবকিশ্বরগী মবুক্তদি "অস ! মাগী মচা অশেংবনিনা মমা অসিনা মচানি খঙনা চুপ্লিবনিকো !"

ইবেমপীশক অমদি মণ্ডলেমজাও ময়ুমদা হল্লকপগী লম্বীদা থৱায় কয়া নুংঙাইরমদে। ইবেমপীশক্তি লম্বীদা মচা শ্যামকহ্নাইগী ৱাখল তৌরুরগা মপি তারকপদু মরক-মরক্তা তৈথোকই। মণ্ডলেমজাওসু মাগী নুপীনা তৌরিবা মওংদু উবদা অচুম্বা মমা অমনা তৌফম থোকপনি হায়না খল্লি। অদুবু মচাদুদি মীঙোন্দা পীথোকখ্রবনিনা করিদি তৌরুগনি। ৱাখল নুংঙাইত-নুংঙাইতনা য়ুম য়ৌরক্লে।

খা জিরিদা নবকিশ্বর অমদি মমা থারিক্লে ঙসাই লাক্লম্বা ইবেমপীশক অমদি মণ্ডলেমজাওনা মরক-মরক্তা অসুম্না মখোয়গীদা লাক্লবদি অঙাংসিনা চাউরক্লগা য়োকচরিবা মমা-মপাসিবু অপোকপী অমদি অপোকপা নত্তে খঙলক্লুনা ইমা-ইপাগী মনাক্তা লৈজরুরগে হায়রক্লবদি কমদৌবা হায়না চিংনহৌরে।

ৱাহৈদুগী অর্থ শাবীত্রিদি ভাব তাবা অদুম ঙমখিদ্রে। অদুবু নবকিশ্বরগী মফমদদি অশোকপদা থুম থাকপগুম তৌরুরে।

অশোমদা খোঙহামপাত্তা মচানুপী পোকপগী থা খরা মেটর্নিটি লিভকী ছুটি লৈরিঙৈদা য়ুমদসু নুংশিবা মকুবোক লৈত্রবনিনা কোলকটাদা মঙলেমজাওগী মনাক্তা পুন্না লৈরুসি হায়বদগী ইবেমপীশক মচা গৌরমনি অমদি পোকপদা ঙাইরিবী চন্দ্রিকা পুদুনা কোলকটাদা চৎখ্রে।

নবকিশ্বরগী ৱাখলদা নহান খোঙহামপাত্তা তোমাল লৈতবগী শোরাৎ চলুবগী হল্লকপদা ইবেমপীশক্লা মচা শ্যামকহ্নাইবু থাঙ্গত্তুনা নুংশিনা চুপ্পী হায়না তল্লুবদুদা নোংমদি মচাসি অপোকপা মমা-মপাগী মনাক্তা চৎনীংলক্কদ্রা হায়বগী চিংনবা অসুম-অসুম হেনগৎলক্কে।

মতমদু ইবেমপীশক্কী থবক মফম নম্বোলদগী খোঙহামপাত্তা ত্রান্সফর তৌদুনা খোঙহামপাৎ হায়স্কুলদা কাবা হৌরবনি।

অসুন্না খা জিরিদা নবকিশ্বরগী ৱাখল নুংঙাইত-নুংঙাইতনা মতম খরমুক হৌখ্রে।

মতমসিমক্তদা ইবেমপীশক কোলকটাদা থা অনীরোম লৈরব্রগা থোরকপদা মচা শ্যামকহ্নাইগী ফুরিৎ-খোঙগ্রাও, মচা গৌরমনিগা চপ মান্নবা মচুদা লৈরগা পুরকই। নোংমা পাখঙ মচা লৈকায়গী অমা থারগা খাজিরি তানা ফিদু থিলহল্লুই। নবকিশ্বরনা কলেজ কুম্লকপদা মচা শ্যামকহ্নাইনা ফুরিৎ-খোঙগ্রাও অহনবদু শেৎলগা লৈরম্বা অমুক উরুরে। কদাইদগীনো হংবদা খোঙহামপাৎকী ইবেমপীশক্লা কোলকটাদগী লৈরকপনি তম্লে। নবকিশ্বরবু মদুনা অমুক্কা হেন্না চিংনবগী থাক ৱাংখৎহল্লে। অসুন্না মরক-মরক্তা মাগী ৱাখলবু থুগায়বা মতাং অমুক-মুক লাকপসিনা নবকিশ্বরবু লৈতাফম খঙহনবীদ্রে। মা ঙসিদি ৱাখল নুংঙাইতবদগী য়ু থকপা, য়ু ঙাওবা কলেজগী ওজা হায়বদু তশেংনা ওইরে। মা মতম অমদা মাগী মরুপ দোরেন্না হায়খিবা মেমি হায়বীদো খর-খরদগী খঙনরক্তুনা মেমিদা পৈশা পীথোকপা পাম্মুরক্রে। করিগুম্বা কান্দা মেমিগী তোঙান লৈজবা য়ুমদা অহীং লেকপা-চাবা তৌদুনা লৈথোকপদগী য়ুমদা হল্লক্তবা য়াওরে।

শোমদা মচা শ্যামকহ্নাই চহী মরি শুরক্তুনা লাইরিক তম্বা হৌদুনা স্কুল কারে। অনকপা স্কুল অমদা মবোক্লা লুনা তৌজবনা নুংতিগী থিনবা অমদি লৌবা চৎচৈ। মমাদি খোইনবু মচাগী মহৈ তম্বদা খোইজংলুদে।

খর-খরদগী নবকিশ্বর মেমি মীরোল্লগা ময়ুমদা মৌ ওইনা পুরক্নে। ইমুংদা লান শানা খংনরে। শাবীত্রি শাওবদগী পোৎ-চৈ লাংখায়দুনা ফন-য়াম্না থুগায়রে। মনেম্না থেম্বদসু য়াদ্রে। মপামদগী টাটা গাড়ী অমা লৌহল্লদুনা মপোৎ-মচৈ হাপ্লগা নম্বোলদা পুখ্রে। মচা শ্যামকহ্নাইবুসু পুখ্রে। গতি লৈজদ্রবী থারিক্লে নুংশিরবা মশু শ্যামকহ্নাই চৎখিবদো য়েংলগা কপ্পা-কপ্পা তেংথদুনা লৈহৌরে। মশুনা অবোক-অবোক হায়না কপ্পা-কপ্পা কৌ-কৌদুনা চৎখিবদু নীংশিংলগা থারিক্লে তুম্বা-চাবা চংদ্রে। মচা নুপাদা অঙাংদুবু লৌবীরু লাইরিক তম্বা কায়গনি হায়জবদসু মচানা থৌওইনা তাবীদ্রে। মমাগী মশা য়াম্না শোঞ্জিল্লকপদুদা নুংঙাইতদুনা নবকিশ্বর ইকায়-ইকায়না নোংমা মচা লৌগে চৎলুবদা শবীত্রিনা পীরক্লে। মতম খরা নারম্লগা পিরাং মরক্তা থারিক্লে মশুগী ৱাখলনা লাইমন ওইদুনা লৈখিদ্রে। মনেম্বোক শিবগী শোরাৎ ফাওবদা শাবীত্রি লাকখিদ্রে। ইমুং অনীসিগী মরী ঙসিদি পুরা তৎনবগুম তৌরে।

অশোমদা নম্বোলদা শাবীত্রি মপামদা লৈরবনিনা মচা শ্যামকহ্নাইবু অনকপা স্কুল অমদা অমুক মিং চনবীরে। মবুং কুমারগী মচা ডাজু, শ্যামকহ্নাইদগী চহীমুক হনগনি। মখোয় অনী তিন্নবা ইয়া-য়াদবগুম তৌই। ডাজুনা শ্যামকহ্নাইনা পায়বা পোৎ হেক্তা মুনবী, থুগায়বী। মমাদা চংদুনা তম্মী। মমা মমা হেক্তা ঙংখৎনরকই।

অসুন্না লোইনরকপনা চহী অনী অমুক হৌখ্রে। নবকিশ্বর নম্বোল কলেজদা ওজা ওইবনীনা নম্বোল বজার ফাওরগা নুংতিগী কারদা চৎলি। মতমসি শ্যামকহ্নাই চহী তরুক হায়রক্লে। মপা নবকিশ্বরনা মরক-মরক্তা নম্বোলগী লম্বীদা কার থৌরগা চৎপদু মানা উই। মপানা মাবু উরগা কৌরমদবদা শ্যামকহ্নাই নুংঙাইতবা ফাওই।

ঙসিদি মপা নবকিশ্বর অনৌবা নুপী মেমিগা মোৎ চাননা য়ুম্বাল লম্বীদা চংখিদুনা মচা অনী শুরে। শ্যামকহ্নাই অমদি শাবীত্রিগী ৱাখল লোইনমক কাউখিবগুম তৌরে। মীনা ইনশিনবীবদগী শাবীত্রিদি খঙজদবনা মাগী মপুরোইবা নবকিশ্বরগী মফমদা মচা শ্যামকহ্নাইগী মেন্টিনেন্স শুট থাউ হায়বদগী থারুরে। ইরাই লাইনা নবকিশ্বরনা শ্যামকহ্নাই মাগী মচা নত্তে শাবীত্রিনা তাল্লিবা মেন্টিনেন্স শুটতু মরম চাদে শাবীত্রিগা মাগা খাইনরে হায়রকপদা শাবীত্রি ঙসিতদা জ্ঞান তারক্লে - মদুদি শ্যামকহ্নাই মঙলেমজাও অমদি ইবেমপীশক্কী মচা ওইরম্লে। মা জ্ঞান মাংদুনা লৈমায়দা ৱাষ্টে। মমানা ঈশিং থাদুনা লাক্লে। মমানসু অচুম্বা ৱারীদু

মচানুপীদা অমত্তা চিংথদনা লিদুনা তাহল্লে। মচা শ্যামকহ্নাইবু অমুক্কা হেন্না নুংশিরক্লে। ঙসিদি মা ভাব ফজনা তাবগুম তৌরে। ইবেমপীশক্লা য়াম্না লাপ্না খা জিরি তান্না মচা য়েংবা লাকখিবগী মরম। শোরাৎ চৎলুবদা ইবেমবীশক্লা চেনশিল্লক্কুনা শ্যামকহ্নাইবু ৱাংনা থাঙ্গৎলগা চুপ্পীখিবা; মদুগী পাউ তমলুবদা নবকিশ্বরনা শাওখিবা কয়াদো লোইনা নীংশিংলক্লে। অদুদসু নত্তনা কোলকটাদগী মচাগী ফুরিৎ-খোঙগ্রাও লৈরগা থিলহল্লকখিবা। মা ৱাখল হেন্না খঞ্জিল্লুবদগী মকোক ঙাওবগী লায়নানা নাবা হৌরে। অমুক্কা হেন্না মচাগা মবুংগী মচাগা তিন্নবা য়াদবা, নুংতিগী খৎনবগী পাউনা নাকোং ৱাই চিলহল্লি।

মীওইবগী পুন্সিদা অকা-অকুম নাইবসিসু হৌনশা ওইরমাল্লে। ৱানা হৌরক্লগা পোলোইদা অমুক নুংঙাইবা, নুংঙাইনা হৌরক্লগা পোলোইদা অমুক ৱাবা। মতম অমগী নম্বোলগী ইনাক খুনবদা মমিং লৈরম্বা স্নাথোই ঙসিদি মাগী আসামদগী থাউ থন্না পুরগা লাকপা টেক্সী গাড়ী অনী পুন্না ইকোনোমিক ব্রোকেদ তৌবা কাংবুনা মৈ থাদুনা তাদুবী মনাক্তা মাংহনখিবদগী মাগী দাও য়াদবা মতম লাক্কুনা জর-জর হায়থখ্রে। হৌজিক্তি থাউচিংবা লেপ্লে। গাড়ী অমত্তসু লৈত্রে।

নোংম-নোংমা হৌখিবনা ৱানা-ৱানা শ্যামকহ্নাই নম্বোলদা মমাগী মপামদা লৈরকপা চহী তরেৎলোম শুরক্লে। মহাক উচিন-নাচিন্না ক্লাস সিক্স তম্লে। মী অমগী ৱাখল খনবা ঙল্লক্লে। মরকসিদা নোংমা নম্বোল বজারদা কৃষ্ণ জন্ম নুমিত্তা মাগী বাবা নবকিশ্বর অমদি মমা অতোম্বী মেমি মচা অনীগা লোইননা মারুটি অমদা লাক্লগা মচাশিংগী শান্নপোৎ খরা লৈদুনা লৈবা শ্যামকহ্নাইনা উরে। কুমারগী মচা ডাজুনা শ্যামকহ্নাইদা "নখোয়গী বাবা আদা লৈরে, ঙসিদি কৃষ্ণ জন্ম নুমিৎনি পৈশা খরা পীরম্মু হায়য়ু" হায়না কন্না ইনশিল্লম্মী। ডাজুনা হায়বা ইন্দুনা শ্যামকহ্নাই মপাগী মনাক্তা চংশিনখ্রে। "বাবা, বাবা" হায়না অনীরক কৌজরুই। মমা অতোম্বীনা "কনাগী অঙাংনো অসিবো? মোইবাদা 'বাবা' কৌরিসিবো?" নবকিশ্বর অঙাংদুবু মশক খঙলবসু মাগী নুপী মেমিগী মমাংদা খঙই হায়নীংদ্রে। অদুগী মথক্তা মতম কুইনা উনখিদবগা নুংশিবগী চাংসু য়াম্না হন্থখ্রে। পৈশানা হেন্না লুনা খল্লক্লে। মমানা মেন্টিনেন্স শুট থাখিবগী শাউনীংবগা মচানা কৌবদু তানা-তানা খুম্বীরমদনা গাড়ীদা মখোয় পুন্না কাখৎলগা মপানা মারুটিদু থৌরগা চৎখ্রে। মী মীগী পুকচেল ঙসিদি ময়েক শেংলকপগুম তৌরক্লে। শ্যামকহ্নাই মথৱায় নুংঙাইতনা মমায় লুকথরগা লৈরিঙৈদা ডাজুনা "নপা ফাওবনা মশক খঙবীদবা,

শিকি অমা ফওবা পীবীরমদবা ! মীগী য়ুমদা তাংদুনা লৈবদু ইকায়দ্রা" হায়জিল্লুরে। অশাওবনা হেনমনখিদুনা মনাক্তা তারম্বা নুং অমা খুল্লগা ডাজুদা থারুরে। নুংদুনা ডাজুগী লাইবক্তা পান্দুনা কায়দুনা ঈ থোক্লে। ডাজু ঈ তপ-তপ তানা কপ্লগা ময়ুমদা চেনশিনখ্রগা মমাদা তম্লুরে। কুমারগী নুপী মেমচা হান্নদগী খরসু খেংবনি। চৈ অমা পায়রগা শ্যামকহ্নাইবু চৈদুনা মনঙ্গন্দা অনী অহুন্নক কল্লগা

—"হে! নমা-নপা মফম-মরাং খঙদবা! নংনা মীগী মমায়দা নুংনা থারিবদুবু মমিত্তা পাল্লম্লবদি মিৎ তাংলোইদ্রা, নমিৎতু কোৎথোকউরা? ঙম্মোইকাদি খল্লুনুকো! মসি অঙাংসি খরা চাউরগদি শোয়দনা মী হাৎপা ঙমগনি।" হায়বীরে।

শাবীত্রিসু ফমুংদা মকোক ঙাওদুনা হিপ্লম্বদগী লাউনরিবদু তাবদগী হৌগৎলক্লে। মনম্মগী ৱাহৈশিংদু মাসু লোইনা তাহৌরে। শ্যামকহ্নাই উংদুনা করি তৌগদগে খঙদনা তিঙক-তিঙক লেপ্তুনা লৈরিঙৈদা মমা শাবীত্রিনা অমুক্কা মনঙ্গন্দা খুপাক্লা অনীরক থারগা

— "ইমাগী ইবুংঙো! নঙ য়ুমদা অমুক হঞ্জিল্লক্লগনু!" অসি হায়দুনা মখুৎ হাইরগা শাওনা চৎখ্রো হায়বগী ইঙ্গিৎ মচাদা পীরুরে।

শ্যামকহ্নাই অঙাং ওইজরবসু ভাব তারবনিনা ৱাখলদা উংদুনা নম্বোলগী গাড়ী ময়াম লাকপগী খামফমদা চৎখরে। মা কদাইদনো অমদি চৎলগে খল্লক্লে। মাগী পুক্লিংগী অশেংবা পাউদমদু তাবীনবা কনাসু লৈত্তুবদুদা মপুক্লিং য়াম্না নুংশিরক্লে। বস থাফমদা অসুম লেপ্লম্বদগী বস অমা লাকপদা বসতুদা কাখৎখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা বসতু থৌখ্রে। খরা চৎলগা ইম্ফাল য়ৌদুনা কৈশামপাত্তা খামলে। গাড়ীদগী কুমথরগা পংচত্তা চৎখ্রে। মানা অসুম চৎখিবনা মমৈদা থৌবাল পার্কিং অমুক য়ৌরে। মফমদুদা চকপিকারোং য়ৌনা চেনবা বস অমদা অমুক কাখৎলুরে। মানা খনবদা চকপিকারোংদি ইম্ফালদগী য়াম্না লাপ্পা মফম্নি ময়ুমগী মীনা থিরক্লবসু ফংলরোই। ঙাইহাক বসতা ফমদুনা ঙাইরগা বসতু থৌবা হৌরে। লিলোং য়ৌরকপা মতমদা ভারা লৌবা হৌরক্লে। মাদি খ্বাইগী মনীংগী সিত্তা ফম্বনিনা ভারা পীরো কদাই য়ৌগদবনো হংলকপদা খুম্বা ঙমদ্রে। মাগা থংননা ফম্লম্বা য়ুঙাওবা নুপা অমনা মাগী ভারদু ঐ পীরগে সেরৌ য়ৌবগী ভারা লৌরো হায়দুনা অঙাংদুগী ভারা তংখায় অমা সেরৌ য়ৌবগী পীরে। অসুম্না য়ু ঙাওবদুনা ভারা পীরগা লাকমিন্নবনা থৌবাল, ৱাংজিং, ককচিং, ৱাবগাই, লাংমৈদোং, ৱাইখোঙ

হেন্দোক্রমদুনা মমৈথংদা নুমিদাংদা শুগুনু য়ৌরে। শুগুনুদগী খরা অমুক চৎলগা সেরৌ য়ৌরে। সেরৌ য়ৌরবা কান্দা ঙসাইগী য়ু ঙাওবা নুপাদুগা পুন্না কুমথরে। নেপালি হোটেল ফম্বা কিশ্বর থাপা কৌবা অমদা ৱারী ঙাইহাক শানরগা মঙোন্দা শিন্নরম্লে। পৈশা খরা নমদুনা লৌরগা য়ু ঙাওবদু চৎখ্রে। শ্যামকহ্নাই মফমদুদা হোটেলদুদা লৈহৌরে।

নুমিৎ খরনিদি অঙাংদুবু থিরকপা য়াই খন্দুনা কিশ্বর থাপানা ময়ুমদা পুরগা ষণ ময়াম লোইবনিনা চরু ককপা, দানা লোনবা তম্বীদুনা মপাল থোকহন্দ্রে। শঙ্গোয়গী কা মচা অমদা শ্যামকহ্নাই লৈহল্লে।

শাবীত্রি মচা চৈরুবগী নুংঙাইতবগা হকচাং নুংঙাইতবগী অৱাবনে মচা হল্লক্তবগী চৈনানে অহিংদু অমুক্কা হেন্না বুদ্ধি থোকহন্দ্রে। কপ্পতনা মশরুক ওইদুনা অঙাওবীগা পাংখক ওইরে।

নোংঙানবগা ইম্ফালদা চেন্নদুনা ফোটোনচিংবা হাপ্পুনা শ্যামকহ্নাই মাংখিবগী পাউ খবরদা, রেদিওদা, টি ভিদা লাউথোকপা হৌরক্লে। অদুবু কনা অমত্তনা খঙই হায়রক্রে। খোঙহামপাত্তসু মমা ইবেমপীশক্না খবরদা মচাগী ফোটো উরুবদা করম্না থৌদোক্তু থোকখিবনো হায়বগী মতাংদা খল্লুবদা কপ্পতনা মশরুক ওইখ্রে। মা পুক্লিং লৈতাফম খঙদ্রে। মঙলেমজাওদসু পাউদু টেলিফোন তৌদুনা খঙহনখ্রে। মঙলেমজাও থুনা টিকেৎ কক্লগা ময়ুমদা থোরক্লে। মখোয় অনীসু য়াওনা অঙাংদুবু থিবা হৌরে। করি নুংগী মচাবু শাবীত্রি অমদি নবকিশ্বরদা শিন্নরুবনো, মীগী পুকচেল খঙদনা অশুক-চাউবা অরানবা অমা মখোয় অনী তানরগা তৌরুরবা হায়না মশাগী অশোয়বদা অনুতাপ তৌরকই। নবকিশ্বরসু শ্যামকহ্নাই মাঙখিবগী পাউ তারগসু থিবা-হঙবগী থবক অমত্তা য়াওখিদ্রে। মাদি শ্যামকহ্নাইবু পুৱা ওইনা কাউখিবগুম তৌখ্রে। মঙলেমজাও খাজিরিগী নবকিশ্বরগী ময়ুমদা পাউ লৌবা চংলুবদা নবকিশ্বরগী নুপী মেমি মচা অনীগা লৈরম্বা উরুবদা চিংনবা পোকই। নবকিশ্বরদি লৈরমদবনা ৱাদু হৌদোক্রমদ্রে। নম্বোলগী শাবীত্রিখোয়গী য়ুমদা ইকায়-ইকায় অমুক চংজরুই। কুমারনা শাবীত্রিদি থবক অমা চৎখি হায়দুনা উনহল্লক্তবনা ভাব তাদনা অমুক ময়ুমদা হল্লক্লে। ময়ুম য়ৌরগা মতৈ-মনাও পুন্না কপমিন্নরে। মতমদু মচা নুপা গৌরমনিদি সৈনিক স্কুলদা ক্লাস সিক্সতা তম্বগী সেলেক্সন ফংদুনা পাঙ্গৈদা লৈবা সৈনিক স্কুলদা মিং চন্দুনা মহৈ তমদুনা লৈরি।

মচানুপী চন্দ্রিকাদি ক্লাস ফোর কাদুনা লৈকায়গী স্কুল অমদা তম্লি। ইবেমপীশক অমদি মণ্ডলেমজাও মতম চুপ্পদা মীনা য়োকখ্রবা মচাদুগীদমক লানখ্রবা ৱাখল অমদি পুন্সিগী মরুওইবা শোয়খ্রবা খোঙথাং অদুগীদমক হঞ্জিল-হঞ্জিল কপ্লুরি।

শাবীত্রি মচা থিবা ফংদবগী ৱাখলতনা সৈকিয়াত্রিক্কী লয়নানা নারে। মরক-মরক্তা অঙাওবীগুম চোইরোন-পারোন লোল্লে। থা অমরোম থিবদা ফংবা লৈত্রবদা নম্বোলদদি মখা-তানা শ্যামকহ্নাইবু থিবা লেপখ্রে।

খোঙহামপাত্তসু মচা থিবা ফংদ্রে হায়দুনা কুইনা লৈথোকপা য়াবা নত্তবনা মণ্ডলেমজাও কোলকটাদা অমুক চৎখ্রে। অসুম্না নোংম-নোংমা হৌখিবনা শ্যামকহ্নাই মাংখিবা থা-তরুক মপূং ফারক্লে। ইবেমপীশক নোংমতা মচা শ্যামকহ্নাইবু কাউবা লৈখিদে। নুংতিগী চারমদাই, তুম্লমদাই, অহীংগী মিকপ থোরকপা, অয়ুক্কী লাই ধুপ থাবা, নুমিদাংৱাইগী সন্ধ্যাগী ধুপ থাবা অনীমক্তা মচা শ্যামকহ্নাইবু অমুক্তং ফংহনবীয়ু হায়না তত্তনা নীজৈ। মীয়াম খরা পুনবা উবদা মচাদুবু য়াওরমগদ্রা হেক্তা খল্লকই। কনাগুম্বা ইনাকখুনবা মচা লৈজদবা অমনা য়োক্লগা নুংঙাইনা মহৈ-মশিং মখা তানা তম্লমগদ্রা খল্লুদুনা মণিপুরগী অচৌবা মমিং চৎপা স্কুল মশীং শুরে হংজরকপা। অমুকসু মফম খঙদনা মীগী য়ুমদা মীনাই ওইনা থবক শুদুনা ৱানা পুন্সি লেল্লম্লগদ্রা খঞ্জে। মণিপুরদা লৈরিবা ওর্ফান স্কুলশিং লোইনা চত্তুনা মচা য়াওব্রা, লৈব্রা য়েংজরুই। অঙাংশিংগীদমক অচা-অথক ময়াম অমা লৈরগা থুংনবা য়েল্লম্মী। মোইরাং লাই হরাউবা মতমদা চত্তুনা মচা য়াওব্রা য়েংজরুই। শেন্দ্রা চীংদা চৎলুই, জুদা, শিংদা দামদা এক্সকর্সন লাকপদা মচা য়াওরকপ্রা য়েংজরুই। অদুবু মফম কৈদসু ফংবা লৈত্রে।

নোংমা টি ভিদা কালেনগী ২৩,২৪ অমদি ২৫নি পানবা নুমিত্তা ইবুধৌ খানা চাউবা ৱাংব্রেনগী লাই খুরুম্বগী থৌরম পাংথোক্কনি হায়বা এদভর্টাইজমেন্ট অমখক ইবেমপীশক্না উরুরে। পুক্নিংদা টি ভিদা উরুরিবা মীয়ামদু উরগা মফমদুদা চৎলগা অমুক্তংগা অরোইবা ওইনা মচা থেংনব্রা য়েংনীংলকখি। লাইদা কৎননবা লফোই, য়ুবী, শেম অঙ্গুরনচিংবা ময়াম অমা লৈরগা প্লাস্টিক্কী বেগ অমদা পোৎলমশিংদু হাপ্লগা ময়াম চৎপদা য়াওদুনা ইবেমপীশক সেরৌ তানা লাকই। বসতগী শাংলবা লম্বীদা লাকপদা থোংনাও মনাক্তা ফমদুনা মচাগী চহী মতাংগী অঙাংশিং উরগা মচা য়াওরমগদ্রা খঞ্জরুই। অরাপ্পা লমহাংদা চীংয়া-তময়াদা ষণ শেল্লিবা খুঙ্গংগী ষণজেম্নহা উরগা মচাদুবু ওইরমগদ্রা খঞ্জরুই।

ইবেমপীশক মপাম-লমদম থৌবাল হাওখা য়ৌরকপদা থায়নগী মাগী নুংশিরবা লৈকায়, ময়ুম অমদি মমা, মবুং, মনম্মা তোম্বীনৌ মথং-মথং লোইনা নীংশিংলকই।

শোমদা শ্যামকহ্নাই মতমদুমক্তদা নেপালি ইমুংগী যণ ময়াম শেন্দুনা লৈরি। থা তরুক ফারক্লবনিনা যণ শেনবগী থবক্তু চান্নবা শিনফম ওইনা হৈনরক্লে। স্কুলদা লাইরিক-লাইশু তম্বা ঙম্নমক লাপথোরক্লে। মানা যণ শেল্লিবা জগাদুসু তুরেল মপান্দনি। মী ময়াম অমা ঙরাংদগী লেপ্তনা সেরৌ তুরেলদা লুপ্পা লাক্লরিবা, ঈরুজবা লোইরগা লাইখুরুম্নবা চংনখ্রিবা কয়াদুবু শ্যামকহ্নাই মমিৎ কুপ্তনা য়েংলি। অঙাং খরদি তুরেলদা থাদরম্বা ফি অফবা খল্লগা খুনবা, পৈশা খুনবা কয়াসু য়াওরি। মাদি মদুমক্তি য়াওরুদে। তুরেল মপান্দা মখোঙ অনী য়াম্ভরগা ফমদুনা ময়ামগী মতৌদু য়েংলি। মীনা ফিঙৌ ফৌবনি। খ্বাইরম্বল বজারগী মীমুক য়াম্মী। বসনা মশীং খঙদনা লাকপগা চৎখিবগা, মী য়াম্মন্দুনা লাইগীদা চংবদি পৌ নম্লগা থাজিল্লি। য়েংবু য়েংলবদি কুম্মে মক্তনি। শ্যামকহ্নাইনা মীয়ামগী মতৌ য়েংলগা ফল্লিঙৈদা ইবেমপীশক মচাগী মৈনা ঙাওরিঙৈদুদা মমা-মচা উনজৌ হায়বদুনা অঙাংদুবু মানা তুরেলগী ঈশিংদা লুপকে তৌরিঙৈদা মায়য়োরুবগী তুরেল লৈরাইদা লাপ্তক্লা উরুরে। ঈরুপ্তনা চিংনবা অমা পোক্লক্তুনা অঙাংদুগী মনাক্তা ইবেমপীশক অসুম-অসুম চংশিল্লক্লে। অঙাংদুগী মশকসু মচা গৌরমনি য়াম্না মানবগুম তৌরে। মতম কয়াগী মমাংদগী মচাগী বাখলদা ঙাওজরিবী মমা অমনা অসিগুম্বা লমহাং অমদা মচা উনরগা করম্না নুংঙাইরোইদৌরিবনো? অঙাংদুসু ইবেমপীশকপু হান্না উখিবগুম নীংশিংবদি ঙমদনা ঙাইহাক চিংনদুনা মুন্না য়েংদুনা লৈ। ইবেমপীশক অঙাংদুগী মনাক য়াম্না নক্লা চংশিল্লগা

— "ইবুংঙো! নংবু শ্যামকহ্নাই নৎত্রা?" শ্যামকহ্নাই ঙাইহাক্তং চিংনবগুম তৌনা লৈরুরগা

— "ইমাবু কনানো?"

— "ঐদি নংগী নমাগী মমান্নবীনি।"

— "ইমা হায়বদি?"

— "শাবীত্রিগী! নংবু শাবীত্রিগী মচা শ্যামকহ্নাই নৎত্রা?" শ্যামকহ্নাই কিজরক্তুনা

— "নত্তে।" হায়রগা হৌগৎলগা চৎকে তৌই।

ইবেমপীশক শোয়দ্রে হায়বা খঙলদুনা মাসু অঙাংদুগী মতুং ইন্নরগা

— "ঙাইখো, চৎখিগনু, ইমা ৱা হায়গে! নংবু ইমানা নংগী নমাগী মনাক্তা পুরোইয়ে, চুন্না খঙনীংদুনা হংবনি। শেংনা হায়য়ু! নংবু শাবীত্রিগা নবকিশ্বরগী মচা শ্যামকহ্নাই নৎত্রা?

হন্দকমুক্তি মা য়ানীংবগুম, থাজবগুম তৌরদুনা খুম্লক্লে।

— "মানি।"

— "নংবু ইমা নুংশিদ্রা?"

— "নুংশি।"

— "অদুদি কবিগী অসুক লাপ্পা মফমসিদা করন্না কনাগী মনাক্তা লৈরিবা?"

— "ইমা ঐবু ইমানা অমদি ইনে মেমচানা ফুরগা চৎখ্রো" হায়রকপদগী শাউদুনা য়ুমদগী থোবকপনি। ঙসিদি ঐ ইমাবু য়াম্না নুংশিরক্লে, অদুবু য়ুমদা চৎপদি ঙমদ্রে, লম্বীসু খঙদে, পৈশাসু লৈতে। ঐবুদি নুপা য়ুঙাওবা অমনা ঐগী মালিক্তা পৈশা লৌরগা য়োনখ্রবনি।"

মচাগী ৱাদু তাবদা ইবেমপীশক মখোল থোক্লা কপ্লক্লে।

— "বাবানসু ঐনা কৌবদা তানা-তানা খুমদনা চৎখি। ঐ য়ুমদা অমুক চৎলরোই, মাম্মগী মচা ডাজুনসু তোয়না ফুই, ইনে মেমচানসু মচাগী মীচং হেক্তা চংই।"

— "অদু নং নমাগী নুংশিবী মতা ঐগী ইনাক্তা পুন্সি চুপ্পা ঐগী ইচা ওইনা লৈরুবদি য়াব্রা?"

— "ঐ কনাবুসু থাজদে, ইমাগা বাবাগনা ঐবু লুনা তৌবীদ্রগা অতোপ্পা মী অমনা মচাগুম করন্না লুনা তৌবীগনি? নেপালিগী য়ুমদা ষণ শেনবদি চাক্তি পুক থন্নবা পীজে, মখোয়দি ঐবু মরম মোকই হায়দুনা লুনসু তৌই, নোংমতসু ঐবু ফুবীদে। লমহাংদা ষণ ময়ামগা মরুপ শান্নদুনা লৈরগা মী ময়াম লাকপগী কুম্মে য়েংবসি ঐদি য়াম্না নুংঙাই। ইমা নংগী নতা ঐগী ইমা শাবীত্রিদা ঐ মফমসিদা লৈহৌই তম্বীরুগনু! মখোয়না খঙলবদি ঐবু শোয়দনা থিরক্কনি।"

মচাগী ৱাঙাংশিংদু তারুবগা ইবেমপীশক মিৎলু অনীদা পিরাং অতৎ-অখম লৈতনা কুমগী নোং চুবগুম চেম্বুরক্লে।

— "করিগীনো ইমা নংনা ঐবু অসুক লুনা তৌরিবা? ঐগী ৱারী তারগা নংগী নমিত্তা পিরাং তারক্লিবা?

— "খঙদে, ইমানা নংগী নশকসে উরগা হায়ঙমদনা নুংশিবা অমা পোক্লুরে। নহান অমুক্কী মপোক্তা নংশে ইমানা পোকখিবা ইচা ওইরম্বা তায়। অদু, ইচাবু ইমানা হায়বসিদা য়ারো কৈদৌবগে? ইমাগা ঐখোয়গী য়ুমদা ঐগী ইচা ওইনা লৈরুবসি! নংগা নশক চপ মান্নবা নংগী মরুপ ঐগী ইচানুপা অমসু লৈ। মাগী মখাদা নচল অপীকপা অমসু লৈ। নখোয়বু ইমানা শক খঙনহল্লগা নুংশিনা লোইনহনগনি!"

— "হুঁ ঐখোয়গী মালিক্লা য়াগদবা মান্দে, নহান ঐনা লাকপা মতমদা নুপা অমনা ঐগী মমলসু লৌখ্রবনি।"

— "অদো ইমানা নংগী মমলদু অমুক হন্দোক্লগা লোইরেদনা?"

— "অদু, ষণ ময়ামসিদি কনানা শেলহৌগনি, মখোয়নসু ঐবু চৎহন্নীংগদবা মান্দে। মখোয় ঐগা মরুপ লোইনা শান্নরবনি।"

— "মখোয়গী মী অমা অমুক নেক্লগা ষণ ময়ামসে শেন্ননবা ইমা হায়নগে, শোয়দনা য়াগনি।"

— "অদো ইমা! নং তুরেলদা হান্না লুপ্পুরো! অদুগা লাই খুরুম্মুরো! ঐ সিদা ষণ ময়ামশে শেল্লগা ইমা লাক্লিবা ফাওবা ঙাইরমগে? ঐগী চাকসু আদগী শঙ অসিগী মনুংদা লাম্লগা চান্নবা থম্মম্বনি।" মচাগী ৱাদু তাবদা ইবেমপীশক মচাগা উনহল্লিবা ইবুধৌ ৱাংব্রেন খানা চাউবা খঙনুং নুংশিরকপগুম তৌরে। মচানা হায়রিবদু চুম্মী খল্লুদুনা থুনা তুরেলদা ঈরু-লুজরগা লাইগী মন্দিরদা ইধৌ খুরুম্বা চৎখ্রে। ইধৌদসু মচাবু অমুক হন্না পুক্লিগী কায়নহনবীরগনু হায়না মচিন্দা মখোল থোক্লা কপ্পুনা হায়জরে। লাই খুরুমজবা অমদি নীবা য়াবা নীরবা তুংদা ঙসাইগী শ্যামকহাইনা লৈহৌবা মফমদুদা য়ান্না পাখৎনা মচা উনবা অমুক লাকই। ঙসাই মচা শ্যামকহাইনা লৈহৌবা মফমদুদা শ্যামকহাইদি লৈরমদ্রে। মশাদু ইপা-পাখৎনা মচানা ঙসাই হায়রম্বা শঙদু তানা তুরেল তোর্ব্বান্দা কাখৎলগা

শঙ লৈবা মফমদু য়ৌনবা চংশিনখ্রে। মচাদু মফমদুদা চারা ৱান্দুনা লৈরম্লে। চাক খরগা কোবীগা আলুগা থোংবদু য়াম্না হাউনা লা অমদা চারি। মচাগী মনাক্তা চংশিল্লগা মখুৎত্তুনা চাক্তু ইমা ইনবীগে হায়না মুন্না তোৎলগা ইবেমপীশক মচাগী মচিন্দা চাক ইনবীখ্রে। মানা তৌরিবা থবক্তু ইবেমপীশক মা মশামক খঙজদবগুম তৌরে। চাক ইন্না-ইন্না ইবেমপীশক্কী মিৎলু নাপোম অনীদো পিরাংতনা পুংচোৎ ওইনা চোৎখ্রে। মমাগী মতৌদু উবদা মাদি পোকপদগী অমুক্তা ঙসি ফাওবসিদা অদুগুম্বদি উরক্তবনা ইবেমপীশক্কা থাঙ্গেশেংনা মাবু লুনা তৌবীগদ্রা খল্লক্লে। চাক মবুক থন্না চাবা লোইরগা তুরেলদা কুমথরগা তুরেলগী ঈশিংদু মখুত্তুনা খুজোক-খুজোক কল্লগা অমুক থক্লুরে। মচাগী মতৌদু উরুবদা ইবেমপীশক তশেংনা থম্মোই শোকই।

মমা-মচা ৱারী শান্নদুনা কিশ্বর থাপাগী হোটেল তানা লাকমিন্নরে। কিশ্বর থাপাগী মনাক্তা মচা য়াওদনা ইবেমপীশক মতোমতা হান্না চংলগা উন্নরে। শ্যামকহ্নাই থিবা লাক্লিবনি, পুলিসতা কেশ তৌরবদি নহাক ফরোই, নংগী অপাম্বা পৈশা কয়ানো পীগে হায়রুবদা কিশ্বর থাপা য়াম্না কিরম্মী। পৈশা অমত্তা লৌজরোই অঙাং পুবীখ্রো হায়রক্লে। অদুবু ইবেমপীশক মচা ফংবদা নুংঙাইমন্দুনা লুপা চামঙা চৎপী অমা বেগতগী লৌথোক্লগা কিশ্বর থাপাদা পীরে। মচা শ্যামকহ্নাইবু কৌশিল্লগা মতম খরা মাবু য়োকপীরকপা কিশ্বর থাপাবু খুরুমহল্লে। অদুগী তুংদা মমানা মাং থারগা মচানা মতুংদা ইল্লগা শ্যামকহ্নাই মতুং হন্না-হন্না কিশ্বর থাপাবু য়েংলম্লগা বস থাফম য়ৌবা লম্বীদুদা চৎখি। মমা-মচানা চৎখিবদু কিশ্বর থাপা মমিৎতা মপি ইরা চেল্লগা মাগী মিৎয়েংগী ৱাংমা লানখিদ্রিবা ফাওবা য়েংলগা অদুম লৈহৌরে।

# "তরাশুবা"

জগৎ সংসারসিদা লেংলি-পাল্লিবা জিব পূন্নমক মপী-মপা লোইনমক লৈ। ৱাখল লৈবা জিব খরদনা মপী-মপা পুন্না মচা য়োকপগী থবক তৌই। অদুবু জিব কয়া অমদি মপী-মপাদি লৈরগসু মচা হেক মীতম্বগা মপা ওইবদুনা মচাদুগী দাইত্ব পূন্নমক মাগী শরুক য়াওদবগুম মমা ওইবীদুগী মফমদা লোইনা শিন্নরম্মী। মমা ওইবীশিংদুনা মচাশিংদুবু মথন-মথন্নত মবুক থন্নবা মচিঞ্জাক থিদুনা চাজবা ঙম্বা ফাওবদি মিকুপ অমত্তা থাদোক্তনা শেন্নবা ঐখোয়না উই। মখোয়শিং অদুদি য়েনগী কাংলুপ, ষণগী কাংলুপ। য়েনবা অমত্তনা মরুম কোন্দে, মচা শেন্নদে। ষণ লাবা অমত্তনা ষন্নাও শেন্নদে। অদুবু য়েনবীনা য়েন্নাওবু লুনা তৌজবা করিদা প্রমান তৌরুগনি। অমরোমদা অমুক ষণবীনা ষন্নাওবু কয়াগী মতিক লুনা তৌজবা ঐখোয় লোইনমক্লা উরে। উচেকশিংগী মরক্তসু তাইবং মীগুম্না ৱাখল লৈবা হায়গদ্রা, য়ুম্বাল ফজবা হায়গদ্রা পীক্লবা উচেক তাইবং মীওইবগী য়ুমগী শাইজিন-শায়াদা মকোন শাদুনা শাইদাংদুনা লৈবা শেন্দ্রাংদি লাবা-অমোম অনী শিন্ন-শিন্নদুনা মরুম কোল্লি। মচা ওল্লগসু মচাশিংবু মচিঞ্জাক ইনবকান্দা লাবা-অমোম অনী চংদুনা মচা য়োকই। লাবা-অমোম অনী চংদুনা চপমান্নবা দাইত্ব লৌদুনা মচা য়োকমিন্নরিবা জিবশিংসি ঐখোয়না ৱাখল খরা হেন্না লৈবা চায়োক-নাওয়োক ফজবা, য়ুমপানবা হৈবা জিবনি হায়বা তাই। তাইবং মীওইবা ঐখোয়সু করম্বা শা উচেক্কী মতৌবু তমদুনা নুপা-নুপী অনী চংদুনা মচা য়োকপগী থবক তৌরম্লিবা? শিংলে হায়রিবা মীওইবা ঐখোয়গী মরক্তসু লাবনা মচা য়োক্লীংদবা শা নৎত্রগা উচেক্কী মতৌ তম্বা মীওই কয়ামসু য়াওদবদি নত্তে। নুপী মশীং খঙদনা মোইথেম তৌদুনা লৌবীরগা মচা পোক্লমদাইদা হন্দোকপীরম্বা নুপাগী মশীং ঐখোয়না তোয়না অদুম থেংনৈ। মখোয়গী থম্মোই অদুদি তাইবং মীওইবগী মরক্তদি চন্নবদা কয়াদি ফজদ্রে। মখোয়গী য়ুম্বালদু মশীং থাবদি কয়া নুংঙাইত্রে।

মমানা মচাবু লুনা নীংজবা নুপীশিংগী কাংলুপ্তা থৌবাল হাওখাদগী মঙলেমজাওগা নুংশিনদুনা খোঙহামপাত্তা ময়ুম পাল্লকখিবী ইবেমপীশকসু অমা

ওইরি। শ্যামকহ্নাইবু য়োকখিবী মমা শাবীত্রি অমদি মপা নবকিশ্বরনা মচাবু ফংনবা থিদ্রগসু মমা অমগী মক্তবা, শেংলবা পুক্নীংনা ঈশ্বর পুন্নমক্কী মফমদা থাজবা থমদুনা মাগী উইলনা কনখিবনা ঙসিদি শিবু শিদ্রবদি ইবেমপীশক্না মবুক্তগী তাখিবা মচা শ্যামকহ্নাই উনবা ফংজরে। ইবুধৌ ৱাংব্রেন খানা চাউবা খুরুম্বা চৎলুবা গাড়ীদু খোঙহামপাৎ য়ৌদুনা মী ময়াম কুমথনরে। ময়ামদুনা ইবেমপীশক্তা মানা পুরক্লিবা অঙাংদুবু কনাগী মচানো, মাগা করি থোরুবনো হংই। ঐগী ইমান্নবীগী মচানি, ঐগী ইচানুপা গৌরমনিগা হোসপিটালদা পুংফম অমত্তদা পোকমিন্নখিবনি, নম্বোলদগীনি খুম্মী। মমাগা খৎনবদগী মাংখিবদগী থিবা খঙখিদবনি, থা তরুক পুরা ফারবনি, ঐনা লাইবক ফবদগী থেংনদুনা পুরক্লবনি তম্মী। মাগী মচানি হায়বদি কনা অমত্তদা হায়দ্রে। মাগী মচা গৌরমনি পোকপা মতমদা মচা অনী ফাইবোক পোকখি হায়বসু খোঙহামপাৎকী মীদি কনা অমত্তসু খঙখিদে। মখোয় অনীনসু মী অতৈনা খঙদনবা মচা অনী ফাইবোক পোকখিবগী মরমদা নোংমতসু ৱারী শাখিদে।

গাড়ীদগী কুমথরগা মমা-মচা ময়ুম তানা লাকই। মতমদু নুমিৎ তাদুনা ষণ কারকপা মতম য়ৌরে। মখোয়গী থোঙ্গাল মপা চংফমদা ষণবী মপী-মচা শঙ্গোম ইন্নদুনা ঙসাইমখৈ মপী-মচা কায়নদুনা শঙ্গোম থকপা ফংলুদ্রবা মচাদুনা য়াম্না হাউনা মমাগী শঙ্গোমদু চিং-চিংদুনা মমৈ মচাদু ফর-ফর হাইরগা লৈবদু উরুবদা ইবেমপীশক্কী পুক্নিংদা মাগা মচা শ্যামকহ্নাইগা ঙসি ওইরিবা ফিভমদু খংনীং নীংশিংবগুম তৌই। প্রপ-প্রপ চংখ্রগা থাং মচা অমা লৌরুরগা ইংখোলদগী লাম্বা ফংবা লা লতোন অনী অহুম কক্লগা মচা শঙ্গোম ইল্লিবা ষণবীদুদা পীজরুরে। ষণবীদুনা লাদুবু হাউনা চারগা ইবেমপীশক্তা নুংশিনা য়েংই। ঙাইহাক লৈরগদি মচাদু মবুক থল্লমাল্লে, ষণবী মমা-মচাদু ময়ুম মাইকৈ পাংনা চৎখ্রে।

ইবেমপীশক পম্ন্দনা ঈশিং শাহন্দুনা মচাবু ঈরুজথোকহল্লে। নুমিদাংৱাইগী ধুপ-থাওমৈ থাবা লোইরগা চাক-ঈশিং থোঙদুনা মচা অনীগা পুন্না চামিন্নরে। অহীংদু মচানুপী চন্দ্রিকা শ্যামকহ্নাইগা পুন্না ফমুং অমত্তদা শুম্বীদুনা তুমহল্লে। মচা অনী তুমখ্রবা তুংদা ইবেমপীশক মপুরোইবা মঙলেমজাওগী মফমদা টেলিফোন তৌদুনা মচা শ্যামকহ্নাই ফংলে হায়বগী পাউ পীখ্রে। মঙলেমজাওসু মচা ফংলে তাবদা কয়াদা হরাউজরিবা। ফোন্দা মঙলেমজাওগা ৱারী ঙাইহাক শানরবা তুংদা ইবেমপীশক মচা অনীনা তুল্লিবা ফামুংদা চংদুনা মচাগী লাইবক্তা

হন্না-হন্না নানবীরগা হিক্লা-হিক্লা কপচৈ। শ্যামকহ্নাইগী মমায়গী পীশুম মথক্কী শরুক খরদি ইবেমপীশক্কী মশক্কা য়ান্না মান্নে। মচাদা অমুক য়েংই মখুৎনা পায়রিবা মিংশেলদা তারিবা মাগী মমিদা অমুক য়েংই। করি নুংগী ঐনা ইচাবু থম্মোই শেংদবা, পুকচেল খণ্ডদবা মীগী মফমদা শিন্নরম্বনো খল্লুরগা মিৎলুগী পিরাংদু তারক্কনু হায়বা য়াখিদ্রে। নুংশিনা মচাবু মথাদা চেৎনা কোল্লগা ঙসিদা নৌনা পোকচবা অহুমশুবা মচাগুম খোল্লাং পীথক্লিংবা পোক্লকই। মচা শ্যামকহ্নাইবু কোল্লগা ৱাখল নুংঙাইনা মাসু তুম্বা থেমখ্রে।

মমানা তুমখ্রবা তুংদা শ্যামকহ্নাই মিকপ থোক্লকপদা নাল্লবা ফমুংদুদা মমাগুম্বী মীনুংশি চাউবী নুপী অমনা মাবু মখুৎনা চেৎনা কোন্দুনা তুল্লম্বদুদা মমা শাবীত্রিবু অমুক নীংশিংলকই। মাসু মমিত্তা মপি তারকই। থা তরুক্তি উবাক্কী মোৎলবা জগা অমদা মতোমতা কিনা-কিনা মৈশু য়াওদনা অমোৎপা ফি খরা শুপ্লগা শেগায়রবা কংখল অমগী মনুংদা তুল্লম্বনি। কাংনা চিক্লিব্রা, কাংখল থাদনা তুমখ্রব্রা, ফৈজুপ লুপ্লিব্রা, ইংবনা তুম্বা য়াদ্রব্রা কনা অমত্তনা হন্না য়েংবীরুদ্রবনি। ঙসিনা অমুক নাল্লবা, মোল্লবা ফমুং অপাকপা অমদা কাংখল ফজবা অমগী মনুংদা ইলেক্ট্রিক্কী টিউপ লাইটকী মৈঙালদা নৌনা ফংজবা মমা অমদি মচল অমগা পুন্না ফমুং অমত্তদা তুম্বা ফংজরবা! কয়াদা চাউনা খেন্নরিবা পুন্সিগী তাঙ্ককশিংনো? করিগুম্বা ইবেমপীশক্লা মচা শ্যামকহ্নাই থিবা তোক্রন্নবদি মসিসু ওইথোক্রমদবা য়াই। তাইবংপান তাইওনরমগনি। অশেংবা মমা-মপা অমুক হন্না ফংলমদবসু য়াই। শ্যামকহ্নাই অঙাং ওইজরবসু মী অমনা মাবু লুনা তৌবীরিবদুগী মরমদা মপুক্তা খনবা হৌরকই "করিগীনো নুপীসিনা ঐবু অসুক লুনা মানা হেক পোকপা মচাগুম তৌবীরিবা? মনুংদা মাগা ঐগা করি করম্বা মরী লৈনবগীনো? মসিবু কনাদা হংলগা খঙগনি। মমা শাবীত্রিগদি মতা শান্নে, মমান্নবীনি হায়বনিনা মমা শাবীত্রিদা হংলবদি শোয়দনা খঙগনিসে।" অসুম খল্লম্বদগী ইবেমপীশক্কী মখুত্তু অমুক লাল্লগা মাগী মথক্তা থল্লগা মমাগী মখুত্তু পায়রগা অমুক অহীং মমৈদুদা তুমথখ্রে। ঙান্না থাল্লিবা ইলেক্ট্রিক্কী বল্বতুদা ঙাইহৌরে মমা-মচা অহম্বু কাংখল ৱাংমদগী য়েংদুনা লৈহৌরিবা!

অসুন্না শ্যামকহ্নাই মা মশানদি খঙদবা অশেংবা মমা-মপাগী য়ুম ইংখোলদা লৈবা ফংবগী অহানবা অহীং লোইদুনা মথংগী নোংঙাল্লে। ইবেমপীশক মচা শ্যামকহ্নাইবু য়ুম য়ৌনা পুরক্রবনিনা মথং করি তৌবা য়াবা হায়বগী মতাংদা

অমুক খল্লকই। মিং চনবগী মতাং মতমদি চাদ্রে। অদুবু ইবেমপীশক খোঙহামপাৎ হায়স্কুলগী ওজা হেডমাষ্টর উন্নদুনা মচাবু ক্লাস সিক্সতা মিং চনবা য়াহনবীয়ু হায়জরম্বদা হেডমাষ্টরনা য়াবীদুনা শ্যামকহ্নাই ক্লাস সিক্সতা মিং চল্লে। অহানবা নুমিত্তুদি মচাদু করিগুম্বা অমুক মফম খঙদনা চৎখ্রবদি খন্দুনা মনাক-নকপা মফম অমদা স্কুল ছুটি থাবা ফাওবা ঙাইদুনা লৈরে। নোংম-নীনি অসুন্না শেন্নবদগী শ্যামকহ্নাই হৌজিক্তি অনৌবা মাগী য়ুম অমদি স্কুল অনীমক হৈনবগুম তৌরক্লে।

মমানা মঙলেমজাওবু অমুক্তং থোকপীরকউ হায়রুরমাল্লে, ঙসিদি মঙলেমজাও য়ুমদা থুংলরে। মঙলেমজাও উবদা শ্যামকহ্নাই ইকোই-কোইবগুম তৌই। অদুবু মঙলেমজাওনা মাগী চপ-চাবা স্কুলগী ইউনিফোর্ম লৈরগা পুরকপা অমদি য়ৌরকপগা হরাও-হরাও তৌবীবা মতৌদুদা ইবেমপীশক্না মমাগুম্না লুনা তৌবীবগুম মঙলেমজাওনসু লুনা তৌবীগদবা মাল্লম্মী। ইবেমপীশক্না তাকপদগী মঙলেমজাওবু খুরুমহল্লে। শ্যামকহ্নাইসু ইবেমপীশক্না মাবু মমাগুম্না তৌবীরবনিনা ইবেমপীশক্না হায়বা লোইনমক ইল্লি। মঙলেমজাও মানা পোকচবা মচা অহন্না খুরুম্বদুদা মমিত্তগী মপি তাখিবা খঙহৌদে। মাগী মমিত্তদি মতম অমদা মমা ইবেমপীশক্না পোকপদা ঙাইরিবা মচাবু শাবীত্রিগী মফমদা মশানা পুরগা শিন্নখিবা; অমুকসু চউম্বা লোইরগা নোংমা খাজিরিদা চৎলুবদা মমা ইবেমপীশক্না ইমুংগী মী উদ্রিঙৈদা মচাবু খোল্লাং ইনবীরম্বা, মতমদুগী শকফমশিংদু মথং-মথং লোইনা নীংশিংলকই। মসি পূম্নমকসি মচা শ্যামকহ্নাইনদি অমত্তা খঙজদ্রবনি। খঙহনবগী মতমসু চাফাত্ত্রি। শ্যামকহ্নাই মঙলেমজাওগা নোংম-নীনি লৈমিন্নবসিদা মঙলেমজাওনা মাবু হেক পোকচবা মচাগুম্না য়াম্না নুংশিনা লুনা-চান্না লোইনবসিদা মবুক্তা অঙাং ওইজরবসু করিনো ইমুংসিগী মীশিংসি মতা অমা তৌইদা হায়না খল্লকই।

অহীংদা মচাশিং তুমখ্রবা তুংদা মমাগা মপাগা মচাগী মশক য়েংলগা হৌখিবা থৌদোকশিংগী ৱারী শানা-শানা মমানা অমুক মচাগী লাইবক্তা নাল্লি, মপানা অমুক নাল্লি, মপা মাল্লি, মমা মাল্লি, ইচাদি মমিং চৎহনগনি, ফাওহনগনি হায়না ৱারী শানদুনা অহীং অথেংবা ফওবা তুমদনা লৈরে। ৱাঙাং খুদিংগী অমুকসু নোকপগুম অমুকসু কপ্পীংবগুম, নীংঙমহৌদ্রবা অপংবা ৱাখল অমনা মচাবু অরেম্বদা ৱাহনবীখ্রে হায়না ইবেমপীশক অমুকসু তেংথারকই। মচা ফংখিবগী ৱারীশিংদো শ্যামকহ্নাইনা তুরেলদা কুমথরগা মখুৎনা ঈশিং খুজোক কল্লগা

থকখিবদু ফাওবা অমত্তা চিৎথদনা মপুরোইবগী মফমদা তমজে। অহীং মমৈদা বারী শানরম্বদগী মমাগা মপাগসু তুমথখ্রে। নোংমা-নীনি মচাগা লৈমিন্নরম্লগা মণ্ডলেমজাও মাগী থবক মফম কোলকটাদা চৎপা তারে। মচাবু পাউতাক কয়া পীরম্লগা মথং থোরকপদা ফুটবোল শান্নবা য়াওনবা খোঙভুপ বুট, ব্রেক-শুট মশীংশুনবা লৈবীরক্কে হায়বীরম্মী। মমানা মচাসু মপাগুম্না শান্নবা পাম্মী হায়বদু মপাগী মফমদা তম্বীরুরমাম্লে। অসুন্না মণ্ডলেমজাও কোলকটা অমুক পাংখ্রে।

নম্বোলদা মপামদা লৈবী শাবীত্রি মচা মাংখিবা থিবা ফংখিদবগা, মনম্মা মেমচাগা লোইনবা কয়া নুংঙাইত্রিঙৈ মরকসিদা মমা কোম্বীরৈসু লৈখিদ্রে। মাগী মীচংদা ঙসিদি ইমুংদুদা কনাসু লৈতবগুম তৌরে। মপা স্নাথোইসু পৈশা মথং-মথং পুৎথবদগী মথা শাদুনা মচাগী থোইনা লুনা খনবীদ্রে, অয়াম্বা মতমদা য়ুমদা লৈবা উদে। শাবীত্রি লায়েংবীনবা মীসু লৈতবনা মা ঙসিদি খর-খরদগী মপুং ফানা অঙাওবীগুম তৌরে। ঈরু-মাইথজবা, ফিশু-ফিজাম অমত্তা খঙদবগুম তৌরে। অমোৎপা ফিজেৎ শেত্তুনা মশম-মনা ইফা-ফানা চাক খরা পীজরগা চারি, অরাম্বা খরা ফাওরি হায়বতা মঙাইরে। মাগী ফিভম য়েংহৈদ্রে, হান্নদগী য়াম্না হোংলে।

ইবেমপীশক নোংমা শ্যামকন্হাই পুরগা সৈনিক স্কুলদা চন্তুনা মচা গৌরমনিগা শ্যামকন্হাইগা অনীবু শক খঙনহল্লি। গৌরমনিদা শ্যামকন্হাইনা খরা হল্লি দাদা কৌ হায়দুনা দাদা কৌহল্লে। চন্দ্রিকা শ্যামকন্হাইদা দাদা কৌ হায়বদা মাদি দাদা নত্তে হায়দুনা য়ারমদে। ঐগী দাদা অমা লৈজে হায়না শ্যামকন্হাইদা দাদা কৌ হায়বা য়ারমদবদু তপ্না-তপ্না মমৈদদি য়ারক্লে। মানা শ্যামকন্হাইবু মমা ইবেমপীশক্না নম্বোলদগী মমান্নবী অমগী মচা লৌরুরগা য়োকখিবনি হায়না কন্না থাজরি। চহী মথং-মথং হৌখিবনা অঙাংশিংসু হম-হম লোইনা চাউরক্লে। গৌরমনিদি লাইরিক্তা থবায় খরা য়াওবনা লাইরিক ফৈ। এন সি সি য়াওদুনা সৈনিক্তা মীনা মশক খঙবা ছাত্র অমা ওইরক্তুনা সি বি এস সিদা টুবেলফ লোইশিল্লে। অদুগী মতুংদা দেহরাদুন্দা মিলিটরি কলেজদা এন দি এ তম্বা অমুক চৎখ্রে।

শ্যামকন্হাইদি লাইরিক কয়া ফবা বাৎলে। অদুবু মীনা হায়নবা "লাইক ফাদর লাইক সন" হায়বদো মঙোন্দা চপ-চানা থোক্লবগুম তৌরে। মীনা মখোয়গী অদুবাইদা অঙাংশি শান্নবা য়াগনি, শেম্বীরবদি ফগদবা অঙাংনি ঙাংনবা হৌরক্লে। স্কুলগী শান্নরম্বদগী মশক নাইবা ক্লব অমদা য়াওবা ফংলে। ইন্টর কলেজ, ইন্টর

য়ুনিভর্সিটিগী থাক ফাওবা মথং-মথং শান্নরক্নে। মচা ফুটবোল ফজনা শান্নরে হায়বগী পাউ কোলকটাদা লৈবা মঙলেমজাওসু তারে। মাগী কোচনা মপানগী ক্লব অমদা শান্নবা য়াওহল্লগে হায়বদা মঙলেমজাওনা মাদি মমাগা মতম খরা পুন্না লৈজসনু খনবদগী থাদ্রি। হন্দক্তা গোবাগী সলগাঁওকর ক্লবতা য়াওহল্লগে গোবাদা থারক্লো হায়না কোচ বীশেশ্বরদা চিঠি ইরকপা লৈখ্রবনি। অদুবু মমানা য়াদে খরা লৈরগা য়াওহনজগে হায়বদগী তোকখিবনি।

মরকসিদা মচম্নুপি চন্দ্রিকা মমানা চহী অনী পাঙ্গেগী "পারি ইমোম শিন্দম শঙ" দা বোর্দিংদা ক্লাস নাইন্দগী থল্লকপদু মেত্রিক পাশ তৌদুনা য়ুমদা অমুক লৈরে। মা হৌজিক এলেভেন ক্লাসতা লুবাংশঙবমগী লিবরেল কলেজদা তমলি। মাগা হান্না বোর্দিংদা তম্মিন্নরকপা নুপামচা অমগা কোইনদুনা নুপাদুগী মোটোরসাইকল মনীংদা নপ্তুনা চৎপা হৌরে। শ্যামকহ্নাইনা খুমন লমপাক্তা শান্নরুবা হল্লকপদা চন্দ্রিকা মীগী গাড়ী মনীংদা নপ্পা অমুক অনীরক উখ্রে। মমান্নবশিংনা তম্বা পাউদগীসু "নচম্নুপীসে খরা ঙাওশিন্নরে" হায়বা মাগী নাকোংদা কয়ারক হন্না তাখ্রে। অদুবু শ্যামকহ্নাই নোংমতসু মমাদা তমদে। মচম্নুপীনসু মাবু কয়া থৌশাদবগুম তৌবদুদা অমদি ঙসি ফাওবদা মাবু নম্বোলদগী লাকখিবনি মবুং নত্তে মীতোপ্নি হায়না খনবগুম হেক-হেক তৌবা মতৌদুনা পুন্নমক খঙলবসু শ্যামকহ্নাই খঙশিন্নদনা লৈশিল্লি।

নোংমদি মখোয়না শান্নরুবা হল্লকপদা হোটেল অমদা চাক লাম্লে করিনো খরা চাখিশি হায়দুনা চংলকপনি। হোটেলদুগী মনুংদা কা মচা খরা খারিবদুদা মচম্নুপী চন্দ্রিকাগী খোঞ্জেল মানবা অমা নোকপগুম তারুরে। শ্যামকহ্নাই মচম্নুপী ওইরম্বা তারে হায়না কন্না চিংনরকই। ফম্বা ঙমদ্রে, শাওনীংবনসু লোইরে। হায়রিঙৈ তাঙ্গাদুদা মচম্নুপীদু পাখঙমচা অমগা কাদুদগী থোরক্লগা মাগী মমাংদা মাবু উশিন্নদনা নোক-নোক্লুনা থোকখ্রে। মমান্নবশিংগী মমাংদা শ্যামকহ্নাই মমায় ঙাংশং ঙাংনা ইকাইনা লৈহৌরে। ঙসিদি হায়রগে খন্না ময়ুম য়ৌরগা মমাদা তপ্পা-ইংনা মচম্নুপীবু থেমজিবীনবা হায়জরম্মী। মমানা

— "নংদি ময়াম মমাংদুদা ফুবা য়াদ্রা? মা লাকখিসনু খঙগনি।"

হায়রিঙৈদা জিন খোঙগ্রাউ অমা শেৎলগা ফুরিৎ তপ নপ্পী অমা লিৎলগা বেগ মচাদু হাইর-হাইরগা করিমত্তা খঙশিন্নদবা শানা চন্দ্রিকা চংলকই। মমা ইবেমপীশক্কা ঙাইঙমদনা

— "হে! তৌওম্বী! নং লম য়াম্না হেল্লেকো! কদাই চৎলুই?"

— "ইমাদা কনানা করি পাউ তমশিনবীরে। নখোয়গী নম্বোলগী নচা চাউবোক্তুনা তম্বা ওইরমগনি।"

থংনবা কাদা শ্যামকহ্নাইসু লৈ। চন্দ্রিকাদি মহৌশা মবুং শ্যামকহ্নাই মতমদুদা য়ুমদা লৈগন্দবদুদা লৈরল্লোই খন্দুনা হায়রুবনি। মবুংবু শীংনদুনা য়াম্না নুংশিদদুনা হায়রুবদি নত্তে। মানা হায়খিবা ৱাহৈদুনা শ্যামকহ্নাইগী নাকোংদা চংখ্রগা ৱেন অমুক য়ৌরগা ৱাহৈদুনা মিৎলুদা নোংগী মপৈ ওইনা চুরক্লে। মপান্দা মমানা মচানুপীদু নংহৌরোইদবগুম মমায়দা খুপাক্লা অনীরক থাই

— "নং অদুগুম্বা ৱাঙাংদু কনাদগী তম্মী? হা! নবুংসে কনানো খঙব্রা? নঙোন্দগী হেন্না মমল য়াম্বনি। ঐগী থব্রায়নি, থব্রায়, নংদা শিজখ্রো!" হায়দুনা অমুকসু হন্না তান্নদুনা ফুরে।

নোংমতা মচা অমদা খুপাক্লা শেৎ-লাওনা থাদুনা ফুজবক্তবা ইবেমপীশক ঙসিদি শব্দ অমা তৌদুনা মচানুপীবু ফুবগা শিজখ্রো হায়রকপদুদা চন্দ্রিকা ইমুং চংলগা শিবা য়াবা পোৎ থিরকই। শ্যামকহ্নাই কপ্লুবগী মপিদু শেংনা তৈথোক্লগা মপান থোরক্লগা

—"ইমা! মীনা তারগা কুম্মৈ ওইরনি তোকপীরো" হায়জে। মমাসু তৌফম খঙদদুনা মখোল থোক্লা কপথোরক্লে।

চন্দ্রিকা ইমুংদা লালটেন্দগী কেবোশিন খরা কপ্তা হৈরগা থকচিল্লুরে। মখোল হৌনা ওক, ওক তৌরকই। শ্যামকহ্নাই ইমুংদা চেনশিনখ্রে। মমাদি শাওদুনা মপান্দা কপ্তুনা লৈরি। নুংশো থিদুনা খুদক্তা মখোয়গী মরুটি কারদু থৌদোক্লগা মচন্নুপী হাপ্লগা হোসপিটাল তানা পুখ্রে। হোসপিটাল য়ৌরগা ড্রিপ কাপ্তুনা পুংমুক থম্লে। শ্যামকহ্নাই মচনগী মকোক্তা নুংশিনা নানবীরগা অদুম্না তৌবা হৌনব্রা? ইবুংনা নংবু ফহন্নীংদুনা তৌবনি। নংনা য়ানীংদবা, নংগী মায়োক্তা ঙসিদগী ইবুং করিমত্তা হায়ররোই। ডাক্তরনা চাকখাউ তেংথোক্লবা হিদাক পীজরে। পুংমুক লৈরগা করিসু তৌররোই হায়বদগী য়ুমদা পুথরক্লে। ঙসিদি ইমুংদো চাক্কা অমত্তা চানদ্রে।

অহীংদা শ্যামকহ্নাইনা খল্লকই। "মপানগী ক্লব অমদা শান্নবা য়াওরুরগে, য়ুম থাদোক্লগে"। মপা মণ্ডলেমজাওনা পামদ্রবসু হন্দক্কী মতাংসিদদি শোয়দনা চৎলগে খল্লক্লে। মাগী লাইবক্তা অপোকপা অমদি অপোকপী মমাগী মপান চাউ তম্লক্ত্রব্রা; লৈরু-লৈরুবা মফম খুদিংমক্তা মাগী য়েক্লবা ঙাক্তা থেংনবসিদা মণিপুরসি মাগা পক্লদ্রব্রা হায়না খল্লকপগুম তৌরে। অহীংদু মখোয় অহুম লৈমিন্নবদা ব্রা অমত্তসু ঙাংনদ্রে, তুম্বসু য়াদ্রে।

ইবেমপীশক মকোক খরা ঙাওদুনা অয়ুক্তু পাক-হেক হৌগৎলক্তে। মচানুপাদি ঙস্তানা হৌগৎলগা মাগী পুগদবা শান্নবগী দ্রেশশিং ইয়ারবেগ অমদা হাপ্লগা চৎকে তৌই। মচন চন্দ্রিকা ঙসিদি ঙস্তানা হৌগৎলগা মবুংগী শঙ্গোম লোল্লুরে। নহানমখৈদি অমুক্তা তৌদবনি। মা ব্রাখল খরদি হোংবগুম তৌরে। মানা শঙ্গোম থুনা লোল্লগা পুরক্তুনা মবুংগী কাদা চংলুবা মতমদদি মবুংদি দারিদগী কুমথখ্রে। ঙরাং মানা চাউনা লাল্লুরবনিনা মবুংবু শঙ্গোম থকখো হায়না কৌজবসু ঙমদ্রে। মপাল থোরক্লগা মবুংবু য়েংদুনা লৈহৌরে। মমিত্তা মপি ইরা চেল্লকই। মবুংনা ঙরাং কারদা হাপ্লগা খুদক্তা মাবু হোসপিটালদা পুবীখিবা; মকোক্তা নুংশিনা নানবীখিবা, মমানা "নবুংশে ঐগী থব্রায়নি" হায়খিবদুনা মবুংসে মমাগী কায়নখিবা মচাকা ওইরবজাৎলা হায়না খল্লকই। অদুগী মথক্তা মপানসু মবুংবু লুনা তৌবা, মশকসু মবুং গৌরমনিগা মান্নবা, মমাগী মশকশু মানবা কয়াদুনা মাবু চিংনবগুম তৌহনবীরে। মমাসু হৌগৎলক্লে।

— "চন্দ্রিকা! নংবুংদি?"

— "শান্নবা চৎখ্রমাল্লে।"

— "নংদি ইমা মশা ঙমদ্রে খঙলবদি নবুংগী শঙ্গোম খরা লোল্লগা পীথকখিবা য়াদ্রা?" ঙরাং নুমিদাংসু চাক চাখিদ্রে। নবুংদো ব্রারৌদুনা চৎখিবা মাল্লি!"

— "ঐসু লোনবনি, অদুদা দাদাদি হান্না থোকখিরল্লে।"

— "ইবেম্মা! নংবু ভাব তাদবসিনা! নবুংদো মবুক্লিং নুংশিদুনা য়ুমসি থাদোক্তুনা কোক-হেক চৎখ্রবদি ইমাদি মাংজরেদো!"

চন্দ্রিকা মরমদু খঙনীংলবসু মমাদা হংজবদি ঙমদ্রে। ঙরাংদি মাগী খঙনবা পাখঙ মচাদুনা উনশি হায়দুনা উনবগী মফম থারক্লবসু ঙসিদি চন্দ্রিকা ঙরাংগী

থৌদোক্তুনা ময়ুমদগী মপাল থোকপা ঙমদ্রে। ময়ুমদা লেংদনা চৎথোক্তনা লৈরে। টেলিফোন্দা ঙাইহাক লৈতনা মাবু হংলক্লবসু মমানা পায়দুনা অশেংবা পাউ ফাওনবা ঙমহনদ্রে।

শান্নবুং য়ৌরগা ঙসিদি শ্যামকহ্নাই মাগী কোচ বীশেশ্বরদা নহানবাই গোরাগী সলগাঁকর ক্লবতা শান্নবা য়াওবগী মতাংদু য়াখিগদ্রা হায়না হংজে। টেলিফোন অমুক্তা তৌবীয়ু হায়বদুদা বীশেশ্বরগা মখোয় অনী টেলিফোন তৌমিন্নে। সলগাওঁকরগী কোচ হেনরি দি শুজানা ফোংদোরকপা মতুং ইন্না নেসনেল লিগ শান্নবা নংনবা হপ্তাসিগী মনুংদা য়ৌরক্লো হায়বীরক্লে। মানা কন্না খঞ্জবদুদা লাইনসু চানবীবগুম তৌরে। মা তশেংনা মাবু লুনা তৌবীরিবা মমা ইবেমপীশক কায়নগনি খনবদদি পুক্লিং নুংশিবা ফাওই। ময়ুম য়ৌরগা ঈরু-মাইথজবা লোইরগা চাক চারিঙৈদা

— "ইমা! ঐ হংচিৎ গোরাগী সলগাঁওকর ক্লবতা শান্নবা য়াওবা চৎলগে?" মচাগী ৱাহৈদু তাবদা

— "ইমাগী ইবুংঙো! নং ইমাবু তশেংনা ৱারৌরবোইরে? নচন নুপীনা খঙদদুনা ৱাহৈ অমা শোইখিবগীদমক ইচানা নমা ঐগী ইফমদা অমদি নচনগী মফমদা পীরিবা অৱাবসিবু নং করিমত্তা খন্থদ্রব্রা?"

মমাগী ৱাদু তাবদা ঙরাংদগী তুম্বা-চাবা য়াদনা ৱাজরকপা শ্যামকহ্নাইদু চাক চানা-চানা মপি তারকপদু মখুদাংদা তৈথোকই। মমানা মচা মাংখিবা মতমদা ৱানা থিজরগা অমুক ফংজরে হায়না নুংঙাইজখিবদো চহী খরগী তুংদা অমুক কায়নবা তারমাক্লে খল্লুদুনা পাম্মুনা ফংজখিবা মচাদু ঙসি অমুক শিরবগুম

— "ইমাগী ইবুংঙো! নংনা ইমাবু অমুক হন্না ৱাহল্লগনু কৈদৌবগে?" হায়দুনা মখোন-থোক্লা শিগ্লবা মকুবোকপুসু নীংশিংলক্তুনা মখোঙ তিংথোক্তুনা কপখৎলক্লে। "হো পাবুং! ইমুংসিগী কুম্মৈসিবু পাবুং লাইরৈবাক্তগী য়েংবা নুংঙাইরিব্রা? নচাদি জ্ঞান অমত্তা তাদ্রে, অমুক্তা পাবুংনা লাক্তুনা নশুশিংবু থেমজিনবীরো লাউও!" মচানুপী চন্দ্রিকাসু মবুংগী মনাক্তা চংলক্তুনা

— "দাদা! ঐ লাক্লে! ঐ দাদানা পামদবা, ইমানা য়াদবা থবক অমত্তা ঙসিদগী তৌজররোই! দাদা য়ুম থাদোক্লগা চৎপা হায়বদু তৌবীগনুবা!" কপ্পবনিনা ঙসিসু শ্যামকহ্নাই চাক্তি চাবা য়াদ্রে।

— "ইমা! ঐ ইমা অমদি ইচন চন্দ্রিকা নুংশিদদুনা গোব্রাদা চৎকে হায়বা নত্তে। ইমাগী, ইচনগী, বাবাগীদমক মরুপ-মপাং শান্নমিন্নরকপা কয়াগীদমক ঐবু তাকপীরকপা ওজা গুরুশিংগীদমক ইমা লৈবাক্কীদমক শান্নজরুগে তৌবনি। ইমানা নচাবু ফাজিন্দুনা য়ুমদা থম্বীরবদি নচানা ইরমদমসিগী করিনা লমন শিংলমগনি? নচা হন্দক্কী মতাংসিদদি য়াবীনবা ইমাদা নীজরি। ঐনা পামজবদগী ঐখোয়গী ওজা বীশেশ্বরনা ঐগীদমক মাগী মরুপ সলগাঁওকরগী কোচ হেনরি দি শুজাদা হায়নবদগী তঙাই ফদনা য়াবীরকপনি। ঐ হন্দক্কী মতাংসিদা চৎহৌদ্রবদি তাঞ্জা অমুক ফংগদবা মান্দ্রে।" ইবেমপীশক মচাগী ৱাঙাংদুদা য়াররোই হায়বা খঙদুনা

— "ইচানা হায়রিবদুনা অচুম্বা মক্তা ওইরবদি ইমানা করিগী য়ারোইদগে?" ৱাহৈদু হায়রগা পাখঙ ফারবা মচাগী লাইবক্তা নুংশিনা চুপ্লীরে।

ইবেমপীশক মচা হংচিৎ চৎলগনি হায়বদুদা মচাগী মফি-মরোল পুথোক্কুনা শুননবা হোৎনৈ। মচননুপী চন্দ্রিকা ঙসিদি মবুংগী কাদা চংলক্কুনা দাদা অমোৎপা ফি-রোল হয়েং পুগদবা করি-করি লৈরিবগে হংজে। মচনগী খঙহৌদনা হোংলকপা মতৌদুদা শ্যামকহ্বাই মচন্নুপীবু হেন্না নুংশিরুরে। ঙসিদি মচিন-মৌপ্পা হেন্না চান্নজরে। মচন্না ফি-রোল লোইনা শুদুনা কংনবা ফৌদোক্লুরে।

মাগী উনগদবা কোচনচিংবা উনদুনা চিঠি ইহন্দুনা টিকেৎনচিংবা লোইনা কক্কুনা শেম-শাবা লোইশিল্লক্লে। হয়েং চৎলগনি হায়বগী নুমিদাংগী চাক চাবা মতমদদি মমা ইবেমপীশক্লা মীরমদা লৈবদা মীগা খৎনদনবা, দিসিপ্লিন লৈনা, ৱাঙাং-শাঙাং হৈনা মীনা নুংশিনবা, ওজা-গুরুগী পাউতাক মুন্না তাদুনা ইন্নবা তাকপীরে। মমানা শিরম্বা সনাগী লিক মরীদু মচাগী ঙকশমদা শীজিনবীরে

— "নং লিকসে অপোকপী ইমামক্লি খন্না মতম চুপ্পদা কাউগনুকো!"

ইবেমপীশক নহান চহী কয়াগী মমাংদা মচা অনী ফাইবোক পোকপা মতমদা শেৎখিবা মাগী ফনেক মানা মতম কুইনা লোত্তুনা থমজবদু কাতিনা মচেৎ খজিক্তং চপ্লগা যন্ত্র অমগী মনুংদা হাপ্লগা লংশুং অমুবা অমনা মচাগী মখাংদা শীজিনবীরে। মসিমদি ইবেমপীশক্লা মচা গৌরমনি চৎলমদাইদসু পুনবীখি। পৈশা-নুংশা পুগদবা কয়া মমানা পুথোক্কুনা কোন্ননবা পীরে। পাউতাক কয়া মথং-মথং পীবা লোইরগা চাবা-থকপা লোইদুনা মাগী-মাগী কাদা তুম্বা চংনখ্রে। অহীংদা ইবেমপীশক মচানা তুমখ্রবা তুংদা মচাগী কাদা চংলক্লগা কাংখল হাংদোক্লগা মচাগী লাইবক্তা নুংশিনা

হঞ্জিল-হঞ্জিল নানবীরম্মী। মচা নুপী চন্দ্রিকা মিকপ থোকপা তাঞ্জা ওইদুনা মমাগী মতৌদু চিংনবগুম তৌদুনা লোন্না য়েংই। মমাদু মচাগী ফৈজুপ চিংখৎপীরগা কাংখলদু অমুক ফজনা য়েপশিনবীরম্লগা থোরক্লে। মচানুপীসু ফমুংদা অমুক থুনা চংখ্রে। মমানা তৌরম্লিবা খুদিংমক ঙসিদি শ্যামকহ্নাই তুমদনা মমিৎ উইশিল্লগা তুম্বা শাদুনা লৈবনা লোইনমক খঙহৌরে। মাগী থম্মোইদা ইবেমপীশক্কী ফজবা পুকচেল অমদি মমা অমা ওইবগী ৱাংলবা ৱাখলবু হন্না-হন্না থাগৎচৈ।

নোংঙাল্লে। শ্যামকহ্নাই এরোপ্লেন্দা তোংদুনা কোলকটা ফাওবা চৎকদবনি। মপোৎ-মচৈ লোইনা ঙরাং নুমিদাংদগী শেম-শাবা লোইরবনিনা অয়ুক্কী চাক চাবা তোক্তুনা চৎননবা অরোইবা ওইনা ইমুংগী লাই লোইনা খুরুম্লে। মমানা তাকপদগী মবুবোক তোমালগী ফোটোদসু খুরুমহল্লে। মথংদা কোলকটাদা থবক তৌরিবা মঙলেমজাও মানদি অশেংবা মপানি খঙজদ্রিবা মপাগী ফোটো অদুদা অমুক খুরুমহল্লে। ইরোই লোইবদা মমা ইবেমপীশকপু মমিত্তা মপি তানা খুরুমজরে। মমানা নুংশিনা মচাবু কোল্লগা বীদাই তৌনদুনা শ্যামকহ্নাই ময়ুম থাদোক্লম্লে। ময়ুম থাদোকপা মিকুপসিদা মাগী পীক্লিঙৈগী মমা শবীত্রিবুসু অমুক নীংশিংলকই। অসুন্না এরোপ্লেন তোংলগা চৎখিদুনা কোলকটা য়ৌখ্রে। কোলকটাদগী ট্রেন তোংলগা মথং-মথং চৎখিদুনা বোম্বে, বোম্বেদগী অমুক চৎখিদুনা গোৱা য়ৌখ্রে।

ওজা বীশেশ্বরনা তাক্লকপা মতুং ইন্না হেনরি দি শুজাগা উনদুনা লৈফম-চাফম লোইনা শীনবীরে। মা গোৱাগী মমিং লৈবা সলগাঁওকর ক্লবতা শান্নবা য়াওদুনা ট্রেনীং হৌখ্রে। নেসনেল লিক্কী তোর্নামেন্ট গৌৱাগী নেহরু ষ্টেদিয়মদা হৌদুনা য়াম্না থৱায় য়াওনা শান্নবা য়াওরে। লাইবক ফবগা, থৱায় য়াওবগা মমাগী পাউতাক ইনবগা মীপুম খুদিংমক্লা মাগী মশান্না, দিসিপ্লিন, ফেয়ার প্লে উবদা য়াম্না ফরক্কদবা প্লেয়ারনি, মণিপুর মচানি ঙাংনবা হৌরে। লিকতা মথং-মথং শান্নবা খুদিং মখোয়গী টিম্না থোইদুনা মানা ফাইনেলদা গোল অহুম থংন-থংননা চন্দুনা হেট ত্রিক ফংবগী মরম নেসনেল পেপরদা ইবা থেংনরক্লে। কোলকটাদা থবক তৌরিবা মঙলেমজাও মচা শ্যামকহ্নাইগী মরমদা ফোটোগা কোন্ননা পেপরদা য়াওরকপা উরুবদা হরাউবা অমদি অঙকপা পোক্লম্মী। মাদি মচানুপা শ্যামকহ্নাই গোৱাদা লৈখ্রে হায়বা খঙদ্রিবনি। পুন্নমকসিগী ক্রেদিট মানা মাগী নুপী ইবেমপীশক্কী মপান্দগীনি হায়না চাউথোকচৈ। থবক তৌমিন্নবশিংগী মমাংদা মাগী মচাগী ফোটোনি য়াওরিবসি, ইরিবসি হায়না উৎচৈ। মণিপুরদসু শ্যামকহ্নাইগী

ফুটবোল মশান্নগী মরমদা ঙাংনবা হৌরক্লে। মাগী ওজা কোচ বীশেশ্বরসু য়ান্না হরাউজরে। নম্বোলদসু শ্যামকহ্নাই কৌবা চহী কুনগী মণিপুরদগী নুপামচা অমা গোৱাগী সলগাঁওকর টিমদা য়াওরগা শান্নবদা মমিং চৎলে হায়নবদু শান্নবা পামজবা খরগী মচিন্দগী ঙাংনবা তারক্লে। অঙাংদুবু মতম অমদা নম্বোলদগী মাংখিবা শাবীত্রিগী মচাদু ওইরমগদ্রা হায়না মাগা মহৈ তম্মিন্নখিবা চহী লেঙ্গাগী কাংবুনা ঙাংনরকই। নবকিশ্বরসু পাউদু কলেজ কুন্নকপদা তারকই। মাসু মিৎকুপ অমগী মতমদি শ্যামকহ্নাইগী নীংশিংলকখি।

পাখঙ ফারক্লবা, চুং-ফিরান চাবা, মশা-মউসু ফবা, শান্নবদসু হৈথোই-শিংথোইবা হায়বসি ইনখৎলকপী মশুং-মমান্নবী চহী লোনগা কাংবুনা করিগী পামজরোইদগে? মপা পুলিস দিপার্টমেন্টতা এস পী ওইবা মশানা তেন কাপ্পগী মশান্নবু পামজবী পোৎশংবম লাংলেন থাংমৈবন্দদগী, মানা খুমন লমপাক্তা শান্নবা চৎপদা শ্যামকহ্নাইবু হেক-হেক উখি। অয়ুক ঙস্তাদা শান্নবা লাক্লবা মশেন্নিনা করিগুম্বা কান্দা হনমিন্নরকপসু য়াওখি। চহী অমা নেসনেল গেমগী শান্নবা চৎপদা পঞ্জাবতা লৈরিঙৈদা ৱাফম খরদি ফোংদোক্লখ্রে। অদুবু লম্না খরা হায়থবা, অপোকপা মমা-মপানা য়োকপা নত্তে খল্লদুনা শ্যামকহ্নাই মনীং-তম্না, নুপা থোক্লা লাংলেন্দা মাগী অশেংবা ৱাফম থম্মোইনা পামজরগসু ফোংদোকপা ঙমখিদে। হয়েং তুংদা নীংঙম্নক্লোই হায়বা ৱাহৈনো তোয়না ঙাংবা ৱাঙাং ওইনা তৌবদুদা লাংলেনসু নুপাসিবু করিনো হায়না খল্লকই। ময়ুমদা নোংমতা চংলুসি মখোয় বাবা অমদি ইমাগা শক খঙনরুসি হায়বসু ইকাইজৈ হায়না য়াখিদে। মখোয়গীদা খোঙহামপাত্তা লাক্লে হায়রবসু লাক্কনু ইকাইজৈ মহায় তৌদুনা লৈরকই।

হন্দক শ্যামকহ্নাইনা গোৱাদা য়াম্না থুনা চৎখ্রে হায়বসু লাংলেন্দি খঙদে। মানা খুমন লমপাক্তা শান্নবা লাকপা উদে নাখ্রবজাৎলা নত্ত্রগা মপান্দা মণিপুরগী টিম শান্নবা চৎখিব্রা হায়না খঙ্গরুই। শ্যামকহ্নাইদি লাংলেনদা নত্তনা লুনা তিন্নবা মমান্নবা অয়াম্বদসু তাক্লম্বা নংখিদ্রবনি। মাগী কোচ বীশেশ্বরনা কোম্না তম্বদগী খঙনরকপা ঙাক্তনি।

অসুম্না লাংলেনসু শ্যামকহ্নাই উদবা থামুক হায়রক্লবা কান্দা নোংমা মখোয় বাবা শুরেশনা টেলিগ্রাফ খবরদা মৈতৈমচা শ্যামকহ্নাই কৌবা অমা গোৱাগী সলগাঁওকর ক্লবতা ফুটবোল শান্নবা হন্দক্তা য়াওবদা ঙাইরিবা অমনা গোল্ড অহম

চন্দুনা হেডট্রিক ফংলে হায়রকপদা তারকপনি। নেসনেল লিক্কী ফাইনেল মেটচ বোম্বেদা শান্নবদা শ্যামকহ্নাইনা হেডট্রিক ফংবদা নত্তনা বেস্ট প্লেয়ারগী মনাসু ফংলে। অঙাংদুগী ফোটোদু উরুবদা ঐদি কয়াদা নুংঙাইখ্রে। পাউদু তারুবদা লাংলেন য়েংনীংমন্দুনা চাক-চাবগী মখুৎ ফাওবা হামদনা খবরদু হাঙদোক্নুনা য়েংলুরে। খোঙহামপাৎকী শ্যামকহ্নাই ওইরম্বদুদা লাংলেম্না

— "বাবা সিদি মশক খঙঙী, খোঙহামপাত্তগীনি ঐখোয় খুমন লমপাক্তা শান্নমিন্নরম্বনি। ঐদি মানা গোবাদা শান্নবা য়াওখ্রে হায়বদি তাদে। মাদি ওষ্ঠোক্লা থুনা চৎলম্লেদা!" মপানা

— "শান্নরবদি অসুম্না মীনা মশক খঙনবা লৈবাক্কী মিংচৎ পুররুবা শান্নগদবনি। ফুটবোলদা নত্তে, মশান্না খুদিংগীনি। নংসু নংগী তেন কাপ্পদু হন্দক্তি নেসনেলগী গোল্ড লৌনবা কন্না হোৎনৌ! নুংঙাইত্রদোসে! ফোটোগা কোন্ননা খবরদা য়াওরকপসিদা ঐখোয়গী ইমুংনা অসুক নুংঙাইরিবসিনদি মখোয়গী মমা-মপাশিংদি কয়াম নুংঙাইরমগনি? ঐগী ইচা ওইজরন্নবদি কয়াদা নুংঙাইরমগবা!" মপাগী বাহৈদু তাবদা মচানুপীনা খল্লি "মচানুপা নত্তবসু ময়ানুপা ওইহন্লগা লোইরেদনা?"

নোংঙাল্লে। লাংলেন ঙরাং অহীংদু নুংঙাইমন্দুনা তুম্বা য়ারমদে। নুমিদাং তুম্লমদাইদা খনবা বাখলদুনা মাবু খোঙহামপাৎকী শ্যামকহ্নাইগী য়ুম তানা বাখল অমনা হুমদুনা ঙসি অয়ুকসিদা পুবীরক্লে। শ্যামকহ্নাইগী য়ুম হংলগা প্রপ-প্রপ চংলকই। শুমাংদা লেপ্লগা

— "কনা-কনা লৈবীবগে?" চন্দ্রিকা ইমুংদগী থোরক্লগা

— "কনা ওইবীরবনো? করি তাকপিগদবা? মথক্তা কাখৎপীরকউ ইমুংদা ফমসি!"

লাংলেন ডাড়িদা কাখৎলক্নুনা মী ফম্নবা কাদা চংলগা ফম্মী।

— "কনা উনবীগদবনো?"

— "অশোমগী মিংবু?"

— "ঐ চন্দ্রিকা কৌজে"

— "করি কলেজদা তম্বীবগে?"

— "লুৱাংশংবমগী লিবরেল কলেজদা এলেভেন ক্লাসতা তমজরি"।

— "তামো শ্যামকহ্নাইগী...?"

— "মচলনে।"

— "ও! ঐসে খুমন লমপাক্তা তামো শ্যামকহ্নাইখোয়গা শান্নমিন্নবনি। ঐদি ফুটবোল শান্নবা নত্তে। তেন কাপ্পনি। মিংনা লাংলেন কৌই, পোৎশংবমনি, থাংমৈবন্দদগী এস পি শুরেসকী মচানুপীনি। ঐদি দি এম আর্সতা বী এ ফার্স্ট ইয়ারদা তম্মী। ইনাও কৌবা তারেনে। ইনাওগী ইচিল-ইনাওবু কয়ানো?"

— "ঐখোয় অহুম্নি, দাদা অমদি দেহরাডুণ্গা এন দি এ তৌরি। দাদা শ্যামকহ্নাইগা!"

— "ইমা বাবাদি?"

— "বাবাদি কোলকটাদা কম্পানিগী থবক তৌই। হান্না ফুটবোল শান্নরম্বনি। ইমাদি স্কুলগী ওজানি, খোঙহামপাৎ হায়স্কুলদা ওইরি।"

— "এ! ঐখোয় মাসু স্কুলগী ওজানি, লিলাশিং খোংনাংখোঙদা। খঙনরমদুনা?" তাঞ্জাদুদা ইবেমপীশক

— "কনা লাকপগে" হায়রগা কাদুদা চংলকই।

— "ইবেম্মদি কনানো অমুক্তা উদেনা?"

— "ইমা! ঐ থাংমৈবন্দদগীনি, এস পি শুরেসকী মচানি। তামো শ্যামকহ্নাইগী পাউ তাবদা নুংঙাইমন্দুনা অসুম লাকচবনি।" চন্দ্রিকানা

— "ইমা! ইচেখোয়গী ইমাসু হায়স্কুলগী ওজা ওই হায়য়ে, লিলাশিং খোংনাংখোঙদা?"

— "ইমাগী মিংদি করি কৌবা?"

— "মেমথোই কৌই ইমা!"

— "হৈমা! নংবু ওজা মেমথোইগী মচারো?"

—"ঔ! ইমা!"

— "ইবেম্মখোয়গী ইমাদো ঐগা মুন্না খঙনখ্রজাৎনি। কেরেলাদা সেমিনার চৎপদা ইবেম্মখোয়গী ইমাগা ঐগা শুংথা থানপোৎ নত্তে। পোন্দিচরিদা জহাজ তোংদুনা চৎপদা মিহুল শুখিদবদো ইবেম্মখোয়গী ইমাগা ঐগনে, থবাক্কী মিহুল

চোংবদু পায়নরিবনি। নংবু ঐগী ইচাগা করম্না খঙনবনো? চুম্না খঙনব্রা, নখোয়গী মরী অমা লৈনবীদো তৌব্রা হায়বনি? ইবেম্মা চন্দ্রিকা চৎলো নচেগী চা লোল্লকউ, চানবকা য়াম্না পুথোরকউদনা!

— "ইচাবু ইচিল-ইনাও কয়ানো?"

— "ইপ্পা অমগা ঐগা ঐখোয় অনীতনি। ইপ্পাদি বেঙ্গলরদা কম্পুটর ইঞ্জিনীয়ারিং তম্লি।"

— "ঐগী ইচানুপাসিবু মবুক-মপাও কমদৌবগে?"

— "ইমা! মাদি নোংমতা ঐখোয়গীদা চংলগা ঐখোয় ইমা, বাবা শক খঙনসি হায়বসু য়াদে। ইমাখোয়গীদা নোংমতা চৎলুসি হায়বসু য়াদে। ঙসিদি মানা চৎলমদাইদসু তাক্লমদবদুদা লৈরম্বা অমা হেক্তা খঙনরুরগে খন্দুনা ইকাই-ইকি খঙদনা লাক্লবনি।"

মবুক্তা করিমত্তা খল্লুদনা ইতিং-তিংনা ফোংদোক্লকপদুদা ইবেমপীশক "নুপীমচাশি লৌথুপ-লৌকোইদি লৈতেসে খঞ্জে।" চন্দ্রিকানা চা, চানবা পুথোরক্লুনা চামিন্নরে। চন্দ্রিকাগা ৱারী মখা কয়া'মসু শানরে।

"অদু! ইমা নচা অমুক চৎচরগে, সিদগীদি য়ুমসু খঙলবনিনা ঐদি য়াম্না তোয়না কোইরক্লুদৌনি" হায়রম্লগা মাগী গাড়ী মচাদু তোংলগা মোন্দা নুংঙাইনা হনখ্রে।

"মসিগী য়ুমসিনরা, ইংখোলসিনরা, মসিদা লাক্কদবা মৌসি নুপানা থিরুদনা নুপীনা থিরকপনা অয়াম্বা ওইনা তৌইদা!" ইবেমপীশক ইমুংদা চংখি।

অশোমদা গোৱাদা শান্নবা চৎখিবা শ্যামকহ্নাই মমা অমদি মচলবু উরক্লবা মতমসিদা হেন্না-হেন্না নুংশিরকই। মানা শান্নবগী পাউ খবরদা ইরিবদু মণিপুর য়ৌনা খঙলমগদ্রা খঞ্জরুই। মমা অমদি মচনগী মফমদা চিঠি অমত্তং পুক্লিং চংনা ইরগা ৱাফম খরদি ফোংদোকপা পাম্মী। মুন্না খল্লগা চিঠি ইনবা চে কলম পায়খত্নুনা ৱাখল তৌবা হৌরকপদা পুক্লিং নুংশিরক্লুনা মমিৎতা মপি ইরা হৌরকই, চেৱাং মথক্তুদা মপি মতুম-মতুম শিম্বরক্লুনা চেদু ইবা য়াদনা চোৎলে।

মমিত্তগী লেপ্তনা তারক্লিবা পিরাংদু শেংনা তৈথোক্লগা চিঠি ইবা অমুক হৌরকই।

**নুংশিরবী ইমা অমদি ঐগী নুংশিরবী ইচন।**

তোল্লবা নচানা লমদম তান্না ইমা অমদি ইচনগী মফমদা ৱাহৈ খরদং ফোংদোকচখিবনি। ইমানা ঐবু হেক পোকপীবা মচাগুম্না লুনা তৌবীবা ঐনা হন্দক্কী মপোকসিদা ইমাগী লমন শিংবা ঙমগনি হায়বা থাজদে। মীনা হায়নৈ, ইমাগী খোম্লাং নাম্মগী লমন শিংবা ঙমদে। অদুবু নচাগীদি ইমা অনীগী খোম্লাং মরিগী লমন্দি করম্না শিংগনি? খঞ্জিল্লুবদা ঐগী ইকোক মচাসিনা লাম্বা ফংদে ইমা। করম্না নম্বোলগী ঐবু পোকপী ইমানা ঐবু ফু-চৈবদা ঐনা শাওদুনা ইমা অমদি ইবুবোক্কী য়ুম থাদোক্তুনা সেরৌদা যঞ্জেন্নহা ওইদুনা থা তরুক লৈরুরবা, অদুগা ইমাগী মতা অমনা ঐবু অদুক্কী মতিক নুংশিনা, লুনা তৌবীদুনা হেক পোকপা মচাদগী হেন্না ইনাও অমদি ইচন নুংশিবগী ৱাখল পরিং অমদা লাকহনবীখিবা। ইমানা ঐবু সেরৌদগী ঐবু য়োম্থোক্লম্বদা লৈহৌবা নুপাদুদগী মমল পীরগা অমুক হন্দোক্তুনা ইমাগী নাক্তা পুবীরক্লমদ্রবদি ঐগী ঙসিগী থাকশি ওইরম্লোই। ঐ যঞ্জেন্নহা অমা ওইনা পুন্সি লোইরম্বসু য়াই। ঐনা গোৱা চৎকদবা অহীংদা ইমানা ঐগী ফমুংদা চংলক্লগা ঐগী কোক্তা নুংশিনা নানবীখিবা মতমদুদা ঐ তুমদে, ইমানা তৌবীখিবা খুদিংমক নচা খঙজে। ইমাগী মিত্তা পিরাং শিন্থখিবসু ঐ খঙই। অসিগুম্বা মতৌসিবু সংসারসিদা লৈরিবা ঙসিগী মমাশিংনা মানা পোকচবা মচাশিংগী মফমদা তৌনরমগদ্রা? ৱাহং অসিমদি নচাগী পুন্সিনা লোইদ্রিবা ফাওবদি কাওদনা নীংশিংজগেকো ইমা! ইমাগী থম্মোই শেংনা পীবীখিবা বরদুনা নচানা গোৱা য়ৌবগা খুদোংথীবা অমত্তা য়াওদনা মফমসিগী মরুপ-মপাং থেংনরুবা খুদিংমক্লা ঐবু নুংশিনা লুনা তৌবীরম্মী। ইমাগী পোক্তবা মচা অমদা য়েংবীরিবা মিৎয়েং, নুংশিবা মীনুংশি, অপোকপা মচাদদি কয়া য়াম্না নুংশিরমগনি? মদুমক্লসু নচানা শান্নরুবা খুদিংমক্তা মায় পাকপা ঙমজখিবনি। ইমাগী ইচানুপা ঐগী ইনাও গৌরমনিসু পুন্সিদা মায় পাকপা মীশক অমা শোয়দনা ওইগনি। ইমাগী থৌজাল অসিগুম্না ঐখোয়গী মণিপুরগী চীং অমদি তমগী মচা পোক্লিবা মমা খুদিংমক্লা পাংথোক্লবা, ইমা মণিপুরসি পৃথিবীসিদা লম্বা লৈতনা মচাশিংনা শক তাকপদা অরুবা ওইরোই হায়না পংলবা নচানা খঞ্জে। মপোক-মপোক খুদিংমক্তা ইমাগী নচা ওইনা পোক্লগা মণিপুরগী লৈহাউদা চাউজরগা ইমা অনীগী সেবা তৌজবা ঙমহনবীয়ুকো ইমা। ৱাখলসি ঙসিখক্তং নচানা চীংলোন মাপন্না কোয়শিল্লিবা ইমা লৈবাক মণিপুরগী ৱাংমদা লমদম তান্না লৈরবা মতমসিদা

ইমা অমদি ইমা মণিপুরবু উরক্লবা মতমসিদা ফাওজরকপা ৱাখলনিনে ইমা! ইমা নুংশিবদি ইমাগী মশক উরক্লগা খঙলকই। মতম খরখক্তং তাংনা উনখিবা বাবানসু ঐবু মচাদ-মচাগুম তৌবীখিবদো ঐ কাউজরোই। ঐনা ঐবু পোকপা বাবাবু নম্বোল বজারদা থেংনবা খুদিংগী মনাক্তা চংদুনা কৌজনীংখি। অদুবু বাবানদি মচানি হায়না খনবীদবগুম তৌখি। নোংমা কৃষ্ণজন্ম নুমিত্তা হরাউ-হরাউ কৌরম্বদা খুন্নমদনা চৎখিবদুনা ঐবু নম্বোলগী য়ুম থাদোক্লুনা চৎহনখিবনি। ঐদি ব্রোকন ফেমিলিগী মমা-মপানা লুনা তৌবীদ্রবা মচানি। ইচন চান্দ্রিকানা হায়খিবা — "নম্বোলদগী নচা চাউবোক" হায়বা ৱাহৈ খরদুনা ঐবু মিকপ থোকহনবীখিবনি। ইচনগী ৱাহৈশিংদুনা ঐবু মতিং লৈনা ফুটবোল থোইনবা শান্নবা ঙমহনখিবনি। ঐনা খঙ্গবদা ঙসিগী পৃথিবীদা মমিং লৈবা মীওইবা ঙমখ্রবা কয়াসে মবুক থল্লক্লবা, নীংবা কায়রকপা, তোয়না ওৎপীবা কয়াদগী শিবা কিদনা মাং থানা থবক তৌখিবা ঙাক্তনি হায়বসি হৌজিক্তদা খঙলকপগুম তৌরকই। ঐগী অশেংবা ইপাগা ইমাগনা খাইনদুনা হন্না য়েংবীদ্রবা ঐবু খোঙহামপাৎকী ইমানা ঐবু পোকপী ইমাগা মতা শান্নরম্বগীদমক কাখৎপা ঙম্নরোইদবা কোম অমদগী চিংখৎপীদুনা ইমাগী য়ুমদা লৈমিন্নবা ফংবদা অসিগুম্বা ইচনগী ৱাহৈ অমুকখক্তং তাবা হায়বসিদি ঐগীদি লাইবক য়াম্না ফরিবনি। ঐনা পীক্রিঙৈদা নম্বোলদা ইমাগী মপামদা লৈরিঙৈ মতমদা নুংতিগী মাম্মা কুমারগী মচা ইবাই ডাজুনা "নপানা ইহোকপীরক্লবা, নয়ুমসু নত্তনা মীগীদা লৈরগা অফাও শাবা য়াব্রা, নয়ুম চৎখ্রো, নয়ুম চৎখ্রো" হায়বদা মাগা তোয়না ফুনখ্রবনি। ঐনা নীংশিংবদা ঐখোয়গী বাবাবু পোকপা অবোক্তু, মানদি ঐবু য়াম্না লুনা তৌবীখি। ঐ অবোকপুদি কাউবা ঙমদে। হৌজিক্তি অবোক্তু শিখ্রে। মা শিবদসু ঐবু চৎহনখিদে। বাবাসু ইমা অতোম্বীগী ওইখ্রবনিনা ঐদি ঙসি কনাসু লৈজদ্রবা মচা লমজা হায়বদু কৌবা য়ারবনি। অদুবু ঐ ঙসিদি খঙলে, অপোকপীনা কনানো, পোক্তবীনা কনানো মী হায়বসিদি পুকচেল শেংবা থম্মোই ফজবদগী হেন্না চাউবা ধর্ম্মা অমমুক লৈরমলোই।

মতাং অসিদা লোইজরগে ইমা। ইমা অমদি ইচনগীদমক নচানা মতম লৈবা খিবিক্তা ঈশ্বরদা অনা-অয়েক য়াওদনবা নীজরি।

নহাক্কী তোল্লবা নচা শ্যামকহ্নাই,
নেহরু ষ্টেডিয়ম ফাতোর্দা, মোরগাও, গোবা

চিঠি ইবা লোইরগা অমুক হন্না পারে। চিঠি পারুবদা মতোমতা মমিৎ অনীদা পিরাংনা পূন্নুপ লুপখ্রে। চিঠি খাউদা চিঠি হাপ্লগা টিকেট নপ্লগা পোস্টা থাখ্রে। নুমিৎ মরিনিগী মতুংদা চিঠিদু খোঙহামপাত্তা থুংলে। মমা ইবেমপীশক্না স্কুল কুন্নকপদা মচাগী চিঠিদু মাঙ্গোলদা লৈরম্বা থেংনদুনা খুনগৎলগা শেগাইরগা তিংথোক্তুনা পাবা হৌরকই। অহানবা মচাগী ৱাহৈ "নুংশিরবী ইমা" হায়বদো উবদগী মপি তাবা হৌরক্লে। অদুদগী অমুক "ইমানা ঐবু হেক পোকপা মচাগুন্না লুনা তৌবীবা, হন্দক্কী মপোকসিদা ইমাগী লমন শিংবা ঙমগনি হায়বা থজদে" হায়বদু পারুবদা ইবেমপীশক মাদি মাগী পোকচবা মচা অহন্নিনা পূন্নমক্তো খল্লুরগা মচাবু হেন্না-হেন্না উনীংবা পোক্লক্লে। কপ্ন-কপ্না চিঠি পারিঙৈদা গোৱা চৎকদবা অহীংদা মানা মচাগী কাদা চংলগা ফমুংগী কাংখল হাংদোক্লগা মচাগী মমায়দা নুংশিনা নানবীখিবা, থৌদোক্তো মচানা খঙলবসু খঙদবা শানা তুমশিন্নদুনা লৈ হায়বদু চিঠিগী মরোলদগী খঙবদা মচাবু কয়াদা নুংশিরক্লিবা। মাগী পুক্লিংনা ৱারৌবদি মচানা মাবু মচা শ্যামকহ্নাই পোকপী নত্তে হায়রিবা মতাংদুনি। অদুগী মথক্তা মানা মপুরোইবা মঙলেমজাওগা মচা গৌরমনি চাউম্বা লোইরগা নোংমা খাজিরিদা নবকিশ্বরগী ময়ুমদা চৎলুবদা ফমুংদা নুংঙাইনা হিপ্তুনা লৈরম্বা মচাবু নুংশিনা খোল্লাং ইনবীখিবদুদি মচাগী চহী মতাং নৌখিবনা খঙবা ঙমদ্রেদো, মদুতংগা মচা শ্যামকহ্নাইনা নীংশিংবা ঙমজরবদি হায়না খঞ্জরুই। মচানা মমাগী খোল্লাং লমন শিংবা ঙম্নরোই হায়রকপদো মাগীসু মী উহন্দনা লোন্না মচাবু খোল্লাং পীথকখিবা মতমদুদা মঙলেমজাওনদি খঙখিবা মতাংদু নীংশিংলুরগা অমুক মবুক্লিং নুংঙাইবনা ফুনগৎলকপগুম তৌরকই। অদুবু মচা শ্যামকহ্নাইগী মফমদা মাবু মমা ইবেমপীশক অমদি মঙলেমজাওগী হেক পোকচবা মচানি ফোংদোক্লুবা মতমদা মচানা অশেংবা মমা-মপাবু মচা পোকপগা নুংশিদদুনা মীঙোন্দা য়োক্লবা পীখিবগী ৱারৌথ্রবদি নৎত্রগা গৌরমনিবু পীদ্রগা ঐবু নুংশিদদুনা পীখিবা নৎত্রা হায়বা ৱাহংদু লাক্লবদি করিনা পাউখুম পীবা তাবা। মদুনা হেন্না মচাগী নীংবা কায়খিগদ্রা হায়বগী খল্লুবদা হেন্না ৱাখ্রে।

অসুম খল্লুরগা ইবেমপীশক ৱাখল অমা তৌরকই। মদুদি মা শাবীত্রিগী মনাক্তা চৎলগা নোংমতং উনরুগে। খন্না-খন্না চিঠিদু পাবা লোইরগা থুপচিল্লগা মোন মখাদা খমখ্রে। নুমিদাংদু ৱাখল নুংঙাইবা ইঙম-ঙমদনা তুমখ্রে।

নোংঙাগ্লে। ঙন্তানা ইবেমপীশক নম্বোল তানা বস তোংলগা লাকই। শাবীত্রিখোয়গী থোঙ্গালদা চংলকই।শাবীত্রিদি মতমদুদা অঙাওবী ওইনা লৈরম্লে। য়ুমদা হঞ্জিনগনি হায়বদি খঙলগা জ্ঞান তানা ৱারী শানবদি য়াদ্রে। মবুং মনম্মা লৈরিবশিংদুনসু কয়া থৌশাবীদ্রে। লায়েংবীরবদি ফবসু ময়াবনি। নোংমগী চাক চানবা খরা পীরগা অদুম থম্বীবগুম তৌরে। ইবেমপীশক শাবীত্রিগী মতৌদু উরগা য়াম্না নুংঙাইরমদে।শাবীত্রিগী ঙাওখিবগী ৱারী হংবদা মচা শ্যামকহ্নাই মাংখিবগসু মরী লৈনবগুম তৌরে। শাবীত্রিবু মাগীদা থম্লগা লায়েংবীরগা জ্ঞান তাহল্লগা মচা শ্যামকহ্নাইগা পুন্না মাগীদা লৈহল্লগা মচানুপা শ্যামকহ্নাইদু লুহোংবদা শাবীত্রিবু কুজবা য়াহনগে হায়বসি চপ য়ুংনা পুক্লিংদা লেপ্পগুম তৌরকই। নুমিত্তুমদি মা ইমুংদুদা করিমত্তা হায়রমদনা হল্লক্লে।নুমিদাংদা মপুরোইবদা টেলিফোন তৌদুনা শাবীত্রিগী ৱারী পুম্বা তল্লে। মানা হায়জবা অমদি নীংজরিবা ৱাফম পুন্নমক মপুরোইবনসু য়াবীরক্লে।

শোমদা মমানা নম্বোল চৎখ্রিঙৈদা মচানুপী চন্দ্রিকানা মমাগী মোন মখাদগী শ্যামকহ্নাইনা থারকপা চিঠিদু থেংনরে। মা চিঠিদু হাংদোক্লগা পাবা হৌই। মথং-মথং পারকপদা মানা মবুং য়ুমদা লৈরম্লোই খন্দুনা হায়দোকখিবা ৱাহে "নম্বোলদগী নচা চাউবোক" হায়বা মতাংদু পারুবদা চন্দ্রিকা মবুংনা মাবু পুন্সিগী ওইনা কাউবা য়াররোইদবা অকনবা ৱাহে ওইখ্রবোইরে খল্লুবদা য়াম্না নীংঙল্লক্রে। ঙসিদগী মা কনাগুম্বা অমগী মফমদা অকনবা মীনা তাবদা ৱাগদবা ৱাহে মমাংদা নত্তগা মতুংদসু ঙাংখ্ররোই হায়না পুক্লিংদা চেৎনা ৱাশকপগুম তৌখ্রে। মমিত্তা মপি তানা কপচৈ। মতমদুদা মমানা মাগী মমায়দা খুপাক্লা অনীরক থাখিবদো ঙসিদি য়াম্না চুন্নম্মী খঞ্জরে। মবুংবুসু হেন্না-হেন্না নুংশিরক্লে। মানা লানখিবদো মবুংগী মখোঙ পায়দুনা ঙাকপীয়ু হায়নীংলক্লে। মসিনা ওইরমাগ্লে মরাল লৈতবা মীদা লালহন্নবা হোৎনরুগনু তুংদা ঐ ওইনা ৱারক্কনি হায়নবদো। চন্দ্রিকা ঙসিদি মানা লানখিবদুগী মানা অমুক ৱাজরে। তৌবগীদি মাদি অঙাং ওইবগী, ইনখৎলকপগী অফ-ফত্ত অমত্তা খল্লুদবনা নুপামচা পাখঙশিংনা হৌরগা মীগী গাড়ী মনীংদা নপ্পগা চৎপদু করিসু লান্দবগুম খঞ্জরুই। মবুংনা অমদি মবুংগী মমান্নবনা উরিব্রা নৎত্রগা উদব্রা হায়বসু থোইনা খল্লুদে । মতমগী ইথক-ইরাংদা মীশু তৌনবদুদা তৌবা য়ামাগ্লে খন্দুনা পংতৌ তৌজরুবনি। অদুবু ঙসিদি অনৌবা পুন্সিগী জ্ঞান তাবী লৈশাবী মচা অমগুম তৌরে। ময়ুমদা ফনেক শেত্তুনা ইংনা তপ্পা লৈবা হৌরে।

মবুংনা ৱারোঁখিবগী মরম পুন্নমক খন্থবা ঙম্বগী ভ্জান অমা লাকপগুম তৌরে। মমানা মাবু শাউনা মমায়দা খুপাল্লা অনীরক থাখিবা, শিজগ্রো ফাওবা হায়খিবদুনা মবুংবু মমানা অপোকপা মচা নত্তবনা মথম্মোই শোকখিগদ্রা চিংনজদুনা অপোকপী মচাদা তাইনখিবনি হায়বগী ৱাখলসু খন্থবা ঙম্নকপগুম তৌরে। মমানা মখোঙ তিংথোক্তুনা লাইওইখ্রবা মবুবোক তোমাল ফাওবা কৌদুনা কপচখিবা কয়াদো লোইনা নীংশিংলকই। অদুবু করিগীনো ইমানা দাদা শ্যামকহ্নাইবু অসুক লুনা তৌরিবসে? ৱাহংসিমদি চন্দ্রিকাগী মফমদসু হংদুনা লৈরে। ঙসিদি চন্দ্রিকা ফিজেৎ-চাকচা য়াম্না হোংবগুম তৌরে। করিগুম্বা শ্যামকহ্নাইনা উখিবা অদুগুম্না মাগী অশেংবা মবুং গৌরমনিনা উখিবা ওইরম্নবদি গৌরমনিনা মচনবু শোয়দনা য়ুমদা হল্লক্লগা ফুরমগনি। ফুবদু মমানা ওইনা খাম্নমগনি। শ্যামকহ্নাইদি অশেংবা মচনমক্তি নত্তে খল্লুবনা মাবু য়াম্না ফুনীংলবসু ফুবা ঙমখিদবনি। অদুবু ফুখিদ্রবসু শ্যামকহ্নাইনা মমা ইবেমপীশক্তা তপ্না-ইংনা তমখিবা পাউদুনা মচন্নুপীবু মমৈদা জ্ঞান তাবী নুপীমচা অমদি ওইহনবীরম্লে। মচিন-মৌপ্া হেন্না নুংশিনবগী ৱারীদা পাক-হেক লাপথোক্লগদবা মাম্রে। ইমুংগী খৎনবা মচা-মচানা অফবা মরীসু অদুম পুরকই, অমরোমদা খৎনবা মচা-মচাদগী মালেমগী লাঞ্জাওসু মথোকই।

ইবেমপীশক তুম্বা, চাবা, চৎপা, থবক শুবা স্কুলদা লৈরিঙৈ মনিপুরদা অঙাওবা য়েংবা হৈবা ডাক্তর, মাইবা করম্বা লৈবগে খন্দুনতা লৈবনা মমৈদা অফবা গৌরকিশ্বর কৌবা সাইকিয়াট্রিস্টকী ডাক্তর অমা ৱাংখৈদা লৈ হায়বা তারে। নোংমা অয়ুক অমা নম্বোলদা চত্তুনা শাবীত্রিবু লৌরুরগা ৱাংখৈগী ডাক্তর গৌরকিশ্বরগী য়ুমদা পুরগা লায়েংবা লাকই। ডাক্তর গৌরকিশ্বরনা য়াম্না চেকশিন্না ৱারী-ৱাখোঙ শেংনা হংবদু ইবেমপীশক্না খঙবা মখৈ লোইনা লিজরে। মানা লিরিবা ৱারী খুদিংমকসু য়াম্না নক্লনা চুম্বা ঙাক্তনি। ডাক্তরনা অনাবসি য়াম্না নুংশিনা অমদি চেকশিন্না য়েংশিনবীবা, হিদাক চাং নাইনা মতম চানা পীজবা চংই, থা তরুক্নুম্বা মানা ইরিবা হিদাকশিংদু চারগা শোয়দনা ফবা য়াই হায়বীরে। থা খুদিংগী চেক-অপ অমুক-মুক্তি শোয়দনা লাক্লবসু তাকপীরে। ডাক্তরনা য়েংবা লোইরবা তুংদা ইবেমপীশক্না শাবীত্রিবু নম্বোল তানা অমুক থিল্লকই। লম্বীদা ডাক্তরনা ইরকপা হিদাকশিংদু মশীং শুনবা লৈরগা পুরকই। নম্বোল য়ৌরগা শাবীত্রিগী মবুং কুমারদা "তাদা! শাবীত্রিসিবু মতম খরা ঐখোয়গী য়ুমদা খোঙহামপাত্তা ঐগা লৈমিন্নজরুগে হায়ববু?"

— "ইচন্দা নুংঙাইগদ্রনে?"

— "তাদনবু য়াবীরবদি ডাক্তরনা ইরক্লিবা হিদাকশিংসে পীজরগা ফবা ওস্রা অমুক্তং য়েংজরুগে তৌবনি।

— "ইচন্না মাগী হৌজিক ওইরিবা ফিভমসিদা ফগনি খল্লগদি ঐগীদি করিসু কায়দে। ঐখোয়সু য়েংবা য়াবদি য়েংলবনি। অদুবু ঐদি মাগীসি ফরকনি হায়বা কয়া থাজদ্রে।"

— "অদুদি তাদা নচন হয়েং অমুক লাক্লগা শাবীত্রিবু লৌজরগে ওসিদি নুমিৎসি কয়া পাংদবা মাল্লি, অমুক য়ৌনবা তৌজরগে" হায়রল্লগা হল্লক্লে।

কুমার অঙাওবী মচলবু লায়েংবীগে হায়রিবা মীসিবু কয়াদা পঙথ্রবনো খল্লি। মতৈ-মনাওদু ইবেমপীশক্লা শাবীত্রি পুথ্রবদি ৱাই খরদি শংলগনি শোয়দনা লাক্লগা লৌররবদি ফগনিদা ঙাংনৈ।

ইবেমপীশক মরুওইবা পান্দম অমগা লোইননা তৌগে হায়বা অমা য়াওনা খল্লিবা ৱাখলনি অদুগী মথক্তা মায়পাকপসু পাম্বনি। মথংগী নুমিত্তা মখোয়গী মারুতি কারদু লৈকায়গী নুপামচা অমবু থৌহল্লগা অয়ুক ওস্তানা মচানুপী চন্দ্রিকাগা লোইননা নম্বোলদা শাবীত্রি লৌবা লাক্লে।

শাবীত্রিবু থেমদুনা কারদা কাখৎহল্লে। বজার য়ৌরগা মফি-মরোল খরসু লৈবিরগা খোঙহামপাৎ তানা লাক্লে। ময়ুম য়ৌরগা ঈশিং শাহন্দুনা মচানুপী-চন্দ্রিকানা মবুং শ্যামকহ্নাইগী মমানি খঙবদগী চন্দ্রিকাসু মবুংদা মানা লানখিবদো নীংশিংলুরগা মমাবু নীংথিনা অমুক্তং সেবা তৌগে খঞ্জে। মকোক্তু শেংনা সেমপু লুজদুনা, মশাদু শাপোন নোইদুনা ঈরু লুজবীরে। শমজেৎনা মশমকাদু নীংথিনা হাৎপীদুনা চন্দোনকাসু থিনবীরে। শাবীত্রি ওসিদি অঙাওবী মান্দ্রে। চাক পীজবা, মপাল থোকপা, খোঙ-হাম্বা নীংথিনা শেন্নবীদুনা নোংম-নোংমগী হিদাক্কাদু চাংনাইনা পীজবদুনা শাবীত্রিগী হকচাং ইমপ্রুভ য়াম্না ওইবগুম তৌরে। থা ফারক্রবদা মশাদু হান্নগী জ্ঞান খরা লাকপগুম শাবীত্রি ইবেমপীশকপু মশক খঙবগুম তৌরক্লে। থা ফাবগা ডাক্তর গৌরকিশ্বরদা অমুক পুরক্তুনা য়েংহনবদা য়াম্না ইমপ্রুভ ওইরে, ভিতামিন খরগা পীজদুনা মশা ফাহনসি হায়দুনা ভিটামিন অমসু ইবীরে। থা অমদগী অনী হায়রক্লে। শাবীত্রি মানা লৈরিবা য়ুমসি মঙলেমজাও অমদি ইবেমপীশক্কী খোঙহামপাৎকী য়ুম্নি হায়বা শেংনা খঙলক্লে। মচা শ্যামকহ্নাইগা

গৌরমনিগা মপুবোক তোমালগী শোরাৎ নুমিত্তা ইবেমপীশক্কা মাগা পুন্না নম্মিন্নখিবা ফোটো অমা ফক্লাংদা মিংশেল চন্নগা থেৎলিবদো উরুবদা শাবীত্রি ফোটোদা য়াওরিবা শ্যামকহ্নাইগী মশক্তো মচানি হায়বা খঙলক্লে।

মতাং চারে খন্দুনা ইবেমপীশক মচানুপা গৌরমনি, শ্যামকহ্নাই অমদি মপুরোইবা মঙলেমজাও হন্দক্কী চৈরাউবা নংনবা থোরক্তবা য়াদে হায়না মথং-মথং পাউ পীখ্রে। ইবেমপীশক্না পাউ মথং-মথং পীখিদুনা মচা অনীমকসু য়ুমদা থোক্লকপদা লৈগদবা মমাগী, মচনগী ফি-রোল কয়াসু লৈদুনা থৌরাং লোইনরে। মঙলেমজাওসু মচানুপী লৈশাবী অমত্তং য়াওজবীনি মচাগী পামগদবা ফি-রোল খরা লৈবীরে, ইবেমপীশক্কীসু লৈরে। মাগী ওফিসকী ছুটিনচিংবা লৌবা লোইদুনা মণিপুর থোক্নবা শেম-শাবা লোইদুনা লৈরে। চৎকদবগী থৌরাং তৌদুনা লৈরিঙৈদা মচানুপা গৌরমনিনা কোলকটা ইয়ারপোর্টতগী মপা মঙলেমজাওদা টেলিফোন তৌরকই। মপানা চৎলগে হায়না কাগী থোঙ লোল্লমদাইদা টেলিফোন্দু লাকপনি। মপামচা ৰারী শানবদা মচানা হায়রকই। য়ুমদা ইমানা চৈরাউবগী থোক্লক্তবা য়াদে হায়রকপদুদা থোকচরকপনি। মানা তৌরক্লিবা টেলিফোন্দু কোলকটা ইয়ারপোর্টতগীনি। মপানসু মাসু মমানা থোক্লক্তবা য়াদে হায়বদুদা থোক্কদৌরিবনি মখোয় অনী-ইয়ারপোর্টতা উনরগা পুন্না ফ্লাইটসু পুল্লবনিনা চৎমিন্নরসি হায়রগা টেলিফোন্দু থমখ্রে। গৌরমনিদি দিল্লিদগী ট্রেন্দা কোলকটা তানা লাকপনি, কোলকটাদগী ইম্ফাল তানা পাইগদবনি। অসুন্না মঙলেমজাও টেক্সি অমা ৰায়রগা ইয়ারপোর্ট তানা লাক্লে। মফমদুদা মপা মচা উনরে। গৌরমনি মপাবু খুরুম্মী। মমানা তাকপিখিবা চৎনবী ব্যবহার মচাশিংনা অমত্তা কাউরমদে। মাগী এন দি এ গী কোর্সসু লোইশিল্লক্লে, মথংগী অরোইবা পরিক্ষা পীরগা মদুগী তুংদা থা মাপলগী টৈনীং অমা তৌরগা থবক জোইন তৌবা য়ারগনি হায়রে। মপা-মচা ফ্লাইট অমত্তদা পুন্না পাইরক্তুনা ইম্ফালগী তুলিহল ইয়ারপোর্টতা য়ৌরক্লে। টেক্সি অমদা পুন্না লাক্তুনা খোঙহামপাৎ য়ৌরক্লে। ময়ুম য়ৌবগা থোঙ্গলদগী মপা-মচা পুন্না চংলকই। মচননুপী চন্দ্রিকানা মৈ ওকই। ইবেমপীশকসু থোরক্তুনা মচাবু নুংশিনা কোনবী। গৌরমনি মমাবু খুরুমজৈ।

মতমদু শাবীত্রিদি ইকায়জদুনা ইমুংদা তুমিন্না লৈ। মমানা মপুরোইবা অমদি মচানুপাবু শাবীত্রিগী মনাক্তা পুশিল্লকই। মঙলেমজাও শাবীত্রিবু নুংশিনা কৌই। শাবীত্রি মপি তারকই।

— "তামো" হায়না খুম্মী।

— "নংনা সিদা লৈরম্বা য়াম্না ফরে।"

ইবেমপীশক মচানুপা গৌরমনিদা মমা শাবীত্রিবু খুরুম্মু হায়রগা শাবীত্রিবু মশক তাকই।

গৌরমনি শাবীত্রিবু "ইমা" হায়না মখোঙশোক্লা খুরুম্মী। শাবীত্রি ইবেমপীশক্কী মচা ফজনা য়োকপা হৈবদু মাদি ঙসিতদা খঙবগুম তৌরকই।

— "ইচাদি শক্লা ফজরিবা, ওম্থোক্লা থুনা চাউরম্লেদা।" মবুক্তা মচা শ্যামকহ্নাইসু হৌজিক্তি গৌরমনিগুম্না চাউরম্লগনি খল্লুরগা মচিন্নদি ফোংদোক্তুনা মপি ইরা চেল্লকই। করিগীদমক্তা ঐনা ইচাদুবু ফুরগা "নঙ য়ুমদা হাঞ্জিল্লক্লগনু" হায়রুবা হায়না হৌজিক্তদা অনুতাপ তৌরকই।

শোমদা অসুন্না লৈরিঙেদা থোঙ্গালদা হোর্ন খোংবা মখোল অমা তারকই। থোঙ্গালদগী শ্যামকহ্নাই মখোল হৌনা "চন্দ্রিকা! ইমা! ঐ লাকএ!" মখোল হৌনা কৌরকপা তাখি।

চন্দ্রিকা ইখং-খংনা "ইমা দাদাসু লাকঅমাল্লে!" ইবেমপীশক — "হা! ইচাসু লাক্লব্রা?" মপুরোইবা অমদি মচানুপা গৌরমনি থুংলবদো ঙাইহাক্তং কাউবগুম তৌরগা ইবেমপীশক্কী বাখল, পুক্লিং লোইনা মচা শ্যামকহ্নাইদা হৈজিনবগুম তৌখ্রে। মমাগা মচম্নুপীগা মৈ পুদুনা পুন্না শ্যামকহ্নাই ওকপা থোক্লকই। শ্যামকহ্নাই মমাবু মখোঙদা কোল্লগা খুরুম্মী। মচনসু মবুংবু খুরুম্মী। মমা-মচা মখোয় অহম পুন্না কোন্নরগা মপি শিম্থরগা চংলকপদু উবদা মাঙ্গোলদা লেপ্লুনা য়েংলিবা মঙলেমজাও অমদি গৌরমনিসু মপি ইরা লোইনা চেল্লি। গৌরমনি ময়াম্ববু তিঙক-তিঙক য়েংজৈ। মঙলেমজাও মিৎলুদগী পিরাংদু তৈথোকই। মসিদা য়েংজনীংদুনা ঙাইজরকপা ইবেমপীশক্কী পুক্লিং ঙাইহাক্তংগী ওইনা পেঞ্জবগুম তৌরে। ঙসিদি ইমুংগী মরুওইবা মী পুল্লপ-পুন্না উনবা ফংলে। মসিমুক নুংঙাইবা অমা কদাইদগী লৌরুগনি?

ইমুংদা ইকায়জদুনা তুম্মিন লৈরম্বী শাবীত্রি মপান্দা অনৌবা মী অমমুক থুংলবগী লাংখিবদু তাহৌদুনা মাসু চিংনবা অমা ফাওরক্লুনা য়েংবা থোরকই। মচা শ্যামকহ্নাইবু উরুরে। মমা-মচা অনিমক ঙক্লা য়েংনৈ, মতম কুইনা মাঙখ্রে

হায়না থিবা খঙদনা লৈরুরবা মচানুপা শ্যামকহ্নাইনা কদাইদগী কমদৌনা লাক্লুনা য়ুমসিদা করম্না ? ব্রাহং কয়া'ম চোংথোরকই। শ্যামকহ্নাইসু শকফম ওল্লবা মমানা মফমসিদা করম্না লৈরম্লিবনো? পাউখুম য়াওদ্রবা ব্রাহংনা ঙাইহাক্তি পুমচিক চিকই। অচিকপদু থুগাইরদুনা ইবেমপীশক্না মচাগী মফমদা মমাবু খুরুম্নবা হায়বদগী শ্যামকহ্নাই চহী কয়া উনরুদ্রবা অপোকপী মমানি খঞ্জরিবা মমা শাবীত্রিগী মখোঙ কোন্দুনা খুরুমজরে।

— "ইমা! নচানা লানখিবা পুন্নমক ঙাকপীয়ুকো! ইমাগী ইতাসিনা ঐবু মচা ওইনা খনবীদুনা ঐগী মাংলুরবা পুন্সিবু অমুক কনবীরক্তুনা মচাগুম্না য়োকপীরকখিবনি। ঐগী পুন্সিদা ইমা অনীবু কাউরোইনে ইমা, ইমা!" হায়না মমা অনীবু মখোল হৌনা কৌদুনা হায়ফম-তৌফম খঙদনা নুংঙাইমন্দুনা কপ্লক্লে।

মমা শাবীত্রিসু মতাং চারে খল্লুরমাক্লে ঙসিদি ফোংদোরক্লে।

— "ইমাগী ইবুংঙো য়েংঙু! মাংদা লেপ্লিবা অনীসে নংগী অশেংবা ইমাগা বাবাগনি। ইমাদি তোল্লবী, ব্রাখল য়াওদ্রবী, মচা য়োকপা হৈতবী, অঙাওবী ওইরুরবী নুপীনি। নংগী অশেংবী ইমা ইবেমপীশক্না মণিপুরগী কাচিন-কোয়া খুদিং চত্তুনা নংবু ফংনবা থিরগা য়োকপীরমদ্রবদি ইচাগী পুন্সি করি ওইরমগনি ? নংবু পোকপী ইমাগী ফজবা পুকচেলদি মলেমসিদা অতাংবীনি। নং ইমাবু মিকুপ অমা ফাওবা কাউগে খনগনুকো! ইমাগী ইবুংঙো! বাবাসু অচম্বা নত্তে। ফজবা পুকচেলতনা শেম্লক্লবা মতিক-চাবা নুপা অমনি। ইচানা ইমা-বাবা অনীবু নংগী অপোকপা অমদি অপোকপী ওইনা ফংজবদগী ইমাবুসু ঙসিদি অরুবা কোম অমদগী চিংখৎপীরকপনি।"

ইবেমপীশক শাবীত্রিগী মচিন মেনগে হোৎনৈ। ঙসিদি শাবীত্রিনা মদু য়াখিদ্রে। হৌবদগী লোইবা ফাওবগী ব্রারী, শ্বর থিংবমখৈ অমত্তা চিৎথদনা মচা অনী ফাইবোক পোকখিবা, করম্না শ্যামকহ্নাইবু শাবীত্রিদা পীখিবা হায়বদু শেংনা মপুং-ফানা মচাশিংদা তাহল্লে।

শ্যামকহ্নাই মমা ইবেমপীশক্না সেরৌগী লৌতাংশঙদা অহানবা থেংনবদা চাক ইনবীখিবা, মমিত্তা মপি শিষ্ণুখিবগী মরম, অহীংদা মথাদা চেৎনা কোনবীখিবা, মচন চন্দ্রিকানা ঙাংবদা "নম্বোলদগী নচা চাউবোক" হায়রুবদা চন্দ্রিকাবু ফুখিবা, মখোঙ অনী তিংথোক্তুনা তৌফম খঙদনা কপখিবা, গোব্রা চৎলমদাইগী অহীংদা

মাগী লাইবক্তা হঞ্জিল-হঞ্জিল নানবীখিবা, মঙক্তগী সনাগী লিক মরী লৌথোক্তুনা শিবীখিবা কয়াদুনা মাগী মিৎলুগী পিরাং পাক-হেক খকউ য়াখিদ্রে। "ইমা! ইমা! হায়না হঞ্জিল-হঞ্জিল মমা অনীবু কৌবগা অমদা অমুক কোন, অমদা অমুক কোন, বাবা হায়না অমুক কৌ, মনাও গৌরমনিবুসু চেজেৎ কৌঞ্জে। মচনসু ঙসিদি মবুং *অনীনা মমাংদা পুন্না লেপ্পদুদা কয়াদা চাউথোকচরিবা!* মচনগী মনাক্তা চংলক্লগা

— "*ঐনা ইচনবু নুংশিমন্দুনা মতমদুদা ঐগী খুপাকসিনা ইচনবু* থারসিরা খনখিবদা থাবদি ঙমখিদবা ঙসিদি ইমা অমগী গর্ভদগী পোকমিন্নবা ইচন ওইরম্লবা!" মচনবু নুংশিনা মকোক্তা চুপ্পীখ্রে। পোকমিন্নবা নম্তে খন্দুনা পুক্লিংনা লাপ্পা থিরুরগা মনাক্তা নক্না লোইনা লৈরম্লবা। পুক্লীংদা ঐগী ইমা ইবেমপীশক্কী পুকচেলসিদি ময়ামদগী তোপ-তোপ্পীদা খঞ্জে। অসুন্না ঙসিদি খোঙহামপাৎকী লৈখিদ্রবা তোমালগী ইমুংদো পুকচেল ফজবা ঙাক্তগী পুনফম তৃথস্থানগুম্বা মফম অমা ওনখ্রে। নুমিৎ তাশিল্লক্লবদা নুংমিদাংগী চাক-য়েঙ্খাং হাউনা থোঙলগা ৱাখল নুংঙাইনা চাবা লোইদুনা তুম্নখ্রে।

ইবেমপীশক্কী থৌরাংদি মপুং ফাদগুম তৌরি। মচাশিং ময়াম তুম্নখ্রবা মতুংদা মপুরোইবগী মফমদা ৱা অমা হৌদোক্লুরি।

— "মোইবা! ইচা নুপা শ্যামকহ্নাইসে মানা অহন্নি, মাগী লৈফম তোঙান্না অমা পীবীদ্রবদি শাবীত্রিগী মবুক্তা মচানুপা পুরগা মফম অমদা লৈনীংলকপা য়াই। করিগুম্বা ইচানুপা শ্যামকহ্নাইনা য়াদ্রগদি শাবীত্রিগী ৱাখলদা অমুক ফত্তবা খনখিদুনা মাগী হান্নগী ফিভমদা অমুক হঞ্জিল্লক্লবদি কমদৌগনি? পুন্না ইমুং অমদা লৈমিন্নরবসু শাবীত্রিসি মোইবাগী করম্বা মরীনো মীৱা ঙাংনরক্কনি? ঐনা খঞ্জবদি অমসু-অমসু কায়দনবা ঐখোয়না লৈরিবা য়ুম ইংখোলসে ইচা অহল শ্যামকহ্নাইগা মমা শাবীত্রিগা লৈজরসনু। অৱাং থংবগী মাম্মা অহঞ্জাওগী ইংখোলসে য়ান্নসু চাউই। নহানৱাই পাবুং লৈরিঙৈদা তংখায় অমা লৌরো তোয়না হায়বা লাক্লম্বনি। পাবুংনা ইশু অমখক্তন্নি, শেন্নবা ঙম্লোই হায়বদগী মোইবাদা খঙহনখিদবনি। হয়েং অয়ুক অমুক্তং চৎলগা হংবীরু! মোইবানা কোলকটা চৎত্রিঙৈদা ঐখোয়না লৈরিবা ইংখোলসিগা লৌ খরা লৈরিবসিগা ইচা অহমগী মমিংদা লোইনা পানবীহৌরো! হয়েং তুংদা ইচাশিংগী মবুক নাগদবা থবক অমত্তা তৌবীরমগনু!" ৱারী শানরম্বদগী মখোয় অনীসু ৱার মাপ্লে অদুম তুমথখ্রে।

থংনবা নুমিত্তা মণ্ডলেমজাও ইবেমপীশক্না হায়খিবশিংদু য়াম্না চুম্মী খন্দুনা মখোয়গী অৱাংগী মাম্মা অহঞ্জাওগী য়ুমদা বা তান্নবা লাকই। অহঞ্জাওনা ইংখোল তংখায়দু লৌরো, তৌবতবু মীঙোন্দগী বন্ধান থমখিবা পৈশাদুদি হান্না পীথোকখিসি হায়রক্লে। য়াম্না থুনা পৈশা থিনদুনা বন্ধান হন্দোকহল্লে। অদুগী তুংদা সব-রেজিষ্ট্রার ওফিসতা চত্তুনা লৈবা য়োনবগী থবক পুন্নমক লোইশিল্লুরে। মপা তোমালগী মিংদা লৈরম্বা লৌসু মচা অহুমগী মিংদা চপ মান্ননা য়েন্নরগা এস ডি সি ওফিসতা চৎলগা পানশিনবীরে। হান্নগী ইংখোলদুনা শ্যামকহ্নাইগী মিংদা পাল্লে। অনৌবা লৈবনা গৌরমনিদা পানবীরে।

লৌ ইংখোল পট্টা পানবা লৌইরগা য়ুম শানবা মিস্ত্রি অমুক থিদুনা থংনবদগী লৌবা ইংখোলদুদা যাত্রা হুন্দুনা অনৌবা য়ুম অমা শাবা হৌরে। মচাশিংদি মমা-মপানা তৌরিবা থৌরমশিংদু অমত্তা খংদে। গৌরমনিসু, শ্যামকহ্নাইসু মাগী-মাগী হান্নগী লৈফমদা অমুক চৎনখ্রে। হন্দক্তি মণ্ডলেমজাও ভোলুন্টরি রিটায়ামেন্ট লৌরগে খল্লক্লে। অসুন্না ইবেমপশক্না হৈ-শিংনা শিন্দুনা য়ুম শাবা লোইশিল্লক্লে। থা খরগী তুংদা মণ্ডলেমজাওসু ভোলুন্টরি রিটারমেন্টি লৌরগা য়ুমদা মতম চুপ্পগী ওইনা থোরক্লে।

মচা গৌরমনি এন দি এ গী ত্রেনীং থা মাপলগীসু লোইদুনা সেকেন্দ লেউটনেন্ট ওইনা জোইন্ট তৌদুনা হিমাচল প্রদেশতা পোস্টিং তাখ্রে। শ্যামকহ্নাই মমিং লৈবা প্লেয়ার অমা ওইনা সলগাঁওকরদা মখা তানা শান্নরি।

য়ুম শাবা লোইরবনিনা য়ুম শাঙ্গাবা য়াওনবগী মচা অনীবু অমুক কৌথোকপীরে। ক্বাক যাত্রা নুমিত্তা অনৌবা য়ুমদো শঙ্গাবা তারে। য়ুম শঙ্গাবগী মতাং য়ৌশিল্লকপসিদা ইবেমপীশক মতম শাংনা মথৌ চিনবদগী তোয়না চত্তুনা উনবা ঙম্লুদ্রবা মপাম লমদমগী অশোনবী মমা, মবুং, মনম্মা, মখোয়গী মচাশিং, মচে বালা অমদি মচাশিং লোইনা শঙ্গাবগী চাক চাবা য়াওরনবা মচানুপা অনী থাদুনা বার্তোন পীহল্লুরে। শ্যামকহ্নাইনা ইমুংগী মমা অনী অমদি অপোকপা মপাবুংদা মতম অমদা মাবু হেক পোকপা মপানি খঞ্জখিবা মাবুদি মপাদুনা মচানি হায়না নোংমতসু নীংশিংবীখিদ্রবা খা জিরিগী নবকিশ্বরবু য়ুম শঙ্গাবসিদা য়াওহনসি হায়জরকই। "ঐ বাবাবু মতমদুদা খরা ৱারৌবা লৈখ্রবসু অবোকপুদি য়াম্না নুংশিখি, কাউবা ঙমদে, মফমদুদা চৎলগা অমুক্তংদি বাবাগা উননীংই" হায়না মমিত্তগী

মপি তানা তমজরকই। মবোক্না পীক্রিঙৈদা মাবু নুংতিগী স্কুলদা থিনবীখিবা, চরা ৱানবগী চাক তোয়না ইনবীখিবা, ফুরিৎ-খোঙগ্রাও স্কুল চৎপদা শেৎলুবা হোংদোক্লগা থুপ্লগা মথংগী নুমিত্তা শেৎনবা থম্বীখিবা, ৱারী লিদুনা তুম্বা থেম্বীখিবা কয়াদো মথং-মথং অমত্তা চিংথদনা নীংশিংলকই। শ্যামকহ্নাই মাগী অশেংবা মমা-মপা মশক খঙলক্লবা মতুংসিদা পাঙ্গল শক্তি য়াম্না হেঙ্গৎলকপগুম তৌরে। মচানা পামজবা খুদিংমক মনীংথুংনবা তৌজরো হায়না মমা অনী অমদি মপাবুংনসু য়াবীরে।

অয়াবা ফংলবনিনা শ্যামকহ্নাই মনাও গৌরমনিগা লোয়ননা মখোয়গী মারুটি কারদা খা জিরি তান্না মতম কুইনা কায়নখ্রবা অঙাং ওইরিঙৈগী য়ুম অমদি মপা নবকিশ্বর উনবা লাকই। মানা পীক্রিঙৈদা মহৈ তম্লকপা খুঙ্গংগী মতাইগী স্কুলদু উরকই। স্কুলদু ঙসিদি মপুং ফানা চাউরম্লে। ছাত্র-ছাত্রিসু মশীং য়াম্না তম্লম্লে। স্কুল মপাদুদা কারদু খাম্লগা ঙাইহাক্তং হৌখ্রবা মতমগী তামখ্রবা পুন্সিগী ৱারীশিংদু মকোক্তগী লোইনা কৌদুনা নীংশিংবা লাক্লরুরি। মমা অমগী গর্ভদগী তামিন্নবা ফাইবোক পোকমিন্নবা মচিন-মনাও ওইরবসু গৌরমনিগা শ্যামকহ্নাইগা ৱাখল পরিংদা খেন্নবগুম তৌরি। শ্যামকহ্নাইনা তৌরিবা পূন্নমক গৌরমনি য়েংবদগী হেন্না থোইনা লুনা খঙ্জিল্লুদে। শ্যামকহ্নাইদি পুন্সিগী তোঙান-তোঙানবা অৱাবগী চৈথেং কয়া ফংলক্লবনিনা মাগীদি ৱাখল য়াম্মী, নীংশিংনবগী মরমসু মশা-মরেং য়াম্না লৈরি।

খরা অমুক চৎলগা খুঙ্গংদুগী মোংফমদু অমুক উরকই। মতম অমগী মাগী নুংশিরবী মবোক, তশেংবমকসু মশু শ্যামকহ্নাইগী ৱাখলদা লাইমন ওইদুনা সংসার থাদোকখ্রবী থারিক্লেনা মোংফম মথক্তুদা লেপ্লগা মশু লাকপা ঙাইরিবোই নীংজরুই। মোংফমদা চৎলগা মবোকপু থম্মোইনুংদা নীংশিজরগা মমিত্তা মপি তানা খুরুমজে। মবোক্কী আত্মানা মশুগী মিৎকী পিগা লোইননা খুরুমজবদো উবীবা ওইসনু!

শ্যামকহ্নাইনা ফুরিৎখাউদগী রুমাল লৌথোক্লগা মপি তৈথোকখিবদু গৌরমনিসু উহৌই।

খরা অমুক চৎলগা নবকিশ্বরগী থোঙ্গালদা কারদু খাম্লগা মচিন-মনাও শুমাং তান্না চংলকই।

মাঙ্গোলদা নুপীমচা অমা লৈরম্মী। শ্যামকহ্নাই অমদি গৌরমনি উবদা তিঙক-তিঙক য়েংদুনা লৈ।

— "ইবেম্মা! য়ুমসিগী মীরা?"

— "হোয়, মানি"।

— "বাবাখোয় ইমাখোয়দি?"

— "বাবাদি ইমুংদা ঙমদদুনা হিপ্পুনা লৈ।"

— "হা! করি ওইনা ঙমদবনো?"

— "হার্ট ষ্ট্রোক তৌবদগী নাকল নাম্মা পঙথবনি।"

শ্যামকহ্নাই ইমুংদা থুনা চংখিদুনা নবকিশ্বরনা হিপ্লিবা কাদা চংলগা মপাগী মখোঙ শোক্লগা খুরুমই।

— "বাবা! নচা লাকচরিয়ে, নচাবু খঙবীদ্রবরা? ঐ শ্যামকহ্নাইনে!"

নবকিশ্বর ইঙক-ঙক্লা য়েংখৎলই। মা শ্যামকহ্নাইবু মশক্তি খঙলে। হৌখ্রবা, অমদি তামখ্রবা বারী অমবু মকোক্তগী অমুক হন্না লোইনা নীংশিংলুরগা মানা মরাল লৈজদ্রবা মচা শ্যামকহ্নাইগী মফমদা মতমদুদা উৎখিবা ফজদবা পুকচেল অমদি থৌদোকশিংদুনা নীংঙমদবগী অনুতাপ অমনা হিক্লা-হিক্লা কপহনবীররে। বা ঙাংবদি ঙমদনা মপিদমক তারকই। শ্যামকহ্নাই মবোক থারিক্লেনা মাবু মমা শাবীত্রিনা চিংদুনা পুখিবা মতমদা কপ্পুনা মগুবু কৌর-কৌরগা লৈহৌবদু ঙসিদি উররোইদো খল্লুবদা মখোল থোক্লা "হো অবোক! হো অবোক! হায়না কৌরগা থম্মোই শোক্লা কপ্পকই। বা ঙাংবা ঙমদ্রবা মপাগী মফমদা মাগী অমদি মমা সাবীত্রিগী হৌজিক ওইরিবা পুন্সিগী মরমদা অমদি মানা খা জিরিদা লাকপগী মরমদু মপাবুংগী মফমদা লীরগা তাহল্লম্মী। নবকিশ্বরসু মিৎলুদগী শীঙ্করক্লিবা পিরাংদুনা মচাগী পাউখুম পীবগুম তৌরি। য়ুম শঙ্গাবদি মপাবুংনা হৌগত্তুনা চৎপা ঙমদ্রবনিনা মমাতোনগা মনাওশিং, মচন লোইনমক লৌবা লাক্লগে হায়রম্মী।

শ্যামকহ্নাই মপাবুংবু মপাল লমদা য়ুম শঙ্গাবা লোইরগা পুরগা লাইয়েংলগা শোয়দনা ফহনগনি হায়জে। মাগী য়াওরকপা পৈশাদগী লুপা লিশিং অমা মপাদা পী। মচানা পৈশা পীরকপদা নবকিশ্বর মতম অমদা নম্বোল বজারদা মপাবু হরাওনা কৌজরুবদা খুমবীরমদবা, কৃষ্ণ জন্ম নুমিত্তা মচাগী মখুত্তা লুপা অমা ফাওবা

পীবীরমদবা অদুগা ঙসিনা মপাগী খুত্তা অদুগুম্বা নীংবা কায়থ্রবা মচাদুনা লাক্কুনা পৈশা পীররবা! পুন্নমক খল্লুরগা নবকিশ্বর মচাগী মফমদা ইকাই-নুংশি য়ান্নবা পোক্লগসু মচাবু থম্মোইদদি হন্না-হন্না থাগৎখি। চৎলমদাইদা শ্যামকহ্নাই মপাবু অমুক্কা হন্না খুরুম্নম্লগা

— "বাবা ঐ তোয়না লাকচগে" হায়রম্লগা থোরক্লে।

নীংশিংবা অমগী মথংদা নীংশিবা অমা অমুক লাক্কুনা নম্বোলগী মমাগী মপামদা চংলকই। য়ৌবগা মাগী মাম্মা অমদি মনেবু মকোক নোন্না খুরুম্মী। শ্যামকহ্নাইনি হায়না মশক তাকই। মবুবোক স্নাথোইদি আসামদগী হল্লকখিদ্রে হায়না তম্মী। মাম্মা কুমার ঙসিদি য়ুনা মাঙহল্লবা মীশক ওইরুবনা ফিভম য়াম্না শোকচিল্লমম্লে। মনে মেমচাসু য়ু য়োল্লম্লে। মবাই ডাজুনা ড্রগ এডিগ ওইবদগী রি-হেবীলিটেসন সেন্টরদা লায়েংলি হায়বা তারে। তাক্লমদবা য়াদবনা য়ুম শঙ্গাবগী বার্তোন্দি মনেদা পীরম্লে। মতম অমদা মনেনা মাবু চৈ পায়দুনা ফুরগা তানখিবদু ঙসিদি মদু পুন্নমক লোইনা কাউথোক্লগা মনেগী মখুতা লুপা চামঙা চৎপী অমা পীরে। মেমচা পৈশাদো উবদা হৌথ্রবা মতমগী থৌদোক্কুবু নীংশিংলমগদ্রা? শ্যামকহ্নাই চৎথ্রবা তুংদা কুমারগা মেমচাগা শ্যামকহ্নাইগী ফজবা পুকচেলগী মরমদা বারী মখা তানা শানহৌই। অদুবু সন্ধ্যাগী মতমদা জ্ঞান তারকপদি কান্নবা লৈররোই।

শ্যামকহ্নাইনা খল্লকই, "ও! মীওইবগী পুন্সিগী শাংলবা লম্বীসিদা অচুম্বগী মমাঙদা চুম্না লেপ্পা ঙম্বা হায়বসি অচুম্ববু লাইনীং ওইজবা, অচুম্ববু মতম চুপ্পদা পুজা তৌজবশিংদুগী ওইরবোইরে! অখোয়বা লৈই কয়ানা অচুম্বা লৈই অমগী মথক্তা হঞ্জিল-হঞ্জিল চিংলবসু অচুম্বা লৈইদুবু খোয়হনবদি থক ঙমদবোইয়ে।"

য়ুমদা হল্লকপগী লম্বীদা ঙসাইদগী মানা থেংনরকপা ময়ামদু অমত্তা চিৎথদনা অর্থ হন্দুনা গৌরমনিদা মরিক চুপ্না তম্মী।

মথংগী নুমিৎ অসিদদি লম খরা লাপ্পা চৎকদবনি হায়দুনা অয়ুক ঙন্তাদগী থৌরাং তৌরগা সেরৌ তান্না লাকই। ইবুধৌ খানা চাউবগী লাইশঙগী শঙলেন্দা চংদুনা ইবুধৌবু পুক্লিং চংনা খুরুমজরে। তুরেল তোর্বান য়ৌনা খোঙনা চত্তুনা মানা চায়োম হাংদোক্কুনা চারা বাল্লিঙৈদা মমা ইবেমপীশক্লা মনাক্তা চংলক্লগা মমিত্তগী মপি শীঙ্খ-শীঙ্খনা চাক ইনবীখিবদা শীঙ্খখিবা মমাগী মিৎলুগী পিরাংদু

ঙসিদি মদুগী অর্থ ময়েক শেংনা খঙলবা শ্যামকহ্নাইনা পুক্লিংদা মফমদুবু অমদি থৌদোক্তুবু নীংশিংলগা পুক্সিগী মহাউ লৌজরি। মফমশিংদুগা লোইননা ষন ময়াম শজিক চারিবশিংদুসু য়াওনা ফোটো লৌরি। ষন ময়ামদুগী মরক্তা মাগা মতমদুদা শক খঙনখিবা ষন য়াওরিব্রা যেংলকই। অদুবু মানা অঙাং ওইরিঙৈদা ষন শেল্লিঙৈ মতমদা থেংনখিবা মশক খঙনখিবা ষনদি অমত্তা য়াওবা উদ্রে। মখোয়সু অহোংবা নাইবা মতমগী ঈচেলদা ঙম্নমক ময়ুম হোংনখ্রবোই। অমুক থিরুবদা ৱারগনিদো! মখোয় অমত্তনা শ্যামকহ্নাইবু মশক-খঙবীরমদ্রে। মাগী পুক্লিংনদি ৱারৌরুই। কায়নরমদাই মতমদুদদি মমা লাক্কুনা মাবু পুদুনা মফমদুদগী থুনা চৎপা তাখিবনা ষনশিংদুদা বীদাই পীরম্নবগী, পুকমেন-পাউমেন্নবগী তাঞ্জা ফংজখিদে; ঙসিদি ৱাফমদু শেংদোক্লুবগে খন্না লাকচখিবনি। অদুবু পুন্নমক তাইবংপান তাইওন্নরম্লে। কনাদবু ৱাবৌরুনি, মসিদি তাইবংগী মশিঞ্জাংনিদো! থম্মোইদা চেৎনা ফাদুনা থমহৌরিবা নীংশিংবগী চেবাংশিংদা তাহৌরিবা মমিদুদনি মানা ঙসি পুক্লিং লুপচরিবা! পুন্নমক খল্লুরগা পিরাংগী পলদি হেক-হেক নমখায়গে তৌরকই। অরোইবদা কিশ্বর থাপাগী য়ুমদা মচিন-মনাও চংলক্লগা

— "অঙ্কল! ঐ মতম অমগী শ্যামকহ্নাইনি" হায়না শক তাকচৈ। কিশ্বর থাপানা শ্যামকহ্নাইবু নুংশিনা কোনবীরম্মী। শ্যামকহ্নাই অহন্দুবু মখোঙ শোক্লা খুরুমজে। মতমদুদা অঙাং ওইখিবনা পুক্লিংদা ফাওখিবা ৱাখলশিংদু ৱাহৈনা ফোংদোকচবা ঙমখিদ্রবসু ঙসিদি তোৱে তরেৎকী ঈশিং থক্লুরবনিনা ফোংদোকপদা করিশু কিরক্লে। মানা পীগে খন্না পুজরকপা শ্বালদু লুপা লিশিং অমগা পুন্না কিশ্বর থাপাদা খুরুমদুনা কৎলি। কিশ্বর থাপা শ্যামকহ্নাইগী জাৎ-বীজাৎ খায়দবা, হৌন-খঙবা মতৌদুদা অমুকসু চেজেৎ কোনবীখি। চাক-ঈশিং চাদবা য়ারোই, ইপাসু ইচাবু মরক-মরক্তা তোয়না নীংশিংদুনা করম্বা মতমদা অমুক্তং উন্নব ফংগদগে খল্লম্বনি। অসুন্না পুক্লিং পেন্না চাক-ঈশিং চারগা য়ুমদা হল্লকখি।

মথংগী নুমিত্তি য়ুম শঙ্গাবা নুমিৎনি। গৌরমনিনা থৌবাল হাওখাদগী মমাগী মপামগী মরী-মতা শুনবা লৌরুরে। শ্যামকহ্নাইনা খা জিরিদা চৎলগা মমাতোন মেম্মী অমদি মনাওশিং মচল নুপী শুনবা লৌবীরুরে। ঙসিদি মখোয় শ্যামকহ্নাইগী ফজবা পুকচেলগী মমাঙদা লোইনা পেৎথম্রে। মখোয় অমত্তা চৎপা ঙম্লোই, শঙ্গাবা য়াওরোই হায়খিদ্রে।

নম্বোল য়ৌনা অমুক চৎলগা মমানা পীরকপা মনে মেমচাগী শেৎন-ইন্নবা ফি-রোলদু মমানা পীরকপনি হায়না শীন্নরুরে। মেমচাদু পুক্নিং নুংশিরুরমাগ্রে কপখৎলক্লে। মাদি কনাদগী ফি ৱাইরগা শেৎলগা চৎকনি খনবদা ঙরাংদগী ৱাদুনা লৈরম্লবনী। মনেগী ফিভমদু উরুবদা শ্যামকহ্নাইনা ঙরাং মমাদা তম্বা পাউদগী ইবেমপীশক্লা মচাদা মী উহন্দনা মনেদা লোন্না পীয়ু হায়না ফিশিংদু শিন্নরকপনি। ঙাইহাক ঙাইনরবা তুংদা ফি-রোলদু শেৎপা লোইরগা মেমচা থোরকতুনা মেম্মীগা পুন্না কারদুদা তোংলগা শঙ্গাবা য়াওবা লাকই। মাইকৈ অহৃমগী মীওইশিং তিল্লরে। তোঙান-তোঙানবা মী কয়াগী মরক্তা শ্যামকহ্নাইগী মতম অমগী শান্নবগী ওজা বীশেশ্বর, শান্নমিন্নরকপা মরুপ-মপাং পুন্নমক য়াওদুনা হরাউ-তয়ান্না চা-থক্তুনা শঙ্গাবগী থৌরম অদু লোইশিনখি।

কায়নরমদাইদা নুংঙাইয়ু, পুন্সি নুংশাংঙু হায়না পীরম্বা বর ময়ামদুনা ইমুংদু তুংদা অবা-অনা অমুক হন্না থোক্কদববু মান্দ্রে। অসুন্না মঙলেমজাও অমদি ইবেমপীশক্লা হান্নগী মখোয়না লৈরম্বা য়ুমগী চুম-শো শাবীত্রি অমদি মচানুপা অহল শ্যামকহ্নাইদা শিন্নরে। গৌরমনিগা মমা-মপাগা পুন্না মচন্নুপীগা অনৌবা য়ুমদুদা হোংজিল্লে।

নুমিৎ তাশিল্লক্রবদা মবুং অনীগী মখাদা তাংনা য়াওজবী চন্দ্রিকানা লাইগী ধুপ থারমদাইদা

— 'ইমা, পাবুং! ঐদি দাদা শ্যামকহ্নাইগা লৈজগে, অশোমগী ইমুংগী ধুপ থারুরগে হায়রকপদুদা মমা অমদি মপাবুং অনীগী মিৎলুদা পিরাং ইহৌরকখি। ইচা নুপীসু অনীদং শুরম্লবদি হায়না পুক্নিংদা খঙ্গখি।

শঙ্গাবা মতুং নুমিৎ তরুক্নি লৈরগা শ্যামকহ্নাই হান্নদগী থৌরাং তৌরবা এরোপ্লেন টিকেৎ অনীদু পায়রগা মমা শাবীত্রিবু মমা ইবেমপীশক অমদি মপাবুং মঙলেমজাও অনীগী মফমদা চেকশিন্না শিন্নরম্লগা মাগী থম্মোইদা পুন্সিগী পাংথোক্তবা য়াদবা মরুওইবা থৌদাংদি মমা-মপাগী সেবানি খঙ্গরুবনা খা জিরি তানা চৎলগা নবকিশ্বরবু মুম্বাইদা পুদুনা লায়েংবা চৎগ্রে। মচাগী ফজবা পুকচেলদুদা ইবেমপীশক থোইনা হেন্না পেঙ্গরুই। ফজবী পুকচেল পুবী মমাতনা ফজবা পুকচেল চেনবা মচা পোকই হায়বসি প্রমাণ অমা পীবগুম থৌদোকসিবু খঙলু-উরুবা, অমদি তারুবা মীপুম খুদিংমক্লা ইবেমপীশক অমদি শ্যামকহ্নাইগী ৱারীবু

পামজনা শান্নবা হৌরক্লে। খা জিরিদা পাউদু তারুবা শ্যামকহ্নাইগী পীক্লিঙৈগী ৱারী খঙহৌদবা লৈকায়দুগী মীপুম খুদিংনা শ্যামকহ্নাই কনানো, কনাগী মচানো, নবকিশ্বরনা পোকপরা, মাগা করি থোক্নে? ৱাহংসিমক্তা ঙাইহৌরে।

খোঙহামপাৎকী য়ুম অনীমক্তা অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং, চারমদাই, তুম্লমদাই খুদিংমক্তা, ধুপ-থাওমৈ থাবা মতমদা মমা অনী অমদি মচন্নুপীনা তত্তনা মচাগী অমদি মবুংগী য়াইফ-মঙ্গোল নিজরি। অপোকপা মপা অমদি মনাও গৌরমনিসু অদুমঙাই। মখোয় পূন্নমক্কী থম্মোইদা শ্যামকহ্নাইগী মক্রুবা পুকচেলগী মমি তৌহৌরি। মসিবু নৎত্রা মীওইবনা পুন্সিসিদা ফংগে খন্না তাপ্লিবা লম্বীগী প ম্পুং? মখোয় লোইনা শ্যামকহ্নাই হল্লকপা খৌরাংনা ঙাইনহৌরি।

—:::—



মিং ঃ  ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ

অপোকপগী মিং ঃ ময়াংলম্বম অঙৌবী সিংহ

লৈফম ঃ শিংজমৈ চীংঙামখোঙ চোংথাম লৈকায়, ইম্ফাল

পোকপা চহি ঃ ১৭-১২-১৯৫১

মহৈগী থাক ঃবী এস সি, এল এল বী

ফম ঃ সেনিয়র টেক্নিকেল এসিস্টেন্ট,
লাইফ সাইন্স দিপার্টমেন্ট, মণিপুর য়ুনিভর্সিতি,
কাঞ্চিপুর, ইম্ফাল

অইবগী ফোঙপ্রবা লাইরিকশিং ঃ

অরোইবা বিচার (বারী মচা) —মার্চ, ২০০৩

কৎথোক্রবী (বারী মচা) —ওক্টোবর, ২০০৩

খোঙ্গুলদা তারুরবী (বারী মচা) —জুন, ২০০৪

রোমোনি (উপন্যাস) —ডিসেম্বর, ২০০৪

পুকচেল (উপন্যাস) —জুলাই, ২০০৫